

অহানবা ফোঙবা ঃ জুলাই ২০০৫
অফোঙবা ঃ গুরুমযুম ইন্দ্রজিৎ শর্ম্মনা
আর এস ইম্ফালগীদমক ফোঙবা
মমল ঃ লুপা ৯৫/

মখুম ঃ ইনাও, উবিপোক

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

অঙাউবা মচাগীদমক খঙ্গবদা
রাখল ইংখিদ্রবা,
ইমা, পাবুং
[ সাকুংবম মংলেম সিংহ,
সাকুংবম ওংবী প্রমোদিনি (মেম্মা) দেবী ]
অনীগী মফমদা কচ্চবি।

# ৱাহৌদোক

য়াম্না পিক্রিঙৈদগী ৱারী লাইরিক ইবসি পাম্লকখিবা নৎত্রগসু স্কুল কলেজদদি থৱায় য়াওনা ইরকই। হন্দক চহী খরসিদদি ইবসি তোক্লসিরা কয়ারক খল্লুরে। ইবসু ইরুদ্রে। ৱাখলদা য়াম্না চমম্নে। ইরুরগা ফোঙদোকফম লৈতবদৌনা তৌবগী মথক্তা, ইমুং মনুংগী ওইবা ৱাখলনা মাঙ থাদুনা ইববু নমথখি। ইথগে খনবা ৱারী মখল-মখা কয়া লৈনা লৈনা মসিনা ইখিদবগী চাওরবা মরম অমনি।

হন্দক নৌনা চহী অনী অহুমসিদা ৱারী মচাগী ইনোৎ অমা লিরি লিরি ঐগী ৱাখলদা চংলকখি। মসি ককৃচিংদা ৱারীমচা অমা পাবা চৎলুবদগী চংলকখিবা ৱাখল মচা অমনি। মসিনা ঐগী হান্না ইখিবা ৱারীশিং নৌনা'মুক খোমগত্তুনা পরেং অমদা লেংথোক্নবা হোৎনখি। মবমসিদগী পুথোরক্লিবা ৱারীশিংসি মতমসিগী চুনবা ৱারী ওইরমদবা য়াই। অয়াম্বনা ঐগী অরোইবা ফোঙখিবা ৱারী মচাগী লাইবিক বিন্দুদুগী ৱারীদা হাপকদবগী তৌরুরগা শেন-থুম নাতৈ চাদবা অমসুং শেমদোক শাদোকপা অমসুং ইথোকপা ঙমখিদবা অনীসি পাদুনা খৎথহৌবনা অয়াম্বনি। মসিগী মথক্তা নৌনা ৱারী মরি/মঙামুক ইদুনা অনৌবা লাংওন অমা ওলহনবসি ঐঙোন্দা নুংঙাই। মরকসিদা ঐগী ইমান্নবশিংনা ঐবু ৱারীমচাগী লাইরিক অমা ফোঙদোক্নবা অঙকপা মখলগী ইথিল মখল মথেলগী মওংদা পীবকই। পামজব্বা থবক হায়সিদি মীনা খজিক্তুং ইল্লকপদা য়ৌশিনবনা হাল্লি হায়দুনি। পুন্সিগী পামজবা থবক ময়ামগী মনুংদা ইবা হায়সিসু অমনি। অদুবু কলম পায়বদি য়াম্না তল্লি। পাবা অমসুং নৈনদুনা ৱাখল খন্থবসিনি থৱায়না হেক তাজবদি। তনবদগী ৱারী কয়াসু মাংখ্রবনি। অদুবু মতম লৈরি। আশা কায়দ্রি। পুন্সিসু চত্থরি। ঙাইবা য়াখিগনি। ইদোম খল্লি। কয়াম কুইনা খনখিগদবনো খঙদে।

খনবদি য়াম্না খল্লি। নৌনা অমুক ইরুরগা ইমান্দ-মান্নদুনা তোক্লগদ্রা? ঐনা পামজবা মইদি হান্না লৈরিবা মওংসিদা মশিং য়ামহনবা নত্তে। পামজবা মখল অমদা মওং শেমবনি। ফাওরকপা ৱাখল ইথিলশিং য়াওরক্লিবা/ফাওরক্লিবা মওং মতৌশিং মীমাংদা পূকচেল তিংনা অমসুং খ্বাইদগী লাইবা মওংদা খঙহনবদুনি। মসি ঙম্বা ঙমদবনা অতোপ্পা অমনি। পামজবা হায়বসিনা অতোপ্পা মওংনি। পামজবা কয়া, ইবাই লাইবা মওংনি খন্দুনা ইরুরগা 'লুমল্লি' হায়বসু কোঙ্গাইনি।

ঐ জ্ঞান মাংখি। ইরাই লাইনা ফজনা খঙননবনি খন্না ইজরিবা ঐঙোন্দা, য়াম্না লুরবগুম হায়রকপা তারগদি মশানা ঙকপা অমসুং চমন্নবা হৌনশানি। মসিদা ঐ, ইশানা খঙজরিবা মওংসি লাল্লম্বা য়াই। অদুম ওইনমক ঐনা হায়বা ঙম্বা অমদি লৈ। পৃথিবীসিদা ঐনা ঐ ইশা খঙজবদগী হেন্না কনানসু ঐবু খঙবা ঙম্লোই। মসি ঐগী ইরিবা মইসিদদি হায়বা পকচদবা য়াই। ইশাগীদমক হায়বা তারগদি মসি অচুম্বনি। অচুম্বা ময়ামগী মরক্তা খ্বাইদগী চুম্বা অচুম্বদুনি। অচুম্বনি হায়দুনস্ মীয়ামদা হায়রুবা য়াদবা ৱা কয়া অমদি লৈতবা নত্তে। মদুই মনুংদা মসিসু অমবা হায়বদুদি খঙদে। অদুবু থাজবা হায়বসিনা কন্না থাজখ্রবদি হোংদোকপা ঙমদে হায়দুনি। ঐসিসু মসিদা য়াওখ্রবা? ঐ খঙদে। হায়বা ঙমদে। পামজবগী হায়বা তাবগদি ইবগী মওংদা মখল মখা কয়া ইনিংই। অনৌবা, মহৌশা থেংনরক্তবা অঙকপা মওংগী থৌদোক, ৱা কয়া য়াওনা থেংননিংই। মরক মরক্তা ঐঙোন্দা মখল-মখা কয়াগী পারা তাকপীরম্বা ঐগী ওজা এলাংবম নীলকন্তগী হাংহৌরবা মফম অমা ঐগী ৱাখলদা হেক হেক খঙহৌদনা খলহল্লি। পামজরুবগী, ফিলোসোফি ক্লাস লোইরগা, লোইশিনবদা লোইররোইদবা ৱারীশিংগী চিংথহৌবা কযা লেপ্তুনা ঙংলবি। ইশানা খোঙফম'মা লেপ্লমদাইদা ওজাদা হেক হেক নপশিনখিবদু ঙসি নপশিল্লমদাই'সিদা ইহাং হাংলম্বগী ইদোম পুক্লিং য়াম্না নুংশিরকই। মওল মওল খলহল্লি। পুক্লিদা পামজবা পামগে তৌখিবা মখল মথেলগী মবক্তা পামজবা খন্ননবা ঐগী মতম লৈত্রে। পুক্লিগী থৌদাংনা হিংবদগী হেন্না লুপ্লে। ঙসিগী, হয়েংগী, মথং মথংগী ৱাদা হিংলিবসি ঐগী ইয়াও য়াওদ্রে। ইকম কন্না থোরক্লে। মসিদবু ইশাগী ওইবা করি অনৌবা ৱাখলনো? হান্নে-হান্নে, হামু-হামু, ফোঙবা তারে। মসিনা ঐগী খোঙচৎসি হান্নে মফমদা হজিনবগুম থোক্রবসু, উনবগী নুংঙাইবা অমদি লৈখিগদ্রা খল্লি। পামজবনা মাংদা থম্বা ঙমদ্রবসু, উনখ্রবা মরুপ মপিজা খঙহৌদনা অমদি থাজদনা উনবগী নুংঙাইবা অমদি ৱারীমচাশিং অসিদা য়াওরমখিগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

রনবীর সারুংবা

# য়াওরিবশিং

# ঐ পোত্থারগে

লম্বী অমখক ...। মপুম ফানা ঐ অশিববু ইনাক্তগী লাপ্না ইগ্লোকপা পাম্মী। চহি যাম্বসু নত্তে। নহানি অদুবু শিগদবসি অসুম নকশিল্লক্লব্রা খঙদে। য়াম্না হৈনিংদ্রে। মহৌশা কল্লিভৈদা কন্না চেনখিবগুম অমুক্তংদি কন্না চেন্নিংঙি। কনানসু তানবা ফঙদনা চেনখিবগুম। চুন্না লেপ্পা ঙমজদ্রবা ঐনা কবম চেল্লুনি? হুমাং হঞ্জিন্নবা মওংদা ঐহাক অসুম পোথাবা তাবিমাল্লে। সুম নুংঙাইশিল্লক্ত, সুম নুংঙাইশিল্লক্ত, হিংনিংলক্লে। আশা, লৈবম্বা মতমদুগী রাবীগা মফাং মফাং চৎনবা তাবিমাল্লে। কন্না চিংনৈ।

ইনখৎলকপা মতমদা কনাবুসু কিকদবা, যাম্না নিংতম্বা পামখি। অনৌবা তাইবঙপান অমগী কুচু লোক্কে খনখি। চৎনবীগী খোঙচৎ অসি মল্লে। অনৌবা কযানা মঙ্গৎ শিনগদবনি। মাসদা যাম্না কন্না থাজবম্মী। যুমদা পার্টি তৌশিনবগী ইমা পাংবুংনা শাউই। চৎনবীগী তাইওন্নববা মওং কযাগী মবমদা তওনা চৈ। হৈনখিদে। য়াউম অমখক থক্লুবগীদমক ইমা পাবুংনা চৈবা ঐ হৈনদে। ওল্লকইবা পৃথিবীগী খোঙচৎসু মখোয খবদি খঙফম থোকই। যু থকপবু ঐনা কৈদৌঙৈ ফত্তে হাযদুনা খনবা ঙমদে। ফত্তবা হায়বদুদি শেবান তুবান শিজিন্নববতদা ওইগদবনি। নুপা নুপী পুন্না পার্টি তৌমিন্নৈ। জগোই শামিন্নৈ। খবা খবা পাযনবগা তৌববনিনা মীনা যেংবদা কযা মওং তাদ্রব্রা খঙদে।

'ইবুংঙো নঙনা তৌবিবা মওংদু কবিনো? খবা হেনমল্লি।'

'ইমা কৈদৌরগে? মযাম পুন্না লাংমিন্নবনি। করিসু অহেনবা অমত্তা য়াওদে। পূনবগী মওংসিদা অকাযবা য়াওবব্রা?'

'অদুবু নখোয় পুন্নমক্লা নুপা নুপী পুন্না লৈমিন্নবি হাযবা অসিমদি কনামত্তা খঙদ্রমাল্লে।'

'নুপা নুপী ওইরম্বদুনবু নুপা নুপী ওইবগী মওংদা লাংলিবনি। নৎত্রগদি ঐখোযগী মবাং অসি হোংদোক্লমগদবনি।' যাম্না খৈন্নৈ। ফনেক শেৎপীনবু করি তৌরুগনি?

মশক শুকয়েং য়েংনিংদে। অনৌবা নমুনা অমত্তা য়াওদনা অনৌবা মরক্তা কর
তিললুনি? পুক্নিদা থেংনবা নুংঙাইরিবদি অনৌবশিংনি। থেংনরবনিনা মসিদি ঐহা
ফজনা খঙঙি। পুমচুম চুম্লবা পুন্নমক্তগী, হেন্না মসি চুম্লবনি। শেংলবনি। পুক্নি
মসিদি ফজনা খঙলে।

ঙসিদি ফমুংসিদা অসুম্মক লেনবা তারে। থায়না অনৌবা থেংনখিবা কয়া
ৱাখলদগী হেন্না লামশিল্লুবা ঙমদ্রে। ঐ হৌজিক ফমুংসিদগী হৌগত্তুনা পাক্ল
লম্মা।ংদা কন্না, কনানসু তান্নবা ফংদনবা চেনবা পাম্মী। অমুক্তংদি চেনগনি। ঙ
ঙম্লকখিগদ্রা খঙদে। হকচাংগী মওংসিগা হায়রুরবদি ঐহাক ঙমগদবা মান্দে। চই
মতাংসিগী হায়রুরবদি ঙম্ফম থোকই।

'নঙবু ফনেক শেৎপী লৈশাবীসু অমা অনীতদি মতিন্নৌ কৈদৌবগে?'

'অনৌবা মওংদা শিজিন্নদুনা শেম্বা যাদবা, হকচাংদা ফ্রি ওইদবা ফিশেত্তুবু
কৈদৌনবনো ইমা? ইমাবু পামব্রা?'

'পামদুনবু শেৎলিবসিনি।'

'মদুগী ওইবমদসু য়াই। মীমাংদা চৎনবীনি ফজদে হাযদুনা শেৎলম্বা ওইবম্ব
যাই।'

ইমানা য়াম্না শাউই। ''হায়নবা অমত্তা য়াদে। মীওইবগী জ্ঞান য়াওদ্রব্রা খঙদে।
তুমিন্না কযাবক শোনখি। মসি ঐগী থম্মোযদা চুশিন্নৌ হায়বা য়াখিদে। পিক্লিঙৈদগ
উবক্লবনি। চুশিন্নৌ য়াদে হাযবসি শোয়দনা লানগনি। থওইনা পামখিদবনি। পামদবা
নত্তে। যুমগী মৌ নৎত্রগা লমসিগী মী মানবদি ইমাখোয়গী যুম্বান কৈবানসি
হেল্লি। ইদোম যুগসিগী মী মান্নবা হোৎননিংঙি। যুগসিগী মী মানবা হায়বা তারগা
থায়নদগী খরা হোংদোকপা তায়। সুম হোংদবা মওংদা লৈবা তারগদি থায়নগ
অহল ওইববা মখোযগা নহা ওইবিবা ঐখোয়গা কবিদা খেন্নরিবগে? মী হায়বসি
থম্মোযতনা মী ওইবা যাবোই। মপানথোংগী শক্তমসু খবদি তঙাইফদনা য়াওগদব
মসিনা হান্নগী লৈবম্লবা মতৌসি হোংদোকনিংঙি। মতৌ তমগে হায়দুনা তন্নব
হান্না চাওখৎশ্লবা মীওইশিংদগী তমগদবনি। মসিদতা চাওখৎপা হায়ব
ওইগদৌরিবনি। মীওইবনা তান্নরিবসি মতম খুদিংদা হেনগৎপদুনি। হুম্ববদু নত্তে
ঐসু হেনগৎপা পাম্মী।

'দাক্তরনা অমুক লাকখো হাযরকপদু ঙসিসি নৎত্রা?'

'মখোয়না চাওবিবসি চাওবেনে। ঙাইখো, চৎলু অমুক হায। লাকউ অমুক হায। অনাবশিংসিদা মখোয়না অশুক চাওবিবা কবিনো? ঐখোযবু লান্নবগা মখোযগী নুংঙাইবা হায়বদুবা?'

'মখোযসু মথৌ তৌবিবনি। যাদদুনা তৌবিবা ওইবমগনি।'

'যাদ্রগদি ঐবু কবিগী হোস্পিটাল অদুদগী অদুক থুনা দিসচার্জ তৌহল্লিবনো? নোংমা নীনিতসু মখা তাথনা লৈহনবা যাই। ঙসি হুন্নি মবিনিতা নৎত্রা মফমদু থাদোবক্লিবা?'

'মদুদি দাক্তবগী মথৌনি। ঐখোযনা কবম খঙলুনি?'

'অনাবদু ঐনি। ঐগী অনাবা ঐহাক ইশানা খঙঙি। মপাম্ছোংগী মওং খবা যেংবদুনা ঐগী ফিভম হেক লেপথোকপা ঐহাক যানিংদে। ঐ চৎলোই। ঙসিদি শুংচৎ চৎলোই।'

ফন্না ইশানা খঙঙি হাযদুনসু ঐ তশেংনা ঐগী অনাবসি কবিনো হাযবা খঙজদে। ঐ নাবি, হকচাং যাম্না শোম্থে হাযবা ঐহাক খঙঙি। দাক্তবগী লোন্দা অনাবগী মমিং অমা শোযদনা লৈবমগনি। হকচাং ঙমদে হাযদুনা পূন্নমক শুপচিন্দুনা অনাববু দাক্তবনা লাইনা মমিং থোন্দনা থম্নদে। অনাবগী মওং, কমদৌনা ফবক্কনি, কবি কমদৌবগা অনাবনা নুংঙাইগদগে হাযবদু ঐখোযনা মমুৎ তানা খঙদ্রগসু মখোযদি শোযদনা খঙগনি। খঙফমসু থোকই। ঐবুসু যাম্না খঙনিংহল্লি। ঐগী ইমুং মনুংসু মসি খঙদবা শেংলব্রা? ঐঙোন্দদি কবিগীনো মসি পূম্বা অমত্তা খঙহন্দ্রিবা? পূক্লিং যাম্না শোম্থে। মতম অমদা কন্দুনতা লৈববা ফিভমদু খবা হোংদোক্লে।

'ঐনা হাযবদি ইবুংঙো নঙবু ?'

'খঙলে ইমা খুনুং নিঙোলদু ঐহাক পামদে। ঐগী পুন্সিদা মহাক চুশিন্নবা মিৎকুপ অমত্তা লৈবোই। মসিনা মতম খূদিংদা চনৈনদুনতা লেনবা তাবক্কনি। ইমা ঐ থৱায অমত্তা নত্তনা থৱায কয়া অমবু ওত্তুনা যোকপা ঙম্লোই। পুন্সিদা অপাম্বা হাযবসিনা খ্বাইদগী মকনি। ফবা ফত্তবদি অবাইবনি। মীওইবনা পামদ্রগদি পোৎশক খূদিং শিজিন্নফম চাবা হাযবদু লৈববোইদবনি। শিজিন্নফম শোযববদি পোৎশক খূদিংগী অফবা পূম্নমক মাংখ্রগদবনি।'

'অদুবু নঙনা অমুক্তসু উদ্রিঙৈদা মদুবু হেক হাযবা ঙম্লব্রা? অমুক্তং যেংথোকপদি যাই।'

'পামজবগী ৱাংমদা লৈবা খুদিংমক ঐঙোন্দদি ফত্তবা ঙাক্তনি। করিগুম্বা অফবা য়াওরম্লবসু ঐনা মদু শিজিন্নবা ঙম্লরোই। মসি ঐ য়াম্না মুন্না খঙঙি।'

'নঙনা পাম্লিবশিং অদুদি ঐনা পামদে।'

'মখোয়দু ইমাগদি লৈমিন্নদবা য়াই। ঐগদি শোয়দনা লৈমন্নিরগদবনি। মসি ঐগী পুন্সিগী ৱানি।'

'নঙনা পাম্লিবা, য়ু থক্নুনা জগোই শামিন্নবা য়ারিবা অদুদি য়ুমসিদা ঐনা লৈরিমখৈদি পুশিল্লকপা যাবোই। নঙনা পামজবগী তোঙান্না য়ুম অমা শাদুনা লৈখ্রবদি লৈখ্রে। ইমানা মদু ফজনা লৌবা ঙমদে। চাওখৎপগী অর্থ হন্দোরকপদা লাইরিক লাইশু তমদুনা মতৌ তম্বতবু খঙনরকপদু ঐ যানিংদে। মদুদি হুই হৌদোংদা তম্বীরগসু য়াগনি। চাওখৎপা হায়রগদি মখোয়দুদগী অতোপ্পনি। তোঙাল্লবা ৱাহন অমা লৈ। লম লমগী ওইবা চাওখৎপা কযা ঐখোয থেংনখ্রে। মখোয়দু অমগা অমগা কৈদৌঙৈদা চপ মান্নদে। মিৎয়েংদা ঙাক্তা নত্তবা পূক্নিংদা ফিভমদা করিসু ফনা খনদবা, মপাম্বোংগী নুংঙাইবতং পীবা তাবগদি মদু চাওখৎপা নত্তে। নমা থোংজিন্দুনা মাংহনবনি। মদু ইমানা কৈদৌঙৈ য়াবা ঙল্লোই।'

মোৎ য়াম্না খৈন্নে। য়ানবা অমত্তা পুরকপা ঙমগনি থাজদে। করিগুম্বা খন্থকুরবদি শাউনিংবা অসুম হেঞ্জিল্লকই। মীগী মমা মপাসু অসুন্না তৌরমগদ্রা? রোনেল, রোসন, রোনাল পূন্নমক পার্টি তৌবদা মতম চানা চানা লাকই। মমা মপানা য়াম্না হেন্না থিংলমগনি থাজদে। করিগুম্বা য়াম্না থিংলম্বা তারগদি মখোয় মতম চানা করম লাক্কনি? ঐদি মতম চানা কৈদৌঙৈ যাওবা ঙমদে। ঐগী য়ুমদা নমদুনা তৌরগনা অতোপ্পা অমনি। মসিগীদমক দেলানা ঐবু কযাবক শাউখ্রে। মাবু থওইদবগুম লৌখি। মসিনা ঐগী ইমা পাবুংদা কয়ারক শাউনিংলকই। তৌগে মতাগুম য়ুমদা পার্টি কয়ারক তৌশিনখি।

'ইমানা খোঙ্গাউ শেৎপীবু অসুক তাথিরিবা করিগীনো?'

'মীওইবসি ইন্দ্রিগী শরুক খায়দোকখ্রগা করিসু খঙলু উরুবা য়ারোই। মানা তৌরিবা থবক্তু মাগী মশক য়াওরবনি। ঐনা শান্ন-খোৎন তৌবী মখোয় কয়াদা মানা মানা তৌরিবদু লাল্লি হায়খ্রবা? মাগী তৌবিবদুগী মতুং ইন্না তৌগদবা, তৌদবা য়াদ্রদুনা তৌবা ওইরগদি করিগী ৱা অশুক য়াম্নরুগনি। নখোয়না তৌরিবদুদি মদুসু নত্তে।'

'নঙ চৎত্রগনি নুংঙাইররোই। অনাবনা দাক্তরগী পাউতাক ইনদবা ফত্তে।'

'মখোয়সু অনাববু মখোয়না হায়রিমখৈ ইল্লগনি খন্দুনা ওৎপদি ফত্তে।'

মশা ঙমদদুনা দাক্তরদা পুখৎলুরগা, অহানবা দাক্তর খনাদগী পুথরকপদা য়াম্না নুংঙাইনা নোকই। য়ুমদা লাকখিবা মী পুম্নমক নাবা ফবগীনি হায়দুনা চা চাননবা হাওনা পীজ পীথক তৌই। ৰারী নুংঙাই নুংঙাইরবা মওংদা ঙাংই। "ঐ য়াম্না ঙম্লুদ্রে। অসুম্না ফরক্কনি থাজরুদ্রে। হৌগৎপা ফাওবা হেক ঙমদবনি। খোঙ হামথববু অসুক য়াম্না ৰাগনি থাজদে।'

'চামন থকমন্দবদগী তৌবা ওইরমগনি।'

'উম! চারুদ্রে। সুমাইনা শোম্বগনি হায়বদি থাজদে।'

'নাবা খরা ফরক্লগা চা-থক তৌরগা অমুক কনখৎলকপা হায়বদুনি।'

'খরা ফজনা কৎত্রবদি য়াররোই।'

'ফজনা মচি ওইগদবা ময়াম অমা চাবা তাবনি।'

'মতমদুদা ঐনা কৎকদবসি...। নখোয়, নরেলখোয়না কৎলে কৎলে হায়রিবসি মতমদুদা তান্নবা তাবনি।'

'ঐখোয়দদি হৌরকখিনুদা।'

'ঐসু চাবা ঙম্মী। চারম্লিবনি। কান্নদবদা অহেনবা চাবা ফত্তে হায়দুনা তোকপনি। মদুননি ঐনা তান্নসি হায়রিবসিসু।' মহাক মশানা মশাগী লাইনা খঙজদে। মদুনদি মহাক্না মসি হায়রিবা। তশেংবদি মহাক অমুক হন্না কনখৎলক্কনি হায়বসি থাজদে। চাবদা য়াম্না চেকশিনবা তায়। অতেকপা পোৎ ফজনা থোংলগা চাবা য়াদ্রবনি। চিঞ্জাক য়াম্না কক্লবনি। কিদনি অনীমক য়াদ্রবনি। মানা হায়রিবা ৰাঙাংসি তারুরগা কপনিংলকই। মমাংদা কপ্লুবা য়াবসু নত্তে। শা ঙা চাবা মতমদা অহুম মরিলক মুন্না ফুত্তোক্লগা মহি হৈদোক্তুনা থোংলগবু কদায়দগী মচি লৈবা য়াওরুগনি। অসুম অসুম মশা শোকলকপা তাবনি। হুম্বখ্রগদি কল্লিবা মী অমসু অমুক হনগৎলকপা হায়বসি অৰাবা অমা ওইরিবনি। ঙসি য়াম্না কন্না অনৌবা সমাজ অমগী মঙ মঙলম্বা পুম্নমক পুমতে তেরে। হেন্নদুম নুংশি।

'অনৌ নখোয়সু ৰা অমত্তদি খন্নসি। মখোয়গী খ্বাংদা হুত্তুনা খোঙ থাংগৎহল্লগা তৌবা মওংদুদি ঐ পুমঙাউ ঙাউই। মিৎ-না তনদন পাই। য়ারগদি অতৈ মফমদা হুৎলগা তৌসি হায়দুনা দাক্তরদা খবা কুপ্না হায়নসি। য়াদ্রগদি অতোপ্পনি। য়াদ

য়াদ্রগদি শদুম মকক মকক কক্লবসু কায়দে। মদুদি তৌগদবনি। ঐগীসি কিবগী ব্রা নত্তে। য়ারিমখৈদি হকচাংসি ব্রাহন্দনা লাইয়েংবা পাম্মী। য়াদ্রগদি অতোপ্পনি।'

'মদুবু অমুক হন্না তৌখিনি হায়ব্রা?' খঙদবা শাদুনা হংখি।

'তৌগদবা মাল্লি। মখোয় নর্স অদুগী ব্রাহৈদু ব্রাতা অমা তৌই।'

'করি হায়রকপগে?'

'খরা তোয়না খাংখিবা তায়, হায়রকই। ঐ খাংববুদি খাংগে। য়ারগদি খরা ব্রাদবা মফম অমা, খুদাংদগুম্বদা তৌসি।'

মহাক ঙসিদি দাইলায়সিস তৌদুনা হিংবা তারে। মসি ঈ শেংনা থম্নবা খুৎশেন্না হোৎনরিবনি। তশেংবদি কিদনিগী মথৌ তৌরক্তবদগী ঈ শেংনা থম্বা ঙমদদুনা অশোয়বা কয়াদু খুৎশেন্না নমদুনা পাংথোক্লিবনি। অমুক হন্না হান্নগী ফিভমদা হল্লকপা হায়বসিমদি তম্বা ঙমদে। থাজবগী চাং অসুম অসুম হন্থরকই। অদুবু ঐখোয় মীওইবনি। আশা থাদোকপা য়াদে। মসিদি মীওইবদা নুশাশ্বর হোনবগুম মতম খুদিংমক্তা পকসিন্দুনা লৈবগদবনি। মসিননি মাবু অঙম্বা উপায় থিদুনা হিংহন্নবা হোৎনরিবা। নৎত্রগদি শিবা ঙাইদুনা লৈরগদবনি।

'হৌজিকসু ঐ য়াম্না শোঙ্থরি।'

'কদায়দগী চিঞ্জাক্লি হায়দুনা তৌরিবা অদুনদি শোঙ্থবা তাবনি। মচি ওইবা ময়াম চিথোক্তুনা চাবদুনদি পাক কনখৎপা য়ারোই।'

'হকচাং ফহন্নবা হান্না অমুক্তুং ফজনা থাক্তবা য়াদে। থায়নগী মওংদুদা অমুক্তুং লৈহনখিগে।'

নুং থাঙ্গত্তুনা মশা থাক্লিবনি হায়দুনা কয়াসু শান্নে। ফিভম য়াম্না ফজহল্লি। চুং ফিরাল চায়। য়েংবদা মিৎ পেল্লি। নহা ওইবা হায়বসিদি অব্রাৎপা অমত্তা লৈতে। খঙহৌদনা মশা খংশোন সোঙ্থবগুম উরকই। হংলুবগা খোঙ হামথৈ। পুক নুংঙাইতে। অদুবু অঙাংশিংগী মরক্তদি তত্তনা ফন্নে। মী ময়াম্না হায়, 'তামোসি নাবা মাল্লি।'

'কৈসু তৌদেদা।'

'শক্তুদি যাদ্রে। অনাবা মাল্লি।'

'পুক খরদি নুংঙাইতে।'

'হকচাংসু খরদি হন্থরমাক্লে।'

'চাবা খরা য়াদবদগী খরদি হুম্বরবগুম তৌই। নোংম নীনিসিগী ৱানি। হান্না ফরম্বনিনা হনগৎপদা করিসু কুইরোইদা।' হকচাং খরা ঙমদ্রগসু থোইনা হেন্না ৱারুদে। নুংঙাইনা অসুম্মক লৈরম্মী। কনানসু হকচিন্না লৌরুদে। খরা লৈরগা থেংনবদদি ফমুংদা তুমদুনা লৈরম্মী। দাক্তরনা পীরকপা খোঙ হামথবগী হিদাক্সা মঙোন্দা সিধ পান্দে। তঙাইফদনা দাক্তর খনাদা পুবা তাখি। হোস্পিটাল য়ৌবগদি কিদনি নাবনি হায়বা খঙলকই। দাইলায়সিস তৌদুনা হকচাং কনখৎনবা হোৎনরগা লাইয়েং মখা চৎথনবা খন্নগদবনি হায়দুনা দাক্তরনা অকনবা মোৎ পী। ইংনা খন্নদুনা ফগদবা তান্নসি। লাইনাসি খবা লূই। দাক্তবনা কন্না হায়। ইমুং মনুংগী মীওইসিং খজিক্তং মিপাইনৈ। তপথনা, পাখত্তনবা মওংদা কিদনি য়াদবনি। খঙন চান্নবা দান তৌবা ঙম্বা মী লৈরগা লুপা লাক্ষ অহুম/মরি রোম চংগনি। শেনফমসি পুথোক্তুনা লাইবক য়েংবনা তুংকোইনা হিংহনবগী চপ চারবা পান্দম ওইগনি। নৎত্রগদি লাইবক য়েংবা হাযবদুনি। তম্বা ঙমদে। মতেক ময়াগী মতম ঙাইবা ওইনা পুন্সি শাংদোকহন্নবা তৌবনা অমনি।

হাযবিবা পুম্বসি অনাবা মশাদি তাহনখিদে। মশাদা কবি লাইনানো হায়দোক্নি। মশানা চিংনজবনা অতোপ্পা অমনি। ইমুংদা ৱা কন্না ঙাংবা, লোল খজিক শোয়বা মতমদা শেবান্নবা ৱাখল অমা হেক্তা খন্নে। যান্না লূই। চিংনদুনা লৈবগদি মীওইবগী ৱাখলসি যান্না তাইওন্নবা মওংদা হেক হেক চৎকল্লি। ফৈবেং তুবেংনি।

'ঙসিদি অনাবসি ৱা খরদি ঙাংখিগদৌরি।'

'হৈয়েংদগীদি ঙাংলরোইদ্রা?' মমানা নুংশা থিনা হংঙী।

'নহানমখে শোন্দুনা ৱা ঙাংবা ঙম্লুদবদগী হৌজিক ঙন্নক্কবনিনা খবা ঙাংখিগনি। অপাম্বা পুম্বা ফোংদোকপা লোইবগদি খরা হুম্বরক্কদ্রা হাযবনি।'

'মদুবু ওইববদি ফৈ।'

য়ুমসিদা লুপা লাক্ষ অহুম/মবি পুথোকপা অরুম্বা ফিভন্নি। অরৈবা খূদিংমক চাদিং তৌথোক্তুনা মদুনা পুন্নোই লোইববগুম হোৎনরুবগা হুম্বরকপদা কদায়দা লৈরুগনি। মসিনা থবায় অমবু পাম্মুদবগী ৱাদি নত্তে। থবাযবু পৈশানা লৈরুম্বা য়াব্রা? অমনা অমসু শিন্নবা য়াবা পোৎশক নত্তে। অদুবু অমনা অমবু তান্নবদা মাগী মাগী তোঙাল্লবা মফম লৈ। থবাযবু লৈরগদি অমুক্তু পৈশাদি মতুং ইন্নবকপসু যাবি। ফনা পৈশা লৈদুনসু থবায় য়াওদ্রবদি কান্নদ্রবা মনিং মমাং ইহো হোবা কবুই

কৈরোইবগী উতোংগুম্বনি। ঙসিদি লৈবা ফংলরোইদবা থৱায় অমা ইরাই লাইনা পৈশা লৈতবদগী থাদোকখিবা তারি।

তুমিন পোথাখ্রে। হান্না মশা খরা খরা লাইয়েংলবা মতুংদা কনখৎলকপদগী দাক্তরখানা চৎলুরগা ৱারী লীরম্বদু তোকখ্রে। নোক্রম্বা পুন্নমক নোকখিদ্রে। তুমিন তুমিন লৈখ্রে। মরক মরক্তা হংলকই, 'ঐনা নারিবসি করি লাইনানো? মফমদুদা ঐগুম লাইয়েংলিবা মী পুন্নমক অকনবা অমত্তা লাক্তে। অশোনবা, শোলি মাল্লিরবা ঙাক্তনি। শিবগুম শিদবগুম হিংলিবা। ঐ তশেংনা চিংনৈ। ঐগী নারিবা অশেংবা লাইনাদু করি লাইনানো? ঐঙোন্দা শেংনা হায়বীয়ু। ঐ খঙলগা করি অকায়বা লৈবগে? ঐ শিবা তারগসু অকিবা করিসু লৈতে। মী খুদিংমক শিরক্কদবা ঙাক্তনি। নখোয়না ঐবুদি লাইনাদু খঙহল্লু।' মশা মতোমতা য়াম্না হেন্না শোক্লজে।

মশা ফবা, লাংবা নিলবগী শক্তম পুন্নমক মাংখ্রে। মাগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমদা নিংঙমদবা নৎত্রগা মদোম ৱারৌজবনা মাগী শেংলবা পুক্নিনি। দেলাগী ৱারীসু কাওরমাল্লে। নোংমতা য়াওরকখিদ্রে। মিৎকুপ অমত্তা থানদবগুম লৈমিন্নরম্বা মখোয়নীনি। দেলাসু য়াম্না তাংনা মবক মরক্তা লাকই। অনাবগী ফিভম হংলৈ। মাগী নোংমতং লাকপা মওংদুদা ফেৎ-ফা তৌবা মওংদু অনাবনা কয়া নুংঙাইতবা মাল্লি। খজিক্তং তপথহন্নিংলকপগী ইঙ্গিৎ পীরকই। মাগী পামজবা পুন্নমক মরু ফুক্লবগুম তৌই। ঙক্তবা ঙমদে। মীওইবসি ফনা মপাম্থোংদা ওম্থোক্তুনসু থম্মোয়গী ওইবা মফম অমদি মফম মতম খায়দনা অসুম্মক লৈরম্মী।

হৌজিক্তি অনাবনা মতম নুংঙাইনা লেন্ননবা মওংদা কুপ্না শেন্নে। মাগী পামজগদবা ৱারী কয়া শাই। মহাক মশানা করি খল্লিবগে হায়বদু তঙাইফদনা কাওহন্নবা হোৎনবগী মতম য়ৌরক্লে। নৎত্রগদি মদোম মথম্মোয় য়াম্না পিকথজে। মসি তশেংনমক্তি মহাক মশানা মশাগী লাইনাদু মশক মুন্না খঙখিবদগী হৌরকপনি। তৌবগীদি মহাক মশানসু মাগী ৱাখল কাওননবা তত্তনা হোৎনজে। হৌজিক ওইরিবা মতম ফিভমদা য়াওশিল্লকই। অনৌ অনৌবা চাওখৎপগী ৱারীদা পুক্লিং থম্বগুম তৌই। মতৌদুদা মেদিকেল সাইন্স চাওখৎপগী মরমদা য়াওরকপা 'কেন্সর লাইয়েংবা' ঙম্বগী ইরিবা খরবদু নুংঙাইনা পারুই। মদুমদি কয়া হৱাওবা মান্দে। থাজদনা হায়রকই, 'করি কান্নবা মদুবু পাউনি হায়দুনা পারিদুবু? মদুই মহুৎ নুংঙাইবা পাউ অতৈ যাওরিব্রা য়েংঙু।'

'মীওইবনা হোৎনরিবসি হিংননবনি। মদুনা হিংহন্নবগী পাউসিসু নুংঙাইবা পাউ নৎত্রা?'

'চুম্মী নঙনা হায়বা। খ্বাইদগী লুরিবদি, মদুদা নঙ ঐগী শরুক য়াওদে। মীওইবগী নমাদা নঙ ঐদা যুম্ফম থোন্দুনা শাগৎলগা অচৌ-অশাং শেঙ্গাও পায়বা মখোয় খরখক্কী ওইদুনা তোকখিগনি। নঙ ঐ ময়াই ওইবা মীওই কাংবুনা ফংহৌগদবদি লাইবক থিরুবগী হেন্না চৈনা ফংহৌবদুনি। মসি নঙ খঙদবা য়াই। খন্দুনা য়েংঙু লাইনা অদু ফহন্নবা হোৎনবদা লুপা কয়া পীবা হিদাক চাগনি? লাইয়েংবদি লাইরদুনা হিদাক্কী মমল অদু নঙ ঐনা পুথোকপা ঙম্লোই। মদুদা নত্তনা মখল মথেল মেছিন সিজিন্নবগী লুপা কয়া অমা। করিগুম্বা লাইনা অদুনা নারক্রুবদি হায়রিবা মমলশিং অদু করিগুম্বা ঐনা পুথোকপা ঙম্লম্বা তারগদি হিংলম্বসু য়াবনি হায়দুনা লাইমন অমমুক হেনগৎলক্কনি। মদুনা অমুক্ক হেন্না অরুবা লাইনা অমমুক ওইরক্কনি। মসি নঙনদি খঙদবা য়াই। এক্সপিরেন্স লৈতবা মীনা খঙদবা কয়া সংসার অসিদা লৈরি। মসিমসু তঙাইফদনা মী খুদিংমক খঙজিনগদবনি।

ঙসি ঐ হিংবা হিংদবদি ঐঙোন্দা করিসু নত্তে। মীগ মীগগী মরক্তা থাক খেন্নবসিদি ঐহাক-লাইনা লৌবা ঙমদে। মসিদি নঙগী চাওখৎলক্লিবা মওংদুনা হেন্না থাক খেন্নহল্লি। মীওইবগী ফনবা মখোয়না অদুক্কী মতিক তৌরিমখৈ ঐখোয়না লৈরিবা লমদমসিদদি অদুক্কী মতিক থাক খেন্নবা উৎলকই। কবিগুম্বা মখোয়শিং অসি খঙলমদবা তারগদি ইরাইবক্কী তৌজরকপা ওইনা খন্দোক্তুনা লৈবা ঙম্লমগদবনি। খঙলুরবনিনা, ঐনা নক্লরিবশিংনা ঐগীদমক মসিমা তৌবা ঙমদ্রবনি খনবদা অমুক্ক হেন্না ৱারৌনরক্কনি। মসিমক য়াম্না ৱাবা অৱাবনি।'

ৱারীসি হেন্না নুংঙাইরক্লে। মীওইবা হায়বসি পেন্দবদগী অমসু অমসু মানা মানা পামজবা পংহায় মহাযনৈ। চৈনৈ। খাংঙমদবা পুন্নমক মদুদা কোকথোক্লে। মসিদা মীনুংশি য়াওনা হায়রকপা তারগদি পেন্দবগীদমক হাযবা মাল্লক্তে। থম্মোয়দা খাংঙমদবা ইথিল অমা পীরৈ। ৱাখল খম্থহল্লি। মসিমক্কা হিরমদুদা ঐখোয়বুসু চিংসিল্লি। মরুওইনা মণিপুবদা লৈরিবা মীশিংসিদি মিদল ক্লাসকী মীশিংনি। মসিদা অনাবগী লাইয়েংবদা লুপা লাক্ষ লাক্ষনা খুজিং ওইদুনা চংলক্লগদি থৱায়গীদমক খম্থবা ঙমদ্রিঙৈ শিখিবনা হান্না মাঙ থাখিবা তায়।

'ৱারীসি নুংঙাইত্রব্রা? তুমিন লৈরবদি কৈদৌরবগে?'

'কৈসু তৌদে।'

'কৈশু খল্লুনুদা। পেন্দবগী অদুক পংহায় হায়বা হায়বদুনি। পুল্সিবু নও ঐনা তম্বা ঙম্না? অমদা নৎত্রগা অমদা মফম খঙনদবা ঙাক্তনি। হকচাং শোষ্কবা হায়বসিদি মফাং মফাং পংখন্দা খনবনি। লুনা খষ্তরুনু।'

'মদুদি লাইবক হায়বদুদা তারেনে।'

'লাইবক্কী ৱানি। অদুবু চেঠি খেলাগদি চাংদম্ননিংদে। থবায় য়াওসিল্লুদ্রগদি ফাওররোইদবা চেঠি খেলাগা খেন্নবা খরদি অসুম্মক লৈ। হকচাং হায়বসিদি শিজিন্নরিবা মীদুগী মখাসু য়াম্না পোল্লি। মফম খঙদবা লাইনানা নারক্লগদি খঙদ্রে। তম্বা ঙমদবা সরুক অমা হায়বা তারগদি মদুনি।'

মতম অমগী মহাক নৎত্রে। খষ্তরুবদা কপ্লিংঙি। মমা মপানা অমুক্ক হেন্না নুংঙাইরম্লোই। পার্টি তৌরগা নুংঙাইজবা। কোক অমদি সোফ ড্রিঙ্কনা ইকোই কোইনা নুংঙাইথোকপা পাম্বা মহাক অদুনি; ঙসি অসিদদি অৱা অনাগী লোইবা নাইদ্রবা ৱারী লীররে। মহৌশাগী মতৌদুগা মসিবু করম থাজরুনি? মশাসি য়াম্না তষ্কখ্রে। হকচাংসু শোষ্করে। মপাঙ্গল খজিক্তং চংবা থবক অমত্তা তৌবা মশানা ঙমজদ্রে। মী অমগী অঙাইফদনা মতেং লৌবা তায়। মনাক্তা মী অমা নৎত্রগা অমা লৈরগা মদোম নুংঙাইজবগুম তৌই।

'ঙসিদি রোনেল, রোসন, রোনাল, মখোয় অমত্তা ইনাক্তা লাকখিদ্রে।'

'ঙরাং, নহান লাক্লম্লিবদুদি...?'

'নুমিৎ চুপ্পগী পুল্লম্লিবা মখোয়নি।'

'মখোয়গীসু তোঙাল্লবা মথৌ লৈরমগনি।'

'চুম্মি। মথৌ লৈরমগনি।' মখোয় পুন্নমক ঐগী পার্টিগী মরুপ্নি। ঙসিদি ঐসু পার্টি য়াওবা ঙমদ্রে। মসি ওইরগসু মখোয়গা ৱারী শান্নবদি পাল্লি। ইতোমতা খুৎ-শা থিন্দোক্তুনা অমম্বদা কোইহাই হাইবগুম করিনো খঙদবা ফিভমদা ইদোম লেনবা পামদে। ওইরিবা ফিভমসিদা লাকশিনবা ঙম্লক্রবা ঐগী অপাম্বনি। মখোয়সু মখোয়গী ফিভমদুদা অপাম্বা কয়া অমা য়াত্তুনা লৈরমগনি। দেলাসু ঙরাং ঙহান্দগী লাকখিদ্রে। করি তৌরবজাৎনো? খঙদে। করিগুম্বা ঐনা ফত্ত-নুংদা থোকপা তারগদি মহাক্না কমদৌবা? মীয়াম মাংদা মাবু ইকাই ফিরুপ খুমদুনা তোক্লগদ্রা? কয়াদা শাথিনা মতমদুদা লাংখিবা। থাজরুদে, মাসু কয়া অমা হেঞ্জিল্লকই। ঐসু কয়া অমা হেঞ্জিনখি।

অমনা অমদগী হন্দোক্লবসু ঙমখিদে। হেন্না হেন্না অঙম তানসিন্নখি। ঐদি নুপানি। মদুনা করিসু ৱাবা লৈতে। মাদি নুপীনি। মাগী চাওরবা ভার অমা লৈফম থোকই। করিসু খন্দবগুম ঐখোয়নীমক মফম খঙদনা লাংমিন্নখি। ঙসিদি মহাক করি খল্লমগনি?

য়ুরোপতদি করিসু খন্নরমদবা য়াই। থাবদি থাজদে। ৱা কয়া লৈ। কুইরবগী ৱানি। লম কোইবা ওইনা ঐহাক বুধ গয়াদা চৎলি। হিন্দুসিংনা লাই ওইনা লৌনরবা মহাপুরুষ অদুনা মঙাল ফংখিবা মফমদু য়েংনিংঙি। লাই থাজরব্বগী ৱা ঙাক নত্তুনা জগৎ শিন-থুংনা ফাওরবা মহাক্কীদমক থম্মোয়দা মফম মচা অমা কনসিন্দুনা লৈ। ধর্ম্ম পূন্নমক্তা মরৈ মরা তৌনিংলবসু মসিমদি ঐঙোন্দা চিংসিনৱা খল্লি। ইংলন্দা লৈবা ইন্দিয়া মচা অমসু মফমদুদা থেংনৈ। সাউথ মচা সোয়দনা ওইরমগনি। কেরলা মচা য়াম্না মাল্লি। ঐগদি করি পরুরুবনো খঙদে, ৱারী শান্নবা য়াম্না নুংঙাই। মফমদুদা নুমিৎ তরামরিনী লৈবদু মহাক্ক অয়াম্বা মতমদা থেংনরবদি পুল্লি। করিগীদমক লাকপনো খঙদে। ইন্দিয়া কোইবকপনি হায়। হেক হেক হোটেলদা চাক চামীম্নে। মাদি চামস অমসুং ফোক্লা চাবা হৈনজবনি। ঐনা খূৎনা চাবা পামজবনি। অদুবু খুৎনদি চারুদ্রে। ৱারীদি শান্নে।

'য়ুম পানবীরব্রা ?'

'পানজদ্রি। অদোমদি য়ুম লিংলবা নৎত্রা?'

'অহোই।'

'অঙাং কয়াদি সুরবগে?'

'ঐগীদি অনীখক্তনি। মাগী এক্স হাজবেন্দুগী অঙাং অমগা পুন্না অহুন্নি। মখোয়শিংদু চাবতনি ঐনা থাকপা। ফি-রোলদি মমানা লোয়না থোনবনি।' মহাক ইরাই লাইনা খূন্নকই। মখোয়গী চৎনবীদা করিসু থোইনা খন্নদ্রব্রা খঙদে। ইরমদা ওইবা তারগদি শোয়দনা তঙ্খাই শিরে হায়দুনা হায়নবীরগনি। মীগী মচা য়োকপা কনানসু পান্নদে। খৎনবদা লোইবা নাইরোই। 'করি ৱাখল খল্লিবনো? তুমিন অমুক লৈরবদি কৈদৌরে।

'কৈসু তৌদে। লম লমগী চৎনবী হায়বসি য়াম্না লুই।'

'চুম্মী। মীওইবা হায়বা জিবসি চৎনবীনা ফাদুনা থম্মী। নঙগী ওইনদি করম্বা মফমগী চৎনবীনা খ্বাইদগী হেন্না পাম্মী। ঐনা হায়বদি নঙ পৃথিবীগী করম্বা মফমদা, মরুওইনা য়ুরোপকী করম্বা জগাদা লৈবা পাম্মী?'

'ঐদি ঐগী পোক্নফম লমদমদা লৈবা পাম্মী।'

'তশেংবা?' ঙক্না হংলকই, 'ইন্দিয়া মচা অমত্তদগী মদুগুম্নবা পাউখুম তাদ্রি। মদুম্না হায়বসি নঙনা অহানবনি। করিগীনো নঙনা নঙগী পোকনফম্মু অদুক লুনা খল্লিবদি?'

'মসিদি পোক্নম্বদুগী ৱানি। অমা হেক্তা য়াই। ঐনা ঐগী পূক্লিং অমদি হকচাংনা খ্বাইদগী হেন্না চুশিন্নবসি মফমদুনি। ঐদি মখোয়শিংসি হিংমিন্নরিবশিংদুদা লুপশিনবা ঙমদ্রগদি হিংবদা নুংঙাইবা অমমুক লৈগনি হায়বা থাজদে। অৱা নুংঙাই হায়বসিদি পুক্লিংগী ইথিলগা অদুক্কী মতিক চুশিন্নগদবনি। পূক্লিং ইথিলবু পেলহনবা ঙমদ্রগদি কদায়দগী নুংঙাইবা লৈরুগনি? নুংঙাইবা হায়বসিদি খোয়রাংবা য়াওদনা পেম্ছোক্লা হিংবা অদুতদা নুংঙাইবা ওইগনি। মসি ঐগী থাজবনি।'

'চুম্মী, ঐসু ঐগী পোক্নফম লমদমদা লৈবা পাম্মী। অদুবু হৌজিক্তি ইচাগী, নুপীগী খল্লগা মদু ওইথোক্কনি হায়বা থাজদে।' মাসু খংতে তেথরকই। থাজখিদে। মমাংদদি মাগী নাপল অমা য়াওবগুম উরম্মী। ঐনা করিগুম্বা য়ুরোপ্পু কা হেন্না পামশিল্লুবা তারগদি মাগী নাপল অদু অমুক্ক হেন্না ৱাংখৎলমগদবনি।

কুইখ্রে। থাজদনা ঐ দেলাগা য়াম্না লাংখি। ইষ্ট ৱেষ্ট কাওথোকখি। হৌজিক্তি কবি উপায় লৈরি? ঐদি মতম ঙাইদুনা লৈরবনি। মতমদুদা শাগৎমিন্নখিবা পুন্সিদু ঐগী য়াওদ্রে। মহাক মথন্তগী ওইহৌরগনি। ঐগীদি মথোং মরম খঙদ্রবা শক্তম ঙাক্তা ওইনা উরে। থম্মোয়না পামজনা খনজখিবা কয়াদু ফংগদৌবা মান্দ্রে। য়াম্না থাজদনা তাঞ্জাসিদা রোনেল অনাবা হংবা চংলকই। হংলৈ, 'অনাবা খরা ফৱব্রা?'

'খঙদে। ফৈ হায়গদ্র? ফত্তে হায়গদ্রা? নখোয়দি কমদৌরি?'

'লৈরিবা মওংদুনি। অদো নঙ পাউ অমা তারব্রা?'

'করি অনৌবা পাউনো? তাদে। য়ুমদগী হেন্দোক্রবনিনা কদায়দগী পাউনো?'

'ঙরাং পার্টি মফমদগী দেলাদু রোনালদা চেনখ্রে। নঙ খঙলমখিরোই। মবুক্তা মচাসু য়াওরমাক্লে। মখোয়বু হান্না মরী লৈনব্রা?'

'খঙদে। অদুবু মখোয়নীগীদি মদুনা ফরে। মরী হায়বসিদি মা মাগী লৈরিবা ফিভম নৎত্রগা খঙনরুবগী মতুং ইন্না শেম্বনি। হান্না লৈরম্বা লৈরমদবা থিরুদ্রগসু হৌজিক্তি ফজনা মরী লৈনরেদনা।' পাউসি ঐ হরাওদবা ঙমদে। খঙহৌদনা মিৎতগী পি তারকপগুম তৌই। খংলুম লুমথরকই। মসে নুংঙাইবগীদি নত্তে। হৌজিক

ঐহাক পুন্সিগীদমক মতম ঙাইরিবনি। ঐগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমসি মমাংঙৈগীদু নৎত্রে। ফিভমসিদগী কৈদৌনুংদা ঐহাক নাম্বোকপা ঙম্লরোইদবনি। মসিনা ঐগীদি য়াম্না ফরে। করিগীদমক পাউসি ঐঙোন্দা অতম্বনা হাথু হাথু পীররিবনো ঐহাক খঙদে। মরম অমদি লৈরম্বা য়াই। পূম্নমক ঐহাক খঙবা পাম্লুদ্রে। পুন্সি অমনা মফম চানা খিনখিবগীদি ঐ নুংঙাই। পানখৎলক্লিবা থাজগী সক্তম মপুম ফাখ্রে। সিথরক্কদবদা মঙাইরে। ঙসি হয়েংদি সোয়দনা থাশি ওইবক্রগনি। ❑

# ঐ লমসিগী মীনি

ৱারীনি। লমসিগা য়াম্না নক্সিন্নবা।

পুন্সিগা পুন্সিগা য়াম্না নকুবা অমগী ৱারী। লানবা চুম্বা হায়বদুনা তোঙাল্লবা মিৎয়েংনি। মসিগীসু মফমদি লৈ। অদুবু ৱারীসিদদি মদুগী মফম থিরুবা কান্নদে। থোকখি। থৌদোক্কুগী ৱাহৌ ওইনা। নৎত্রগা লোইসিনফম ওইনা। মসিনা মতম কুইনা নিংশিংদুনা লৈরগনি। মফম খঙদনা পংয়েত্তা য়েৎসিন্নে। করিগুম্বা লানবা চুম্বা হায়দুনা মীওইবনা মী ওইনা নৈনরম্লবা থৌদোক্সি থোক্লম্লোই। ৱারীসিসু লৈবম্লোই। মসিন্নি ঐনা লানবা চুম্ববু মীওইবদগী তোখাইবা মরী অমগুম উৎনিংলিবা।

ৱারীসি সিনি। ঐ মপানি হাযনা লৌরো। মতুম্বা ইচানুপা অহলনি। য়াম্না নুংশিনা ঈ মতুমদগী চাওননবা য়োক্লকই হায়দুনা থোঞবা মিংনি। যুমগী থবক-ইনখাং মানা অয়াম্বা তৌই। ঐনা হকচাং সোঞবগী মতিক যুমগী থবক্তা মায়পুননা য়াওসিনবা ঙমদে। মমাগী মতেং মাতনা পাংঙী। কৈবোই লৈকাইনা যুমগী থবক্তগী হেন্দোক্কুনা পাউখোল কযা সী। মাগী মরমচৎ হায়ববু তল্লি কয়া হায়গন্দে। মসিননি মাবু নুংশিবা নুংশিদবা থিদনা মঙোন্দা পাউখোল হেক হেক সীনবিবা। পাউখোল সীবগীসু তন্নদ্রিবা। মঙোন্দা পামজদবা অমখক লৈ। মহাক দিনগা তিন্নে। শেন পাযবগী লাইনা মাসু লৌনরক্কদ্রা চিংনদবা ঙমহন্দে। হেক্তা হৌবা লাকই। মহাক মশাদি কয়া তোইনা লাক্তে। দিঃ আইঃ জিঃ গী মচানিনা নাপল কায়খিগদ্রা কিবা মরমচৎ অমা য়াওরি। কোস্টেবল অমগী মচানিপা, সুনিলবু তত্তনা থারকই। কৌথোক্লে। তৌবগীদি মখোয় পুন্না মণিপুর কলেজদা টিঃ দিঃ সিঃ তম্মিন্নবা ওইরমাল্লে মাদি নুমিৎ খুদিংগী মখোঙনা কলেজ চৎলি। কোংবদগী মণিপুর কলেজ মখোঙনা চৎলি। মুন্নদি করিগীনো খঙদে। থিবসু থিরুদে। মরক মরক্তা থেংনা থেংনা হল্লকই। করিগুম্বা মানা নুমিদাং থেংনা হল্লক্রবদি মথৱায় নুংঙাইতনা উই। ঐবু চৈগদবা তলহল্লি। মপা অমনা থাজবদগী হেন্না ফরিবা, জ্ঞান তারবা মঙোন্দবু ঐনা চৈরুগদ্রা? থবক থৌরম কয়াদা মকোক থোংলবা, লাইবিক লাইশুদা ঐঙোন্দগী পুমহেন হেনখ্রবা

মঙোন্দবু ঐনা করি অফ-ফত্ত তাক্লুবা ঙমগনি? অদুবু ঐ মপানি। পুন্সিগী চৎলক্লুবা লম্বেলদা মফম খঙদনা থেংনরগদবা থবক থৌরম কয়া থেংনরকপা ঐনা হেল্লি। মানা খঙদবা কয়া খঙলি। মসিনা ঐগী ওইবা ঙাংনিংবা কয়া তাসিন্দুনা ঐঙোন্দা লৈ। মাগী মতৌদুনা হায়দোকপদি ঙমহন্দে। মথরায় হেন্না সোকচিনখিদুনা মফম খঙদবা থৌদোক থোকখিগদ্রা চিংনজে।

হন্দক মরক্তি জ্ঞান তাবসু হেনগৎলকই। অঙাং মশিং খরা হেন্নসু লাইরিক তম্বীরে। পৈশাসু খরা হেন্না থোক্লে। য়ুমগী থবক থৌরমদা হেন্না ভার লৌসিন্দুনা লৈত-লাইরগী মকুপ মতাই অয়াম্বসু মানা পুরে। দাইত্ত্ব লৌবা হৌরক্লবনিনা হেন্নদুম ৱা ঙাংনবদা ঐবুসু তলহল্লে। লেঙ মান্নবগুম খন্ন নৈনবনা মওং অমনি। ঐনা খরগা শোল্লে। থবক থৌরম পুবা ঙমদবগুম মঙোন্দা অয়াম্বা থবক পুহল্লবা মতম্নি। টিঃ দিঃ সিঃ থাদোক্লগা থবক অমা তৌহৌনবা মহাক মশানসু কন্না সিল্লি। মরুপ অচৌবা অমা য়াওরদুনা তুংগী লম্বী মশানা য়াৎচরি।

ঙসি নোংমা নীনি সুরে মতুম্বা য়ুমদা হঞ্জিল্লক্তবা। মাগীদমক পাখৎনৈ। থিবা য়াবা মফম খুদিংসু থিরুরে। ফংদে। নোংমতা অসুম্না তৌখিদবা অঙাংনি। মফম খঙদ্রে। মমা মপা ওইজরবসু মঙোন্দা তাংবা হৌরক্লবনিনা হেন্না পাখৎহল্লি। মাদি হৌজিক্কানগী ইরাংসু য়াওজবা নত্তে। কমদৌরিজাৎনো? থির থিরগা হেন্নদুম মমশিল্লক্লে। খঙহৌদনা তরু লাকই (তরু মতুম্বগা খ্বাইদগী লুনা তিন্নবা মমান্নবনি)। মহাক লাক্লগা হেন্না মমসিল্লকই। খরা শাফগদ্রা খল্লগা হেন্না লুসিল্লকই। তরুনা হায়, 'মাদি নহান মরুপকী পৈশা ফংবদগী ঙন্তা চৎখ্রবনি।'

'ইবুংঙো! মরুপ ফংঙী হায়রিসি পৈশা কয়ামুক্লো?'

'লিসিং য়াঙ্খোমুক ওইরমগনি। ঐদি চপ-চাবদি খঙদে। মানা চুন্না সুম চৎমিন্নরুসি হায়দুনা চৎমিন্নরুবনি। য়ুমদা ঙন্না চংলনি হায়দুনা চৎখ্রবনি। মরক্সিদা করিনো অমা শোয়দনা থোক্লমগনি।'

তাঞ্জাসিদা মফম খঙহৌদনা পুলিস গারি অমা থারৈ। পুলিসশিং মরী মরী কুমথদুনা মখোয় ময়াম মরক্তগী অমখক চংলক্লগা, 'য়ুমসিবু মতুম্বগী য়ুম ওইবীরব্রা?'

'মানি। হৌজিক হৌজিক মশা হল্লক্তবগী খন্নরল্লিবনি।'

'মতুম্বা হায়রিসিবু ...।'

'ঐনা হেক পোকচবা ইচানি।'

'মসি ...।'

'মানি। মসিমক্নি।' পুথোরক্লিবা ফোটো অদু মুন্না য়েংদুনা হায়রুই।

'নহানগী খবর পাবীদব্রা?'

'পাখিনা। মদু কৈদৌরবগে?'

'মসি...।' চুস্মী। নহানগী খবর অমা পুথোরকই। 'মী অশিবা অমা লৈরম্লে' হায়দুনা থাবা হেদিং অমগী মখাদা অশিবগী ফোটো য়াওরি। য়াম্না ময়েক শেংদে। মমায়দু মফম খঙদ্রে। ফোটো অমনি হায়বতা মঙাই। অদুমকপু মহাক্না পুথোরক্লিবা ফোটো অদুদি ময়েক য়াম্না সেংঙি। করিগুম্বা মীওইবগী ওইফম থোকপা অমত্তা লোত্তে। তশেং তশেংনা মতুম্বনি। ঐ জ্ঞান মাংঙি। মপা শাবা ওইরম্বগী হৌনবী পুমপং পংথবদি নত্তে। থম্মোয়দা ঈ চেনসিল্লকখিদে। মপা অশেংবা ওইরল্লবদি থম্মোয় অসিমক ফুকখিদুনা শোয়দনা ৱান্থরম্বা য়াই। ইমুংগী ভার অয়াম্বা পুরবা মহাক্নি। থৱায় কয়া মঙোন্দা য়োমদুনা হিংলক্লবনি। অতৈ অতৈমক খল্লমদ্রবসু থৱায়গীদমক খন্দবদি ঙল্লোয়।

'মাদি নহান ইম্ফান তুরেন মপান্দা পোৎলোইখ্রে। পুলিস্তা ফন্না কুইনা লৈবশ্বনি। মরী মতা কন্নানসু মহাক্কী অশিবা মশা অদু লৌবা লাক্তবদগী পুলিস ময়াম চংদুনা ৱানা লোইসিনখ্রবনি। ঙসি মী মাংখিবগী পুলিস্তা পাউ অমা লাকপসিদা ওইরম্বা য়াই খন্দুনা ৱানা থিরক্লিবনি। থৌদোক্সে য়াম্না নুংঙাইতে। ময়াম্না য়াম্না লান্না খন্নিংঙাই ওই। মসিনা শেংদোক্লবা অমা য়াওদ্রগদি য়াররোই খন্দুনা লাক্লিবনি।' ৱাহৈশিংসি তারুবদা ঐখোয় পূম্নমক তরংদা লেপ্পী। হাও, মীতৈ, ময়াং, পাঙ্গল মথোং মরম খঙদনা অশিবা অমা লৈরে হায়দুনা হেক্তা পোৎলোইবা য়াব্রা? জাৎ, ধর্ম্ম খেন্নবগী মতুংইন্না মখোয় মখোয়গী লাইনিং লাইসোনগা লোয়ননা তোঙাল তোঙাল্লবা মী শিবদা পাংথোকপা থৌরম লৈজে। মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপ্না মরী মতাসিংগী অত্মাদা উৎচবা শেংলবা থৌরমগা লোয়ননা অরোইবা থৌদাং পাংথোক্লে। মীতৈসিংনা পোৎলোই। জাৎ খরনা লৈনুংদা ফুস্মী। পুলিসনি হায়দুনা মথোং মরম খঙদনা মীবু হেক্তা করিগী পোৎলোইরিবা? কবিগুম্বা কান্দদি মোগতা মী অশিবা নুমিৎ হুন্নি/মরিনি লৈবা পাউ তাবতা নত্তনা থেংনবা য়াওখ্রে। পূম্নমক হন্দক্কী মতাং অসিদা চৎনদ্রবা আইন অমা ওইররিবসি করি মরমগীনো? য়াম্না চিংনহল্লি। অচুম্বা মালহন্দে।

নোংঙানবগী নুংথিল অহল লমন উনবা চৎপদা লম্বীদা সুনিল থেংনৈ। মহাক লকক্ তোই। ইচাগী মমান্নবনি। নুংশি। উরুবদা থম্মোয় হেন্না শোকহল্লি।

মমিৎ উইরুম উইরুম তৌই। মমান্নবা লৈতবদগী মথৱায় হেন্না নুংঙাইতবা মাল্লি। উরুবদা নুংঙাইতে। ইচাবু হেন্না নিংশিংহল্লি।

'ইবুংঙো কদায়দা? নঙগী মরুপ্তু ...।'

'পাবুং মদু ঐ করি অমত্তা খঙদে। ঐ করিসু য়াওদে। তশেংনা হায়রিবসিনি। ঐ য়াওদবা শেংলবনি। করি লাই শোল্লু হায়বগে? শোনগে। ঐ কিবিদে। য়াওদবা অশেংবনি।' মায়য়োক্লনা লেপ্তুনা ৱারী শাই। মখুৎনা তৌফম খঙদনা মাদুনা শান্নবদা ফুরিৎখাওদগী মনি বেগ অমা পুথোরকই

'অদুগা নঙগী মনি বেগ অদুনা কদায়দগী লৌরুরিবা?' মদু মতুম্বগী বেগনি। ঐগী ৱারীসিদা ইনাক্তা লৈবা ঐবু খঙবা খবসু ৱারীসি তাবা ওইনা চংসিল্লক্লে।

'মসিবো? মসি ঐগী নত্তে। কনাগীনো খঙদে। দিনদগী শৎহৌবনি। হিদাক কাপমিন্নবদা শৎহৌবনি। কনাগীনো হায়বদি ঐহাক খঙদে। ঐদি করি অমত্তা খঙদে। নুমিত্তসু ঐদি মতুম্বগা চুন্না সুম চৎমিন্নবনি। ফত্তবা ৱাখল অমত্তা পকখিবা নত্তে। মহাক শিবে হায়বসি খবব পারবতদা খঙখিবনি। ঐসু পাউ পীগেদি খল্লম্বনি। পাউ শোযদনা পীরক্কনি।''

'নঙবু খঙদবা শেংলব্রা? নখোয় কলেজদি পুন্না...।'

'ঐখোয় পুন্না চৎমিন্নে। দিনখোয়গদি হান্নদগী লুন্না তিন্নজবনি। নুমিত্তসু মখোয় পিসুম চীং কামিন্নহৌই। মমান্নবা মশেন চীং কামিননবদবু ঐনা চিংনরুবা য়াব্রা? মখোযনী ৱারী কয়া শান্নবা য়াই। মদুদা ঐনা থিংফম থোক্তে। মমান্নবদি মমান্নবনি। মতেং কয়া পাংনগদবনি। ঐনা মরক থৎলুবা য়াদে।'

'অদুগা করিগী নমান্নববুদি হাত্তোক্লি।' ঐসু চিংননা ৱাহংসি হংখি।

'হাৎপা ঐ উদে। মাবু শিরব্রা? কনানা হাৎলি হায়? ঙসাইনা হায়দ্রা ঐ য়াওদে হায়দুনা। নখোয় অদুমাই তৌবদি ঐ চৎখ্রনি। চৎখ্রোরা?'

'ঙাইখো। চৎখিনু। ৱারী খরা শান্নখিসি।'

'নখোয়না ঐবু মী হাৎলি, মীহাৎপনি হেক হায়রবা ঐহাক হেক্তা চৎখিগনি। ঐ উহৌদে হায়রেদনা?'

'নঙ উদ্রগসু মফমদুদদি লৈব্রা?'

'লৈতে। মতমদুদা ঐ কদায়দনো অমা ...।'

হায়নরিবা তাঞ্জাসিদা জিপ অমা লাকই।

'সার সিদা লৈরে।' জিপ অদুদা তোংদুনা লাকপা পুলিস খরা চোংথরক্তুনা সুনিলগী মখূৎদাংদা তাপ ফাই। গারিদা হাপকৎনবা হোৎনৈ। ঐখোয়ময়াম্বু তাম্বোকই। 'করি ৱারী শারন্নিবনো? নঙনা হিদাক কাপ কাপ্তুনা চোইরোন অসুক য়াম্না লোল্লিবসি করিগীনো? নঙ হিদাক কদায়দগী লৌই?'

'সার ঐ করিসু তৌদে।'

'অদুবু নঙগী পাবুংনা পুলিস্তা অমুক্তদি য়ৌরকউ হায়রি। অমুক্তদি য়ৌরুখিসি।'

'ঐ মীদি হাপ্তে...।'

'নঙ নচিন থিদুনা ঙাংগনু। ঐখোয় লাক্লবদি তুমিন লৈবা য়াদ্রা? স্বাইদা হিদাক য়োন্দুনা মী শেম্নল্লিবসি কনানো?'

'সার অদুম্না হায়রবদি কনাসু থোরক্লরোই। কনাগা ৱারী সারম্মী হংবীয়ু।'

'চুম্মী। নখোয় কনাগা মহাক্ক ৱারী শান্নরম্মী। থোরকউ। কনাসু থোরক্লে। ফৈ। লোইনমক নখুৎ থাঙ্গৎলু। মখোয়শিংসি করি করি য়াওরি হায়দুনা চেক তৌ।' অসুম্না ঐখোয় ময়াম তানখাইরল্লগা করিসু হায়রমদনা সুনিল পুদুনা চৎখি। ঐঙোন্দা চিংনবা অসুম অসুম হেল্লকই। ইচাগী মরাইবক্তি হায়না খন্দোকপা ঙল্লক্তে। সুনিলগী ৱারোল কয়া ঙংদুনা লৈ। মীহাৎপা মীওই অমা মখোয়গী মরক্তা য়াওরব্রা চিংনদবা ঙমদে। অদুবু ঐখোয়না খঙজনবা লিখুন্দি খুমজিন্দুনা থম্বীখ্রে। নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবা নার্কোটিক সেলগা মরী লৈননা সুনিলবু ফাদুনা চেক্সিন্না থমখ্রে। মপানগী মীওই অমত্তগা উনহন্দে। মপানসু লাইয়েংলি হায়দুনা লৈফম করি অমত্তা হায়দে। হায়রুরগা 'মকোক্তু বেরা লৈবগুম্বা অমা তৌরে। নিশা সিজিন্নবা হেনমন্দুনা মকোক পুবা ঙমদ্রে। মদুনা লাইয়েংলিবনি' হায়। জ্ঞান তাদে। কনানা চুল্লিবা? কনানা লাল্লিবা?

নোংমা দিনসু থেংনৈ। মদুসু লম্বীদনি। য়াম্না কপ্লম্মী। মাগী খ্বাইদগী লুনা তিন্নজবা মমান্নবা অমা লমখাংদা মাংখিবগী নুংঙাইতবা পাউ তল্লদুনা ঐবু ৱারৌরকই। 'ঐখোয়বু নচা নত্তে হায়দুনা করিগী ইপ্তোকপীরি? ঐসু নচানি। মতম চানা পাউ পীবীরল্লবদি নচানা তৌবা ঙম্বা খরদি মতেং পাংলম্বা য়াবনি। ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।' কপখি মীমাং পোমাংনি হায়বা মফম খঙদনা কপখি। মহাক পি তাবগীদমক ইকাইখিদে। পুক্লিং ইষ্ণা ঙল্লবা মী অমা ওইখি। ঐদি কপখিদে । মতৌ য়েংলি। মপা শাবগীবু কদায়দগী মিৎকী পিনো? অশাবা ইচাগীদমক ঐ কপফম থোকপ্রা? ঐদি খল্লি। ঐদি মিৎকুপ খরসিগী, ৱারী মতেক্সিগী মপানি। মপা শাবনি। লমসিগী মীনি। ❑

# মসে নুংশিরুবনি

খবরদা ময়েক শেংনা ফোটোগা কোন্ননা য়াওই।

ময়াম লোইনা পানরম্লগনি।

(২)

ঐদি মীওইবনা মীওইবগীদমক অফ-নুংঙাই তৌরকপা মতমদা অরানবা ওইনা উবা ঙমদে। চুম্মী, অচুম অরান হায়বসি করিগুম্বা খরা তৌরুবগী মহৈ ওইনা ফংহল্লকপা পোৎশক্লি। মসি ফনা ওইদুনসু থৌদোক্তু ওইনা উবদি লানগনি। য়াফম থোক্তে। কমদৌনা থৌদোক ঋাথোক্তু ওইরক্লিবনো হায়বসিনা অচুম অরানগী হৌফম ওইরুগদবনি।

করিগুম্বা থৌদোক খরদদি অচুম্বা কয়াসু ফত্তবা ওইবা য়াই। মীওইবনা চুম্মী খন্নবা পোৎশক খূদিংমক মতম খূদিংদা ফগনি হায়বা করিসু লৈতে।

(৩)

ঐ রিপোর্টর লাকপসি খিরে। ইকাইবা পীবা লাকপ্রা খল্লি। মখোয়না মীওইবগী ওইবা নুংগী মরীসি ফজনা উবা ঙমদে। য়াম্না সেনসেসনেল ওইনা, মীওইবগী সেন্তিমেন্টতা শাগত্তুনা মখোয়গী লৈরিবা ফিভম অদুতমক উই। মসি য়াম্না লাইবক থিনিংঙাইনি। ইকাইবা পীবনি। ঐ মসি কয়া য়ানিংদে।

(৪)

ঐনা ঐবু নুপীনি হায়বসি কৈদৌঙৈ কাওথোক্তে। য়ুম অমগী মৌ ওইরে। পুক্সিসি ইচম চম্না হায়বা মতমদা ঐ ইথক্তগী ওইনা হায়বা য়াদে। অনীগী ওইবা মফম অমদা লেপ্পবনি। মসিনা ইতোমতগী পুক্সি ওইহনবা য়ারক্তে। অপুনবগী সক্তম ঙাকপা তায। তশেংনা অপুনবা হায়বসে য়াম্না লুই। পুল্লিবা মওং মতৌনা খূৎফম চাদ্রবদি মতম খূদিংদা মচোই মচোই তৎকদবগী ঙাইরিবনি। মদুই মথক্তা মতৈ মনাওগী মরী হায়বসিদি অমনা অমগী থাজনবদা শাগৎনবা ঙাক্তনি। অতোপ্পা কনাগুম্বসিংনা শিষ্টানগদবা থবক পাংথোকপা নত্তে। সুপ্নতগী পুক্লিং ইহুল খুদুম

চনসিঞ্জদুনা লাক্কদবা পুন্সিগী লম্বীদা অফবা মখলগী পম্বুং অমা তানসিঞ্জবনি। মসিদা পুনসিল্লিবা মীওই অনীসিনা পুক্লিং ইহুল খজিক সেপ্পরকপদা, অমনা অমগী থাজবা পুম্বা মাংহনগনি। য়াম্না চেক্সিনবা তায়। থৌদোক কয়াগী তুং-মাং য়েংদুনা লাপ্পা লৈহৌগদবনি। করিগুম্বা থৌদোক অমনা পাউ হেক ওম্ব্রোক্লুনা তম্নখিবদা মীয়ামগী ওইখ্রগদবনি। ইমুং মনুংতগী ওইবা য়ারক্লরোই। মীয়ামগী ওইখিবা তারগদি ইমুং মনুংগী ওইনদি খক মহৌশাগুম লৈয়ু য়ারোই।

ঐ পুক্লিং য়াম্না নুংশি। ইপুরোইবগীদমক শিবা ঐহাক কিদে। অদুবুনে থম্মোয়দা থরুম তৌনদুনা হিংবা ঐহাক ঙম্লোয়। পুন্সিদা ঐনা খ্বাইদগী কিবা হায়বদু মদুনি। থৌদোক খুদিংনা তিন্সিন্দুনা সেম্লকপা পুন্সিগী যুম্ফমদা ঐখোয়নীগী মরীসু চেনখ্রগদ্রা ঐহাক চিংনদবা ঙমহন্দে। মাদি হৌজিক্কী ফিভমসিদা খ্বাইদগী শোনবা মওংদা হিংলিবনি। করিগুম্বা মহাক শিখিবা তারগদি ঐসু হিন্দু সাস্ত্রগী চৎনবী মতুংইন্না সতি মিংথোন লৌনখিবগুম মতুং ইনখিগনি। মসি ঐ লেপ্লবনি। করিসু চিংনদে। চিংনরিবদি মানা মদু তৌদনা ঐবু নাকল অমরোমদা ইম্থোকপীগদ্রা হায়বসিনি। মসিদি ঐ...। মখোয়নদি ঐসে ওক্তবী ওইনা উরবসু কায়দে। মর্সিদি ঐ লাইবক্তা তম্লকপনি। ঐগী থম্মোয়না খঙঙি, ঐ কনানো? ঐ করিসু চিংনদে। হিংবা হায়বসিদা ইশাতগী ওইনা মতম খুদিংদ্রা হিংবা য়ারমদবদগী থৌদোক কয়াসি মথং মথং থোরকপনি। মসিসু ঐ চিংনদে। অদুবু মখোয়ময়াম চংদুনা ঐগী ইপুরোইবসি হাত্তোকপা তারগদি মতম চুপ্পা, ঐগী খাংঙমদবা অমদি অশুম্মক লৈরগনি। মসিনা কন্নাদসু তাইনবদি ঙমখিদবা য়াই।

মসিমদি ঐ য়াই। হান্না চৎনরম্বা মীওইবগী চৎনরোলদু ঐনা থুগাই হায়বসি ঐ য়াই। মসিগী অরানবা খরা লৈখ্রে। অদুম ওইনমক ভেলু অমত্তদা পোৎশক অমনা মতম খুদিংমক্তা লৈতবা য়াই। মসিদ নত্তনা হান্না লৈরম্বা পোৎ অমগী নৌনা লেপ্পা মমল অমনা হান্নদগী হেন্না ফবসু য়াই। মসিদা চৎনরোল থুগাইবগী দন্দি অদুদি ঐহাক য়ানিংদে।

(৫)

'নশা য়াম্না ঙমদ্রব্রা?'

'ঐ য়াম্না ব্বারে। কৈদৌরবনো খঙদে।'

'অদুবু অদুম পোখাবা য়াদ্রা?'

'নঙনা পোখাবা হায়রিবসি শুম হিপচিন্দুনা লৈবসি নৎত্রা ? হিপ্পুনতা লৈরবনিনা হিপ্পসিনা হেন্না ৱাই। নঙনদি খঙদ্রিবা।'

'অনাবা হায়বসিদি খরদি খাংবা তাবনি। মহৌসা কল্লিঙৈ মতমগদি কৈদৌঙৈ মান্নবা য়ারোই। মদুগীসু মথক্তা হৌজিক্তি তপ্না তপ্না ফরক্লিবনি। মপুম ফানা ফগদবদি থা খরা ৱাৎখিগনি।'

'হৌজিক্সু থা খরা ৱাৎলিবা ? ঐ নাদ্রে চৎলগে।'

'নত্তে। অদুম্না তৌবীগনু। ফরগদি পূম্নমক নুংঙাইরগদবনি।'

'ঐনা হন্দক তারিবা পাউসিনা ঐবু অমুক্ক হেন্না ...।'

'কনানা করি অমুক হায়রবগে ?'

'মীগী ৱা নত্তে। ঐগী ৱানি। নঙ, নঙগী ননাও নুপীবু'সিদা লৈহন্দুনা নপামদা চৎলুবদু করিসু থোইদোকপা তৌরক্তেদনা ? নয়ুমদা লেংদনা লৈখিবা নৎত্রা ?'

'কনানা করি অমমুক হায়রবগে ?'

'হায়বা হায়দবা নত্তে। ঐনা হংলিবসি ঐ খঙবা পাম্মী।'

'ঐবু য়ুমদা লৈরুদনা কদায়দা লৈরুদগে ?'

(৬)

ঐ মীনি। থম্মোয় পাল্লি। অফ ফত্ত খন্থবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। ঐনা ঐগী অচুম চুমদা লেপচফম থোকই। ঐনা তৌরুরিবদু তশেংনা হেক লাল্লব্রা ? করিগুম্বা অচুম চুমদগী খল থাঙ্গৎতুনা ৱায়েনবা তারগদি ঐগী লৈরিবা ফিভমদা ঐ ঐগী তৌফম থোকপা কয়াদু খাইদোক্তুনা নৈনরুবা লানগনি। তৌফম থোকপা হায়বসিনা পূন্নমক্কী মাঙ থাহনবা চুম্মী। ঐ ইপুরোইবা লৈবী, মাগী হক চাওনা লৈরবী নুপীনি। থৌদোক্তুনা মহাক্কী হকপুদি কয়াদা চাওনা সিংনরবা ? মীনমখি। মীনমফম থোক্তুবা মঙোন্দা কদায়দগীনো ইহৌ অমনা নক্সিন্দুনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওরবা মীনম্বা অমা লৈহনখি। মীনমগে খন্নদি মফমসিদা লাকখিবা নত্তে।

দাক্তর খনাসিদা মহাক্সু লাইয়েংবা লাকখি। ঐগী ইপুরোইবা ৱাংলেনসু লাইয়েংখি। কুইরবা লাইনানি। হকচাং পংথদুনা উপায় লৈতবগী ফিভমদা লৈরকপা কুইরবনি। মসিনা ঐঙোন্দা চয়েৎনবা অমা মতম খূদিংদা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই। মখোয়সু দাক্তর খনাদা লাকখিবসি ঐগী ইপুরোইবদা মীনম্বা মতেং পাঙ্গে খন্দুনদি লাকখিবা নত্তে। মীনম্লুরবনিনা মখোয়সু থৌদোক অসিগা মরী অমা শাগৎতুনা

ঐনা ইপুরোইবদা মীনমখিবগী অবাবা সরুক অমদি শোয়দনা য়ামিন্নগদবনি। মসিদা মখোয় য়ারক্কদ্রা?

(৭)

ৱারীদু সিনি।

ঐখোয়গা থংননা লৈরিবা অনাবা অহলদুগী সেবা তৌবা লাক্লিবা মতৌ মনাও অনীদু মপুন্সিগী ওইনা মচা পোক্লরোই। নুপাদুদি সোয়দ্রগসু নুপীদু মমা পুক্লুংগী অশোয়বা অমা লৈ। অখণ্ড অহৈগী মোৎ মতুং ইন্না মচা পোক্লরোইদবা মখোয়গী মচা অমদি পাম্মী। মদুসু মশাগী মচা ...? মসি ওইথোক্কদ্রা? মসি নুপীদুগা হেক হেক ৱারী শান্নবা খুদিংগী তম্মী। উনবা খুদিংগী মচা পাম্বগী ৱারী শান্নদনা ঐবু খক থাদোক্তে। য়ুম পানবা হায়বসিদি মচা লোইনমক পান্নবা ঙাক্তনি। মসিনা মহাকপুসু লান্না উরুবা ঙমখিদে। মাগী ৱারীদু পুক্লিং নুংশিনা মতম খুদিংদা তাখি। অরোইবদদি মাগী খোম্থোক্তু খরা হোংলকই।

'ঐগী ইচা অমখক লৈজরবদি...।'

'অদুবু কৈদৌরগে? সংসারসিদা মচা লৈতবসি নখোয়নীতদি নত্তেদনা। মী অতৈসু পীক থন্না লৈ।'

'মসে মীনদি খণ্ডদ্রিবা। ঐনা মরম ওইদুনা মখোয়গী ধারা অসি অসুন্না অসুম খমহল্লগদ্রা? ৱাহংসি হংলকপদা ঐঙোন্দা য়ান্না চাওরবা মাগীদমক তৌফম থোকপা ইথৌ অমা নমসিন্দুনা থম্লবগুম মতম খুদিংদা খন্দবা ঙমহন্দে। খম্বরুরগসু ইশাসি ইঙম ইশান শান্দনা, য়ান্না শোম্থহল্লি। ইচং থৌনা থবক অমত্তা পায়খৎপা ঙমহন্দে।'

'অদুবু করি উপায় লৈরিবগে?'

'খণ্ডদে। মাগী অঙাং অমা লোন্না, কন্নাসু খণ্ডহন্দনা পোকপীবা ঙম্বী নুপী অমা থিসিরা হায়দুনা হেক হেক খল্লকই।'

''নুপী অমমুক থিহন্নিংবগী ...?'

'মদুমক্তি হেক ঙমগদবা মান্দে। ঐ মহাক্কী নুপী ওইনা লৈরুবনিনা ইদোম পুকচেল পিকথজরবগুম খম্বরুবদা অকিবা পোকহল্লি। অদুবু অঙাং অমা পাম্বগী হায়রুরগদি মদুসু হেক হেক খল্লি। খাইদগী পাম্বদি...।' হায়রগা মহাক য়ান্না ইকাইরবগুম তুমিন লৈ। অদুবু মখাদি তারকই, 'ইকাইবা ৱানিদা।'

'কন্নাসু খণ্ডহন্দ্রগা লোইরে। কৈদৌগে হায়য়ু!'

'ঐগী নুপাসিগী মচা অমা লোন্না পোকপীবা ঙমগদবী নুপী অমা পাম্মী। কনাসু খঙহন্দনা পোকপীগদবনি। মসিবু হেক তৌবীরবা ঐখোয়নসু অঙম্বা উপায় খুদিংমক তৌবা য়াই। লন-থুম ৱাত্তে হায়দুনা ইচাদি লৈতনা কৈদৌরুনি?' ৱাহৈসিগা লোয়ননা ঐঙোন্দা ফলপ ফলপ য়েংলকখি। ইঙ্গিৎ মচা অমা পীরকই। ঐ মতমদুদা তুমিন লৈখি। ঙাইহাক তুমিন লৈনরবদা মখা তারকই, 'নঙসু খরা ঐখোয়গী ইতেং পাংবা ওইনা মসি ঙমগদবা মী অমা থিবীরক্কেরা?'

'মদুমক হেক থিরিব্রা?' ঐসু খুমখি। ৱাহংগী ৱাহংনা পীরিবা পাউখুম অসিদা মহাক মরৌ লৈনা ঐঙোন্দা য়েংলকখি।

(৮)

তঙাইফদনা মহাক নাবগীদমক দাক্তর-খানা অসিদা লাকখিবনি। মসি মাগীদমক্নি। মফমসিদা তৌরিবা খুদিংমক মঙোন্দা নক্সিন্নগদবনি। ঐগী য়াওদে হায়বা নত্তে। অদুবু মদুদা য়াওরিবা ঐগী শরুক্তু মঙোন্দা পক্সিন্দুনা য়াওরবনি। অমনা অমগীদমক চাওরবা হক্তি লৈ। অদুনবু মতৈ মনাও হায়রিবনি। থাজনবা তঙাইফদে। চিংনবনবু মতৈ মনাও ওইরুবা য়াব্রা? মহাক নারে। অৱাবা শরুক অদুদি ঐগীসু য়াওরি। ঐ... ঐ... ঙসিদি ইদোম চিংনজে। ঐগী বুধিনা, বুধি থোকপা ঙমদে।

অদুগা অমুক্তু, মীনুংশি হায়বসি য়াম্না লুই। থম্মোয় পাল্লবনিনা মসি পোকনু হায়বা য়াবা নত্তে। নাকল অমদদি মসি থম্মোয় শোঙ্হবা মখল অমনি। ৱারী তোইনা শান্নবদগী মখোয়নীগী অৱাবদা মতেং পাংনিংলুই। মসিনা থাজবদা সাগৎখিবা মতৈ মনাওগী মরীবু নাথৈদুনা থল্লগা অরোনবা সক্তম অমা লৌখি। নাদুনা হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদ্রবা ইপুরোইবদা মীনম্বা তাহনখি। মীনমখি। মীনমদুনা মাগী সেবা থাদোক্তুনা অতোপ্পা নুপী অমা মহুৎশিন্না থ নমদুনা ঐ মখোয়গীদমক...। মতমদুদদি মহাক খঙখিদে। শুপ্লতগী হকচাং ঙমদবগী ইনাওনুপীনা ঐগী ইহুৎশিন্না সেবা তৌরিবনি হায়না খনখি। মদুই মথক্তা জ্ঞান তাদ্রিবনি ঙসিদি মহাক অশেংবা পাউ খঙলবগুম তৌই। তত্তনা হংঙি। 'ঐ কন্না নারিঙৈদা নঙনা নপামদা চৎলুবদু তশেংনা নয়ুমদা লৈকো?'

'ঐবু য়ুমদা লৈতনা কদায়দা লৈয়ু হায়রিবনো?'

'মদুই তুংদা নঙগী ননাওনুপীদুনা অমুক্তা মফমসিদা লাক্লিবা করিগীনো?'

'নঙগা থেংনদদুনা তৌরিবনি। মরক মরক্তা মহাক্তু লাকই।'

'ঐনা নাবা ফরকপসে মাগী হুমাংমনসু য়াওরিবনি। মাগা অমুক্তং ৱারী শান্নিংঙি।'

'হোই লাকপগা হায়রক্কে।'

(৯)

খঙদে। য়াম্না চমম্নে। সুম লুশিল্লকই। মশা শোনবগী মতিক পুক্লিং পিকথরক্লবা মতম্নি। চাওথোকপসু ঙমগদবা লৈতে। মীগী পুন্সিনি, মীসিংনা খন্নবা ৱাখলনা খ্বাইদগী মকোক ইথং থংনা খন্নবা ঙাক্তনি। সংসারসিদা পিক্লিগৈঙদগী তম্বীরক্লবা নুপা নুপীগী লমচৎ, অচুম অরানগী ব্যখা পুম্বা থাদোকউ হায়বা য়ারোই। মসিদা ঐগী করি উপায় লৈরি। করিগীনো ঐগী ইরাইবক সিদা অসুক নোংদম থিবা মপোক অমা তম্লম্লিবা? ঐ হৌজিক করি তৌগনি? অচুম্বদু হায়দোক্কদ্রা?

তশেংনা হেক হায়রগদি, মতমদু খ্বাইদগী চমন্নখিবা মতম্নি। য়াম্না চিংনখি। হায়দোকফম খঙখিদে। মখোয়না ঐঙোন্দা মতেং পাংবিরক্লিবগী মতিক ঐগী খোঙফমদি অসুম অসুম তপ্না তপ্না ফাজিল্লকখি। মদুসু তশেংবদি ইপুরোইবগী, লাইয়েংদ্রবদি য়াদ্রবা হকচাং অমদি অনাবা হেঞ্জিল্লকখিবা ফিভম্না ওইরকখিবনি। অদুবু মসি পুম্বসি হায়রুবা য়াগদ্রা? ঐ খঙদে। খঙননবা লম্বী অমত্তসু লৈখিদে।

(১০)

হৌজিক্তি পুন্সিসি মিকুপ অমা মকা লাম্না লেনবা য়াররোইদবগুম উরে। লানবা চুম্বগী ফিভম খন্থ খন্থরুরগা অসুম অসুম চনৈনরকপগুম তৌরকই, মসিবু করিননো?

ঐ লানখি।

অদুগসু চুমখি।

খনফম খঙদে।

লাল্লিবনা করিনো? অদুগা চুল্লিবনা করিনো? লানবা চুম্বা হায়বসি পুক্লিংদা চুখিবা ৱাখল অদুদা হৌজিক্কী ওইবা ফিভমবু চিংসিন্দুনা য়েংবনি। ঐগী ওইবা ৱানি। অদুম ওইনমক মীওইবদি মসিদগী নাম্থোকপা য়াদে।

ঐসিবু য়াম্না হেক লাল্লব্রা?

ঐনদি লাল্লি হায়রুবা ঙমদ্রি।

মসি ঐগী অসোনব্রা?

মহাক কন্না নারকখি। অরুবা লাইনানি। অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই। লাইয়েংবদা মতম শাংনা চংগনি হায়রি। য়ামদ্রবদা মপুম ফানা ফহনগে হায়বা তারবদি চহী

অমা/অনীরোম চংবা তঙাইফদে। মদুসু থা তরামুক্তি তঙ্খায় সিদুনা জ্ঞান তাদবগুম লৈরগা, লাইবক য়েংবীদা হিদাক থাগদৌরিবনি। মসিনা ঐবু করি তৌগদবনো চঙক্লহনখি। লুরিবদি উপায় অমসু থিদবা য়াদে। পৈশা য়াওদনদি করি উপায় লৈগনি? হিদাক্কী মমল তাবদা খংঙি। পুন্সিদা মদুগী পৈশাদু পায়বদি লাইরদুনা উবা ফাওবা উখিদ্রি। শোমদনা মচা ফংনিংবগী অকনবা মিৎয়েং। মচা অমত্তং মখোয়দা হেক ফংহনবীরবা ফিভম পূন্নমক..., ঐ য়াওরুদ্রবসু য়ারে। য়াম্না চমন্নে। তৌফম খঙখিদে। হেক য়াথোক্লুরো মহাক খঙলগা করি ওইগনি? অদুগা অমুক্সু ঐ লৈনা লৈনা করিসু তৌবা ঙমদ্রবগুম মহাক অসুম্মক শিহল্লগদ্রা? দাক্তরনা শুকয়া য়াররোই। খূৎ থারে হায়বদুনা অতোপ্পনি। ঐ ঙল্লোই। মফম খঙদনা মাবু হেক মুলহনখিবদি ঐহাক ঐঙোন্দা করিনো অমা তোনসিনবগুম য়ানিংখিদে।পুক্লিংদা চপ লেপ্পী। তৌগদবা পূম্বা পাংথোক্লগে লেপ্লে। হোস্পিতালদা করি শিলহৌবা ঐহাক খঙখিদে। মরক মরক্তা অঙাং মমা ওইনবা ঐ মীগী মহুৎ সিল্লুই। লৈমিন্নখি।

(১১)

'নখোয় মেমচাদু অমুক্তা লাক্রুবদি কৈদৌরে?'

'করিগীনো? ঙসিদি সোয়দনা লাক্কনি।'

'সুম হংবনি। নঙবু মতমদু য়ুমদা লৈরুবা শেংলব্রা? হৌজিক্কী খবরশিংসিনা মচিন অসুক য়াম্না থিরিবা অমদি মীগী অরোন অথুপ্তা থব্রায় অসুক য়াওরিবসি করিগীনো? ঐ খঙদ্রে। মসিনা শেন্দান লম্বী ওইবা তারগদি মীওইবগী মরীদি অসুম অসুম লৈখা তারক্লগনি।' য়াম্না মপুক্লিং নুংশিনা হায়রকই। তারুরগা লৈবা ঙমহন্দে। লাল্লুরবনিনা হেন্না হেন্না মফম খঙদনা চিংনহল্লি। তশেংবদি ঐখোয়নী অমনা অমদা মিৎয়েং তোঙান তোঙান্না য়েংনদুনা লৈরে। মসিবু করম্না শমজিন্নরুগনি? শমজিনফমসু লৈতে। অদুগা শমজিন্নদবসু য়াদে। ঐখোয় অনীসি অমত্তা ওইনা লৈগদবনি। অদুবু অমত্তা মান্নদ্রে। খেন্নবা ঙাক্তনা য়োমদুনা লৈরে। পোৎশক অমনা অনী থোক্লবগুম মচোই মচোই তাবে। মপুম ফানা খাইদোকপনা হেন্না ফরব্রা?

'মাবু করম্বা মতমদা লাক্কনি হায়রকপগে?'

'লাক্লনি।'

'হৌজিক লাক্লদবা?'

'ঐ মাবু লাক্লব্রা অস্বাইদা য়েংলুগে। নঙ য়াম্না ব্রাগদ্রা?'

'ৱারোইদা। কুইদি কুইরক্কনু। ঐ কুইনা ঙাইবা ঙম্লোই।'

মেমচাদি লাক্লে। হরাও হরাও তৌরি। করিসু খঙদবা অঙাংগী মতৌনি। মানবু করি খঙলুনি? মথোৎ কারকপগী নুংঙাইরবা আশাদা মতম খুদিংদা লুপ্লিবী মহক্নি। হরাও হরাও হংঙি।

'ইতৈ খরা ফরব্রা?'

'য়াম্না ফরে।'

'ইচেনসু করিসু থোইদোকপা তৌররোই হায়। অদুগা করিগীনো ঐবু তোইনা হংঙি হায়রিববু? ইচেনা সেবা তৌবসে পেন্দ্রব্রা?'

'সেবাদি য়াম্না ফজনা তৌবী। নচে লৈরমদ্রগদি ঐ শিরম্লগদবনি। মী কনানসু অদুম্না খক তৌবীরোই।'

'অদুগা করিগী ঐবু অমুক কৌরিবা?'

'নঙনা ঐগী নাক্তা মতম খরা হোস্পিতালদা লৈরিঙৈ মনুংদা নঙগী নচেসে য়ুমদা অসুম্মক লেংদনা লৈখিব্রা?'

'ঐদি হোস্পিতালদসু অমুক্তা লৈখিদ্রি। লাকপা ফাওবা লাকখিদে। ঙসিনা অহানবনি লাক্লিবসি।'

'নঙবু লাক্তবা ...?' মমায় ঙাংসিল্লকই। ৱাখল অরুবা অমা খনখিবা মাল্লি। ফিভম খংহোং হোংখি। মশাগী ওইরিবা ফিভম মশানা লাক্সিঞ্জবা ঙমজদে। শাউরপ তৌনা হংলকই, 'হৌজিক্তি নচেদু কদায় চৎখি?'

'মাদি লাক্কদবা মান্দ্রে। ঙসিদি ঐবু মফমসিদা লৈননবা হায়রল্লগা কদায়নো চৎখিবা মাল্লি। মফমসু তাক্লমদে। ইতৈগা হান্না হায়নবা নৎত্রা? ঐদি নখোয়নী হান্না হায়নব্রা খল্লুরে।'

'নচেবু অমুক হল্লক্লরোই হায়রম্লব্রা? কয়াম কুইনা চৎকনি হায়রম্মী।' হেন্না তপথদনা ৱাহংসি হংলকই। নুপীমচাদুনা মদুগী অরোনবা অর্থদু করম খঙলুগনি? মদুগী চপ চারবা পাউখুমদুদি লৈনরিবা ফিভমদুগী মরীদুনতা খঙগদবনি। ❑

# জগোই

ঐ করি তৌগদবনো খঙদে। থাজদে। খঙঙি, পুন্সি হায়বসি হৌখ্রগতা খঙলক্কদবনি। অদুবু পুক্লিং য়াম্না নুংশিরকই। হৌখ্রববু ফাজিন্দুনা থন্নিংঙি। থোকখিবা থৌদোক কয়াতনা তিক্সিন্দুনতা হৌহনখিবা ওইদুনসু মফম খঙদনা লোইখিবগুম হৌখিবশিংদুমক পেন্দে। অমুক্তংগা মখোয়শিংদু হন্না লাকপা তারগদি ঐ অমুক হন্না ঐগী পুন্সিনা ঐ ইশাবু নমশিন্দুনা থল্লম্বা হায়বদুমদি ঐহাক খক তৌররোই। য়াম্না থাজদে। পুন্সি হায়বা অমা লৈ হায়বসিদি ঐ য়াই। অদুবু ঐনা পুরিবনি খল্লম্মী। হিংলি হায়বদা কনাদসু য়েৎনিংখিদে। মসিদি হৌজিক্কীনি। মিৎকুপ মিৎকুপকী শাইয়োন নুংঙাইনা হিংলগা পুন্সিগী মপুং ওইবা পম্বুংনি খনখি। ৱাখলসিমক্লনি ঙসি ঐবুসু ওৎলরিবা। অহিং অমত্তা মিৎ কক্লা অমত্তা উইসন্নিংবা পোক্তে। ৱাখলনা ঐবু ঙমদুনা অসুম লৈ। হিংখিবা মথেল খুদিংমক ঐবু ওৎচনবা তাখি। হিংবসি ঐ য়াম্না হৈনদ্রে।

মসিগী মহিংসিদা ঐ করিগী হিংহনবীরিবনো? অসুক মফম খঙদনা হিংগদবগী শরুক পোক্লমদবনা হেন্না ফৈ। মসি কনাদা তাইনরুনি? হৌজিক্সু হিংলি। হিংলিবনিনা আশা কয়াদি তৌখিবা য়াই। অদুবু অশা তৌরিবনি হায়দুনা সমুদ্র ঈসিংপগী আশা তৌরুবা য়াখিগদ্রা? মসিদি ঐ ঐগী ঙমগদবা পান্দম অমদা তৌগদবনি। মসিনা ঐঙোন্দা তত্তনসু খম্থহল্লি। চরাংনহল্লি। মসিদা হিংবগী মথোই অমনা ফৈজিল্লক্লবগুম শিজরুবা ঙমজদে। নৎত্রগদি হিংনিংবগী ৱাখল খম্থবা ঙমদ্রবা ঐহাক্না মতৌ করম্না হিংদুনা লৈরমখিগনি?

নোংমা আশা য়াম্না লৈরম্মী। ইপা অদুনা পোকপনি। ইমা অদুগী মচানি ঐনা কয়াদা চাওথোকচৈ। পোংজৈ। নুংঙাইজৈ। করিগীদি নুংঙাইরোই। ইপা অচৌবা পুলিস ওফিসারনি। ইমা কলেজ অমগী ওজানি। মফম খুদিং ইকাইখুম্নবগী ইকাইখুম্নবা ঙাক্তনি। মসিনা মরম ওইদুনা থাম্নানসু ঐঙোন্দা ঙে ঙে ঙংলখিবনি। মদু নৎত্রগদি মা ঐ খঙনরমদবা য়াই। অদুগা কায়নবসু কায়নরমদবা য়াই। হৌজিক্তি

মহাক লৈরগসু লৈত্রগসু ঐঙোন্দা কয়াদা চরাংনহল্লবা? খঙনরুবগী খ্বাইদগী তমথিবা হায়বদু মসিনি। খ্বাইদগী ইকাইবা নংহল্লিবসু মসিননি।

ইমান্নবা খুদিংমক্তা খঙঙি। থাস্না ঐখোয়নী নুংশিনরম্মী। খরা হেন্না তিন্নবা ইমান্নবা কাংবুনদি মাবু পাউথোকপী, 'মাবু লৈশাবীরা? অদুরা?' মসি ফনা য়াম্না ইকাইনিংঙাই ওইদুনসু ঐহাক ইকাখিদে। মহাক ঐগী নুপীনি। হৌজিক লৌদ্রিবা ওইরগসু ঐগী হক য়াম্না লৈরবা নুপীনি। মসিদা নত্তনা মখোয়না পাউথোকপীরিবা কয়াসিনা অমুক্কা হেন্না মহাক ঐহাক্কী মরী চেৎশিলহনগনি। মসিনা অমত্তা ওইবা মানবা খরা লৈ। পুন্নমক্মি ওইদুনসু ইমানদি হেক উবদগী মহাকপু কয়া পামদবগুম তৌই। শক চান্নদ্রব্রা খঙদে। 'ফি থুংদ্রবা স্কৎ অমা হেক সেৎচিল্লদনা। করি ফজে হায়দুনা তৌজ সারিনো? মমাদুসু নুপা অহুম মরিদা ময়ুম পাল্লি হায়নৈ। পামজদে। তুক্কচৈ।'

'মতমগী হায়দুনি। শাউরুন্নু ইবেম্মা।' পাবুংদি খুম্মী। ইখঙ খঙনদনা অদুম্না মীচং চংবিবদুদা পুক্লিং খরদি চাওথোকচৈ। নোংমা মফম ইখঙ খঙদনা থাস্নাসু কোইরকই। ইমুংগী মী অয়াম্বা লোইনা লৈরি।

'নমানা থাস্নাবু অসুক য়াম্না শাউরিসি শক ফজবা নমাদগী হেনবা অসিননিদনা। মী হায়সিদি মশা মশাদগী অহেনবা অমা হেক লাক্লবদি শাউবনি।' পাবুংনা ইমাদা লক্লশিল্লী। থাস্নাসু তাই। ঐসু তাই। মোমোন নোক্লা, 'নখোয় পাবুংসি য়াম্না নুংঙাইথোকপা মী মাল্লি।'

'নোংমা খঙনবা ওইনা কোইমিন্নরুগেরা?'

'চো! নঙসিদি...?'

'নকুবোক্ক কোইমিন্নববু কৈদৌই হায়বগে?'

'ইকাইদ্রো?'

'কৈগী ইকাইরিবা?'

'নঙ ওইরবদি ইকাইরোইদ্রা?'

'ইকাইরোই। নখোয় ইমাগা নোংমা কোইমিন্নরুগে? ইমানা য়াগদ্রা?' মহাক তুমিন লৈখি। ঐদি মাবু লক্লবা ওইনা, ফাগী ওই, করি ওই পাবুংদা হায়রুই, 'পাবুং থাস্নাসি নখোয় ক্লবতা অমুক্তা পুবীয়ু। জগোই শাবা য়াওনিংঙি হায়রি।'

'মাবু জগোই হৈব্রা?'

'য়াম্না পাম্বনি। হায়জবা ঙমদবগী তৌবনি।'

'মানবু ইকাইরোই হায়রবদি পুবীগে।'

ঐখোয়নীগী ৱারীসিদা ইমাদি য়াম্না শাউখি। পাবুংনা নুপী নহাগা তত্তনা জগোই শামিন্নবদা ইমানা হায়দোকপা ঙমদনা খ্ খু কাম্মী। মসিনি পুন্সিদা তোর্বন্দ কায়বা থোনবগী ৱারী। মথং মথং চেষ্টরক্লিবা ঈচেল।

থাম্না লৈজবী থাদুনা কেরে। নুপীনা মচুম তাবমখৈ কেরবদি খ্বাইদগী পাবা ফি-রোল সিজিন্নৈ। নুপাশিংনা, মরুওইনা পাখংশিংনা য়েংনিংঙি। অদুম্না ইরাং অমা লৈনা কেবসি থাম্নাদদি অমুক হেন্না ফজহল্লি। য়েংবগী পেনবা নাইদে।

'পাবুং ঐ লাক্লবনি। ক্লবতা পুবীনি হায়দায়?' থাম্নানা হংখি।

'অসেংব্রা?'

'তঞ্জদ্রা পাবুংসে?'

'অদো, ৱা অমদি...। ক্লবতদি নঙ মী লোয়নবা হৈনিদনা। ঙম্লোইদবা লৈরগদি চত্তবনা হেন্না ফৈ। হায়বদি লাকমিন্নরিবা মী খুদিংমক ...মপা মচাদি অমুক্তা জগোই শামিন্নবা ক্লবতা লাকমিন্নদে। জগোই, পার্টিদা মপা মচা জগোই শামিন্নবগী চৎনবী ক্লবতুদা লৈতে। নঙ হোরেল ইকাইগদবা লৈরদি মুন্না খলহৌবা ফৈ।' পাবুংনা তুমিন হায়খি।

'ঐ নুপীনি। চৎমিন্নরগদি চৎমিন্নরিবা মাগী মফমদা ঙম্নমক শিন্নদুনা মানা হেক হায়রিমখৈ য়াদুনা চৎলবনি। চোপ্পা চোপ্তবা মানা সিনবীবগী মখা পোল্লে খন্দুনা চৎলিবনি। চোপফম্নগে খল্লগদি খঙদে।' মাসু লোন্না খুমখি।

ঙসিদি অনৌবা মওংনি। ময়াম পূন্না য়েংনৈ। ইখঙ খঙহৌদনা এসঃ পিঃ নাওবীগা জগোই শামিন্নরিবী মসক মতৌ ফজরবী, থাম্নাগী মিৎ থক্লবা মতৌ, স্লো দান্স য়েংবদা ক্লবতা লৈরম্বা মী কয়া কলক্লে। করিসু ইহায় হায়দনা চহী লেঙ্গাগী খল্লগা মিহৌবা পোকহল্লি। নহা ওইরিবী মহাক্ক, মপাগুম্লবা মহাক্ক লৈনবা মাল্লবা অপাম নুংশিগী মরীদা কনাসু করিসু হায়নদে। হেন্নদুম চৎনবী ওইহল্লি। নুংঙাইমিন্নরগা, পেম্থোক্লগা পূন্নমক য়াইফম্নগদবগুম ঙম্নমক খন্নৈ।

'ৱারব্রা থাম্না?'

'ৱাদে। য়াম্না নুংঙাই। অসুক নুংঙাইবা জগোই পুন্সিদা শাখিদ্রি।'

'অদুদি মথং' মুক ঐনা জগোই শামিন্নখিসি হায়রবদি নঙ শোয়দনা লাক্কদ্রা?'

'শোয়দনা হৌবীরক্লদি লাক্কনি। হৌরক্কনি হায়বদি থাজদে।'

'ঐবুদি শোয়দনা হৌরক্কনি।'

জগোই লোইরক্রে। থাম্না পেলহৌদ্রমাল্লে। অমুক্তং পেম্না কোল্লম্মী। মমিৎ নুংশিনা য়েংজখি।

খল্লি। ঙানবা মখোয়নী নুংশিনরিবনি হায়দুনা নুংশিনরিবসি কদায় য়ৌসিনখ্রবজাৎনো? ঙানবনবু থাম্না শোয়দনা লৌরগদ্রা? ঙসিদি ঐগা কয়াদা নুংঙাইনা জগোই শামিন্নখ্রবা? ক্লবতুদদি ঙসিগী মতৌদুনা ঐগী অরোনবা নুপীগুম...। মসিদবু অমুক মাবু ইমৌ ওইনা লাকপা তারবদি ঐহাক করি ওইগনি? মা-ঐ পুন্না খঙবা মীশিংনা মসিবু করি হায়নগনি? পুক্সি হায়বসি হিংবা মতমদদি ইথস্তগীনি মহায়। অদুবু মসিনা কোসল্লিবসিদি য়াম্না পাক্লবা মরোন মরোনগী মরী অমা য়াওরি। করিনুংগী ঐবু থাম্নাগা ক্লব অদুদা জগোই শাজরুবনো? করিগী তগৎ-তগৎ তেকপা উনশা উরগা পুক্লিং ফাথবা ঙমদ্রিবা? ঐনা ঐ ওইজবগী পাঙ্গল করিগী লৈত্রিবনো? খঙদে। পুক্লিং মথুম মরাং হৌরকপদা ইকাইবগী শক্রোন মফম খঙদনা চেনখি। হৌজিক্কা করিগী লাক্লি?

'পাবুং থাম্নাদু জগোই কয়াম কুইনা শারম্মী?'

'শারমদ্রে। য়েংলগা তল্লমাল্লে। নঙবু মহাক লৌগে খল্লিরা?'

'খঙদে। তম্বদি ঙমদে। মা নৎত্রগদি য়ুম পানগদবা...।'

'নখোয় ইমানদি য়াখিদ্রেদা।'

'ইমানা য়ানিংববু কনা নৈরিবগে?'

'নপুক্লিংনবু খোইদারবদি ফৈ।'

পাপ হায়বদু মসিরা? ইচানুপানা অসুক পামজনা লোয়নরিবা মঙোন্দা করম্বা ঐগী ভূৎ অমা তোংসিনখিদুনা ঐঙোন্দা অসুক নক্সিল্লরিবনো খঙদে। থম্মোয়দা য়াম্না খোইরাংহল্লি।

হন্দক মরক্তি থাম্নাসু পাবুংগা য়াম্না তোইনা চৎমিন্নবগুম তৌরি। ঐনদি মখোয়নীবু ইফোং ফোংনা চিংনবা লৈতনা খঙনহনখিবনি। মসিদা অরোন অথুপ অমত্তা য়াওদে। করিগীনো মখোয় অনী চংদুনা পুন্না ঐঙোন্দগী লোৎলিবা? মসিনা অরোনবা থবক অমা লৈরব্রা তত্তনা চিংনহল্লি। চিংনফম থোক্তুবা চহীগী খেন্নবা য়াম্না লৈরবা মখোয়নীনি। মসিবু চিংনবা য়ারিব্রা? তৌবগীদি ওইরম্বসু য়াই। অচৌ

অশাংগী মচা মশুত্তবু পামজবা মহাক্কি। অচৌ অশাংদি করম্না পান্নোই? চহীদা অহল ওইজরবসু ৱাখলদা নহা ওইরিবা, ক্লবতা তত্তনা শিল লাংদুনা, নুপী নহাগা তোইনা পুন্নিবা মহাক্না থাম্নাগুম্বী ফজরবী নুপীদি পামফম থোকই। মসিননি তত্তনা পুন্নিবসু। ঐগী ৱাখলসি করিনো অমা তৌরে। মহাক ঐবু হেক পোক্লিবা ইপানি। মসিবু খলহৈরিব্রা? অদুগা থাম্নানা ঐগা তৎন-থানদনা নুংশিনরিবনি। ঐগী ৱাখলসি লাম্লে। ঐ লাম্লে।

লাল্লি। অদুবু চুম্লম্বা য়াই। ইমানসু তত্তনা হায়, 'ইবুঙো নঙবু মদুই নুপীদু নত্তবা অমত্তা লৈত্রব্রা? মমিৎ য়াম্না য়ামগনবা, খুদোংচাবদা লেম্না থাগদবা নুপী নত্তে।' মসিমক্না থাম্নাবু ইমানা কৈদৌঙৈ য়াখিদে। ঐগা চৎমিন্নরুব্বা নুমিৎ খুদিংগী চৈ। পাবুংগা পুনখিবদা খূ খূ কাম্মী। ৱারী অমত্তা শান্নবা য়াদে। মসিদা ঐনা শেরান তুরান, ইমাবু অসুক খনবনব্রা খনখি। ঙসিদি ৱাখলসি মওল মওল খলহল্লি। নোংমসু পাবুংদা, 'নঙনা তৌরিবসি করিনো? নচা নুপানা লৌরগনি খঞ্জরিবা নুপীনি। নহা ওইনিংবগী ইনিন্না চিংখিদুনা অফ ফত্ত হায়বদু অমত্তা খম্বা ঙমদ্রব্রা? সংসারসিদা মদুদগী হেন্না চোপ্পা লৈত্রবনি। শোয়দনা চোপ্পরক্কনি।' হায়খিবা ৱাহৈশিংসি তারুরগা হেন্না খনফম খঙহন্দে। খল্লুরগা, থাম্না অমুক্তং উনরগা অচুম্বা অমা খঙদোকপা ফৈ খল্লকই। মখোয়রোমদা চৎলুই।

'থাম্না, য়াম্না কেন্না। কদায়দনো? ক্লবতরা?'

'ঐদি লাইরি। নঙদুম কদায়দনো?'

'নঙ উনগে খন্দুনা লাকপনি।'

'ঙসিদি ঐ থবক অমা লৈরে। নুমিৎ অমদা উনরসি।'

'পাবুংগা উনগদৌরিব্রা?'

'নঙ ঐঙোন্দদি ফত্তনা খনগনু। লৈনরিবা নঙ ঐগী মরীদা মদুনা য়াম্না থাজদবা মালহল্লি। অহলদুদা বদনাম তৌরগা নঙোন্দা করি কান্নে? মদুই মথক্তা মহাক নঙবু হেক পোক্লিবা পাবুংনি।' ঐগী ৱাহৈদা মহাক য়াম্না শাউনা খুম্লকই।

'করিনো নঙনা হায়রিবদু? মদুদি নঙনা নবুক মনুংদা ফত্তবা খন্দুনা ঐঙোন্দা ফৗরক তানা ৱা ঙাংলিবনি। ঐদি নখোয়নীদা করিসু খন্দে। নঙনা পামজবা জগোইগী ৱানি। করিগুম্বা ঐনা নখোয়নীবু  থাজবা ঙম্লমদবা তারবদি কৈদৌঙৈদা খঙনহল্লম্লোই। হৌজিক্তি ঐহাক চিংনৈ। ঐনা করিসু ইহায় হায়দ্রিঙৈদা নঙনা

অদুক য়াম্না শাউরিবা করিগীনো? নঙ অমদি মাগী মরক্তা য়াম্না লোনবা মরী অমা তুমিন নখোয়নীনা শাগৎলব্রা?'

'নঙ ঐবু য়াম্না থাজবীদে।' ৱাহৈসি হায়রগা মহাক কপথোরকই। কপ্পা-কপ্পা মখা তারকই, 'থাজবা হায়বসি পুক্নিংদা কন্না পক্তুনা লৈবা কনখ্রবা লাইনা অমনি। মীওইবদি মসিনা মতম চুপ্পদা হুমদুনা পুখ্রগদবনি।' য়াম্না থম্মোয় শোক্রবগুম শুৎ-শুৎ লাওবা মখোল তারকই।

'সে। লম্বীদা কপকনু য়াম্না ফজদে। নঙনা হায়নিংবা পুম্বা হায়বা য়ানবা কদায়দনো অমা চৎলগা ৱারী শানরুসি।'

'ঐ ঙসিদি থবক অমা লৈ হায়রেদনা।'

'নঙগী থবক্তু য়াম্না লুব্রা?'

'লুবা লুদবা চৎলগে থোরক্রবনি। ঙসিদি নঙ শাউরনু। নুংশিরবদি নঙ কুরিসু চিংনফম থোক্তে। নুমিৎ অমদা নঙগী অপাম্বা পূন্নমক পাংথোকপা য়াই। নঙোন্দা ঐনা ঐগীনি হায়বা করি খাক্তুনা থমখ্রে। হৌজিক্সু অপাম্বদুতা হায়য়ু। ঐগীদি লোইনমক শেম শারি। নঙদা লেংদনা লেপ্পীয়ু। ঐদি নঙসে যাম্না কিজৈ। চৎলু চৎলু মফমদা থৌনা উৎথোকপা ঙম্বা নখোযগী থৌনাদুনা ঐগী পুক্নিং লৈতাহনবা ঙমহন্দে। নঙনা শোয়দনা ঙমগদবা অপাম্বা নুমিৎ অমা হায়বম্মু।'

'হযেং . . .।'

'য়াই। ঐদি ইয়া য়াই। নঙগী ৱানি।'

'অদুদি শোয়দনা ঙসিগী পূংফমসিমক্তদা...।'

'শোইবদি য়ারোই। অদুগা ঐ কুইনা ঙাইবসু ঙম্লোই।'

মসিবু পাবুংগা মরী লৈনরমগদ্রা? মরী লৈনবগদি...। অমুক্সু অসুক লাইনা ঐগা উনখিসি হায়বা য়ারক্কদ্রা? মরী লৈনদ্রগনা মখোয়নীগী থবক্তা অদুক লোন্না তৌবগী অর্থ করিনো? ফৈ। হয়েংদি অরেপ্পা অমা খঙনরগনিদনা। হৌজিক ঐ চোপ্পা য়াদে। ইখুৎ চপ্লিঙৈদা নাম্থোকহনবা য়াদে। ফাব্রা-চিংব্রা হেক্তা পুরক্কনি। চোপ্পা তারবসু ঐ চোপকদবা নত্তে। পাবুং চোপচগদবনি। ঐনা পামজবা নুপীদা ময়াই থৎচবগী চোপচবনি। মমৌ ওইগদবা নুপীদা কারন তাজবগী মীমাং ফমজবনি। মদু ঐগী নত্তে। মসি ওইদুনসু ৱারী অমা হান্না শানহৌবা ফব্রা? কান্নদে। থোকঅ থোকঅবা মরাইনা লাকচনি।

'অদুক থেংলক্লিবদি করিগীনো? কয়াম কুইরে খঙব্রা ঐনা নঙবু ঙাইরিবা? নঙনা ঐগী অৱাবা উবীফম থোক্তে।'

'নখোয় ঙানবা উনদুনা নাম্থোকপা য়াদুদুনা তৌরিবনি।'

'ঙানবা উনরবদি ঐ উনদ্রসু য়ারে অসিরা?'

'মদুই নত্তে। মানা য়াদদুনা তৌরিবনি। ঐখোয়নীবু মওং অমদা চিংনব্রা খঙদে। উনদবা য়াদে হায়দুনা তকই। ঐনা য়ামন্দবদগী থোরক্লবনি। হয়েংদি উনদবা য়ারোইদৌরি। করি হায়গদবনো খঙদে। ঐসে ইঙাউ ঙাউরবনি। ইচোপ চোপ্নব্রা খঙদে। ঙসিসু মাগী মওংদো ইতুংগা ইন্নরমদুনা তোক্কনি। করিগীনো খঙদে। ঐঙোন্দা য়াম্না চিংনহল্লি।'

'মা উনরবদি লাক্কবসু তোকপা য়াদ্রা?'

'মসিদা নঙনা অমুক শাউরবদি ঐ কৈদৌগদবনো খঙদে। নঙনা শাউবসি ইতোমতা ওৎচবগুম তৌই।'

'ঙসিদি লঞ্চ লৌরগা অদুম হল্লসি। ঐসু ইচিং চিংনৈ।'

ঐখোয়নী হোতেল ইমোইনুদা চুমদ্রিং চৎমিন্নরে। ইঙান ঙান্না ঙানবা ঐখোয়না চংখিবদা য়াম্না থাজদনা ব্লেক কোফি অমা থক্লদুনা ইরেম লেন্না ফমদুনা লৈরম্মী। পুক্লিংদা কিথি কিরুম তৌনা হায়দোকখি, 'নখোয় ঙানবা লৈনহে।'

'মা উহনবা য়াদে। লোন্না চৎখ্রসি।' হেক হায়রকপগা খুৎলৈ থুনা অমদি কিনা লোন্না থোক্নবা হোৎনরুই। অদুবু কান্নবা লৈখিদে। মহাক ঐখোয়নীদা শংত্রিক য়েংলকই। পুক্লিংদা য়াম্না কিবা হেঞ্জিল্লকই। পাখৎপা অমা য়াওনা করিসু হায়নদনা ঐখোয়নী থুনা থোরক্লে। ❑

# ৱারেপ

ঐসু নুংঙাইতে। মখোয়না নুংঙাইত্রিবা' দুদি সুপ্নতগী অপিকপা মিৎয়েং অমগী ৱাখলদনি। হকথেংনরিবা ঐগী ফিভম, পুরিবা ভার অসিদি মখোয়না মচেৎ অমা ঐঙোন্দগী লৌথোকখিবা নত্তে। মখোয়না নুংঙাইত্রিবশিংদুদি ঐঙোন্দা অহেনবা ভার অমদুম হাপচিনবনি। মফমসিদা লাকখিবসিসু চনৈনবা কয়াগী মথক্তা, ফজরবা লৈই অমা চিংদুনা খোঙফম শেম্লকখিবনি। মসিদি মপাম্ছোংদা উরিবা সিখল্লা লোইবা নত্তে। মসিগী মনুংদা মফম খঙদ্রবা ঈচেল অমদি য়াওরিবনি। পিক্লিঙৈদগী লৈমিন্নরক্লবা ইমা-ইপা, ইবুং-ইপ্পা, ইচে-ইনৈমশিংদুগা শাগৎমিন্নখিবা আশাশিং চুম্না মরী থদৎপদা নত্তনা মরু ফুক্তোক্লম্লিবনি। অদুগা হৌজিক অমুক শাগৎমিন্নবিবা আশা অসিসু মহাম তাহল্লগদ্রা?

ঐ অঙাং লৈতে। মসিবু ঐনা শাবা ঙম্লা? মীওইবগী পীথোক পীশিন হায়বসি, মী-মীদুনা অঙম্বা অদুতমক খন্নফম থোক্তব্রা? মসিদগী হেনবা কয়া দাবীনি হায়দুনা দাবী তাক্লক্লবদি মীদুনা কবি পীগনি? করি তৌগনি? পীগনি মীওইবনা পীবা ঙম্বা, ইরোই লোইবা খুদোল, থৱায়সি পীগনি। ঐনা লেপখিবা, ঐগী ৱারেপকী মমলদি ঐ লৈহনগনি। পুক্লিং, হকচাংনা পীথোকখ্রবা খুদোলনি ঐগী হকচাংসি। খুদোলসি অমুক হন্না পুদুনদি ঐ হল্লরোই। পীথোকখ্রবা পোৎ অমা অমুক লৌথোক লৌশিন শান্নদুনা মমল চানদবা থবক অদুমদি ঐ থক তৌররোই। হৌখিবগা খ্বাইদগী নক্লবা ফল অদুদা পুম্নিগী ওইবা ৱারেপ ওইনা তাহল্লগে।

ঐ হায়বা লাকখি।

'কোফি অহুমদং পুথোরকউ; ইবেম্মা।' পাবুংনা হায়রকই।

ঙসি পুথোক্লিবা কোফি অসিনা অতোপ্পা পুম্নিগী মরক্তা ঐগী পুম্নিসি শমজিনবা হৌহনগদৌরিবনি। মসিনা হৌখ্রবশিং অদুবুদি শায়োল অমা ওইখ্রগনি। মসি নুপী ওইবীশিংগী তাইবংপান্নি। কফি পুথোকখিবদা, মখোয় লোইনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। পাবুং থোকখি। ইমা ঐখোয় পূম্না, নুপী ঙাক্তা ফমহৌই।

'হৌজিকসি মৌ হায়বা য়াম্না লুরবনি। থায়না ঐখোয়না লৈশাবী পুংকক ফারকপা মতমগা খেন্নরবনি।'

'কৈনোনে ইচেনা হায়রিসিবু।'

'হৌজিক্তি পুন্সিসি য়াম্না নিংতম্নরে। অপাম্বা পোৎ হায়বসি মীনা পীহল্লক্কদবা নত্তে। ইশানা খনগদবনি। ঐখোয়গীদি ইশা ইশা য়ানজবা লৈজরে। অপাম্বা অমমুক ইমা-পাবুংনা খনবা তারগদি ইমা পাবুংগী ওইনবদি য়াই। ঐখোয়গীদি হায়নবীরুরনু হায়না নহাশিংসি কন্না হায়নরক্লে হায়য়ে।'

'ইবেম্মা নঙসু করিগুম্বা হায়বা লাক্লগদি মসি হায়গদ্রা ?' ৱারী শাবমখৈ শাকৃরগা ঐঙোন্দা নমহং হংজিল্লকই। ঐ করি খুমগনি ? তুমিন লৈ। খজিংক্তুংদি ইকাইবগুম নোকখিব্রা ?

'ইচাগী শকসি ইংখ্রেদা।' অমনা মখা তাবকই। মখোয় ঐগী ইতৌদ্ খঙমল্লে। 'নঙনা কনা অনিংবা লৈদুনসু লাক্লিবা ঐখোয়বুদি চোপহনগনু।' মখোয় অঙ্গম/মরিদু অমুক অনীবক্তা নত্তে হঞ্জিন-হঞ্জিন লাকখি। ঐগী পুক্লিং হেক ওনবমখৈ ঙাংলম্মী। ঐঙোন্দা মহাক অমা লাপ্পখিবগী পুক্লিং শোঙ্গবিবা মতমদুদা ঐগী পুক্লিংসু পুম্নমক ওনখি।

নিংতম্না লৈজবম্বা যুমগী ৱাখল থাদোক্তুনা যুম অমগী মৌ ওইকনবা পুক্লিং ফিবেপ হোংদোকখি। যুম অমদগী যুম অমদা লৈকবা হায়বসি তবাইবা থবক্রা ? মসি হান্না লৈবম্বা মওংদগী পুমহোং হোংগদবা ৱাফম্নি। লৈকগদবা মফমদুগী তঙাইফদবা শকক খবদা ইদোম চুশিন্নবা তম্বা তাই। ঐসু তেমখি। হৈনদবা কযা হৈননবা হোৎনখি। হৈনবকপা কযা মফমদুগীনি খন্না থাদোকখি।

থাজদনা রিতা লাকই। য়াম্না থাজখিদে। ঐগা হেক কলেজদা কা হেন্না লাংখিবদি মহাক্তনি। অরোন অথুপ লৈনখিদে। নত্তে। মাগীদি খঙদে। ঐগীদি মঙোন্দা শিং নান্না খঙহনখি। অদুবু ঙসিদি খরা লাপথোক্লবে। কলেজ তম্বা লোইখিবদগী উনখিদবা কুইখ্রে।

'হিংচাবী নঙ লুহোংলনি হাযনা ?'

'কনানা হায়রিবা ?'

'নখোয়' মানা চংলকপদা হায়রকই। অদো বিক্রমদি কমদৌবি।'

'মাগী ৱা ঐ খঙদে। তাবসু তাবোই। তানিংদ্রে। খঙনা চান্নবগী মবীদা ইকাইখুম্নবা

লৈত্রবা মাবু ঐনা, ঐগী মী ওইনা করম উবা ঙমগনি? মরী লৈনবা হায়বসিদি তঙাইফদবা খঙনবগী মশক খরদি মতম চুপ্পগী ওইনা ঙাক্কদবনি। ইকাইখুম্নগদবনি।'

'পাউ অমদি হায়রমসিরা তৌবনি।'

'মাগী ওইরবদি হায়রম্লনু। মাগা মরী কায়রকপদগী নঙ ঐদসু কায়রকপা য়াই।

ঐগী মওং মা' খঙই। তুমিন লৈ। হায়নিংবা ৱাদুগী মহূৎ ওম্থোক্তুনা ৱাহং হংলকই, 'অদুদি নঙ লুহোংবা তারেনে?'

'করি তৌনি? য়ুমদা সুম লৈবসু ইমুংনা য়াগদবা লৈতে। য়ুম পানগদবা লৈরবদি, হৌজিক্তি অমদা পাল্লবসু, অমদা পাল্লবসু ইমান্দা মান্নরে। মসি খল্লগদি ইমা পাবুংনা পামজবা মফমদা লৈরুবনা হেন্না ফৈ। মসিদা ঐ লেপ্লে।'

'নঙ অমুক্তং লানখিবগীদমক অদু য়ৌনা ফিরেপ অমা লৌদুনা শাউবদি ফত্তবনি।'

'ঐ শাউদে। শাউরুবগীসু কান্নদে। ঐ মীওইবনি। লানবদি লিশিংলক লানবা য়াই। লাল্লগে য়াওনা থওইনা লাল্লরুবদি ঐ খাংবা ঙমদে। মসিদি নঙসু ৱারৌগনু। মঙোন্দসু ফন্নবা তম্মু। ঐদি শুকশাউ শাউদে। লিম্থোইসু ফৈ কৈনো?'

'নঙনদি লাল্লরোই।'

ৱাখলদা চপ চাবা ফিরেপ লৌখিবনি।

মতমদুগী ৱারেপ্তু অমুক থুগাইখিগদ্রা? খনখিবা ফিভমগী ওন্নতৈনবদা ঐ য়ুমদা হল্লসিরা? ঙসিদি ঐগী ৱাখলনা ঐঙোন্দা অদুক্কী মতিক চনৈনহল্লে। অমসু লোইদ্রিঙে অমগী ৱাখল হেক্তা লাকই। মফম খঙদনা ওল্লি। মসিগুম্লবা ফিভম অমগী ৱাখল ঐগী পুক্নিনা খক লামশিল্লুদে। পুক্নি হায়বসি নোংমা অমা লোইরগা নোংমা অমমুক লাক্লুনা মথং মথং শমজিন্নখিবা ওইদুনসু, মফম খঙদবা, থৌদোক কয়াদি খঙহৌদনা য়াওশিল্লকই। ঐবু পামজরমখ্রবা মখোয়না হৌজিক্তি ঐবু খ্বাইদগী য়মৌনবগুম হৈনদনা য়েংলি।

'করি চাগে হায়দুনা, মফম চাদ্রে খঙলমক্তদা অসুম মফমসি কনশিন্দুনা থম্লিবনো? মসি ঐ মায় কয়া চানরোই।'

মায় চানদবগী ৱাহম্থোক হায়বসি, লৈরিবা ফিভমদুনা থোকহনবা নত্তে, ফিভমদুদা ফিভম অমা শাগৎপনি হায়বসি মহাক খঙনিংদে।

'ইমা কৈদৌরে?'

'কৈসু তৌদে। নথৌদুম তৌরুচো।' শাউনা খুন্নকই। মতৌদুদা করিগু খঙজিন্নদনা ঐ তপ্না চংলে। শোলহৌবগুমদি তৌই, 'হুম নুংশিব্রা ? ঐখোয়দি খারে। নুংশিনি হায়দুনা তৌরিবা ওইরমাল্লে। নঙগী ৱানি হায়বদি খঙজিন্নদবা শারদনা শাগৈ অসিনা নঙোন্দা খৱদুরা নঙনা পাল্লিবসি ? ৱাখলদি ইখন খন্দ্রদনা।'

করি উপায়নো ঐগী ? মসিবু ঐনা পামজৈ হায়না খল্লুব্রা ? মহৌশানা ঐগীদমক তম্বীরম্বনি। পুন্সিনা পুন্সিদা তম্বীরকপা খুদোল অমনি। খুদোলসি ঐ হরাওনা লৌরগনি। মায় লৈদুনা অমুক চেল্লরোই। ঐনা সংসারসিদা হিংলিবসি মসি মায়য়োক্লনবনি। মসিদা শিন্নখ্রবা ঐনা, মসিনা শিল্লকপা থৌইনসিবু অমুক অপাম পামদ খন্দোকখিগদ্রা ? পীরক্লিবা খুদিংমক পামজনা লৌগনি। খুদমসিতনা হিংলি হায়বসু উৎকনি।

নুপা ময়ুমদা লৈতবা য়াদে হায়নদি ঐ খক হায়খিদবনি। ঐবু ইয়ুমদগী মখোয়না হন্না হন্না কৌরখিবনি। মসি থোক্লবগীদমক মখোয়না ঐবু কৌখিব্রা ? মতমদুদা অদুক পামজখ্রবা মখোয়না ঐবু অমুক অসুক শাথিনা ইষ্টোকপা ঐ য়ানিংদে। মখোয়না কৌখিবা পূন্নমক মখোয়গী আশাদুনি। ঐবুদি নত্তে। ঐবুনা আশাদুদা য়াওবা পোৎচাক্লি। হৌজিক্তি মখোয়গী পোৎচাক অদু মগুন য়ৌরমদ্রে। কান্নদ্রে। তাস্থোক্লগে। 'সি নৎত্রা, মখোয়গী ৱা ? ঐ... ঐবু ...। ঐ পুক্লিং য়াম্না নুংশি। মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা অহোবা অসিবু মেনশিল্লু হায়রবদি করি উপায়নো ঐনা তৌগদবা ?

নুপা নুপী অনীনা লুহোংলিবসি, নুংশিনবা, নুংঙাইবা ঙাক নত্তে। মসিদা মৈহৌরোলদগী চৎনরকলবা চাদা নাওদাগী শরুক য়াওরি হায়বসি ঐ য়াই। মসিগী শরুকসিসু য়েংদুনা ঐসু মৌ ওইখিবনি। অদুবু ঐ চাদা নাওদা শন্দোকপা ঙম্লরোই। ঐগী হকচাংদা অশোয়বা খরা লৈরে। পুন্সিচুপ্পা অঙাং অমতা লৈররোই। ঐগী ইনাকোং অসিনা ৱা অসি তাবদা তু চুংখি। পামখিদে। সুকপাম পামখিদে। অদুবু কমদৌনি। পাম্বা পামদবা থিরম্বা য়াদ্রবা হকচাংনি। মসিদি লৈরিব মওংসিদা অসুম্মক লৈরগদবনি। মেদিকেল সাইন্স চাওখৎলকপদগী খরদি হোংদোক হোংজিন য়ারবসু পূন্নমক হোংদোকপদি ওইথোক্তে। পাঙ্গল শোল্লবী ঐনা মসিগীদমক করি তৌরুগনি। হায়বদি ঐসু হায়রুরবনি।

'নুপী অমা থিরোদনা।'

'নঙ লৈরিবসিদি ! পুন্সিদা য়াম্না দরকার লৈবা পোৎ নৎত্রবদি কৈদৌবগী অহেনবা অমমুক তাল্লুগনি। মদু ঐ য়ানিংদে।'

'ঐদি ইচা উররোইদবীনি।'

'নচা লৈতববু সংসারসিদা নতোমতরা?'

'অদুবু শাগৈ অসিদি কমদৌবা?'

'ঐ শিবদা ঐগী শংসারদি, ওইনিংবা ওইরবসু শিখ্রগদবনি। হিংলম্বা পুন্সি হায়বসি হিংলক্কদবদা শমজিনবা নস্তে। মীওইবনা উগদবদি হিংমিন্নবগী মশক অদুনি। হিংলিবসিগী ৱানি খ্বাইদগী মরুদি। হিংলি হায়দুনসু হয়েংগী ৱা হায়রুবা কনানা ঙমগনি?'

'ইমা (ইনেমপোক) নদি...।'

'অহন্নিদনা। মখোয়দি উরিবসিনা পুন্সিনি। করিদা মখোয় থাজরিবনো খঙদে। মগু উনিংৰ্বদি লৈ খঙই। খঙলিবা মওংদগী হোংদোকপ ঙম্নরোইদবনি। নঙনা লোয়নবা খরদি হৈগদবনি।'

'নঙগীদি অপোকপী ইমানিনা ফৈ। ঐঙোন্দদি...।'

'নঙসু ঐগা মান্নহনগদবনি। মদু নৎতনদি ঐখোয়বু মঙোন্দা চংলুবা য়াখিগদ্রা?' য়াদে। ওইথোক্তবা ৱানি। মীওইবদি পোক্লক্লগা হঞ্জিনবা খক য়াররোই। মদুগী মথক্তা লুহোংখিবা হায়বসিসু মীয়ামগী মিৎয়েং চংখ্রবনি। মিয়েং অসিদগী হন্দোকহনবা তারগসু, মীয়াম মমাংদা তোপ তোপ্পা খুদম অমা নমশিনখিবদুগী খুদমদি লেংদনা লৈরগনি। মসিদগী কমদৌনা হনজিল্লগনি?

খল্লুবদা অসুম চিকই। নুংঙাইতে। কলেজ তম্লিঙৈদদি অসুম্না অমুক্তা চিকখিদে। নুংঙাইতবা লৈতে। ইমান্নবা অমা নৎত্রগা অমদি হেক্তা ৱারী শাই। অয়াম্বা মতমদদি রিতাগা শানখিবনি। রিতাদি কমদৌরমগনি। উনখিদবা কুইরে। পুক্লিং শোম্বৰা মতাং কয়াদা মাতনা হেক হেক থেম্বীখিবনি। লৌথুপ লৌকোই য়াওদনা লুনা তিন্নখি। নির্শিংলকই। য়ুম পানবসিনা ঐখোয়নী লাপথোক্লবগী মরুনি। ইহ! ঐনা উরিবসি করিনো? চংলকলিবসি রিতা নৎত্রা?

'হিংচাবী! কদায় চৎলুই? হৌজিক্তা নঙ শোল্লল্লিবনি।'

'থাজে। শোল্লমগনি। ঐনা ননাক্তা হেক লাক্লুবদি উনরদবা নঙনা ঐ তশেংনা শোনব্রা?'

'হিংচাবীসি থাজদ্রিমাক্লে। নঙ লাকপসি য়াম্না নুংঙাই।'

'নঙগী নুংঙাইনবদি ঐ অদুম তৌবনি। নঙতনবু ঐ কাওথোকপীবনি।'

'নঙগী ৱাসি...। কান্নদে। নঙবু কদায় চৎলুরিনো?'

'নখোয়দা লাকপনি।'

'ফিজোলদুদা থাজরনি?'

'নখোয় মখাথংবসিদা শোরাৎ অমা চৎলুনি।'

'মখাথংবদা ... ? কনাগী?'

'ইচৌ খঙদ্রা? ইচৌগীনি।'

'মাগী শোরাত্তু ঙসিরা?'

ইচৌগীসু মচাদি লৈখিদে। নুপীদদি অশোয়বা অমতা লৈত্রগসু মহাক মশাদা য়াদে। ইচেদু (মাগী নুপী) অয়াম্বা মতমদা মথৱায় নুংঙাইতনা লৈ। মতম খুদিংদা করিনো অমা খনবগুম তৌই। মতৌদুনরা খঙদে শোন্দম নাতম্না উখি। মনেম মকুনা লুনা তৌবীবদি মহানি। মদুমক্সু ইচেনা অকনবা ৱা অমতা ঙাংবা ঙমখিদে। চিনবান্না ঙাংগদবা ৱা পূন্নমক থনুংদা য়েশিনখি। ৱা মাংহনখি। মীওইবগী অশাউববু অথোৎপা লৈ ওম্বোক্লবদি কদায়দগী মৈনো? মর্দুদি উন্নি। গঙ্গোত্রিদগী চেঙ্করকপা গঙ্গাগী লুরবা লাইজনি। ঙসিদি ইচেদু কৈদৌরমগনি। লাইজদু সুম থক্কুনা পুক কংখৎলমখিগদ্রা?

'ইচেদু নুংঙাইবল্লোই।'

'য়াম্না কপি। মচা মশু লৈত্রবনিনা মা মফমদুদা লৈবা নুংঙাইখিগদ্রা খঙদে।'

'করিগী নুংঙাইতবনো? মখোয়দি মদু তৌগনি হায়বা খঙলবনি।'

'নঙদি কমদৌনা খঙলিবা?'

'লৈকাইনি কৈনো? মদুই মথক্তা নুপী অনী/অহুম অমসু হান্না থিরম্লবনি।'

'মরাইবক থিখ্রেদা'

'থিবা নত্তে। থিহনখিবনি। ঐগুম্বীদি নত্তে।'

'হিংচাবী নঙগী ৱাদুবু কৈনো?'

মাগী নুপীশিংদু অমতা কুইনা লৈরমদে। ইচৌসু অমা হেক চৎখিবগা অমা হেক্তা পুরকই। মৈতৈ লৈবাকসি নুপী থিবা হৈতবা কাংবুনা নুপী থিফম খঙদবনি। থিবা হৈবা কাংবুদদি য়াম্না হোংবজাৎনি। লেপ্তুনা হেক্তা পুরকই। করি মওংনো খঙদনা খৎনবা ইতৌ তৌদনা নুপীশিংদু হেক হেক চৎখি। অহানবদদি লৈকাইসু করিনো খন্নখি। কুইদে জ্ঞান অদুম তারকই।

'ইচৌদু মশাদা লাইনা অমা লৈবনি। ঐসু লৈব্রা খঙদে। অঙাং অমা য়োক্লগে?'

'নঙবু...?'

'উম।'

'মদুদা য়াম্না নুংঙাইত্রা?'

'নুংঙাইতে।'

'করিসু খল্লুরনু। লাইবক্তা তন্নম্বনি। নোংদম্বনা ইরকপবু নঙনা ঐনা তম্বা ঙম্বা নৎতবসিবু নুংঙাইত্রগা কৈদৌগনি? মহৌশাগী উদসু উহৈ পান্দবা য়াম্না লৈ। তাইবঙগী ৱাদি তাইবঙদা তাইনফম থোকই। নঙনা মদুদা ৱারগা কৈদৌরুনি? মীওইবদি মহৌশাগী ফিভমগা খক শিংনরোইদবনি। য়াশিন্নবা হোৎনগদবনি। উপায় লৈত্রবীগুম লু-লুক্লা লৈগদবা নত্তে। থোকল-থোক্লবা হায়দুনা থাদোক্কদবসু নত্তে। সমাজ অমা হায়বসি ফিভম ফরবা মখোয়খক্কী নত্তে। সমাজদু ওইহনবদা মী মখল শুনা য়াওরিবনি। মদুদা, খক ঐখোযনা সমাজদগী নাথৈরোইদবনি। মদুমক তৌবব্বদি নাইতোম তাখিনি। মদুই মহুৎ, সমাজদা নকশিন্না, খোঙদাফম থিগদবনি। কান্নবা পীমিন্নগদবনি। নঙনা নঙগী লৈমিন্নরিবা পুম্বগী খনবা হায়বসি মী ওইনা পোক্লবগী খ্বাইদগী চাওনা মায় পাকপনি। সমাজদা নঙগী খুদোল তৌরবনি।'

'মদুনি হায়দুনসু, মহাক্লা ঐবু ইহোক্লব্বদি কমদৌবা?'

'ইহোক্লোই। কৈদৌঙেদা ইহোক্লোই। লৈবাকমচা তাবা মী অমতনা মদু তৌগদবা নত্তে। ইহোকপা তারবসু, মদুদা শিংনরিবদু নঙগা নত্তে। মহৌশাগী অশোনবশিংগা মুক্লজবনি। থম্মোয়দুদা মহৌশাগা মান্নদবা থম্মোয় পাল্লম্বনি। হিংবদি কৈদৌঙেদা খক মহৌশাবু য়েক্লবা ওইনা লৌবোইদবনি। পিক্লিঙেদগী নক্লদুনা, মানা য়োকপীরক্লবা ঐখোয়নি। মসি কাওথোক্তুনা ঐখোয়না অমুক মাবু ওৎখিগদ্রা? মীনদি মদু খক তৌরোই।'

'চুম্মী। মাসু মীনি। ঐসু মীনি। ঐখোয় মী ঙাক্তনি। মীগী ৱানি ঐখোয়না ঙাংনগদবসি।' ❑

# উসিন

ঙসিদি অঙাংসি য়াম্না নুংশিরে। মফম খঙদনা পংনোক্তা নোকই। য়েংনিংদুনতা লৈ। মীশক খন্দনা মী অমনা হেক পল্লিমখৈ য়াই। মহাক উবদা কনাসু লমদন্দবা য়াওদে। মমা মপা ওইরুবা মখোয় কয়াদা হরাওজরবা। থবক খজিক হেক হাংলকপদা লক্লে। পোৎ অমমুক পী। অমমুক মুল্লি। অঙাংদুসু উরিবা খুদিংমক মনাক্তা থল্লনবা ইঙ্গিৎ অমা হেক্তা তৌরকই। মীগী মতৌ পংতমদা তম্মী। শান্নবগী হাকলেংদে। মসিনা মমা মপা ওইরিবা মখোয়বু পুমঙাউ ঙাউহল্লি।

অঙাংসিগী ব্রাখল হেক খনবা হৌখিবা মিৎকুপ্তগী চপ চানা মমা ওইবগী তৌগদবা খুদিংমক তৌখি। ফন্না কুইনা য়ুমদগী মপান থোকখিদে। মৈনীং কুমদুনা লৈখি। ফন্না ব্রাজদুনসু? য়াম্না হরাওজখি। পামজবা অমদি হৈনিংবা পূম্বা পুথোক্তুনা খ্বাইদগী ব্রাবা, অঙাং অমা য়োক্লকপগী মতম অদুদি হেন্দোরক্লে। খ্বাইনা পাম্নবা, নুংশিরবা মতম অদু যৌবক্লে। অদুবু কদোমদগীনো মফম খঙদবা পাউ কয়া তত্তনা তারি। সংসাব হায়বসে য়াম্না ঙকই ঐগী ফিভম শেম্নবগী মফি শেম্নদুনা মতম খুদিংদা লৈ। ফিভম হেক ফরকপগা হান্না লৈরম্বা ঐ ঐগী ফিভম অদু কাওথোকই। মসি সংসাবগী থাঙ্গৈসেংবা নিয়ম হায়বদু ওইরমাল্লে।

ব্রারীসি ময়াইদগী হৌবে। মফম খঙদবা য়াই। সিনি ব্রাহৌ। মেমচৌবী মেট্রিক থাখ্রে। মদু তা নত্তনা দিভিজন কানা লাক্কনি হায়বসি মমা মপাগী থাজবনি। করম্নদি লাক্লোই? মমা মপানা অযুক নুমিদাং খায়দনা সবজেক খুদিংগী ওজা অমমম থমদুনা লাইরিক তাকহল্লি। শেন পাযবগী হৌনবী লাইরিক্কীনিবু হায়রবদি ইয়াদা য়াই। মসিদবু কুমথনা লাক্লবদি মপুঙ্গিদা মহাক করিসু ওইদবা তার্বনি। মকোক মথং তাদ্রিবা অসিদুম ফত্তে হায়নিংঙি। মাবু ফত্তে হায়বা নত্তে। মমা মপানা থাজরিবদুদগী হেন্দোক্লা ফৈ। শুম্নমক্তবু হাযবনি। রিজল্ট লাওথোরকপা মতমদা লৈকায়দা মচা ফবগী ব্রারী কয়া লী। মচা ফবা হায়বসি নুংঙাইবজাৎনি। মসিননি মমা মপানা অঙাং শেম্বা তান্নরিবসি। লৈকায়না কলক্লৈ। পাউ তাবগা মচা মশুদা চৈ থাংঙী, 'মীগী মচাদি অদু তৌই। অদা তৌই।' অঙাংদুনা হোৎনরিবগী মতিক মমা মপানা লৌরিবা ভার পূম্বদি মমা মপা ওইবা কয়াসিং অদুনা মমুৎ তানা উশিল্লুবা ঙমদে।

মতম খরা লৈরগা মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎখ্রে। মবা মপাউ করিসু তাখিদ্রে। য়াম্না নুংঙাইনা লৈখ্রমাল্লে। মমান্নবা মমান্নবীশিংদদি চিঠি নুংথিনচিংবা থারক্রমগনি। য়াম্না লাংবা পামজবনি। করি থোক্রমগদবা খঙদে। লৈফম্নগা বেঙ্গলোর ওইসল্লে। শোয়দনদি লাংলমগনি? মশাগী লৈরিবা ফিভমদি ইখন খন্দনা ইষ্ট-ৱেষ্টকী ৱাখল ইচং চংদ্রবা মওংদুদা করি থোক্রমগদবা? অদুবু মমা মপানা য়ারি। লাইরিক হৈরবনিনা মাবু থাজরি। করিসু থোইদোকপা তৌরোই। মশানা মশাগী দাইত্ত্ব লৌজবা ঙমজরিবা মঙোন্দা করি অমমুক চিংনফম লৈরি? কনা লৈত্রবা মফমদা লাইরিক তম্বা হায়বসিদি মশা মশানা মশাগী হক পূম্বা পুজরবনি।

হন্দক মেমচৌবী ইম্ফালদা অমুক থোরক্কুনা লৈরবদি মাল্লি। মমান্নবা অমত্তগা উনা খোৎনবদি তৌদে। করি তৌরবা জাৎনো? অখঙবা মীনদি হায়নৈ, 'মবুক কংলে। থা কয়াগীনো খঙদবা অঙাং অমা মবুক্তা য়াওরে।' মাবু লাইরিক তম্বা চংখ্রগা ময়ুম পানবা তমদুনা লৈরবজাৎলা? নৎত্রগদি মবুক্তা অঙাং য়াওরকপা য়াবা হৌনদে। লৈফমগী, ইষ্ট-ৱেষ্টকী ৱাখল কয়া চংদবী মহাক্নি। ঙসিদি করি থোক্লে? পোৎ হায়বসি মশক মুন্না খঙলগা পোত্তুগী মগুন লেপ্পবদি মশক লেপ্লিবা মহাক্কী মগুন হেনগৎপদা নত্তনা পোত্তুগী অসেংবা মসক্সু উবা ফংঙী। মদু নত্তদুনা মফম খঙদনা সিজিন্নরিবনি খন্না সিজিন্নবখক ওইবা তারগদি পোৎশক্কুগী মগুন হস্থরকপদা নত্তনা মগুন লেপ্লিবা মহাক্সু মশাগী ওইফম থোকপা মশক্কুগী হস্থরকই হায়বসি মেমচৌবী উরগা খঙবা ঙল্লে। লাইরিক ফনা য়াম্না তম্লবনি। অদুবু লাইসু য়াওরমদবা হায়বদুদা তারে।

ঙসিদি য়া য়া লাংদুনা অঙাং উনবগী কৈরোন লৈকায় চংদুনা হরাও তয়ামদুনা লৈবাক পূংজাও থিনগদবা, অসোয় অঙাম অমত্তা হেক লৈহন্দবমখৈ মেক্সিনগদবা মতমসিদা নাশোন পিক্না কনা তাখিগদগে, কনা খঙখিগদগে খন্না লোন্না নমশিনগদবগী হোৎনরি। মী খঙখিদনবা কুপ্না শেন্নরি। শেন্নরিবা মখোয়মক্সু থৌদোক্সে খঙনিংদবনি অদুবু খঙদবা য়াদবনিনা খঙলরে। মসিতা নত্তনা পৈশা চাওনা পীদুনা নর্স অমা নেক্কুনা অঙাংদুনা তাইবংদা হেক খোঙদারকপগা অঙাং অদুগী হেক লৈরিবা মরী-মখোঙ পুন্নমক তাইবংদগী মুৎথৎখিনবা অকনবা শরৌ শিন্নরি। মসিদা মরাল লৈজদ্রবা মদোম হিংবা ঙমদ্রিবা অপিকপা থৱায়দুগী করি মরান্নো? মেমচৌবীগী লম হেল্লবা পুক্নিং ৱাখলবু মশানা ৱারকপা ঙমখিদবগী মরাল পুন্নমক অঙাং অদুদা তাইনবীবা চুম্রা? পুন্নমক্সিদি খঙদে। খঙবা ঙম্বা হায়ববু, অঙাংসিনা তাইবংদা হেক খোঙদারক্লবদি মাগা খ্বাইদগী নক্লবা কয়াদি মীওইবগী

চৎন-লোনচৎনা নোরোক্কী লম্বীদা খোঙ থাংবা হৌহল্লগনি। তাইবংদা মায় থাঙ্গত্তুনা চৎপা ঙম্লরোই। মসিননি অঙাং অসিবু অদুক্কী মতিক পামদ্রিবা। কনা খঙহন্দনা, লোন্না, অঙাংসিগী খোঙ্গুল খুদিংমক অমত্তা খাক্তনা মুখৎপা পাল্লিবা।

মেমচৌবী অমুক হন্না উখিদ্রে। চহী মঙামুক হৌখ্রে। মুসুক মুসুক ঙাংনরম্বা অরোনবা ৱারী তপ্না তপ্না মাংখ্রে। মদুতা নিংশিংদুনা লৈনবা নত্তবনিনা কাওনখ্রে। শক্তি য়াওদ্রগদি হিংবা কৌদবা পুন্সিদা শক্তি পায়ননবা হোৎনবা হায়বসি মশানা তারবা ৱাফম্নি। ফনা নুংশিদুনসু শক্তি মাংজগদবা থৌদোকশিংদি থওইনা কাওথোকপা হায়বসি তঙাইফদবনি। মেমচৌবী হান্নগী মফমদা লাইরিক তল্লি। তশেংনা হেক মাবু লাইরিক তল্লিজাৎলা খঙদে। মী খরনদি মাবু মফমদুদা লুহোংখ্রে হায়নৈ। মসিবু চুম্লিজাৎলা। লৈকায়গী মরোই মমান্নবী কনাসু খঙহন্দে। করিগুম্বা লুহোংলমবা তারগদি ঙরুগনি। কনাসু থাজরোই থাজদনা নোংমা মাগী নুপানি হায়দুনা ৱাং চাওরবা মসক মতৌ ফজরবা ময়াং নুপা অমা থোকমিন্নরক্লে। অমদি নোংমা লোন্না কনা খঙহন্দনা লোৎশিন্দুনা থমজিনখ্রবা ৱারী অমা ফুং ফাওরকই।

হেক পোকপগা কনা খঙহন্দনা, মিকপ খোঞ্জেল অমত্তা তাহন্দনা অচৌবা ফি অমনা য়োমসিন্দুনা অঙাং অদু, মাইবা, মাইবী, দাক্তর অমত্তা য়াওদনা সুপ্নতগী নর্স অদুত্না মমা মচাগী মরী পূন্নমক থদত্তুনা পুখি। মমা ওইবা মহাক্স্থু জ্ঞান মচেৎ অমত্তা য়াওদনা লৈহৌই। মচা ওইবা মহাক্স্থু ইমম মন্না চৎখি। অসুম্না য়াম্না লোন্না কনা খঙহন্দনা মমা মচাগী মরী থদৎখ্রবা কয়াদুগী মরী নৌহৌনা থিবা হৌরক্লে। কনা খঙহন্দনা অমুক মমা মচাগী মরীদা খোঙ্গুল লিরকই। মতমদুগী করিসু কান্নখিদ্রবা কোম্থিদু ঙসিদি কোনশেংদগীসু হেন্না শেংলক্লে। মাতবু ফংননবা অঙম্বা উপায় সিজিন্নবা হৌরকই। তশেংবদি মসি লাইবক্লা ওইরম্বা য়াই। অমুক হন্না অঙাং উননবা লম্বী মেমচৌবীদা ঈশ্বরনা খক পীররোই। মসিনা ধারা নলাগী ৱাফমদা মেমচৌবীবু ওৎলি। মদুই মথক্তো, ইমুংদুদা ভারাদা লৈদুনা মতম কুইনা মচানুপাগা নুংশিনরকপা মওং মাগী মনেম মকুনা অমত্তা চিৎথদনা খঙডি। মসিনা অঙাং অদুবু কদায়দা লৈখ্রে? কমদৌখ্রে? নঙবু অঙাং হাৎপা মীহাৎপীরা? হায়দুনা মনেম মকুনা তত্তনা হংঙি। অঙাংদু অমুক্তংদি উনজগে অসিনচিংবা ৱাহে কয়া তত্তনা শিজিন্নে। মনেম মকুগী ৱাহৈসিংসিনা মেমচৌবু খাংবা ঙমহন্দে। খল্লি। অঙাংদু তশেংনা শিখ্রব্রা? করিসু ইতৌ তৌদবা শারদুনা 'নশুনুপাদু নঙনা হেক হাত্তোকখিব্রা? হিংলগদি মবোক্সা লৌবমক লৌরুদ্রগসু উবতদি উনিংঙী হায়রি। মশু উবা ফংদনা শিরগদ্রা হায়না নিংঙমদনা শোন্দুনতা লৈ। হিংলগদি মরী মখোঙ অমত্তদি ঐঙোন্দা খঙহনবীয়ু'

মপাদা হংঙি। মসিনা মচানুপীগী ৱাহৈশিংদু তাদুনা লৈবা ঙমখিদে। অঙাংদুগী অশেংবা মরী মখোঙ খঙননবা তত্তনা থিরকই। মানা মশুবু মাংহনখিনবা নেকখিবা নর্স তোম্বীবু উনরুই, 'ইচে তোম্বী, হন্দক্কী মতাংসি নঙনা অমুক্তুংগা চানবীখো।'

'ঐ নঙোন্দা কমাইনা হায়গদবনো খঙদে।'

'অঙাংদুদি তশেংনা হিংলিবা নৎত্রা?'

'মচা পোক্তুবা মমা মপা অনীদুনা মচা শক্লা য়োকখ্রবনি। নুমিৎ থা য়েংবগুম য়েংদুনা লৈরিবনি। নঙসু খল্লু।' মসিদা নর্স তোম্বীনা খঞ্জবা অমা লৈ। হৌজিক মাবু উশিল্লা? পামদবা মতমদা মখোয়গী অৱা অনা কয়াগী থৈদোকফম। অদুগা পাল্লক্রগনা মখোয়গী নিংবা থুংননবা...। মসি মহাক য়ানিংদে। কনাসু মসি য়ানিংলোই।

'অদুবু অমুক্তুং উনজবদি কায়দেদনা ইচে।'

'মখোয়না অঙাংদুদা য়েংলুবা হায়বসে ঈ মরী অমগা লোয়ননা য়েংলুগদৌরিবনি। অদুগীসু মথক্তা মমা মপানি হায়গদৌরিবনি। মসিনা অঙাংদু য়েংবা হায়বসি তরাই তরাইনা খক লৌরুবা য়ারোই। মসিদি অচুম অরানগী মথক্তা থম্মোয়গী চাওরবা ৱাথোক অমা য়াওগদৌরিবনি। নঙোন্দা থোক্লকপা মতমদা মসি যানিংগদ্রা?'

'ইচে তোম্বীনা হায়নির্ংলিবসি...?'

'চুন্না হায়বা তারগদি, ঐ নর্সনি। অঙাং অমা যোকপদা খ্বাইদগী ৱাবা মতমদু ঐহাক খঙঙি। মতমদুদা মমা মপাগী পষ্খেদা খ্বাইদগী মনুং হুঞ্জিন্না অঙাংদুনা চংশিনখ্রবনি। হৌজিক্তি খ্বাইদগী নুংশিনা অঙাংদু মখোয়গী থম্মোয়দা চুশিনখ্রে। মসিদবু কমদৌনা অঙাংদু মহাকপু পোকখিবা মখোয়না পাল্লে পীরকউ হায়দুনা হায়রুগদৌরিবনো?' মসি ঐ ঙমগনি থাজদে।'

'ইচেনা মদু হায়দ্রগসু, অঙাংদুগী লৈফমদি হায়বা য়াইদনা।'

'খঙদে, ঐ করি হায়গদবনো?'

'খঙদে হায়ববু করিনো? ফজনরিঙৈদদি পংফদ ফজনবনি। ফজনদ্রবদি য়ান্না ফজনরোই।' মতম অমদা য়ান্না নৌথরল্লবা মহাক্কি। মাগী খুসিন থৌরাং মখাদনি অঙাংদুগী তোঙাল্লবা মবাইবক অমা নোংদম্বগী মওংদা তম্বীখিবদু। নৎত্রদবু কনানা লম্লানবা অমগী মখাদা পীথোক্লুবা ঙমগনি? মাদি মখা তারকই, 'ঐদি হান্না হায়হৌরিবসিনি। করিগুম্বা ফজনা হায়নবসিদা য়ানদ্রবদি অঙাং য়োম্থোক্লম্বগী দাইত্ত্ব পুম্বা ইচে তোম্বীনা পুগদবনি।' ❑

# শীংনবা

থাজখিদে। থাজদবা অদুমক্লা ওইখিবা ফিভম অদুমক অমুক হল্লকপা পামহল্লি। চৎথ্রবা খোঙচৎ অদুনা পুন্সি অসিদি শুমজিন্দুনা থম্বীরম্লে। থাজখিদে হায়বা ৱাহৈসি মতমদুগী অপংবা য়াওরবা ৱাহৈনি। মতমদু অমুক হল্লকপা তারবদি ঐ অরেম্বদা অমুক মাংহল্লরোই।

করিনো ঐনা খল্লিবসি?

ঐসিবু কৈদৌরবগে?

পিসিসু অমুক তারক্লমাল্লে। খঙহৌদনা অমুকসু কপ্লিংলক্লে।

শাউনিংখি। ইপুরোইববু ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাওনা লৌতুনখিবা মীশক অমা ওইনা উখি। নুপা য়াওদনা নুপী অমবু লুহোংবা ওইথোক্কদ্রা? লুহোংবা হায়বসি নাকল নাম্মতগী ওইবা পোৎশক নত্তে। নুপা-নুপীগী অপুনবা খোঙবুনি। মসিননি ঐগী পামজববু পূন্নমক মাংহনখিবদু। মহাক লৈরমদ্রবদি ঐহাক, ঐগী নুংশিজবা মহাক্কা শোয়দনা থুংনরমগদবনি। ইমা ইপাগী পামজবদুনা ঐবু মঙোন্দগী খক লাপথোকহনবা ঙম্লোই। ঐগী ৱাশক কায়হনখিবদি মহাক্কনি। নোংমা বসন ঐখোয়নী হায়নৈ।

'মেমচা নঙসে ঐগা থুংনগদবা মান্দে।'

'নঙনা পুক্লিং অদুক শোষ্থরিবা করিগীনো? থম্মোয় শেংনতা লেপ্লীয়ু। থুংনবা হায়বসিদি অরাইবনি। পুকচেল শেংনবসিনি লুরিবদি।'

'ঐদি লেপ্লবনি।'

'মদুমক্লা অশেংবা ওইরবদি, মিকুপসিদগী ঐখোয়নি থুংনবগী পম্থুংদা চংশিনবা হৌরবনি।'

ঐখোয়নি লেপথোক্লখি। মিকুপতুদা অরেপ্পা ওইহনখি। মসিবু অমুক কায়রকপা মতমদা তরাইথোক্লা লৌবা ঙমগদ্রা? থম্মোয় য়াওনা কয়থ্রবগুম উখি। কনাবুসু থাজরকখিদে। সংসার অসিদা থাজবা য়াবসি করিনো? ৱাহং অসিতা হংলকই।

থাজবা অমসুং থাজদবা অনীসি করিদা খেন্নরিবগে? অনীসিগী মান্নফম অমা মতম চুপ্পগী থিখি। চপ চাবা পাউখুম অমদি ফংখিদে। ৱাখলদদি তশুনা লাকই।

"মহাক ঐগী লম্বীদা শীংনরকপা খ্বাইদগী চাওরবা মচাক অদুনি" হায়না। ৱাখলসিমক্না লমজিংদুনা লৈমিন্ন-লৈমিন্ননা ঐখোয়নী কৈদৌঙৈ খক শমজিন্নবা য়াখিদে।

'ঙসিদি নঙ ওফিস চৎখ্রগনু।'

'ঐবু য়ুমসিদা কৈদৌরগা লৈয়ু হায়রিবনো?'

'খঙদে। হকচাংসি য়াম্না ঙমদে।' মহাক কন্না নারকখি। ময়াং কংশিল্লকই।

'হকচাং ঙমদবদি কুইরদাইনে। হকচাং ঙমদ্রগা ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো?'

'নঙ ঐবুদি করিসু নুংশিদ্রব্রা?'

'নুংশিবা! মদুগী ৱাহং অদুদি মীনম্বনি। ৱাহৈ অদুমক নঙনা শিজিন্নবা তারবদি সংসাব অসিসু তাইওন্নরগনি। নুংশিবা খঙবা মীদি, নুংশিবদা ইকাইখুম্নবা থমগদবনি। ঐগীসু নুংশিবা লৈ হাযবসি নহাক মমাংদা খনখিব্রা? মতমদুদা নঙনা নুংশিববু ইকাইখুম্নবা ঙমখিব্রা? ঙমদ্রগদি হৌজিক্তা নুংশিবা খঙলক্লিবা করিগীনো? থম্মোয়বু করিগী অদুক মফম মতম নাইহল্লি? থম্মোয়দি মতম চুপ্পগী থম্মোয় ওইগদবনি।'

'মদুম্না খল্লগদি করিগী নঙনা ঐঙোন্দা লুহোংলক্লি?'

'মদুদি, ঐগী শাগৈ-নাতৈ, মরুপ মপিজাশিংদা নঙবু, নঙনা কলকহনখি। মখোয় পূম্নমক ঐগী মাইয়োক্তা লেপখি। হিংবগী শরুবু চপখাইহল্লি। মসিগী তাইওন্নবা মওংদা অনৌবা চায়েং অমা মখোযদা য়েংহন্নবা, মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি অসিনা খুদম অমা পীননবা মফম অসিদা ঐহাক লাক্লিবনি। হৌজিকসু খুদম অদুমক উৎলি। উৎখিগনি।'

'মদু ফনা ওইদুনসু, মীওইবদি, মীওইবা ওইনা মরী লৈনফম থোক্তব্রা?'

'ওইজবা লৌরমদাইদা লৈরকপা মীওইবগী মরী! মদুনা হেন্না তুক্কচৈ।'

'নঙ ঐবু শুকথা থাজদব্রা?'

'থাজে। নঙনা ঐবু থাজবা মওংদুদা ঐনসু নঙবু থাজে। ঐসিবু লাইধি মানব্রা? ঐগীসু থবায় পাল্লি।'

'ঐ পূম্নমক খঙঙি। মতম লাক্রগা নঙবুসু খঙহনগনি। মতমদু ঐ ঙাইরিবনি। ঙসিদি ঐ য়াম্না ৱারে।'

'ঐসু ঙসিদি ওফিস কাদবা য়াদবনি।'

ফি-রোল তনশেৎ শেৎতুনা থোরক্লে। মাসু কন্নদি খান্নক্তে। পুক্লিংদা করিনো চিংনবা অমদি পোকখি। ঙরাং অহিংদি কন্না নাহেবনি। করি থোক্লগদবা খঙদে। ঐবু মসি খনফম থোকপ্রা? মানদি ঐগীদমক করিসু খনখিদবনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ঐগী থম্মোয়বু মচেৎ-মচেৎ তাহনখি। পুন্সিদা অদুক ৱাখিবা মিকুপ অমুক্তা থেংনখিদ্রি। মতুংদা থেংনরক্কনি হায়বসু থাজদে। মসিগীদমক লমন অমদি খুন্নমখিগে। অদুগা করিগী ঐগী পুক্লিংনা অসুক শোন্থরক্লিবনো? ঐনা মঙোন্দগী করি পুরুদুনা তৌফম থোকপা ইথৌ অমা লৈরিবগুম খল্লক্লিবনো? মহাক ঐগী কনাসু নত্তে। চৎনবীনা নমদুনা ঈথৎ অমদা পুন্না থনম্বতনি। করিসু লৈতবা, লুহোংবা হায়বা থৌদোক মচা অদুনা ঐগী জ্ঞান মাংহনবা য়াদে। কনাগুম্বদদি মসিনা মাংহল্লম্বা য়াই। লাইরিক তমদুনা সংসার পুন্নমক্কী জ্ঞান ফংলবা ঐঙোন্দদি মসি ওইথোক্লোই। মসি লৈনা লৈনা করিগীনো মফম খঙদনা য়ুমদুদা হন্নিংলক্লিবা! ঐনা হনখিবদা মাগা লুনা তিন্নজবা রোসন্না শেবা তৌদুনা লৈরম্মী। ৱারী শান্নরম্বা তাই।

'নঙনা নশা ঙমদ্রগা করিগী অমুক নঙগী নুপীবু ওফিস কাহনখ্রিবনো?'

'ঐনা মাবু করম থিংবা ঙমগনি! মাসু মীনি। মাগী অপাম্বা লৈ।'

'মদুম্না খল্লগদি করিগী মাবু লুহোংলুরিবনো'

'ঐনা ঐগী ইমা ইপাগী তোনশিনখিবা লমন খরদি মখোয়গী অপাম্বা মওংদা ঐহাক শিংদোকপা পাম্মী। মসিনা মাবু পাম্বা পামদবা ঐঙোন্দা লৈতে। নঙসু খল্লু, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা কমদৌনা লেল্লকখিবা? মদুমক্কা মখোয়গী ৱা ঐ হিকতোকপা ঙমখিদে। মসিমক ঐগী য়াম্না লানবা খোঙথাং ওইরম্লে।'

'মদুনা ফনা য়ুম্ফম ওইখি হায়দুনসু হিংলিসিগীদি করিসু খনফম থোক্লা?'

'নঙগী ৱাহংদুদা ঐ করি খুমগদবনো খঙদে। অদুবু মীগী থম্মোয় শুদত্তুনা হিংবদি পামদে। মদুই মথক্তা ঐদি কনাগী মফমদগীসু নুংশিবা নিগে খন্দে। মসি নত্তবা ৱাফম অমদি খল্লি।'

'করি খল্লিবা?'

'মানা ঐবু য়াদ্রিবা মওং অসিমক শেংলবা থম্মোয় অমগী মমি তারি। করিগুম্বা অসিগুন্নবা মাগী পীথোকখ্রবা থম্মোয় অসি অমুক লৌশিল্লক্তুনা ঐঙোন্দা পীরকপা তারবদি ঐবু মানা কয়াম নুংশিরক্কদবা! মদুমক ঐহাক য়েংবা পাম্লি। অদুবু মদু ফংগনি হায়বদি থাজদ্রে।'

'হায়হৈদে। মদুগুম্লবা ব্লা খক হায়গনু।'

'কনানা অশিববু থিংবা ওমখ্রবগে?'

ব্লাহৈশিংদু তাবদা ঐ খাংওমখিদে। তাশোম্না থিবগুম থোকখি। রোসনসু ঐ চংলকপা উরমাম্লে। তুমিন হন্দোকখি। ঐনা শীংনরি খল্লিবা ব্লাখল অসিগী তাইওম্লবা ব্লাখল অমা মাগী লৈরম্মী। মীওইবগী মরী হায়বসি কৈদৌঙৈদা ওমখৈ অমতদা খক লৈতে। তোঙাল তোঙাল্লবা, মপান নাইদ্রবা থম্মোয়গী ঈথক্লা মপান নাইদনা শন্দোক্কুনা লৈ। সমাজগী মিৎয়েংদা থল্লিবা নুপী অমগী মিৎয়েং অদুমক ঙাক্লা ঐহাক অমুক হিংবা তারিব্রা? ব্লাখলসিমক খন্দুনা মাগী মনাক্তা চংখি।

'য়াম্না ব্লারব্রা?'অহানবা ওইনা ব্লাহংসি হংলুবদা য়াম্না ঙক্লা ঐবু য়েংলকই। ঐদি মখা তাখি, 'কৈদৌরে। অদুক মুন্না য়েংলিবদি?'

'খঙদে। নঙসে মতম চুপ্পগী য়েংনিংদুনতা অসুম্মক লৈ।'

'নঙনা অসুন্না য়েংননবা ঐ ননাক্তা অসুম লেংদনা লৈরগনি।'

'ঐ মসি কয়াম কুইনা ফংগদগে খঙদে।'

'নত্তে। নঙ য়েংখিগদবনি। ঐগী হেক লৈজবা পুম্বা নঙোন্দগী থক্তোক্লকপা মমি ঙাক্তনি। মমিনা কৈদৌঙৈ মশা য়াওদনা লৈবা ঙম্লোই। নঙ চৎখিনু। ঐবু অহিংবা মরক্তা মমি তাদুনা হিংহনখো।' ইনশিল্লুবা য়াওদনা ব্লাহৈশিংসি থোরকখি।

'চুম্মী। নঙ য়েংখিগনি। সংসার অসিদা ফজবা খুদিংমক্কী মচু তাহন্দুনা য়েংখিগনি। নুংঙাইরবা তাইবঙপানসি থাদোক্কুনা ঐ খক চৎনিংদে।' ব্লাহৈসি হায়না হাযনা মমিৎ, কুপ্তুনা, হকচাংগী মিহুন মচেৎ অমতা হুন্দনা ঐবু য়েংদুনা লৈখি। ❑

# মালিকা

নুমিৎ তারে। মল্লে।

মিংমক্কা 'মালিকা' হেক কৌবিরম্লে। ঐনদি কয়া পামজখিদে। অঙাং ওইরিঙৈদা হোংদোক্লবা কয়ারক তৌরুরবনি। মদুসু ময়ামগী লক্লফম ওইদুনা থোকখি। কৌজগে খন্না থোনজবা মিং চীংলেন্দি কনানসু কৌবিখিদে। মখোয় কয়ানা ঐবু লকননিংলবা মতম নৎত্রগা করেম্ননিংলক্লবা মতমদা, 'ঐখোয় চীংলেন্দি চীং লেমখ্রেদা' হায়দুনা হেক হেক লক্লরকই ফনা পামজবা মিঙ্গৌ কৌরক্তুনসু ফনা শাউনিংখি। পামজমক ওইদুনসু মদুম্না তৌরকপা ঐহাক য়ানিংদে। পামজবা হায়বসি লক্লবগদি অদুক্কী মতিক থাপ্লে।

নুমিদাংসিদা করি রাখলনো? য়ুম পাক্লে। ইচা লৈরবনি। থায়না লৈসারিঙৈগী মতমদুগা খেন্নরে। নহানরাইগী রাখলদু ('মেমতোন নঙ পিশক্ক কদাইদা কোইরুই?' ঐনা হংখি।

'ঐদি কোইরুদেনা। কনানা করি হায়রিনো?'

'অদুদি করিগী নঙ মীগী বাইক মনিংদা নপ্লুরিবা?'

'থবক অমা চৎমিন্নরুবনি।'

'নঙ অদুমাইনা তৌরবদি ঐ শাউরক্কনি। নঙ নুপাসি কয়াম য়াম্না পাম্মী?' নুপা পামদুনা নুপা শারিবা ঐনা রাহংসি হংলুই। ঐবু রাহল্লগা নঙ নুংঙাইব্রা? ঐগী থম্মোয়সি য়াম্না রারৌই। নঙনা য়াদবা ঐহাক করি তৌখ্রে? ঐনা তৌদ্রবনিনা নঙবুসু তৌহন্নিংদে।') খনবা য়াদ্রে। মতমদুদদি নুপানি। জেণ্ডর ওন্ননা পোক্লম্বগী ঐহাক য়াম্না শাউনীংখি। ঐবু শেম্বীরক্লিবা মহাক্ক (মখোয়গা) শীংনগে খনখি। মানা ওইহন্নিংবা মওংদু ঐবু ওইহনবা ঙম্না? ঐগী ওইরিবা পুন্নমক ঐগীনি। ঐগীদি ঐ লৈরি। মীনা ঐগী খুর্জি পায়হনগদবা নৎতে। ঐগী চপ য়ুংলবা রাখলনি। মসি নৎতবা অমা ঐগী রাখলনা খম্বা ঙমদে। শীংনবা হায়বসিদি অঙম তান্নগদবনি। মঙোন্দগী মাইথিহৌবা য়াদে। মসিদি ঐ হায়বসিগী নাপলনি। কৈরোন লৈকায়না

অমদি ইমা পাবুংনদি কয়া য়াদে। 'ইবেম্মা নঙবু নশাদা লিরি খোইরিবা অমৎতা হেক য়াওদেদা। নঙবু করম্বা মতমদা জ্ঞান তারক্কনি?'

'হৌজিক্সু তারিসিদি।'

'নঙ নুপীনি হায়বসিদি নশানা খঙজব্রা?'

'ইমানা নুপা নুপী খাইদোক্নুনা থবক থৌরম অসুক য়াম্না খায়দোকপা পামলিবসি করিগীনো? হৌজিক্তি মদু হকচাংগী ফিভমদা খায়দোক্লোইদবনি। পূক্নিংগী ফিভম অমদি তৌবা ঙম্বগী শক্তিদা মদু শেমগৎকদবনি। চুম্মী। ঐনা ঐগী হকচাংগী ওইবা কয়াৎপু শেমদোকপা ঙমদে। মসিদি মহৌশাগী খুদোলনি। মদুবু মসি ঐনা শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবদা করি অকায়বা লৈবগে? মসিদা অদুগীনি অদাগীনি হায়দুনা খায়দোক্লবদি ওইরিবা ফিভমসিগী মওং মতৌনা নিংতম্বা মাংহনজবনি। মসি তৌরোইদবনি। ৱাখলসিননি ঐবু নুপা শাবী হায়নহনখি। মসিনা ঐবুদি ইকাইহনবা ঙমহন্দে। হেন্না মথৌ হাপকৎখি। নুপাদা নুপানি হায়ননবা তৌবা পামহল্লকই। মসিগীদমক কজেলদা খৎনবা য়াওখি। 'নুপীমখৈ অসোমদা ওইনা...।' মদু ভোৎতনি।

'নখোয়গীসি নুপা নুপী খায়দোক্লনবা ঐখোয়বু মফমসিদা পুরক্লিব্রা?' ঐ শাউনা হংলুই। ঐগী ৱাহংদুগী ইকাইখুম্নবা মচেৎ অমৎতা পীরমদনা নুপী অয়াম্বা মরী মরী চৎনখি। শাউনিংবা হেঞ্জিল্লকই। হংলুই, 'হৌজিক ময়াম নুপীমখৈ চংননবা হায়বম্বদু কনানো?'

'করিগী ওইরবনো?'

'মীওইবা মসেন্দা খেন্নবা থমদুনা অদুক উসিৎনদবা উৎকদবগী মরম লৈরগদি ঐবু মফমসিদা করিগী পুবীরক্লিবনো?'

'মসিদি নুপীমখৈ অমদি নুপামখৈ তোঙান্না থম্বতনি। মদুগুম্লবা ৱাখলদি মসিদা লৈতে।'

'মদুসু খেন্নবা থম্বা মখল অমনি।'

'ই! নঙগীসিদি ... ?'

'নঙগী হায়ববু করিনো?' মসিদা লানবা চুম্বগী ৱাখলদি থোইনা খম্থরুদে। ঐগী ৱা তাবীদবগী মথক্তা নুপা নুপী খায়দোক্নুনা ঐবু নুপী ওইনা চিংখিগদৌরিবনি

খনবদা পংশাউদা শাউনিংঙি। নুপী ওইরগসু নুপাগী থৌনা উৎকনি খল্লম্বদু পুমকাও কাওথোক্নুনা মরৈ মরা তৌনখি। মসিগী কান্নবা অমখক ফংখি। মদুদি মরম চাদনা কৈদৌঙৈ ঐঙোন্দা ৱা হায়রকখিদে।

য়ুম পাল্লে। ইমা পাবুংনা থাজবা পাম্বা মফমদদি লৈখিদে। কুইনা পাল্লরোই হায়দুনা লৈরম্বনি। খঙহৌদনা মেমতোন চেনখিবদা মফম খঙদনা শাউনিংখি। হায়রুবা য়াবসু নৎতে। অমুক্তংদি উনগে খনবনি। য়াখিদে। (মহাক নৎত্রা ঐগীদমক মেমচাগা খুজিন শিক্লদুনা মশম ফোইনখিবদু? মহাক মদু কাওরমাল্লে। ঐদি নিংশিংলি। ঐনসু মাগী মীচং চংদুনা ৱাথোক্তু লোইসিনবীখিবনি) কনাসু খঙহনবা ঙমদনা য়াম্না ৱাখি। মেমতোন্নদি করিসু খঙলম্লোই। মাদি ময়ুম পাল্লগনি হায়দুনা ইঙ্গিৎ মচা অমৎতসু পীরমদনা পিশক্তা চেনখি। করিগুম্বা মাগী লমচৎতু ঐন হান্না খজিক্তং চিংনরম্লবদি মহাক ঐবু থাদোকপা ঙম্লমলোইদবনি। তৌবগীদি মমানা থাজবনি হায়। মরৈকায়গী মমান্নবী অমনা মমা মখোয়নী হায়নখিবা ৱা কয়া তম্লম্মী ('ইবেম্মা, নঙ হন্দক্তি লুহোংদবা য়াদ্রবনি।'

'ইমা, মতম খরদতি...।'

'নঙনা হায়রিবসি নঙগী নুপা শাবীদুগা পূন্না লৈমিন্নগে হায়রিব্রা? মদু ঐখোয় ইকাইনে। তুক্কচৈ। মদুগা তৌজ- লাকচনু।'

'ইমা ঐ...।'। য়াম্নসু কপ্লম্মী হায়। মফম খঙদনা চৈবীবগী, কৈরোল লৈকাইনা মওং অমগা তৌরকপগা লোয়ননা চিবোন চিবোন ঙাংনরকপগা নমদুনা লুহোংখি। মতমদু ঐ পূক্নিং য়াম্না নুংশিরকই। অয়াম্বা মতমদা মফম খঙদনা লেনখি। মহাক্তু (ঐ ইপুরোইবা, তোম্বী) মতমদুদা খঙনখিবনি। মহাক মেমতোন য়াম্না মাল্লি। খেন্নবা ময়ামশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউনা খেন্নবদি মানা নুপানি। মেমতোন্না নুপীনি। মাগী মরমচৎসু য়াম্না থোৎলি। নুপা নহা অতৈগুম ফেং-ফা লাওদুনা তৌদে। ঐবু হেন্না পামহনখি। মীয়াম্নদি ঐখোয়নীগী মতৌসি ওন্নতৈনবা ফিভমগুম লৌই। মেমতোন ঐখোয়নীদা হায়বদি ঙমদনা মীয়াম্না য়েংবা মিৎয়েং অদুমদি ঐখোয়নী চৎমীন্নবদা কনানসু য়েংলক্তে। তোম্বীদদি তৎতনা লরুবী হায়। ('তোম্বী, নঙগীসিবু নুপীদু নঙনা কোইরিব্রা? নৎত্রগা নুপীদুনা নঙবু কোইরিব্রা?'

'খঙদে।' মাদি শাউগন্দে, 'ঐসু খঙননবা থিরিবনি।'

'অমুক্তংদি খঙদোকপা ফৈ।'

পাউদি তাই। হৌখিবশিংসি অসুম নিংশিংলকই। মীওইবগী পুল্সি মরেন্দা সাধাবন হিংলিবা মহিংসিদা মান্ননা হিংবসিনা মসিদগী তোখাইনা হিংবা মহিংদগী যাম্না নুংঙাইবা হেল্লি হায়বসি ঐগী পুন্সিদা খূদম অমা ওইনা তাক্লবগুম খন্দবা ঙমন্দে।

'ইবুংঙো তুমখ্রব্রা?' খঙহৌদনা ৱাহংসি হংলকই। 'তুমখ্রে।' ঐদি য়েংবু য়েংলুদে। ফমুংদা তাদুনা অঙাংদু ইশি শিনা তুম্লি। খঙ্গুরুব্দা অঙাং অমনা তুংদা ওইবক্কদবা ফিভম কয়াগী ভাব অমা, মমা অমগী মফমদা কয়াম চাউনা তাবগে হায়বদু তাকপগুম তৌই। মখোঙ মখুৎ অমৎতা হামদোক্তুমাল্লে। ইমোৎ মোৎনা মমা মপা য়েংশিনবীনবা কনা লৈতবগুম উরে। মমা অমগী তৌফম থোকপা ঐহাক কাওথোকপগুম তৌই। ঙসিদি ঐ মমানি। থাবুম তাবা নাওপুদুনা পোকখিবা ইচাগী মশক উবদা নুংশি। চৎথোক্লুরগা হঞ্জিল্লকপদা ইচাগী মশক উনিংঙি। উদ্রগা লৈতাফম খঙহন্দে। মহৌশানা মহৌশাদগী নমদুনা হোংলকই। মহাক নাওপুবগী ঐগী ওইরিবা হকচাংগী ফিভম কাযবকখিবা মিৎকুপ্তগী থম্মোয়সু হোংবা হৌখ্রবনি। মমান্নবা মবক তিলহনবদা চাং খক তাহল্লোইদবনি। অঙাং ওইবিঙৈদা চমোৎনবা অঙাংসিংদা নাতৈ চাদনা লক্লখিবদু নিংশিংলকই। মাবুসু লক্লবীবমগদ্রা চিংনদবা ঙমহন্দে। মসি ঐগী ইথৌনি। মমানা মচাবু য়েংশিনবীদ্রবদি মমা ওইদবা তাই। ইমা পাবুংনা ঐবু 'মালিকা' কৌবীবল্লিবসি অর্থ অসুম্মক লৈ। ❑

# সুম লৈরসনু

ঐবুদি কাওরমদ্রি। কাওগনখ্রবা মীওইবগী ৱাখলদা নিংশিংবনা মাগী মীচংদা লেপ্লিমাল্লে। ঐদি নিংশিংলুদ্রবনি। মীওইবগী ৱাখলসি খ্বাইদগী মথোং হুক্তে। করিগুম্বা মতমদা কাওথোকপনা শরুক চাম্মদা চাম্মা হেন্না ফরবা কয়ানা মতম খুদিংদা মীওইবগী পুক্নিংদা ওত্তুনা লৈ। অদুগা অমুকসু নিংশিংদুনা ইনাক্তা সুম থমগদবা কয়াদি নিংশিংবা হেক থোক্তবমখৈ কাওথোকখি। ঙসিসু চিঠি অসি থারক্লমদ্রবদি ঐ মাবুদি নিংশিংলমল্লরোইদবনি। মাগী চিঠি অসিগী পাউখুমদি ঐ পীথ্রগে।

**শুরেস!**

কুইরেকো উনদবা। পাক উনগনি হায়বসু থাজদ্রে। উনররোই। থা... থাদা নত্তে। চহীদনি নঙ, ঐ পাউ ফাওনখিদবদি। হোষ্টেলদা পুন্না লৈমিননরিঙৈদদি মিকুপ অমতা থানখিদবনি। য়ুনিভরসিতিগা মরী লৈনবা, করিগুম্বা, চনৈনবা অমা হেক লাকপা খুদিংগী চেন্নখ্রবা নহাক্নি। করম্না নঙবুদি ঐনা তরাই-তরাই কাওথোকপা ঙমগনি। ঐনা হেক হিংলিবমখৈদি নঙবু কাওবদি শুকঙম ঙম্লরোই। (ইবা হৌনৈ হায়বগী অদুক ইবনি। হায়বনি। ঙসিদি ঐ মাবু নিংশিংবদি লাইরদুনা মাগী অহৌবা মমিংগী ময়েক/খোঙ্থোক অমতসু নিংশিংলুদ্রবনি।) ছাত্রগী পুন্সি ওইবনা য়াম্না নুংঙাইখি। ৱারী কয়া শান্নখি। নঙনা নঙগী পোক্নফম লমদম হিমাচল প্রদেসকী ৱারী কয়া লিখি। ফজবগী শিঙ্থানিংঙাই লৈত্রবা ৱারীদুনা ঐবু শুমখি। মখল মথেলগী মশান্না কয়া শান্নখি। (ছত্রং থুগাইখি। য়াম্না শাওনা থুগাইখি। ঐখোয়গী শান্নববু য়েংলিবা ময়ামগী মমাংদা নঙ ইকাইবগুম তৌখি। পাঞ্জিন পোবা নঙ য়ানিংখিদে। নঙগী থৌনা অদুবুদি ঐ য়ানিংই। অদুবু পামখিদে। মদুদা নঙনা অদুক শাওরুরিবা করিগীনো? নঙবু হান্না ছত্রং শান্নরকপ্রা? ঐদি ফরবসু-ফৎত্রবসু ঐনা তম্লকখিবা কলেজ অদুগী মকোক মথং তারক্লিবনি। ঐখোয় ইমুংসু ছত্রং পামজবা ইমুংনি। নিংথৌ কমদৌনা ফাগদগে হায়বগী লাং কয়া থাক্লিবনি। মদুদা নৎতনা, ঐনা পোকপদগী লৈরক্লবা লম অদু নিংথৌ শেম্নবা লালহৌ কয়া হৌরিবা মফম্নি।

নিংথৌ ফাননবা খোংমী-লানমী, শগোল, শামু য়োকখৎলিবা লমনি। অসিগুম্লবা লাল্লক্তগী থোরকলিবা ঐনা লাল হৈতনা, ইচম-চম্বা, তবং তবং হায়বা ইনবা লমদগী থোরকপা নঙনা লাল হৈগদ্রা? অদুবু, মদু নঙ খনখিদে। নঙ য়াম্না শাউখি। ঐদি নঙগী নওংদুদা শাউবদি লাইরদুনা নোকপদুম নোকখি। সংসার অদুদগী অতোপ্পা সংসার অমগী কোক থাদদুনা ঐ মতম হাৎননবা হোৎনখি।)

কাওদে হায়রগা করিগীদমক নঙগী চিঠি অমতসু ইদরিবা? ৱাহংসি ঐসু পাউখুম খুম্ফম খঙদে। অদুবু নঙবুদি কাওদে হায়বসি অশেংবনি। ৱাহৈসি নঙ থাজবা ঙমগনি থাজদে। মসি ঐঙোন্দা খনফম থোকপ-থোক্তবদি খঙদে। ঐগীদি ঐগী তৌফম থোকপা অদুখক তৌরগা লোইরে। ৱাখলবু কনানা তম্বা ঙম্বগে? কনানসু ৱাখলগী চপ চাবা পরিচয় পীবা ঙম্বা হৌনদে। ঐনা হায়রিবসিদি ঐগী ওইনা চুম্লবনি। ঐঙোন্দগী ঐবু হেন্না খঙবা কনাসু সংসারসিদা লৈতে।

(ঐগী ৱাসি মহাক থাজরোই হায়বদি খঙ্গঙি। থাজনবগী মরম লৈতে। মরমদি মা ঐ কয়ারক হন্না হিরম কয়াদা অচুম্বা শানা মরম পী-পীদুনা মরৈ কয়া তৌনখ্রে। মাসু খঙই, ঐনা হায়রিবদু মসিনা অচুম্বনি। মসিনা অরানবনি। অদুবু অদুম তানখি। করিস্ হায়নদে। লানবা-চুম্বগী ৱা অদুদি ৱা ওইনবু লৌনখিদে। ঙাংনরিবা ৱাশিং অদুনা হেন্না মমল লৈহনখি। মী মীগী ৱাখল, মগুন অদুদি মা মানা ঙাংথোর্বরুবা মওং অদুদা লৈগদবনি খন্না, মদুদুম থির্নখি। চুম্লবা ঙাংলক্লিবদুনি মশাগী গুন। গুনদুনা লেপ্লির্বনি মীগী মশক।

'নখোয় মণিপুরিশিংনা অসুক শাউর্নারিবসি কবিগীনো?' মহাক হংলকই।

'নঙোন্দা করি কনানা তৌরক্লবগে?'

'ঐঙোন্দা তৌরকপগী ৱা নত্তে। নঙবু নগাবা? কুকিরা?'

'ঐদি অমতা নত্তে।'

'নঙ কিরে। ঐবুদি কিগনু। ঐসু নঙগুম্বা পহারি (চীংদা লৈবা মী) নি।'

'ঐদি করিগী কিগদৌরিবা?'

'হায়দোক্লিংদ্রিবদুনি মরম হায়বু। অদুবু করিগীনো নখোয়না নখোয়গী চাওখৎ খোঙথাংদা নপুক্লিং লুপশিনগেদি হায়দ্রদুনা অসুম হাৎনদুনা লৈরিবা?'

মসিদা ঐ করি খুমগনি? করি পাউখুম্নো ঐনা খুমগদবা? মতমদু হাৎনখি। উখাক শাথিনা হাৎনখি। চীংগী খুনশিংদা, খুন ওইখিদবা; লমহাং ওইনা থাদোক্রম্বগী

পাউ লেপ্তনা ফোঙলকপা মতম্নি। পিক্লিবা অঙাং কয়া শদন থাদুনা মঙক কক্লম্বগী পাউ ফাওবা য়াওরকখি। পাউ হায়বসিবু তাইবঙ মীগী পাউ ফোঙগদবা নৎত্রা? মদুদি পাউ নত্তে। হিংচা য়াইতম্বগী থৌদৌনি। মী কিহনবনি। কিন্নবা হায়বনি। তমথিনা ওৎনবগী ব্রা ঐ তানিংদে। লৌশিনবা হৈতবা মীনা তাক্লগা মীসি অসুক কিহনবা য়াই খন্দুনা, কিহন্নবনি খন্না তৌইনা তৌনরক্লবনি। সুরেসসু কিখি।

'নখোয়সে ঐ যান্না কি।'

'ঐদি কাংলুপ অনীমক্তগী তোঙাল্লি।'

'মদুমক ওইরগসু ফিভম অদুদগী হৌরকপা নঙনি। অকি-তুজুংগী ব্রা কয়াদু ব্রা ওইনা খন্দনা, য়ান্না ইংনা লৈবা ঙল্লিবা নঙবু ঐ করম, অদুগুম্লবা শাজৎ অদু লৈরম্লোই থাজগনি?

'চুম্মী। নঙ ভারতকী নাগরিক অমনি। ভারতকী নাগরিক খুদিংদা গান্ধিজিগী ফিদা থাদুনা লৈ। মদুননি নঙনা মদুদা, য়ান্না হকচিন্না লৌরিবদু।'

'নঙগী ব্রাদুদি কবিনো?'

'খঙদে। কোন্না ঙানেবসি।' ঐ নোকশিন্নদুনা তোক্লে। মাসু ঐগী ব্রাদু খবদি মমায ঙাখিবগুম তৌই। ইকাইবম্বা যাই। ঐসু ইকাইবা কযা থেংনখি। মদু হাযনরুবা নুমিৎকী নোং ঙানবদা ঐখোয় মণিপুরি ষ্টুদেন্স যুনিযনগী এন্যাযেল গেট টুগেদব নুমিৎনি। মণিপুবি ময়াম পুনবা হায়বসিদি অযাম্বা মতমদা কৈনো অমদি হেক্তা তৌই। মদুদসু ঐখোয মশেন খোন য়াম্না কন্নখি। চাক ইঙ্গুং অহাওবা চারুবা কয়া হন্দোক্লে তৌবক্কই। মদু মযাম শকতাক্লবদা নাজি শাবা অমা যাওবকপদগী 'মসিদি কবি মওংনো' হায়দুনা ইচম চম্না হংলুবদা থোবকপা মৈনি।

পৃথিবীদা অঙকপা অকিবা কয়াগা লোয়নন্না য়েংনখিবা লুচিং পুরেল এদোলফ হিটলবগী লান্মী মপৈগী থৌনা, মী হাৎপদা হাকলেংবা লৈত্রবা, মশানা মশাবু চানচেল্লব হাপখিবা অথৌবা পাথৌ মাগী মশকপু কনানা কাওগনি। মাগী থৌনা লিংজেনতৰ্নান অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদা শোল্লমখ্রবা জবমন্নিনা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইরকখিবদু। মাগী মতৌ তম্বদা অবাবা ওইরগদবা পাথৌ মাগী মথৌনা মবিংজেনবু পামজবা মানদি ঐখোয় অপুনববু কবিসু ওইদনা উবা হায়বসি হৌনশানি। অনৌবা নত্তে। মতৌদুদা শাউবনা মৈ হৌনববা ছাত্রি ময়াম ব্রা-ব্রা কায়নগে তৌখি। থেম্বদি থেমজিন্নখি। ফনা থেনজিন্নদুনসু,

নুংঙাইরমখ্রবা হরাও-তয়ামগী থৌরম কয়াদি তপ্না তপ্না শিথরকখি। ইংনা হিংথৎ থৎখি। হাৎখি।

বার্তন ফংদুনা লাকখিবা ময়াম মাঙদা ফম্লি। সুরেস মহেতাসু মাঙদা লেংদনা লৈ। করি ৱাখল খল্লমগনি? ঙরাংদনি নগা-কুকিগী ৱা ঐঙোন্দা তকখৎলম্বদু। মীহাৎ মীনৈগী ৱা কিনা ঙাংলম্বদু ঐগী নাকোংদা ঙংলি। মাদি করিসু নিংশিংলম্লরোইদ্রা? ঐ মীতৈনি। নগা-কুকিগী অশেংবা ৱা কয়াদু ঐ খঙলুবা লৈত্রগসু, মানা উরিবদুদি করিদা লাল্লি হায়রুগনি? করিনা চুম্মী হায়রুগনি? মদুই মথক্তা, হিমাচল প্রদেসকী মীওইশিংনা খৎনবদি খুবাক্লা করিনা অদুক মরি/মঙারক থানরগা লোইরে। মণিপুরিশিং খৎনবদি মমাই মমিৎ থুগাইনবনি। হিংনি/শিনি খঙদনা ফুবনি। মসিমক উকুরগদি করম্না হাৎনরিবসি ঐখোয় মশেন নত্তে হায়বদা কনানা থাজবা ঙমগনি? থাজবা-থাজদবা হায়বসি মী-মীগী মশরুক্কি হায়দুনা তুমিন লৈথোকপা য়াগদ্রা?

'মখোয় (নগা-কুকি) না করিগীনো অদুক তমথিনা হাৎনরিবদু?'

'করিদনো থম্মোয় শোক্লবা খরা লৈরমগনি। হাৎপা তুপ্পগী ৱা লাক্লগদি ৱাহে অমনিনা ওইরমগনি থাজদে।'

'মরম অদুবুনি ঐনা হংবদি।'

'ঐনা হায়বিবদুসু ঐনা খঙবা মবম অদুবুনি।'

'এহ্! নঙ ঐঙোন্দা ৱা য়াম্না লোৎলি। ঐনা কৈদৌঙৈদা মণিপুরদা লাক্নুনা ৱা অমা হায়রগদবা লৈতে। ঐঙোন্দসু অশেংবদু হায়দোকপা কিব্রা?'

'ঐনা কনাবু কিগনি? খঙদ্রগদি করিনো হায়গদবসিবু?'

'নঙসি য়াম্না মরৌ তৌবা মীনি। ঙসিদি ঐ নঙবু য়াম্না কিরক্লে।' ঐ নোকখি। মহাক ঐবু থাজবা ঙমখিদে। পুক্নিসিদা কনাবু কনানা থাজবা ঙমগনি? ঐ ইশামক ফাওবা মরক মরক্তা ঐঙোন্দ মীনমজরি। পামজখ্রবা থবক কয়া পামজদে হায়শিন্নদুনা ইশাবু মীনমজবগী হৈনবী থম্লি। মসিদা কনানো মীনম্বা য়াওদনা হিংলমগদবসি? কনানা কনাদা মীনম্বা হায়বসি মহৌশা ওইনরবনি। মসি থম্মোয় শেংলবা ৱানি। ঙসিদি ঐ মঙোন্দদি মীনমখিদবনি। কৈন্নো খঙদে, মহাক থাজখিদে। ঈরমদমগী থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক মরক্তা ঐখোয় লেপ্লুবনা, থৌদোকশিংদুনা ঐখোয়বু ননশিনখিবা হায়বসি হৌনশানি। পুক্নিনা থৌদোক ৱাথোক ননশিনবা, সমাজনা পুক্নিশিংবু মফম খঙদনা ননশিনবা, মসিবু তাইবঙ মপুগী হৌনশারা? নত্তে। য়েংননবা

পাল্লিবা ইমিৎসিনা শিজিন্নফম শোয়খিবা শোয়দনা ওইরমগনি। মাগীসু মিৎয়েং অদু শোয়রমগদ্রা চিংনৈ। অদুবু চমথোকপা ঙমদ্রে। ঙসিদি মহাক নগা-কুকি, করম করম্বা জাতিনো হায়বদু মহাক খঙলম্লগদ্রা? মণিপুর হায়বসি কাংলুপ কয়াগী পুন্সিরোন কয়ানা পুনবনি হায়বসি মা খঙজরম্লগদ্রা?)

মহৌশাদি নঙ ঐনা হায়বসি কয়া থাজদবনি। ঙসিদি কাংলুপকী ইরাংসু নেম্লবনিনা, ঐনা হায়বা ব্বা তাবা য়ারে খন্না হায়রবনি। ঐদি মীতৈনি। নগা-কুকিগী ব্বাসি ঐ ঈরমদমগী ব্বা ওইরগসু, ঐগী কাংলুপকদি থোইনা মরী লৈনদে। ভারত্তা মী কাংলুপ মশিং লাকঙমদনা লৈবগুম মণিপুরদসু কাংলুপ মখল কয়া লৈ। কাংলুপ কয়াশিংসিগী মাগী মাগী পুন্সি, চৎনরোল, কুম্মৈশিংনা পুন্সিশিংবু মশক থোক্লা পুথোরকই। ঐনা হায়রিবসি ঐগী ঈরমদম অসিদা নৎতনা নঙগী হিমাচল প্রদেস অদুদসু লৈরমগনি। তৌবগীদি চীং অমসু তম অনী পূন্না, তুনা চৎমিন্নবা মণিপুরগী মশক্কি। অৱাং নোংপোক ভারতকী থুমহি চেন্দবা, খ্বাইদগী চাওবা পাৎ মফমসিদা লৈ। মরক মরক্তা খেন্নবা মরক্কী মমিনা উংখৎনবা, শাউনবা থোক্লগসু অদুম নুংশি চান্নবা লৈমিন্নৈ। ভারতকী মফম অতৈদা লৈবা হিন্দু অমসুং ইসলাম অনীগী অচৌবা মরৈদু মফম অসিদা লৈতে। অউনপোৎ পুরক্তবগী মমৌ মৈ থাদোকপগী থৌদোক অমতা মফমসিদা থোক্তে। পুন্সিদা মমৌ ওৎপগী ব্বা হকথেংননা তারক্তি। নত্তে। তাখ্রে। নপ্রিৎ। মহাক হৌজিক কৈদৌখ্রবগে হায়বদি ঐহাক খঙদে।

[নপ্রিৎ, ঐগী জুনিযর ওইনা এম এ প্রিভিওস তম্বা ঐখোয় দিপার্টমেন্টতা লাকখি। ঐগী ইমান্নবা রাকা (মমিং অশেংবদি রাকেস কৌবনি। ঐনদি রাকা কৌই।) গা মফম খঙদনা নুংশিনখি। হেক্তা চৎমিন্নরম্মী। অয়ুক থিদে। নুমিদাং খঙদে। অখাকপা লৈনদে। অদুবু য়াম্না থাজদনা নপ্রিৎ লুহোংবগী পাউ তারকই। য়াম্না থাজখিদে। অমুক্ক হেন্না থাজদবনা থা অনী ফাদ্রিঔদা নপ্রিৎ মপামদা হল্লকখি। বাকাবু হান্নগুম অমুক চৎমিন্ননবা হৌরৈ। য়াম্না নোকনিংবা অমনা রাকাদি নপ্রিৎকী খ্বাইদগী লুনা তিন্নবা, মশা নোইবী সিমাগা নপ্রিৎ হেক চৎখিবদগী পুল্লক্লবনি। হন্দক নপ্রিৎ মপামদা হল্লক্লগা রাকা হৌরুবদা, খুৎহৌ চারুদ্রব্রা খঙদে।নোংমদি নপ্রিৎকা সিমাগা শাথিনা খৎনখি। মনেম্না তাম্থোকপীরবা নপ্রিৎকী চন্নফম লৈখিদে। অদুবু কুইখিদে, কদায়দগীনো নুপা অমগা তোইনা চৎমিন্নখি।]

মতমগী মতুংইন্না নপ্রিৎসু তৌঙাম্বী ওইরকখি। পুন্সিসি মসিনি হাযবগী চপচাবা ৱাহন অমা লৈতে। নঙসু খঙলিবা নৎত্রা মানা ফরম্বা মওংদু। কয়াদা ঐখোযদা অপুনবগী মশক অমা পীরমখ্রবা? থবক খজিক্তং তৌমিন্নবদা মহাক মশাগীগুম

চপ মান্নবা তৌখি। ঐখোয় ময়াম লাংমিন্নবদসু কয়াদা থব্বায় হাপখ্রবা? মানা ঐখোয়বু নুংঙাইনবা জগোই শাবদা নিরজনা থাগৎখি। মোহন প্রকাসনা থাগৎখি। নঙসু ঐঙোন্দা হায়খিবদাই, 'নপ্রিৎ য়াওরমদ্রবদি ঐখোয়গী নুংঙাইবসি মপুম ফারল্লোই' হায়না। য়ুনিভরসিতিদা অদুক নুংঙাইহল্লম্লবা মাগী পুন্সি নিংবা কায়খি। পুন্সি হায়বদুবু অদুরা?

পুন্সিসি য়াম্না শাথিনা হোৎই। তম্বা ঙমদে। শাথিবা মখল অমনি। ১৮ জুন,২০০১ সু তম্বা ঙমখিদে। ঐখোয়গী পুৱারীদা শোয়দনা লৈহৌরগনি। মী তারানিপাল শিখি। থব্বায় পাম্মুখিদে। ইমা লৈবাক্কী ৱা, ৱা অসিনা মরুওইরগা নহা অহল খায়দনা অত্মা পরেং লেংশিন্দুনা শিজখি। মদুদি লৈবাক্কীদমক্তি। শিবা হায়বসিনা পুন্সিগীনি। থব্বায় পাল্লরবনিনা অসুম হিংদুনা লৈয়ু হায়বা য়ারোই। নোংমা শোয়দনা শিগনি। লৈবাক্কীদমক তৌবা থবক হায়বসিদি শোয়দনা থোক্লগদবা নৎত্রগসু, মঙোন্দা তাংদুনা হিংলকখিবগী ঐখোযদা তোন্দুনা লৈরবা লমন অমনি। মসিদি ইমা লৈবাকপু হেক শোক্লকপা খুদিংগী মচা লিশিং লিশিংনা লমন অসি শিংগদবগী ঙাইরি। হিংবদগী হেন্না মমল লৈ। নঙনদি মী অদুক য়াম্না শিখিবগী ঙক্লমগনি। অদুবু মদু নগা-কুকিগী ৱা ওইনদি লৌগনু। ইপা ইপুনা থম্বীরম্লবা ঙমখৈবু মচেৎ মচেৎ ফক্লুনা, অচৌবা কাংলুপ্না অপিকপা শক্তম মচা মচাশিংবু মাংহনগদবগী থৌবাংলক্লবদা অহিংবা থব্বাযশিংগী দোলাই থৌদোরকপনি। মসিদি অথিংবনা থিংবা যাবোই। থম্মোয় ইংহল্লবতদা মুৎখিগদবনি। অপিকপা পুন্সিশিংবু পুন্সি ওইনা উববতদা মসিদগী নাথৈখিগনি। নঙ মসিমদি শেরান্না খনগনু। শিবগী ৱাতমক কিনা ঙাংবা নঙ ঐ কি। লুরিবা ৱাদি মসিগী মরুদা লৈরিবা ৱা অদুনি। চাওয়েং য়েংবা, পাউ তাবখক্লা মমুৎ তানা খঙবা ঙমগনি থাজদে।

থায়নদি লাল তৌনরম্মী। মী লিশিং লিশিং শিনরম্মী। লম খুদিংগী ঈতিহাস লৈরিবসি লৈবাক ঙাকপা, মুনবা, লৌবা শেম্বগী ৱারী ঙাক্তনি। মসিবু তরাই তরাই লৌরুরবদি সংসারসিদা করি অরুবা থবক অমমুক লৈখিগনি? নঙনা মসিসু ইরাং শাগৎপা ওইনা উরবদি, ঐনা নঙবুসু অপিকপা মী ওইনা উরকপা য়াই।

ঐদী কাওবু কাওরুই। ঐখোয়দি হিংবগী মহিং হান্না হংনবনি। নঙ কমদৌরি? ঐদি হিংননবা থবক তৌবা হৌরে। মতম অমা লাইরিক তৌববু ইথৌনি হায়দুনা তৌরম্বদু হেক থাদোকখিবদগী পৈশা তান্নবা হোৎনবদা দুকান ফল্লে। মতমদুদা য়েংখিবা পুন্সিগী মিৎয়েংগা হৌজিক্ক য়াম্না খেন্নরে। ইচানুপী অমসু লৈরে। নঙগী

কেস অদুসু লোইশিল্লব্রা ? (মতম অদুদা মাগী মকোক ঙাওবা কেস অমা লৈখিবনি। উনা দিষ্টিক্তা কোইঙৈ, নুপী অমা মরী লৈনরুই। তোইনা হন্না উনবদগী মওং চাদবা খরা তৌরুরমাক্লে। ৱাখল থম্মোয় ময়েক শেংনরমদবনা তমথিরবা লাল অমা শোক্লবা তাখি। কেস কান্নখি। নমজা নমথেক্লখিবগী মরু তান্দবা য়ারক্তে। পুন্সিবু তুরৈ-ইরৈ লৈচেন্নদুনা, ছাত্র ওইবগী পুন্সিদু চনিং চমাং শন্নদনা, মরক মরক্তা খা-ৱাং চেন্নখিবনি। কয়াদা মথোং হুক্তুবা মাগী পুন্সিনো ?) হৌজিক্তি কেস অদু লোইশিল্লম্লগনি খল্লি।

হ্যমেন রাইট ! হুমেন রাইট ! পাউ পাবদা তত্তনা থেংনৈ। চহী অমগী মমাংদা... অনীগী মমাংদা ... তরাগী মমাংদা নুপীজা ওইবীগী ইজ্জৎ মাংহনখি। নুপীজা লাক্ষ-লাক্ষ কয়াগী পুন্সি মফম খঙদনা লৈরি। মমল লৈবা পুন্সিশিংসি, মমল লৈত্রবা পুন্সিশিংনা মতম খুদিং থাগোন্নদুনা, মমল হাপ্লিদুনা লাকখিবনি। অদুবু মমল হাপলুবা পুন্সিশিং তপ্না তপ্না মমল হম্বরক্লি। নঙগীসু, নঙ মমল লৈহন্নবা হোৎনবদা মাবু মমল য়াওহনখিদব্রা ? পুন্সিবু হিংথৎ থৎতুনা মাং তুং শন্নহন্দনা শুদৎখিবা পুন্সিদি নত্তেকে। ? ঙসিদি ঐসু নঙোন্দা ৱাহং কয়া হংনিংলক্লি। মতম অমদা নঙনা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া হংখি। ৱাহংশিংদুগী অর্থ ঐ খঙখিদে। মতম মাংহল্লি হায়দুনা ৱাহংশিংদুদা ঐ শাউর্নিংখি। ঙসিদি মদুগী মরী অমসু থিনিংলি। নঙদি কমদৌরমগদগে খঙদে। নঙগী পুন্সিসু মহৌশানা পুবা মাইকৈদা মনিংতম্না চেম্বুরিব্রা ?

হুম ৱাহংসি হংলবদি মা শাউরক্লগনি। চিঠিসিদা মসি হাপ্লুরবদি মা ঐ মহৌশাগী মরীদু তৎখিবসু কনানা খঙবা ? অদুবু ৱাফমসিদি ঐ খঙনিংই। মাগী মীঙোন্দা কায়বোইদবগী ৱাঙাংদুদা, মদু কমদৌখিবনো ? ফরে! নোংমা নুংশিনবগী মফম অমা থিরগা ৱাহংসি হংদুনা লোইশিল্লগে। ঙসিগীদি অমুক শেমদোকপা তল্লে। সুম লৈরসনু। ঙসিদি অসুম লৈরসনু। ❑

# মিৎয়েংগী মরুমদা

মথং মনাও নাইদবা ৱারী কয়ানা থম্মোয়দা তুংদুনা লৈররে। লীথোকফম খঙহন্দে। কপ্পিংঙি। থম্মোয়দা ফাওরকপা চৈনানি। করন্না লৌথোক্লুবা য়াগনি? থা কয়া, চহী কয়া মথং মথং লানখি। চৎখি। থাজরুদে। তম্বদি ফনা য়াম্না তমখি। অফ ফত্তদি মমুৎ তানা খঙখিদে। পুন্সিদা লাক্লিবা খুদিংমক লৌশিনগনি। খল্লুই। তম্বগী লোইবা নাইদ্রবা মীওইপোক্লা পুন্সি হায়বসিমক তম্বা মখল অমনি মসিনা ফনা তম্ফম শঙ ওইরগসু অফবা ঙাক্তা তম্ফম শঙদুদি ওইরমদ্রে। ফত্তবা কয়াসু তম্বীদুনা চৈরাক ফংহল্লপা য়াই। পাম্মুই। পাম্মুই খল্লুবদা কপ্পিংঙি। খোঙফম অমদা চেৎনা লেপ্লগে খল্লে।

অহানবদদি ঐহাক খনখি (মতমদুদা সখিখোয়দা শাউখি। ঐবু মখোয়দা মদু হায়ফম থোকপ্রা? খঙদে। মযাম ৱারী শান্নবদুদা ৱাগী ৱাপাং ওইনা হায়খিবনি। “তুক্কচৈ। মীওইবগী লমচৎ নত্তে।”) মখোয়না সমাজসি য়াম্না মফম খঙহন্দ্রে। মীওইবগী মরীদা অকায়বা পীরৈ। মখোয়দি শাউখিদে। ইতোমতা শাউজবা তাখি। খম্থরুরগা ইকাইরকই। মখোযনা হেন্না মী মাল্লব্রা? চিংনৈ। হায়দোকফম খঙহনখিদে। অদুম ওইনমক মখোয়বুসু য়াবদি ঙমখিদে। য়াম্না চিংননা অসুম লৈখি।

লমচৎ হায়বসি মী সেম্মী। মী মাংহল্লি। মসিদি লমচত্তা নত্তে। লোইনমক্লি। শিজিন্নফম সোয়রবদা মাংহন্দবা পোৎ লৈতে। মীয়াম্না মী অমবু থাজবা থাজদবা হায়বসি মাবু নত্তে। মাগী লমচৎ শাজৎতুবুনি লমচত্তুগীনি সমাজনা মী অমবু সমাজগী মনুংদা লৈনা লৈনা হেক হেক ইম্থোক্লিবা? মতমদুদা, ঐ, মসিদা লৈরিবা অর্থসি করিনো হায়বা মুন্না খঙখিদে। সখিগী ৱাঙাং অমনা হেন্না খম্থহল্লি। অচুম্বা অমা লৈরিবগুম খন্দবা ঙমদে। মাগী থনুংদা মীওইবগী শেংলবা শদোং অমা লোৎশিন্দুনা লৈরি। মসি পুম্নমক করিসু খঙদনা মাবু কয়াদা তুক্কচরুব্রা?

ঐ ইতোচা (ইপুরোইবগী মমান্নবা) গা ৱারী কন্না শানরি। মাদি চুম্না মমান্নবা হংবা লাকচবদা মমান্নবা লৈরমদবদগী ঐগা চুম্না ৱারী শাজবনি। সখি চংলকই। মচিনদদি নোং থুপ্পনি হায় মফিসিংদু চোৎলি চোৎলি তৌই। ইল্লিবা মফিদু

লৌথোক্তুনা ইমাংদা করিসু নত্তবগুম ঈশিং কম্থোকই। মফুরিত্তু য়াম্না পাই মফিদু লৌথোকপদা লোইনা উই। মহৌশানা মাদি ফিভম ফজবীনি। অকুৎ অতোং মফম চানা লৈ। মানা নোম্থরকপদা মফুরিৎ মনুংগী হকচাং তম্খাই হেন্না উই। ঙৌসোক ঙৌই। নুপা নহানা য়াম্না হেন্না পান্নগদবা মওংনি। ঐ য়াম্না হৈনখিদে। ইনফি কম্থোকপদা মফুরিতা ফারিবা তেক তেক নমসিনবী কুদাম অদু কন্না ফারমদ্রমাল্লে মথন্তা নাম্থোকচরকই। মতৌদু ঐখোয় নুপী মশেন ওইরবসু করিসু খন্দবা ঙমগনি থাজদে। ঐখোয় মশেন্সু সোয়দনা ইকাইনগনি। অদুবু হৌজিক্তি ইতোচাগা ফম্মিন্নরিবনি। ঐ য়াম্না ইকাইখি তৌঙস্বীসি ঙসিদি তৌরেদনা খল্লি। মাসু ইকাইরমাল্লে। ঐখোযদগী মমায় লৈথোকখি উরুবা ঐখোয় তুমিন লৈনৈ। হান্না শান্নরম্বা ৱারী চপ লেপ্পী। নুপা নুপীগী অরোনবা শক্লোন কয়া মাংহনখিগদ্রা চিংনৈ, ঐখোয়গী মতৌদুদা মাসু করিনো অমদি খল্লব্রা খঙদে মফি তনইন ইনসিনখি। ইকাইবা মান্না ফমখি। মাবু ইকাইবা খঙব্রা? লোন্না, য়াম্না নুংশিদনা ৱাহংসি পুক্লিংদা হংজখি। হান্না তুক্কচবগী মথক্তা মাবু অমুক্ক হেন্না তুক্কচরকই অদুবু মদু পূন্নমক্কী ৱাংমদা তুক্কচবসিনা মাগী হান্না তুক্কচরম্বা পূন্নমক মাংহনখি। মী মানবা ৱাখল খন্থগে খলহনখি। হান্না মী মান্না খল্লম্বা ৱাখলদুনা ঐগী মী ওইরিবা শক্তমদু লৌথোকতুনা লৈরম্মী। ইতোমতা হৈনহন্দে।

ঐখোয়নীগী ইকাইজববা ইতৌদু উরগা ইতোচা কুইনা ফমথবা ঙমদ্রমাল্লে। ফুক হৌগত্তুনা নংহৌররোই মতাগুম 'চৎলগে' হায়রম্লগা চৎখ্রে। ফিভমদুনা সখিবু হেন্না ইকাইহনখি। তাইতোচা চৎখ্রবদা ঐখোয়নী হেন্না তুমিন লৈনৈ। অদুম্না লৈরিবা অচিকপদু থুগাইবগা মহাক তপ্লপ্পা ৱা হৌদোরকই, 'ইচে তোম্বী ঙসি ঐ য়াম্না ইকাই। ঐদি মা অমা লৈ হায়বা ৱাখল তৌরুদে। ফি চোৎলিবসিতা খন্দুনা লৈ। ঐখোয় অৱাং ইনম্মগী ফিনি। ঐনা লৈদুনা ইনবা ঙস্বা ইফিসু নত্তে। ৱাইরগা ইল্লিবনি। মসি শিংবা তারগদি ঐ করি ওইগনি? ঐ মসিগী খনবদা কন্নানো করিনো হায়বা ৱাখল অমত্তা খন্থবা ঙমখিদে। নোংসিনা ইনফিশিং অসি মাংহনখিগদ্রা হায়না খন্দুনতা লৈ। ইফি ফনেকসিসু মঙাই। চাক্কৌবা অমা চৎলুবনি। ফি-রোলসি মাংদনবা খল্লিঙৈদা ...। ঐ কপ্পিংঙি। মাগী মিৎয়েংদো অর্থ লৈ। কবিনো অমা ফাওখ্রে। ঐদি মদু খন্থবা ঙমখিদে। নুপা ওইবশিংনা নুপী ওইবীশিংবু মতম খুদিংদা থৱায় পানবগুম য়েংবা ঙমদে। ইন্দ্রিগীদমক শেন্নক্রুবগুম উই। করিগুম্বা ঐসু ঐগী ফিভমসিদা লৈরমদ্রবা ঐ ইকাইরমদবা য়াই। ওক্তুবীশিংদি হৌজিক্কী ফিভমদু কবিস্‌ নত্তে। মখোয়দি নুপাবু মখোয়না শান্নরিবনি হায়না খন্দোক্তুনা লৈখিনি। মখোয়গী ইন্দ্রি

হৌদোক্লবতদা মখোয়দগী পৈশা লোকহৌগদৌরিবনি। মদুনা মখোয়গী ইন্দ্রি হৌদোক্তবা য়াদে। করিগুম্বা মখোয়দু হৌদোকপা ঙমদ্রবদি মখোয় কংশি শিগদৌরিবনি। মদুনা ইন্দ্রি হৌদোকপা হায়বসি ওক্তবীশিংগীদি তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। অদুগা ইন্দ্রিদি ইন্দ্রিতনা হৌদোক্কদবনি। মখোয়দদি ফিভমদু তানবা শেম্বা হায়বসি করিসু নত্তে। তৌদ্রবা য়াদ্রবা মথৌনি। ঐখোয়দদি কয়াদা ইকাইরিবা? ফিভমদু ঐ কৈদৌঙে কাওবা ঙমগদবা লৈত্রে। ঐবু মানা করিনি হায়না খল্লমগনি? মহাক করিনো অমা খনখিবগুম ঐঙোন্দা য়েংলকখিবা মিৎয়েংদু খম্ভরুরগা ঐ য়াম্না ইকাই। অদুবু ইচে লৈরম্বসে য়াম্না ফৈ। লৈরমদ্রগদি ফিভমদুদদি মহাক করিনো অমা শোয়দনা তৌরক্কনি। ঐ মাগী মিৎয়েংদু মুন্না খঙঙি। ইচেসু উরবা নৎত্রা? নুপাদি মতম খুদিংদা মখোয়গী নুংঙাইনবা ফিভম শেমদুনতা লৈবনি। ঐখোয়দি ফিভম খজিক শোইবগীসু তত্তনা পাউথোকপী। মসিনা মখোয়সু ঐঙোন্দা কয়া থাজবা ঙমহন্দে।’ মহাক থম্মোয় শোক্লা হায়রকখি। মীদা মী মাল্লি। থম্মোয় হায়বসি মী খুদিংমক্তা য়াওজরক্লবা লৌথোকপা য়াদবা পোশক্লি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলকই। মাদি মখা তারকই, ‘ঐবুসু নঙনা লান্না খল্লম্বা য়াই। খনফমসু থোকই। অদুবু ফিভমসিমক্তি ঐহাক্লা শেল্লুবা নত্তে। মতোমতা ওইজরকপনি। নোংশিব্রু ঐনা তাহল্লুবা ঙস্রা? মসি ওইরগসু ফিভমশিদি খোকশ্রবনিনা মতম কুইনা নিংসিংদুনা লৈরগনি। মসিদি মফম, মতম্না নিংশিংগদবা নত্তে। মখোয়দি ফিভমদুদা মতেং পাংলবতনি। মফম মতম নাইদনা নিংশিংহৌগদবদি মীওইবনি। মখোয়শিংসিগীদমক খুদোংচাবা লৌহৌগদবসু মীওইব, ঐখোয় মশেন্দনি। হান্নসু ঐদি ইশাগী ফিভমসিনা মী অতৈগুম থৱায়সি য়োকচবা ঙমজদ্রিবনি। ঙসিদি অমুক্ত হেন্না, মফম খঙদনা শেরান্নরগনি। খম্ভরুবদা কপ্লিংঙি। খাংফম খঙজদে।’ মহাক মমিত্তা মপি অতৎপা লৈতনা শিম্ভরকই। মতৌদুদা ঐসু পুক্লিং য়াম্না নুংশিরকখি। অদুক হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা থৌদোক অদুনা অসুক পুক্লিং নুংশিহল্লক্কনি হায়বসি থাজরুদে। হৌজিক্তি হান্না মমাংদা লৈরম্বা ফিভমদু ফিভমসিনা পুমওন ওল্লোক্লে।

‘হৌজিক্তি নঙ থৌদোক্তুগীদমক করিসু খল্লুরনু। মদু নঙনা তৌগে হায়দুনা তৌবসু নত্তে। মতমদুদদি নঙ ওইখিদ্রবনি। হৌজিক্তি নঙনা তৌগদবদু তৌদুনা লৈয়ু। নফি অমা হোংদোক্কেরা? ঐ অনৌবা ফি অমা পুথোরক্কে।’ ঐনা থেমজিনখি।

নুমিৎতুদগী মঙোন্দা লৈরম্বা ঐগী বাখল খরা হোংখি। থাজবা হেল্লকই। মহাক্লু ঐনা হেক হায়রিবমখৈ য়াই। হেন্না হেন্না ঐগা নক্সিল্লকই। হান্নদি মাবু লমচৎ কাম্বা,

ওক্তবী অমগুম ঐ মাগা মাইয়োক্লনা অমুক্তা ৱারী শারুদে। নকসিন্ননিংদবা পোকই। নকশিন্নখিদে। ইপুরোইবগা ৱারী শান্নবা মতমদদি হায়খি, 'সখি লৈবসিনা লৈকায়সি মহা ওইহল্লবনি। নুপা নহাসু য়াম্না হেন্না ইল্লে। ঐখোয় ফাওবা মিৎ নাদুনা তন্থহল্লে।'

'করিগীনো নঙনা অদুদা নরন্নাইদৌনা শাউরিবদুবু? মাগী মাগী মরাইবক হায়বদুনি।' মাদি খুমক্লকই।

'মসি লাইবক মতোমতনদি নত্তে। মাগী তৌগে হায়বা ৱাখল অমা য়াওদনদি মদু তৌবা খক য়ারোই।'

'হৌজিক ঐখোয় লাইরনা লৈরিবসি ঐখোয়না তৌগে য়াওনা তৌজবা ফিভম্না? নঙসু পুন্সিদা তৌজগে খনবা ময়াম অমা তৌঙমদনা লৈরিবসি ঐখোয়না হোংদোকচবা ঙম্রা?'

'মদুনা মদুনিদনা। মদুগা মাগী ফিভমগদি খেন্নে।'

'মাগী ফিভমদুসু ফিভম অমনি।' মাসু খুন্নকই। মতমদু ঐ তশেংনা হিংবা হায়বসিগী অর্থ খঙখিদে। জ্ঞান তাবা য়াম্না ৱাৎলি। ঙসিদি ময়েক শেংদবা মঙাল অমা কাখৎলকপগুম তৌই। মাবু লান্না লৌবা ঙম্লক্তে। মাসু ঐদৌনা মৰা, মপুরোইবগা লৈমিন্নরম্লবদি কনানসু মাবু লান্না লৌবা ঙম্লম্লোই। করিগীদমক মাগী মপুরোইবনা সখিবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নুপী অমা নুংশিনদুনা লৌখিবনো? সখিনা করিদা লানখি? নুপানিনা অরৈবা শক্তি অমা পুথোক্তুনা ৱাত্তনবা পৈসিনখ্রে। মসিমদি লৈকায় পূম্নমক্না খঙঙি। (ফনা কুইনা মপুরোইবনা হুন্দোকপীরম্লবসু কৈদৌবনো খঙদনা ইংনো লৈরম্মী। ময়ুমদগী মপান ইপান থোক্তে। খরা লৈরগা দুকান অমা ইষ্টোরকই। খুন্দোনগা ওইরে। মতা চায়। নহা পাখং মশিং খঙদনা ইল্লি। করিগীদি ইল্লোই? মশক মতৌ ফিভমদা লৈকায়সিদা মা য়ৌবা কনা লৈরিবগে? মাগীদা চংলুবা কয়ানা নোংমা নোংমগী মানা লমচৎ কাম্বগী ৱারী শাই। অদুবু মখোয় হন্দোকপদি তৌদে। ঐখোয়বুসু তন্থহল্লি। নোংমা ইতোচাসু তম্লম্মী, 'অমু (ঐগী ইপুরোইবা) সখিসি লৈকায়দগী তাষ্টোক্তবদি য়াররোই। মফম খঙদবা পাখংমচা কয়ানা ৱাই চাইরে। ইচা ইশুসু অমত্তা অওকপা লৈররোই।'

'মীনদি মহাক করিসু নত্তবা তৌজদে হায়।' মাদি খুম্মী।

'মীনা হায়বনা হায়বনি। খুন্দোন্দা ঐখোয়সু লৈরিবনি লোইনমক উরবা ঙাক্তনি।' মসিমদি মানা তত্তনা মাগী মরম হায়রকপদা তোইনা সিজিন্নে।

'নঙনা উরিবদু মাবু নত্তবা লমচৎ চৎপা উরব্রা?'

'মদুমক উদ্রগসু মহাক শোয়দনা লমচত্তু চৎলি।'

'উরুদ্রগদি মদু হায়বা য়াদে।'

'মীনা হায়নবদি ঐখোয়সু তায়।' মতমদুদা ঐসু তাইতোচাগী মতেং পাংদুনা হায়খি।) লৈকায় পুন্নমক মসিদা য়েংদুনা লৈ। মুশুক মুশুক শাউনৈ। হৌজিক্তি মসে অর্থ থোক্তবা জ্ঞান তাদবগী থবক ওইনা উই। মদু ঐখোয়না করিসু উশিল্লুফম থোক্কে। তশেংনা মানা মদু তৌরল্লে হায়বসু খঙদে। মদুতা নত্তনা করিগুম্বা মদু তৌরম্লগসু ঐখোয়গী ইথৌ করিনো? মানা করিদা লাল্লি। মাগী নুপাদু ঐখোয়না মঙোন্দা অমুক শিন্নবা নৎত্রগা মহুৎ অমা পীবা ঙম্লা? য়াম্নমক মদু তৌহন্নিংদবা তারগদি লৈকায় ময়াম চংদুনা চপ চাবা মাগী হিংননবা পোরম অমা য়াৎপীবা চুম্মী। মদু নত্তনা মিৎ নাশিল্লুবনদি পুন্সিশিংদা অর্থ থোকহনদবতা নত্তনা মহিং লৌথোকপীবা তাগনি। মসিদা য়াম্না হেন্না অমুক্ক লানবদি তাইতোচাসুনি। (য়াম্না তৌ-ঙম্বীগী মওংদা য়েংনিংদনা ৱারী শাদুনতা লৈবা মহাক্কী লমচত্তু করিনো? সাখিগী দুকান্দগী পোৎ-চৈ তোইনা লৈখৎলকই। তাঞ্জা চাদনা থেংনৈ।

'নখুত্তু তৌজরক্নু। ফজদে। তাইতোচা, ঐদি হেক্তা লাওগদবনি।'

'শাউনু। ঐ নঙগী অৱাৎপা কয়া মেনখৎপীবা ঙম্বা মীনি।'

'ঐনা ঐগী অৱাৎপা মেনখৎপীয়ু হায়না নঙোন্দা হায়খ্রবা?'

'ঙাসিদংদি নঙ ঐগী অনিংবসি থুংহল্লু। মতুং অমুক লাক্লরোই।'

'ঐ ঙম্লোই।'

'ঙমদবা য়ারোই।' মমায় নক্লা চিংশিনখি। মিৎকপ্পুদা চংলুদ্রে। থোরক্লে। ময়েক্কীদি সখিগী দুকান্দা পোৎ চৈ লৈবা লাকখিবনি। ঐ নুথিল তাল্লক্কুদা চংবা ঙমখিদে। চা চিনীগী ৱাখল কাওথোকখি। য়াম্না চমম্ননা য়ুম্লোমদা হল্লকখি। নোংমা সখিবু খুন্দগী তাম্থোক্লবা হায়রম্বা মহাক্কি। খম্থরগা সুম শাউনিংলকই। ঐ করিগী ইতোচাবু ফারগা মমায়দা খুৎপাক্লা থাহৌদবনো? ঐখোয়দা তত্তনা মতেং পাংঙি অসিরা? মদুগী ইজ্জৎ ঙাক্লিব্রা? ঐগী ৱাখলদা মসি তত্তনা তিনসল্লে। নিংঙমদে। শোয়দনা অমুক্তং ফাদুনা মীয়াম মাংদা মরু কোক্কে খন্দুনা লুম্লি। তান কায়না-কায়না সখিবু শংলি। শোয়দনা ফাগনি। খুন্দগী তাম্থোক্কদবসি মহাক্কি। পুক্লিংদা চপ লেপ্পী।)

সখিদি ঐখোয়দা তত্তনা লাকই। ঐবু মচেদা মচেগুম চপ চাবা মওংদা লোইনৈ। মহাক হেক লাকপা খুদিংগী ঐগী চাননবা লৈরকই। করিনো খঙদনা ইনক্তা নক্লবগুম উই। মাবু অমুক হন্না লান্না য়েংবা ঐ ঙমদ্রে। থাজরম্বা ইতোচানা য়াম্না তুক্কচরকই।

লোৎপা য়াদবা মীওইবগী মশক্কি। মতম তাঞ্জাগী ৱানি। মী হায়বসি মীগী শচা অমত্তদা শারকপা ঙাক্তনি। মপুম ফাবা মশক্তু য়েংগে হায়রবদি শচাদুসু মুন্না খঙফম থোকই। ঐনা ফনা য়ানিংদদুনসু ইপুরোইবনা মাগী মমানবদু য়ারি। মাগী খ্বাইদগী নরুনা তাথোক তাশিন তৌনরি। মাবু ফত্তনা উরুবা ওইথোক্তে। ইদোম ফত্তবা তাই। মীনা ঙাংনবীবা মহাকপু ফনা পূকচেল শেংজদুনসু মাগী চংজফমদি খক পীবীদ্রে।

মাগী পুক্সিগী খল্লুবদা (মানা তত্তনা হায়, 'ঐসে য়াম্না নুংঙাইতে। শিজবা য়ারবনি। হিংলুরবনিনা মদুসু হেক ঙমদে। ফিভম ফত্তবসিগী মীনা খুদোংচাবা য়াম্না লৌই।'

'মীনা করি করি নঙোন্দা তৌবীরবগে?'

'খঙদে। তৌবদি য়াম্না তৌবী।' মা হায়দোকখিদে। ইমিৎমক্তা উরবনি। অদুবু খঙলুবা য়াদে। খঙদনা অসুম লৈখিবা তায়। ঐগী ওইবা ফিভমদা শোয়দনা কায়রক্কনি। হকথেংনবনা তোঙানবনি। মদুগীদমক্তি শেম শারি। মানা হায়বদু তুমিন তারি।

'খজিক্তং মনিল কাংথোক্লুরে, ঐ ওইনা মাংজগনি। কাংথোক্কে, মখোয়গী শান্নপোৎ। থৱায় লৌথোকপীখ্রবা শান্নপোৎ ওইবা তায়। ঐসে য়াম্না শোক্লে। থৱায় হিংনবা হোৎনবনা কনব্রা? নৎত্রগা শোন্না হিংবসিনা ফব্রা? ঐ খঙদে। নুপী ওইকই। ফিভম ফক্তে হাযদুনসু পুক্কিংগী ইখৌলাংবদি মাংঙু হায়বা য়াদে। অপাম্বা খূদিংমক ঐগীসু চপ চানা লৈ। মসিনা ঐসে য়াম্না হেন্না শোন্থহল্লি। মীওইবগী খুদোংচাবা পূন্নমক মসিদ (ইখৌলাংবা/অপাম্বা) গী থোকপনি। মসিদা শান্নবা ঙাক্তনি। মসি লৈরমদ্রগাদি মী অমনা মী অমদগী কৈদৌঙেদা খুদোংচাবা অমত্তা লৌনরল্লোই। অফ ফত্ত খুদিংমক মসিদগী থোকহনবা ঙাক্তনি। ঐদি মসি খুদুম চনবা ঙল্লবরা খনবনি। কনাননো মফম খঙদনা হেক হেক হৌদোকপীরে। ঐ যাম্না কপ্পিংঙি।' ৱাহৈশিংসি হায়রগা মা হেক হেক কপথোরকই। য়াম্না থম্মোয় শোক্লবগুম উই। অদুক থম্মোয় শোকপা খোঙ্গোক ঐহাক কৈদৌঙে তাখিদে। পুক্কিং য়াম্না নুংশিরকই। কনানা মাবু ওক্তে হায়গদৌরিবনো? খনফম খঙদে।) য়াম্না নুংঙাইতে। মসিবু ঐগী ইতেং পাংঙী হায়দুনা হেক্তা হায়জিনব্রা? মাতগী ওইবা অতোপ্পগী য়াওদ্রবা তোঙাল্লবা মরমচৎ অমা তোঙান্না লৈবা নত্তে। মপুক্কিং য়াম্না মকা লান্না হিংফম থোকপনি। পুক্কিংসু, থৱায়সু ইচা চাশিন্নবা ঙমদবগুম হিংহল্লে। মদুই মথক্তা কয়া অমসু পাউথোকপী। অশোনবদা খুদোংচাবা লৌখিবা ওইবনা অশোনবতনা মাংজৈ।

মসিদি সংসারগী নিয়মনি। অশোনবশিংদি সংসারসিদা ইনৌ নৌনা থুংলবা জিবগুম চুশিন্নবা ঙমদনা, মদোম কনাসু লোন্দিন্নদনা হিংজবা তায়। করিগুম্বদা কনাগা চুশিন্ননবা হোৎনরবদি লেপ্তনা অসুম চাশিনখ্রগদবনি।

ঐসু মাগী মরমচত্তু তুক্কচরম্মী। তম্ফম খঙদনা য়াম্না শাউনিংলম্বনি। ঙসিদি শাউফম থোক্লিব্রা খল্লক্লে। খঙদে। য়াম্না খাংফম খঙদে। ফুমজিনবা ঙমদ্রবা থৌদোকশিংনা থম্মোয়সি কোইহাই হায়দুনা লৈতাফম্ লৈহন্দে। শক্তম ফক্তোকখ্রবগুম উই। কনানা খাংবা ঙমগনি, থৌদোক্তু? কপ্পিংলকই ...। ঐখোয় ময়াম ইনেচা লৈতবগী শোরাৎ চৎলি। লৈকায়গী মী অয়াম্বা লোইনা চৎনৈ। খরা হেন্না নক্সিনবগুম তৌবদুনা ঐদি ঙন্না চৎখি। তাল্লক্তু য়াম্না চিকখি। করিগুম্বা অমা কাওরম্বগী হন্না য়ুমদগী লৌগে লাকপদা ঐগী ফমুংদা সখিবু নমদুনা ফৈরগা...। মা য়াদে। কন্না চেনগদবগী লাক্লে। অদুবু মপাঙ্গল কনবা ইপুরোইবনা য়াম্না হেল্লি। খুদোংচাবা লায়না লৌবা তায়। মাগী মঙংদু শোরাৎ চৎমিন্ননবা ঐ হৌবা লাকপা ওইরমগনি। পুঙৌ ফনেক অমা সেংথলি। ফি অঙৌবা ইল্লকপা মাল্লি। মসি কনাদা তাইনকনি? ঐগা লুনা তিন্নবগী মহৈ মদুরা? নোংমা লুমদুনা ফাগে খনখিবা তাইতোচাগী মঙ মিৎকুপসিদা কায়খ্রে। ঙাইরিবা থৌদোক্তু ইমাংমক্তা থোক্লরে। অদুগা ঐনা তুমিন তাশিন্দুনা হিংবা তারি। থম্মোয়সে প্রোক প্রোক চাকই। খঙশিন্নদনা পূন্নমক খঙলগা হিংলি।

হৌবদগী মতম চুপ্পদা মাদি সখিবু ফনা খনখিবনি। থৌদোক্লে য়াম্ন। থাজখিদে। সখিদি হায়জখিবনি, "নুপা হায়বসে মখোয়গী নুংঙাইবতমক খন্দুনা মতম চুপ্পদা মদুগী ফিভম শেমদুনা লৈবনি।" মাগী ৱাখলদুমক য়াম্না চুল্লব্রা খনখি। থৌদোক্তুগী মতুংদা অমুক হন্না ঐখোয়দা সখি লাকখিদ্রে। নোংমতা কৌরুদনা হরাওনা লাক্লম্বা মহাক্লি। কৌরুবদসু, 'য়ুমদু ঐনা চংবদা মতিক চাদ্রবা, ঐঙোন্দগী হেনবা মীওই কয়াগী খুনদিন্নফম্নি' হায়দুনা খুল্লকই। তশেংনা মহাক্তি মঙোন্দগী হেনবা কয়াদগী লাপথোকপা পাম্মী। মখোয় কয়ানা মঙোন্দগী খুদোংচাবা হেক হেক লৌখি। মসি মানা কৈদৌঙৈ পীগে খঞ্জরুদ্রগসু নমদুনা মুনখ্রগদবনি হায়না মাগী ৱাখলদা চুদুনা লৈ। খুদোংচাবা লৌখিবা হায়বসি তুহৎপীবা মখল অমনি। ঙসিদি ঐনা করিগুম্বা সখিগা ৱারী শানিংবা তারগদি মখোয়দা চত্তুনা শানবা নৎত্রগা লম্বী লমখাংদা থেংনবা নত্তনা ফংলরোই। অওনবা অমদা মথক মখা পুমওন ওম্লোকপা মীওইবগী চৎন-লোনচৎনি।

থাজদনা চিঠি অমা থুংলে। লৈকায়গী অঙাংশিং অমনা পীরম্বনি। কনাদগীবু ঐঙোন্দা চিঠি পীরক্লিংঙাই লৈরি? মুন্না য়েংলুই। চুম্মী ঐগীনি। এদ্রেস-নুংদ্রেম অমত্তা লান্দে। ফাক্তোক্কুনা পারুই।

**ইচে,**

পোখাফম খঙলিব্রা? ঐদি খঙদে। অঙাং ওইরিঙৈ অহল লমন্না লানবা চুম্বা অফ ফত্তগী লমচৎ শাজৎ কয়া খায়দোক্কুনা ফনা য়ান্না তম্বীরকই। চিনফা পুহনখি। লমচৎ শাজত্তা অথিংবা কয়া থমদুনা মখোয়গী তুংইন্নবা কন্না হোৎনরুই। ঙসিদি মতমদুদা হৈনখিবা কয়াদু থম্মোয়বু নমশিনদুনা থন্নবা হৈনহনখিবা ওইনা থোক্লরে। খাংঙমদবা কয়া থম্মোয়দা নমশিন্দুনা থল্লি। অদুবু হৈনখিবা শক্তম কয়াদুদি অকিবা শক্তম ওইনা থোরক্লে। অদুক কিখ্রবা শক্তমসিং অদু কোনসিন্দুনা থল্লবতদা মী ওইনা হিংলি। অদুগুম্নবা শক্তমসিংদু কোনসিন্দুনা হিংলিবা মহিংদুগা হান্না লৈরম্লিবা মওংদা লৈবা মী ওইবগী মওংদি খৈন্নে হায়বা খঙজে। ফনা খেন্নদুনসু মপান থোক্লা খেন্নবসি তাকপা ঙমদবগী মতম খূদিং চরম ফুন্দুনা লৈরি।

অহাংবা অতিয়াগী মখাদা তাইবং মীওইবনা কোইচেল চেল্লি। অমম্বা অহিংদা তুমখুন হুন্দুনা মতম লেল্লি। মহৌশাগী খুদোলদি মী খূদিংমক অয়াম্বা মতমদা মতুং ইন্নে। তাইবং মীনা শেম্বা চৎনলোনচত্তি অয়াম্বা মতমদা তাইবং মীওইবনা থুগাই থুগাইদুনা মশা মশাগী নুংঙাইবা লোক্নবা ঙাক্তনি। অদুবু ঈচেল তপ্লবা পুক্তপ্পী অমগী মতৌগুম মতম খূদিংমক্তা চৎনলোনচত্তুবুদি ইকাইখুন্নবা মানবা য়াই। অহিংবা ওইরিবা শদোংগী শরুক অমা ওইনা পুক্নিংগী, ফিভমসু লেপ্নে। অনীসিদি অসুক্কী মতিক লাপ্নে। অদুবু নক্নবা মান্না লৈ। মসিদা নক্নরিবনা করিনো? লাপ্নরিবনা করিনো? মসে ঈশ্বরনদি খঙলমগনি। মাদি মফম খূদিং শংদুনা লৈ হায়নৈ। মহাক লৈরম্লগদি শোয়দনা খঙগনি। খঙদবা য়ারোই। পুক্নিংনা থাজৈ। মাগী মফমদা ভক্তি কায়য়ু য়াদ্রি। মসি মহাক লৈবগী খূদম্নি। হিংবগী ময়াই য়াওরিবসিমক মাগী শরুক্নি। অশিবগা লাম্বেংনরিবনি। কনানা ঙল্লিবগে হায়বদুদি হৌজিক হৌজিক হিংলিবসিনা খূদমগা কোন্ননা তাক্নবনি। অদুবু পুক্নিংগী পামজববু নমদুনা মুনবীখ্রবা হকচাংগী শরুক্না, তাইবংগী ফিদাদি মফম খঙদনা মুনবীখ্রে। পামজবা অমমুক নহৌনা খল্লুবগী অর্থ তোঙান্না হনবা য়ারোই। মসিগীনি ঐনা নাইতোম তারবা মতমদা হেক হেক তত্তনা অর্থ অমা থিরিবা।

খঙঙি। ইচেগা ঐগা কয়াম য়াম্না নক্নে। অদুবু ইচেনা লৈরিবা য়ুম অদুগদি ঐগা য়াম্না লাপ্নে। ঐগী ওইবা হক অমত্তা লৈতে। করিগুম্বা ঐগী খোঙ অসিনা মফমদুদা

খোঙদারুবা তারগদি, ইশানা ইশাবু লৌনম তৌদুনা খোঙ নমদুনা থাংবা তায়। মসিমদি ঐ তৌনিংদ্রে। তৌবসু কৈদৌঙৈ তৌররোই। ঐ অমুক হন্না ইশানা ইশাদা লাল্লরোই। কনাদসু ঐ শাউফম থোক্তে। অদুবু ঐগী ওইরিবা ফিভম সিমতংদি ঐ তত্তনা ঋরৌই। ফিভমসিদা ঐগী চিন-লৈ, খোঙ-খূৎ পূম্নমক পুমপং পংথহন্দুনা পুনশিনবীরবনি। মসিদগী ঐ নাহ্লোকপা পাম্মী। নাহ্লোকপদি কৈদৌঙৈ ঙমগদবা মান্দ্রে। থাজবনা লৌনম তৌবিরবা ঐহাক্কি। মীনদি হায়নৈ, 'অচুম্বনা মতম খুদিংমক্তা জয় ওইগনি?' ঐগীদি ইশানা ইশাবু মীনমদুনা সমাজগী মতেং হেক লৌথ্রিমখৈ মায় পাকপা হায়বদু ওইরোইদৌরিবনি। অচুম্বা হেক ফোংদোক্লুবদা মাইথিবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। ঐগী ওইরিবা ফিভমসিদা চাওরবা অমুবা কালি তৈসিনগদৌরিবনি। ঙসিদি খূৎ অনীনা তৈশিল্লিবা কালি তৈথোরুবা লাক্করি। কয়াম কুইনা চুদনা লৈবা ঙমগনি? ইশানা ইশাবু সমাজদা মীনমজরিবা ঐগী মহিং অসিদা অচুম্বগী জয় হায়বদু ওইবা ফংখিগদ্রা?

ফরে। লোইরগে। ঋাকৎপু কন্নানা তানিংগদগে?

নহাক্কী নচন

সখি দেবী

ঙকই। মী ওইরুবগী থম্মোয়? মী হায়বসি ঙন্নমক থোৎলব্রা? মতম খুদিংমক্তা থোক্তুনা লৈবা লৈগী মতৌগুম মীওইবগী থম্মোয়নুংদা লৈহি চেন্দে। মসিননি আইন্না মীওইববু মতম খুদিংমক্তা ঋায়েল্লিবা। শকমান্নবা লৈ অমগা লৈ অমগা মনম মান্নবগুম মীওইবদি খক মান্নদে। থম্মোয় থম্মোয়দা তুমখুন হুন্দুনা ভুৎকী সক্তম অমমম মীওইবনা কোনসিন্দুনা হিংঙি। নোংমদি অমুক মহাক (ইপুরোইবা হায়বদা পকচদে। মী ওইনা লৌবা য়ানিংদে।) সু হায়খি, "সখিসু মীনি। থম্মোয় পাল্লি।" মসিবু মহাক থম্মোয় মশক খঙনা হায়খিব্রা? নৎত্রগা চিনফা পুবা খোহ্লোক অমা শিজিন্নরিব্রা? ঐদি মী ওইবা তারগদি মখোয় খূদিংগী ফিভমদুবুদি সখিগী মফমসিনা হেন্না পাম্মী। মাগী লৈজরিবা ফিভমদু মহাক মশানা মুন্না খঙজে। করিগুম্বা পল অমত্তা লৈরমদবা তারগদি মী ওইখিদ্রবা কয়াগী মথক্তা নেত্তুনা মহাক শোয়দনা কাখৎলক্কনি। ঙসিদি মাগী ওইবা ফিভমদু থাদোক্তুনা লৈরিবা ফিভমদুগা চাননা হিংলি। অদুগা ঐগী ফিভমসিনা করিনো? ঐগীসু চপ চাবা মফম অমা লৈফম থোকই। ❑

# ঐগী ব্না

মীয়াম্না ঐবু লক্লে। মফম খঙদে। য়ু থকই। ঙাউই হায়। মসিদি ঐগী খোঙবুনি হায়বসি মখোয় খঙদে। ঐনসু মসি মখোয়দা খঙহনগে খল্লুদে। মসি ঐগী অরানবা ৱাখল ওইরম্বা য়াই। ঐগী ৱাখলদা, ঐগা লোয়নরিবা মখোয়গা ঐগগী মরক্তা খেন্নবা খরা লৈ। মসি ঐনা কৈদৌঙেদা মখোয়গা অফ-ফত্ত পুথোক্নুনা খঙহন্নবা খক লাক্লখিদে। অদুবু ৱা অমদি তত্তনা হায়, 'নখোয়না তৌনরিবা তৌশিন্নবগী মায়খুমসি হাইদোকপা ঙম্বা, মনুং মপান নাইদবা মী অমদি পাম্মী।' ৱাহৈসি অয়াম্বা মতমদা মখোয়না ঐবু নুপী থিননবা হায়রকপা মতমদা হায়খিবনি। চহীনা লেক থুম্লক্লবা ঐবু, অয়াম্বনা নুপী থিহন্নিংই। মসিদা নত্তনা য়াইমবীবু ঐগী নুপী ওইনা লৌশিন্ননবা মখোয় কয়ানা তৎতনা ইনশিল্লি। মদু ঐ য়ানিংদে। ঐঙোন্দা মহাক ওকপা ওক্তবগী অর্থ ঐ লৌশিন্দে। তিং থোকপা ঙম্বী নুপীনি ঐনা পাম্লিবা। ঐগী ঙাউরিবা মওংসিদা নুপী অমনসু হেক য়াগদবা লৈতে। অদুবু য়াইমবীদি ঐ য়ানিংদে। মাদি ওক্তবা নত্তে। লমচৎ কাম্বগী ৱানি। ঐদি লমচৎ কাম্বী নুপীদি পামদে। ঐগী ৱাহৈসি মখোয়সু য়ানিংদে।

'ওক্তে হায়বসি লমচৎ শাজত্তা হায়বা নৎত্রা?'

'মদুনি হায়দুনসু মদু মীয়াম্বু মীনম্বা লমচৎতুবুদি নত্তে।'

'মদুসু ওক্তবগী লমচৎ অমনি।'

'করিগীনো অদুক ওক্তবা মহাক্না অমুক মহাক্কী লমচৎ শাজৎ অদুবুসু অমুক লোৎশিনবা পাম্লিবা। করিগী অফবা শানিংলিবা? মাগী মওংদুদি ওকই-ওক্তে হায়দুনা নৈনবা ঐহাক য়ানিংদে। মদুই মহুৎ, অনী থোক্লবা মরমচৎ অদুগীদমক মরাল অমগা হাপচিন্দুনা মদুদগী হেনবা অমা হায়গদবনি।'

'ওক্তে হায়বসি মরাল য়াওরবা ৱানি।'

'মদুদি অনী সুদে। মদু ওইবা তারগদি মাগী লমচৎসু অমতং ওইগদবনি। নৎত্রগদি মশাগী আইদেন্টিটিদা মীনম্বনি। মীওইবদি মা-মাগী আইদেন্টিটি মপুম ফানা

উৎথোকপা ঙমগদবনি। নৎত্রগদি ঐ হায়বদু লেমহৌদ্রবনি। ঐঙোন্দা ঐ লৈত্রবদি, ঐ ওইবগী করি কান্নরি?'

হৌজিক্তি য়াইমবীবু য়ানিংবা ঐঙোন্দা য়াওদ্রে। মাদি ওক্তবা নৎত্তে। তৌশিন্নবা খ্বাইদগী কনবা নুপীনি। অঙাং ওইরিঙৈদদি ঐ মাবু য়াম্না নুংশিখি। মদু ঐগী পুন্সিদা মতম পুম্বগী ওইনা চুশিন্দুনা লৈরগনি। মসিমক্লনি মখোয় কয়ানসু মাবু ঐঙোন্দা কন্না ইনশিনগদবগী হোৎনরিবা। ঐ য়ানিংদ্রে। মাগী পুন্সিদু হিংনবা লম্বীদা মখল মথেলগী লৌশিং তানশিনবা ওইনা লৌরুবা য়াররোই। মদুদি মিকুপ্তা ফাওরকপা পুক্নিংগী ইথিল থিংবা ঙমদবনি। য়াম্না শোনবা অয়ম্বা অমগী লিচৎনি। ঙাউরবা নৎত্রগা ওক্তুবা মীদুদি মদু নত্তে। মখোয়গীদি ফবা-ফত্তবা হায়দুনা অমমুক লৈরোইদবনি। মানা তৌরিবা পুম্বা মাগী অশেংবদুনি। হিদাক্তবু মীশক খায়দোক্তুনা মথৌ তৌরকপ্রা? মাগী ওইফম থোকপা মওংদুদা অসুম্মক লৈবা নৎত্রা? অরেং-লেংদগী তুং ইন্দুনা মচু ওনবা ঐহাক য়ানিংদে।

লোন্না নুপা নহাগা লৈমিন্নরম্বগী য়াইমবী কয়ারক লৈকায়না ফাবীখ্রে। ঐদি লুজদবা থবক অনীমক অমতা য়ানিংদে। করি মথৌ লৈদুনা মীগী লনাই অরোনবদা খুৎ থিংজিল্লিবনো? মাবু নুংশিদবগীরা? অদুগা অমুক্তু য়াইমবীনা করিগী, অপামবদু ফোঙনা খনবা ঙমদ্রগদি হুরাল লনাদা থবক অদু তৌরিবনো? তিং থোক্লা পামজবা খনবা ঙমদ্রবদি মশাগী ৱাখল লৈজদ্রবা মীনি। মাগী লুজদবা হুরান হুরান অফবা শাবদুদি ঐগী থম্মোয়দা খোইশাওনহল্লি। ওক্তে হায়নিংদে ঙাউশিন্নবনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। ঙাউশিন্নবা হায়বা ৱাহৈসি অর্থ লৈবা ৱাহৈনি। মসিনা ঐহাক যাইমবীগা পুন্না খক য়ুম লিংবা পামদে। মখোয়নদি অঙাং ওইরিঙৈগী মরীদু নিংশিংদুনা ঐঙোন্দা মাবুসু তিনশিনগদবগী লাক্নে। মরীদুদা তোঙাল্লবা মরী অমগী ৱা য়াওহল্লি। ওকশিন্নদবা অসি ঐঙোন্দা খ্বাইদগী য়েক্লবনি হায়বা মখোয় খঙদে। খঙদবসিনা ৱা ওইরগা মখোয় ওইজবা তানগে হায়রিব্রা?

মীওইবনা মীওইবগী মগুন লেপ্লিবসি মা মাগী তৌরম্লিবা থবক কয়া অদুগীনি। পোকপা শিবগী মগুন হেনগৎহল্লিবসু মসিননি। পোক্লগদি পোক্লকপগী চপ চাবা হক লৌহৌগদবনি। মগুন লৈহনহৌবা ফৈ। মদু নত্তদুনা য়াৎথোক্লবা লৈই অমনা কোইশিন্দুনা লৈরগা কদায়দগী মপুম ফাবা পুন্সিনো? হৌখিবদগী লেপ্তুনা অসুম মতৌ তম্ববু করি নুংঙাইবা লৈগনি? মসি অতৈ মীওইবদা য়ারম্বা য়াই। ঐঙোন্দদি মদুদা কলকপা অপাম্বা অমতা লৈতে।

ঐগী ওইরিবা মওংসি ঐগী মরুপ থোইবনদি (মাদি নুংঙাই য়াইফনা মচা মরি/মঙাদুগা নুংঙাইনা লৈ। মচাশিংসু নুপী অঙাং লৈরে।) য়াদে। নে তানা হিংবগী ৰা তৎতনা হায়। মাগী অচুম-অরান খঙ্বা মজিষ্ট্রেৎ ওইবগী হৌনবী তৌই। লৈবাক্কী চৎন-লোনচৎ য়াম্না কুপ্না চৎচবা পাম্মী। খজিক্তং নৈনরকপদা আইন হায়দুনা থৈননবা হেক হেক হোৎনৈ। মানা হায়বসি লোইনা চুম্লব্রা? ঐদি হংঙি।

'কনাই আইননো? নঙগীরা?'

'আইনদি লৈবাক্কীনি।'

'অদুবু ঙসাইদগী নঙতনা ঙাংঙি। ঐসু তাগে হায়দুনা তাবনি। লৈবাক্কী আইন ওইরগদি লৈবাক্সু খরা ঙাংহল্লু। নতোমতা পঙাং ঙাংগনু। ঐ তানিংদে। পোক্লক্লবনিনা ঐদি হিংলে। হিংলবনিনা ঐহাক চৎপা তাবনি। ফম্বা তাবনি। হিপ্পা তাবনি। নঙগী আইনদুনবু মসি ঙম্ব্রা? ঙমদে। অতোপ্পা পোশক অমনা মাদি ইল্লুবা তাবনি। নৎত্রগদি মা অশিবনি। নঙগুম্বতনা হিংহনবনি। ঐদি অশিবা হায়বসি মতম পুম্বগী ওইনা মৰা লৌদে।' য়ু থকপনা ঙাংবনি হায়দে মহাক শাউরংনরকই। অদুবু তপথরগা হায়রকই। 'ভাই। রাকু (রাজ কুমার) নঙ য়াম্না ৰাবা তারে। পোথারো। য়ু থক্লগা অদুম্না ঙাউবসি নোংঙাল্লগা য়াম্না ৰাবনি।' মানা ঐবু নুংশিনা হায়রকপা মওংদুদা ঐ কপ্লিংলকই। পি তানা কপখি।

'আইন লৈতবা মীসু কপপ্রা?' মাদি হংলকই।

'মসিদি থম্মোয়গী ৰানি। মীওইবগী ওইবা পূক্লিং ইথিলনি। আইনগী ৰা নত্তে। সংসারসিদি মসিগী নুংশিবতনা পুনশিনগদবনি। খুৎশেমগী মরীনা মতম খুদিংদা ফাদুনা থম্বা হায়বসি খক ওইথোক্তে। ঐনা ময়ায় কারবা য়ুবু নুংশি। মহৌশাদগী লৈরক্লবা মাগী শেংলবা মশক্লা ঐবু ফাদুনা থম্মী। মীগীসু, মশাগী মতিং লৈরগদি ফুদোক্কদবনি। নমদুনা থমগদবা নত্তে। মদুতনা সংসারসে সংসারনি হায়বদা মশাগী মশক লাক্কনি।'

'নঙগীসিসু নতিং ফুদোক্লিব্রা?'

'মানি।' হেন্না হেন্না কপনিংলকই কপখি। 'মসি নঙনদি খঙলোই। নঙদি মাজিষ্ট্রেৎনি। আইনদি নঙ খঙইদনা। মদুনা নঙবু ৰায়েল্লি। পুন্সি মরেল ওই। পুন্দুনা লাকপা নত্তবা পোৎশকসিনা ঐখোয় পুম্বা পুল্লি। নঙগী পুন্সিসু মদুগী ওইরে। নঙগী নতিংসু মদুদা তত্তনা ফোঙদোকই। অদুবু ঐ কনানো? ৰাহংসি ঐখোয়নী চপ মান্ননা হংবদা খেন্নবা য়াম্না থোরক্কনি। ঐনা ঐঙোন্দা হংজবা মতমদদি সমাজনা

থৌশাবীদ্রবা, মরুপ-মপাং কয়ানা ইম্বোক্তুনা থম্বীরবা মশক অমা ওইনা উগনি। নঙনা নঙ নশাদা হংজবা মতমদদি সমাজগী চাওরবা ফিদাদা ফমদুনা লেন্নরিবা মশক অমনা লৈতেংলক্কনি। মসিনা ব্রাহংসিগী মগুন অসিমক খেন্নবা কয়ানা য়োম্লবা, অকোয়বগী মশক য়াওরবা মমি অমা ওইনা উরিবনি। অকোয়বগী মশক অসি উরগনি ঐনসু তুক্কচরিবা। ঐনা ঐবু ঐ ওইনা তুকচববা মফমদা ঐ লেপকে খন্দে। অহিংবগী খুদম অমা পীগে খল্লিবা ঐনি। মদুদদি ঐ শেংলনি। অকোয়বগী ফিভম্না ঐবু অমুক পুন্দুনা, চাওহনবা-পিকহনবা খক তৌবা ঙম্লোই।'

অখঙবা মী অয়াম্বনা লোইনা হায়। অহানবদদি য়াইমবীসে ওক্তবা করিসু তৌরমদে। ফিভমদা ইম্বোক্তুনা ফনা কুইনা খাঙখি। ঐগদি পুক্লিংগী ফিভম ফনা য়াম্না তিন্নরম্বনি। হৌজিক্তি ফিভমসিদা নুপী থিবা লুরনি। মসিনা য়াইমবীবু ঐঙোন্দা লক্লবোই করিবোই পীশিন্নবা হোৎনখি। মরকসিদা খরা হেন্না মথব্রায় য়াওরিবসি মাগী মরী-মতা থোকই হায়বা অমসু য়াওরি। লৈকায়দা অহেনবা, শাথিবা ব্রা থোক্লদ্রিঙৈদা মযুম পালহন্দুনা মনা-মনিল নাইহন্নিংদে।

'কান্নদে রাকু। য়ুম পাল্লগদি শোয়দনা তোঙাল্লবা পুন্সি মশক অমা লাক্কনি। যাইমবীসু হৌজিক ফাওবা ময়ুম পান্দ্রিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদদি নঙগসু ফনা য়াম্না লোন্দিন্নখিবদাই।'

'অঙাং ওইরিঙৈদদি অঙাং ওইরিঙৈনি। হৌজিক্তি অঙাং নৎত্রে। অপাম পামদ খনবা হৈরে। পুন্সিগী মশক লেপ্লবা মতম্নি। নহানব্রাইগী ব্রাখলদু থাদোকখ্রে। নখোযবু অঙাং ওইরিঙৈ মওংদু অদুম তৌরিব্রা?'

'নঙগীসি য়ুম পাল্লরোই হায়রিব্রা?'

'অপাম্বা মহাক ফংদ্রগদি মদুনা ফৈ।'

'তাইবঙদা মমি অমা থনম্বদি চুম্মী।'

'মসিদুদসু নখোয় ময়াম্না অমুক হন্না লক্লবা নুংঙাইনব্রা?'

য়াইমবীবু পামদবগী মরম য়াম্না লৈ। মহাক মশানসু হায়। ঐবু কয়া পামদে। করিগুম্বা মখোয় পাবুং (পাবুংদু অচৌবা সরকারগী থবক অমা তৌবম্মী। মদুগী ইজ্জৎ ঙাক্লবা হোৎনবদা মাগী লমচৎসু অরোনবা কয়া থম্মী।) না লৈরম্বা তারগদি ঐঙোন্দা করিসু নকশিল্লম্লোই। ঐনসু মাবু ময়ুম পান্নবগীদমক লৌবদি লৌনিংদ্রে। মীওইবনা লুহোংবনি হায়দুনা লুহোংলগা পুক্লিং ফিভম খঙনদনা কমদৌনা লৈমিন্নগনি? অমনা অমবু পুন্সিগী ফিভম কোইহা হায়দুনা লৈমিন্নগদবা লৈরগদি

দাইত্ত্ব অমত্তা য়াওদনা পৈশা খরা তিংথোক্লগা নুপী অমগা হেক পুল্লুবা য়াই। মদু ঐ পামদে। ঐগী ওইবা শরুক অমতা য়াওদনা হিংবা ঐ হৈনদে। হৌজিকসু ঐদি, ঐ ওইনা  য়াম্না চাওজরিবনি। মসি ঐগা তিন্নরিবা মখোয়না খঙদে। সুপ্নতগী লোন্দিন্নবখক্লা ঐবু নমশিলহল্লোই। হিংবগী মরুমদা থেৎলিবা মওং মতৌ কয়া অমা ঐঙোন্দা তুংশিন্দুনা লৈরি। নোংমা নৎত্রগা নোংমা মী ওইরিবশিংনা মসি শোয়দনা খঙলক্কনি।

'য়ুদা লুপ্লবা নঙনা করি খঙলিবা?'

'হা। হা! হা! নখোয়নসু ঐঙোন্দা মদু হায়রবা!'

'হায়দদি! হায়গনি। মতম চুপ্পগী ওইনা মসিদি চুল্লবনি।'

'কৈসু কায়দে। হায়য়ু। মদুদি মশানা তারবা ৱাফন্নি। অদুবু ৱাফমদু হায়বদা নশা খঙনদি হায়দনা। মঙ ওইনদি হায়গনু। তাইবঙগী ৱা ওইহনগদবনি। নখোয়না ফওনা লৌরিবা য়ুসি ঐনদি শিংলি খুদিংদা থৱায় হাপ্লিবা পোৎশক অমগুম লৌই। মসিদা নখোয়না উবগা ঐনা য়েংবগা খেন্নে। মসিমক্কসু ঐবু ঐগী সংসাব অমদা পুবিবনি। নখোয়গী সংসাব অদুসু ঐ হৈনদে। মদুদদি মীবু মী ওইনা যেংবীদে। মাগী অকোইবদা যেংদুনা লৈ। ঐবু ঐ ওইদনা অকোইবদা লৈবা য়াব্রা? নখোয়নদি অকোইবগা ঐগা অমতা ওইনা চাংদম্নদুনা লৈ। মখোয়গী ইকাইখুম্ননিংবা পোৎশক অমা থিদুনা লৈগনি। মসি ঐ শেংনা তুক্কচৈ। অদুবু ঐনা তুক্কচরিবা মফমদুদগী ঐ চেঙ্থোকপা ঙমদে। হেন্না হেন্না মখোয়না ঐবু অসুম কোনশিনখি। মসিনি ঐনা খ্বাইদগী ৱারিবা। ঐ অমুক্তংদি নাঙ্থোকখিগনি। মপুম ফানা নাঙ্থোকখিগনি।'

মখোয়গা ঐগা কুইনা ৱারী শান্নবা কৈদৌঙৈ য়ারোই। ঐনসু পামদে। খেন্নবা য়াম্না লৈ। মখোয়দি মপা-মপুদগী ফংহৌবা লন থুম পৈশিন্দুনা লৈ। মসিদি ফংহৌবা মতিক চাবা চাদবা খায়দে। লোইনা মখোয়গী ওইহৌরগদবনি। লনশিংসি মাংহন তাকহনবদা মশানা তাঞ্জবা মরন নৎত্রগসু অকায়বা করিসু লৈতে। মপোকৎঙৈদগী পীবক্লবা খুদোলনি। মসিগী ৱা কয়া অমনসু মীবু থাক খেন্ননা থম্মী। মদু ঐগী ওইবা কয়াৎকী মপান্দা শাগৎপা ওইরুবনা ঐনসু মদুদা ইকাইখুম্নবা ঙমদে। মদু ঙাকপা ঙমদ্রগদি অতোপ্পনি।

ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী মরুপ থোইবা শিরে। মাদি ঐগীদমক কয়া ৱাবীবনি। মরক মরক্তসু মাগা ঐগা হিদাক থকমিন্নে। মাজিস্ট্রেৎনি হায়দুনা মা ঙাউদবা তৌদে। ঙাউই।

'মরুপ ঐ খরা ঙাউরমাগ্লে।'

'য়ুদি ঙাউননবা থকপনি। ঙাউগদবনি। য়ু থকপগী ফজবদি মদুনি। মদুদা ঙাউদ্রবা মীদু তৌশিন্নবনি। মশাগী মশক পুথোকপা ঙমদ্রবনি।'

'চুম্মী। য়ুদি ঙাউননবনি। ঙাউথোক্কে।'

'ঙাউথোকসি। কন্নানা থিংগনি। ঐনা নঙনা ঙাউব্রা? য়ুনা ঙাউহল্লকপনি।'

'ঙাইখো। ঙাউবসি ফজদ্রে।'

'মদু ঐ য়ানিংদে।'

'কৈনো য়ানিংদ্রিববু?'

'ফজবা ফজদবা হায়দুনা হিদাক থক্লগা করিগী থিগদৌরিবনো? ফজনিংলবা, ঙাউনিংদ্রগদি হিদাক থক্লোইদবনি।'

'হুম! ঐ নঙ থিনবীরগে।' পূম্নমক নমশিল্লগা মহাক্না হায়রকই।

'ঐ নুংতিগী ইথন্তা হল্লি।'

'ঐগা চৎমিন্নরগদি মদু য়াদে। কারদা নুংঙাইনা চৎকদবনি। নঙনা লম্বীদা হাই-হাইদুনা চৎপা ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।' চুম্মী ঙসি ঙরাংতগী ব্বা নত্তে। হেক থেংনবা খুদিংগী অদুম থিল্লম্মী। ফনা লুবা থবক লৈরগসু মাগী থবক্তু থাদোক্তুনা ঐবু মফম খঙনা থম্লম্মী। মদুদা নত্তনা ঐবু য়ু থকপা তোক্লনবা হেক-হেক হায়রম্মী, 'ভাই রাকু নঙ য়ু থকপা থুনা তোক্লো। নৎত্রগদি নঙ শোয়দনা, য়াম্না-থুনা শিরনি।' ঙসিদি ঐগী মহুত্তা মা ওইনা শিরে। নুংঙাইতে। খঙহৌদনা হার্ট এতেক তৌরকপা ওইরমাগ্লে। মরী মতা কনা অমতা পাউ পীনবা নঙদনা, হোসপিটান্দা পুখৎপগী লম্বীদা পুন্সি লোমখ্রে। করিসু খঙহৌদে। নক্লবা মরী-মতানা মাগীদমক কপ্পা উরগা মহাক অমা লৈরম্বগী হাংলবা মফম অমদি উবা ফংই। ঙসিদি মতম অমদা মঙোন্দা পীরম্বা সন-মান, ইজ্জৎ, ইকাইখুম্নমবা পূম্নমক মফম খঙদনা চেনখ্রে। মদুই মহুৎ মানা পায়রম্বা ফমগী মিকানবনা হেন্না উবা ফংই। মসিরা মানা মতম অমদা পীরম্বা সমাজগী খুদোল?

ঐনা ঐগী পুন্সিদা নুংঙাইবা-নুংঙাইতবা পূম্নমক খোমগক্তুনা থম্মোয়সি মপুম ফানা শেংদোক্লনবা ঐ য়ু থক্লি। খঙই। ঐসু ঐগী মরুপ থোইবগুম শিখিগনি। শিখ্রগা মাগী মফম অমা লৈহৌদবগুম, ঐগীসু লৈরোই। হিংলিঙৈদদি মচু মখল কয়ানা মিৎ থকহল্লসু শিরগদি তোঙাল্লি। মাগী মচাশিংনা করম লেল্লমগনি? মখোয়

অয়াম্বা পিক্লিগৈঁদা ঐঙোন্দসু নাওথি শাখিবনি। করিদা শোয়খিদগে খন্না, মখোয়না শোয়রে খল্লিবা ঐনা মখোয়গীদমক কয়া অমা ৱাখি। মখোয়বু ঐগী মরুপ্তুনা পামজবা লম্বী অদুদা খোঙ থাংলিদ্রা? ঐবুসু মপা অমগুম ঙসিসু খল্লিদ্রা? মা লৈরিগৈঁদদি ঐখোয় কয়াগী মরক্তা ঐখোয়নিনা ইতোপ তোপ্পনি। মরুপ নঙনা শিখিবসি ঐ কপ্নিংঙি। নঙনা ঐবু শিরগনি ৱাবীখি। করিসু ইনৎ নৎতবদা, থৌ চিল্লবা নঙগী নথৌ কায়থোক্লুনা, থৌ অমমুক চাওনা লৌশিনখি। থম্মোয়দা নঙগী নফমসি হাংলে খঙনা খঙনা নঙগী নমি মুৎখ্রো হায়বা য়াদ্রি। ৱা অসিখক্তদা পি তারক্লি। নঙগী নচাশিংসু ঐগী পিসি উবীখিগদ্রা?

ঐ হায়গনি। শোয়দনা হায়গনি। থম্মোয়গী ৱা অসি থম্মোয়শিং অদুদা য়ৌহন্দুনা, লম য়ৌখ্রবা নুংশিবা অমগী পাউ তাহনগনি। থম্মোয় অদুদগী থোরকপা থম্মোয়নি। অপেৎপা থম্মোয়না ঐগী ৱাসু থম্মোয়লক্তা তিলহনগনি।

ঐনা উরিবসি করিনো? মখোয় ভুৎ তোংলমাল্লে। অমনা অমবু শিখ্রসনু খন্নরি। মপাগী মরলদা কলক খম্বন্না হাৎন-শুনগদবগুম তৌরি । মখোয়সিবু ঐগী মরুপ্তুনা পোক্লম্বা মচাশিংদুরা? মিহৌবনা হেল্লবা থম্মোয়শিং অসিদি থম্মোয় অদুগী ঈরিক অমা মথম্মোয়শিংদা পক্লমগনি থাজদে। ঐ মখোয়দা ৱা অমা হায়ররোই। করিগীদমক ঐ মফমসিদা লক্লিবনো, ঐগী মরুপ্তুদি শিখ্রবনি। মদুই মথক্তা ঐ শিবদদি অসুন্না খক খৎনগদবসু লৈতে। ❑

# ৱাংমা অমগী

সংসারগী ৱাদা, সংসারদগী তোপ্পা লৈ হায়বসি ঐ কৈদৌঙৈ থাজবা ঙমদে। হোই, পামজবগী মরম অমা নৎত্রগা অমা পীশন্দুনা, নুংঙাইনবা ৱারী পরিং অমা শাগৎপদি য়াই। মদুনা, মদুমক্কি হায়বা তারগদি ঐ য়ানিংদে। য়েংবদি য়েংনিংই, মশক শেঙদবা লম্বোইবগী শক্তমদু। ভারতকী, পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈরিবা লম্বোইবশিং সিবু সধারন মহিংদগী য়াম্না তোঙাল্লমগদ্রা? মখোয়সু মী অতৈগুম, তুম্লমগনি, নোক্লমগনি, কপ্লমগনি। থম্মোয়গী মশক শোয়দনা লৈহল্লমগনি। করি অহেনবা অমা মখোয়দা লৈরমগদগে? ফিজেৎ অমদি তোঙাল্লি। মদু তোঙানবখক্তা মমিং অমা পীশনবদি হেলমল্লি। মগুন অমা লৈরবগুম পীরিবা শন-মানসি য়ানিংদে। মশক মচুদুগী তোপ তোপ্পা মগুল অমদি শোয়দনা য়াওরমখিগনি। মদুনি ঐনা য়েংনিংলিবা। থিরক্লিবা।

মীয়াম্না, মকুওইনা হিন্দু লাইনিং চৎপা মীওইশিংনা লম্বোইবা হায়বসি সংসাবগী অৱা-অনা পুম্নমক থাদোক্লবনি। ঐগী হায়বা শরুক য়াওদ্রবনি হায়নৈ। মসিবু কদাযফাওবা চুম্লিবা? ঐঙোন্দা হায়য়ু হায়রগদি, মফম-মতমগী ৱানা বাহৌ ওইবগা তাইবঙ মী হায়বসি অমদা নৎত্রগা অমদা ঐতগী ওইবা শরুক খবদি অসুম্মক লেংদনা লৈগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। মসি ওইরগদি ঐখোয়না সংসার থাদোক্লে হায়বসি য়াখিগদ্রা? থাজদে। অদুবু ময়াম্না য়ানৈ। ঐগী নৎত্রবা পুন্সি অমদা, থাদোক্লবনি খন্না হিংবা য়াই। শেৎলিবা, চারিবা থক্লিবা পুম্নমক মীগী ওইহনবা য়াই। শিংলিগী ঈচেলদা চেল্লিবা ঈ, ঐগী ওইহন্দবা হায়বসি কবিনো হায়বসি খন্নবা চংই। ঐসি ঐঙোন্দগী কমদৌনা লৌথোক্কনি? থাদোকপগী ৱাহন অসিবু করম্বা অর্থগা চুনগনি? ঐঙোন্দা মশক অমখক হোংহনব্রা নৎত্রগা করি মশক্লো?

লৈঙাং শংবা ফি, মচুসিগী মগুন চাউই। মগুন অসিখক্কীনি লম্বোইববু মগুণ লৈহল্লিবা। মচুসি তরাই-তরাইনা লৌরুবদি লানগনি। ঐসু মসি করি খন্দুনা শেৎখিবনো খঙদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী অমুক্তংদি শেৎকে খনখি। লম্বোইববু থৱায় তারুবগী ৱাদি নত্তে। পুক্নিদা মখল মথেল কয়াবু খোইদাবা অমদি পিক্লিঙৈদগী

লু-তোংদা পক্লবগুম খল্লকই। লম্বোইবগী মওংদা অসুম্মক ঐবু লৈয়ু হায়বা তারগদি, হিংবগী মহুৎ শিববু ঐগী শরুক ওইজগনি। পোকপা শিববু অর্থ থোকহনগে হায়রবদি থৌদোক বাথোক মরক্তা য়াম্না লৈগদবনি। অনৌ অনৌবা মওং, মশক কয়া অদুক্কী মতিক, মতিং লৈহনগদবনি। ইতিং তিংবা পংতিদা পুন্সিবু হিংলবদি থবায় পান্দবগা করিদা খেন্নে। মসিগুন্নবা হিংদবগী মওং অসিদি ঐ পামদে। পুন্সি হায়বা তারগদি মাগী মশক থোক্লনবা মখল মথেলগী মচু, ময়াক শোয়দনা তৈশিনগদবনি। ঐগী অনৌবা মচুনি, লৈঙাং শংবা মচু।

নমো টস ভাগবটো

অহবতো সন্মসমবু ধাস

বুদ্ধং শরনম গচ্ছামি

ধর্ম্মং শরনম গচ্ছামি

সঙ্ঘং শরনম গচ্ছামি

ঐগী য়ুম,মতম অমগী ঐগী পোত্থাফম ঙসিদি ঐগী নৎত্রে। লাইশঙ অসিনা ঐবু শুমহৎল্লে। ঐসি মসিদা চংশিনখ্রবনি। ঐগী মুক্তিদি, হৌজিক লাইশঙ অসিদা পুনশিনখ্রবনি। মদুবু, মসিগী মুর্ত্তি অসিনা য়ারক্কদ্রা। মাদি থবায় পান্দবা নত্তে। পান্দবগুম উবনি। মাগী মশক অসিবু খোইদাজবা কয়াদদি থবায়দগী হেনবা মগুন অমা নপ্লিবনি। লুরিবদি মুর্ত্তিসিদা বাহং অমখক হংদুনা মীরমলেন অমদি লাইরমলেন অনীমক্কী য়ানগদবা লম্বী অমখক শেমনিংবনি। মুর্ত্তি পুজা তৌদবা, ঈশ্বর লৈ-লৈতেগী বাদা অশিবা ওইখ্রবা মাবু ঈশ্বর ওইনা পুশিনবসি, লাইরৈবাক্তা মহাক্লা য়েংলগা কপ্লমগদ্রা? নোক্লমগদ্রা? মাগী পামজবা লম্বীদা মশিং ককপা ঙমদনা মতুং ইল্লকপদি মা হরাওরমগনি। মথম্মোয়দু ফিগে থোল্লমগনি। চহী কয়া পেনখিদ্রবা মীওইবগী থম্মোয় শুদৎহনখিবদুগী মহৈ ওইরে খনগনি। মসি ওইদুনসু ধর্ম্মদা মাবু চিংথোক্তুনা অঙম তান্নবদদি মহাক য়াওনিংলমগনি থাজদে। ঐনা লম্বোইগে খনবসি ফন্না কুইরবগী বানি। ইমুং মনুংদা য়াদবদগী সুম য়েথোরকই। ঐঙোন্দা মখোয়না পোকপীরকপগী পুনশিনবা হক খরনা ঐগী অপাম্বদা য়েৎতুনা খাংলি। লমন শিংদোকনবা তাইবঙপানগী চৎন-লোনচৎনা পুক্লিংগী বা কয়াদি নাথৈদুনা চৎনরবনি। ইমা-পাবুংনা ঐবু লম্বোইনিংই হেক খঙখিবদগী চখোক খোতোকপদা কুপশেন শেন্নরকই। বিএসি লোইরবা ঐনি। লাইরিক ময়েক চৎতবা ইমানা অঙাং নবাগুম ঐবু থেল্লি। মরক মরক্তা নোক্লিংলকই। ঐনা হায়রিমখৈ মখোয় য়াই।

ঐ নিংথৌদু মঙাইরে। তাইবঙপানগীময়ানা ঐঙোন্দা ময়া তৌররে। ময়ানা পুনবসিদি নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমনি। সংসার পূম্নমক পুমকাও কাওই। মওংসিদবু ঐ হিংলি হায়খিগদ্রা? ঐতগী ওইবা সংসার মচেৎ অমতা য়াওদ্রে। ঐবু শিরব্রা?

পাবুংনা ফিভমসি য়াম্না লুবা মওং অমদা ঐগী ৱাখলসি খঙবদগী মাংবা তারে খন্দুনা লাইরিক মখা তমথনবা শিল্লকই। ঐগী থৱায়না তাজবা লম্বোইবগী মহুৎ পটনাদা লাইরিক তম্বা চৎলে। ঐগী পামজবগী ফিরেপ কিক্সনবগী থৌরাং, ফজরবা থৌওং অমদা তপ্পা তপ্পা মায় পাকখিগদৌরে। থৱায়দা চংখ্রবা পামজববু মমি তাদনা মুৎখ্রো য়াগদ্রা? থৱায়গা থাগোন্নখ্রবা মমিদি থৱায়না হেক চৎত্রিমখৈ অসুম্মক লেংদনা লৈরগদবনি। হৌজিক্তি মদুগী ওন্ন-তৈনবদা ঐগী তম্লিবা মহৈদা পুক্লিং লুপ্লি। করম্বা মতমদা মথি ফোঙলক্কদগে খঙদে।

য়ুনিভরসিতি অসিদা বুদ্ধ লম্বোইবা, লম্বোইবী কয়াসু মহৈ তম্লি। অতৈ লাইনিংবা লম্বোইবগুম ধর্ম্ম অসিগী লম্বোইবগদি খেন্নবগুম উহল্লি। বুদ্ধ লম্বোইবদি ময়ামগী চারি থক্লিবা পূম্নমক পুন্না, তোঙান্না ফিদা থারুদ্রবসু য়াই। চাই। থকই। ফিজোলদুগীদমক তোঙানবা ফিদা অমা থাদবগুম তৌই। ফিজোলসিগী তোঙাল্লবা শক্লোন অমা লৈ হায়নিংদে। তৌবগীদি মগুন হায়বসি মপাঙ্গোংদা ইতাও তাওরিবা পোৎসক অসিদি নত্তে। মনুংদগী শাগৎলকপা শক্লোন অমনি। অতৈ ধর্ম্মদগী হেন্না থনুং য়ৌনা চংশিনবগী ৱারী, ঈতিহাসনা খুদম পীনরি, লাল ঙল্লবা নিংথৌরেল অশোক্না, পাঙ্গলগী লাল অদুনা পেনখিদে। থম্মোয়দা নিংবা কায়খি। মায়থিবদগী হেন্না থম্মোয়বু লৈখা তাখিদুনা মায়থিরিবা লৈবাক্তুগী মায়থিবা ওইরদুনা তুমিন লৈখি। অমদুমক্না ধর্ম্মসিগী চাওরবা মফম অমা থিরক্তুনা খ্বাইদগী ৱাংলবা ফিদা অমদা থাংগৎলম্মী। মসিনা ধর্ম্ম অসিগী হৌরকফম ওইরিবা বুদ্ধগয়া অসিবুসু মরুওইবা মফম ওইহল্লবনি। কয়াদা নুংঙাইরবা, থৌদোক অমনা নৎত্রগা মীওই অমনা মফম অমবু মতম চুপ্পগী মীওই চা কয়গী নিংশিংনফম ওইহল্লি। চাওথোকচনিংঙাইনি। পোকপগী মহৈ হায়দুবু সি ওইরিরোইদ্রা?

ঐসু কোইনিংঙি। য়েংনিংবা মফম কয়া লৈ। রাজগীরিহ, মফমদুদনি শিখশিংগী অরোইবা গুরু, তরাশুবা গুরু গোবিন্দগী পোক্লফম। অৱা-অনা কয়া নংখ্রবা মাগী মপাবুং, কোইচেন চেন্দুনা খাংখিবা, তং তাদ্রবা পুক্সি। ঙসিসু খাংঙমদনা চেনখ্রবা মাগী থৱায়দু কোইপাই পাইদুনা তংদু লৈতাদ্রবা মওংদা লৈরমখিদ্রা? মতমদুদা লাংফম কয়াদগী লাম্থোক্লবা হোৎনখিবা থৱায় অদু অৱা লৈচেন্নবদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরমখিগদ্রা? মতম অদুগী ধর্ম্মদা লম কারম্বা কয়া অদুসু থৱায়শিংদুগী মরক্তা

লম কারম্বা ফিরিঙ্গীশিংগী মতৌগুম ধর্ম্ম করান্না লৌশিন্নবা হোৎনরমখিগদ্রা? বুদ্ধ... মখোয়গুম্বরা? চুম্মী! মাসু ধর্ম্ম লৌশিন্নবা হোৎরম্মী। মফমসি ধর্ম্মগী লাইশঙনি। বুদ্ধনা অহানবা লাইনিং লৌখিবদু মফমসিদনি। মসি নিংশিংদুনা হৌজিকফাওবা মফমসিদা লম্বোইবা কয়া লৈরি। মসি খল্লুরগদি রাজগীরিহগী উফুল মরিক অমসু ধর্ম্মগী শেংলবা মফম অমগুম উই। অদুবু ধর্ম্মদসু ঈমু-নাইমুগী ৱা য়াওরি। ঈতিহাসনা খুদম পীরি। মীওইবা জাতিগী নুংশিনবগী মরু ইহুন তমখিবা গুরু গোবীন্দগী মপাবুং গুরু তেগ বহাদুর শা ঙাগী মতৌগুম মতুপ মতুপ ককখিবগী মলোম, জাতি অদুনা লৈরিমখৈ কাওবা ঙম্নগদ্রা? মদুবু পুক্লিং ইহুলদুগী কখোকপা য়ারগদ্রা? ধর্ম্ম খুদিংদগী মীওইবা মশেন ইকাইখুন্নবা ধর্ম্মনা খ্বাইদগী চাওরবা ধর্ম্ম ওইগদবনি। ফম্না ফবা ধর্ম্ম ওইরবসু মীওইববু ঙাকপি শেনবীদ্রবা মদু ধর্ম্ম নত্তে। হিংচা য়াইতম্বগী আইন হায়বদু ওইরবনি।

ঐবু ধর্ম্ম বিচার তৌবা মীরা? কনানা বিচারগী ফমফমদা থাঙ্গৎখি? ধর্ম্মগী ৱা নৎতবদা ঐ মীওইবগী থাক্তা মী ওইনা ৱাংনা লৈনিংই। ধর্ম্মগী মীসু ওইননবা লম্বোইরগে খন্না মোরেদা চৎলুরে।

হৌজিক লৈরিবা মোরেগী বুদ্ধ লাইশঙ অসি শাবা হৌরকপদা মঙাইরি। ৱাখল অনী লোংদনা লম্বোইজরগে চপ লেপ্লবা ঐনি। লাইশঙ অদুদা ময়াং লম্বোইবা অমা লৈরম্মী। ঐনা, ঐ লম্বোইরগে হায়রুবদা মাদি ইয়াং য়াংনা য়ারকই। মানা ইয়াং য়াংনা য়ারক্লিবদুগী মরম কোন্না খঙলকই। মহাক মথন্তা লৈবা নুংঙাইতবদগী খোঙবু থিবা ওইরম্মী। লম্বোইবদা ৱাখলগী চর্কদি লম্বোইয়ু য়ারমদ্রে। মমাংঙৈদদি উমং-ৱামংদসু মথন মথন্তা লাই নিংলম্মী হায়নৈ। ঙসিগী মওংসি য়েংলুরগদি মদুমক থোক্তে। ঐগী লম্বোইবদা হনুবী অমনা ফিজোল হোংগনি হায়দুনা ঐবু থিরকখি, ‘ইবুংঙো, নঙগী লম্বোইবদা ঐবু ফিজোল খরা হোংহবীয়ু।’ ঐ চৎনবীদি খঙদে। লম্বোইবা হায়বসিসু খুদোংচাবদি ফংনবা জাৎ ওইরে।

করিগীনো খঙদে, ঐবু থিরকই। ‘লম্বোইরগনি হায়দুনা লাক্লিবা অঙাংদুবু কদায়নো? কদায়দা লৈ?’ থোক্তুনা য়েংলুবদা মশক মমিং খঙদবা, য়ান্না লৌশিং লৈবা মানবা, মীয়াই চল্লবা মীশক অমা ওইরম্মী। ঐবু মহাক খঙখিব্রা? হান্না খঙলম্বা তারগসু হৌজিক্তি খঙদে। মানদি ঐবু খঙব্রা খঙদে। ঐ হেক উবদা খজিক্তং নোক্লকই। ঐসু নোকই। নোক্লরিঙৈদা ইনাক্তা চংশিন্দুনা ফমলৈ। ‘লম্বোইরগে খল্লেনে।’ ঐ মাগী মওংদু কৈদৌগদবনো খঙদে। খুম্মি, ‘পোইরগে।’

'করিগীনো নঙনা লম্বোইনিংলিদি? ইমা ইপা শুনা লৈরিব্রা? মখোয়না য়ারব্রা?'

'ইমা-পাবুংনদি য়ানিংফাত্তে। অদুবু পুক্সিদা করিনো মফম খঙদবা চায়েং অমদি পাম্মী। ঐ ইশানা ইশাগী পুক্সিং খঙদোক্কে খল্লি। ঐসিবু কয়া য়াম্না ঐগী ওইবা ঙম্লগে? থম্মোয়দা লোন্না হংলি। তাইবঙ অসিদদি চৎন-লোনচৎকী অফা-অপুন্নবা ময়ামসিনা ঐবু, মসি খঙহনবা ঙমদ্রে। তাইবঙগী অতোপ্পা নাকল অমদা পুক্সিং থিংজন্দুনা মসিমক খঙবা পাম্লি।'

'কয়াম কুইরে লাইশঙসিদা লাকপদি।'

'কুইদ্রি। ঙসি নিনীরোমতা ঙাইরি।'

'ম্যানমারগদি কোইরুব্রা?'

'লাইশঙসিগী ৱাংমদদি অমুক্তা চৎলুদ্রি।'

'মদুদি কোইরুখিসি। লম্বোইবা হায়বসিদি নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা পোইগদবা ওইরমগনি।' শক খঙনদবা মাগা লোইনদুনা তুমু চংলুই। ঙৌশোক-ঙৌশোক ঙৌনা ব্রহ্মমিজ লৈশাবী কয়া মখজাইদা চন্দোন পাক্লা পাক্লা তৈশিল্লগা লৈরম্মী। কোক শান্নে। শপাক টাক্রৌ শান্নে।

'নঙ লৈশাবীশিংসি ৱারী শান্নগেরা? মখোযগী লোল নঙদি খঙলমখিবোই। ঐনা অর্থ হন্দোক্লবদি শান্নবা য়াগনি। মশাসু য়াম্না খিংবনি। অরোন অথুপ হৈতবনি।' যাম্না খঙনবদৌনা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা হায়রকই। ঐদি মাগী ৱাখল খল্লি। মাগীসি ঐঙোন্দা চায়েং তৌরিব্রা? কনানো মহাকপু? করিগীদমক ঐঙোন্দা মাগী যাম্না নকশিন্নবা মশক অসি উৎলরিবনো? মাদি ঙাংলি, 'নঙনা নঙগী ওইবা ৱাখল থাদোক্লিঙৈ, মীওইবনা নুংঙাইবনি হায়দুনা লৌনবিবশিং অসি মহাও তংথোক্কদবনি। পোৎশক অমা হায়বসি মশক মওং খঙলগা তৌবকপা থবক অদুনা মশক খঙদনা তৌবা থবক্তগী মতম চুপ্পদা মচু তাবা হেনগদবনি।' মাগী ৱাদু তারগা চুম্বসু মাল্লি। ঐগী ৱাখল অমুক হন্দোকপা তারিব্রা? ঐনা ৱাখলসি খল্লিঙৈদা, 'নঙবু চাননা লম্বোইগে নিংলব্রা?' ৱাহংসি নমহং হংলকই।

'ঐগীদি লেপ্পবনি।'

'নঙ চাননা লেপ্লে।'

'লেপ্লে।'

'নঙনা মদুদা থাঙ্গেশেংনা হেক পাল্লগদি নলান্দ য়ুনিভরসিতিদা চৎলগা পোইরুগদবনি। মোরেদা লৈরিবা লম্বোইবা অসিদগী পুক্লিং শেংবা, শিংবা নঙনা য়াম্না হেল্লি। নঙনা হিরম অয়াম্বদা শিংবা হেনবা মীদা ওজা-গুরু নাইগদবা নত্তে। মাদি লম্বোইবগী মফি অসি হেক য়াওদবদা চরা হেনগদবা মীনি। অসিগুম্লবা মী অসিনবু নঙগী ওজা, গুরু ওইহন্নিংব্রা?' মাগী ৱাসি অচুম্বা কয়া অমা য়াওরিবগুম উই। ৱাখলদা মখৌরি মেৎশিন্দুনা মঙম শানবা ঙমদ্রে।

'ইন্দিয়ানা লম্বোইবগী ৱা খঙদ্রগসু, ব্রহ্মাগী লম্বোইবশিংদি ঐখোয় মণিপুরগী বামোন অমনা তৌরিবা লাইগী তিনগী থৌরমশিং তৌই হায়বা খঙই। মসিগী চৎনবী অসিনা লম্বোইবশিং অসি সমাজগী মরল ওইরবগুম, সমাজনা থাক্লি। হিংননবা উপায় অমা ওইনা মীওই কয়া লম্বোইবগী মকু হাপ্লিবনি। নঙনা থেংনরক্লিবা লম্বোইবা অদুসু হিংননবগী মকু উপ্পা লম্বোইবনি। হিংননবগীতমক খল্লবা মঙোন্দা কৰি অহেনবগীদমক নঙনা চংজগদৌরিবনো?'

মানা হায়রিবসি চুম্মী। ঐ লাইশঙসিদা হকথেংননা থেংনখ্রে। নোংমা লাইশঙসিদা কোইরকপা নুমিৎ অমদা, অহল ওইরপ তৌবী মরোল লোনবী নুপী অমনা মীতৈ নুপী অমা পুদুনা লাক্লম্মী। নুপীদু এমঃ এঃ সোসিওলোজি লোইরে হায়। মাগী নুপাদু খঙহৌদনা লৈখিবদগী লম্বোইবা অদুদা চেং থোইদিং খবা থাদোকপীনবা হায়রে। মপুরোইবদু মদ্রাজি ওইরমাল্লে। মোরেদা খুন্দাদুনা লৈবা মদ্রাজি। মশাদি লাইবিক হৈতে। অদুবু মানা মহৈ-মশিং থাক ৱাংলবী নুপী অমা লৌরকপগী মফম অদুদা মাগী নুপীগীদমক মীয়ামদা কলক কনজাওনবা ৱা কয়া হাযবম্মী। মীনদি মাবু ফিগৃ ওইনা লৌনৈ। কিনৈ। মানা নুপীদু লৌরকপদা মশাদা চাওথোকচৈ। ঙসিদি নুপাদু শিরে। মাগী নুপীসু লুখ্রা ওইরবনি। মদুমকপু নুপীদু থোইনা ৱাদবা মাল্লি। মপিদি তাখিব্রা? মাগা লাকমিন্নবী নুপী অদুদি মচানুপা লৈখিদবগী মমি অমা থম্মোয়দা চুরি। চপ মান্নবা নুপী অনীদু জাতি খেন্নবগীরা খঙদে হক লৈখ্রবা মীওই অমা ওইবদা য়াম্না খেন্ননা উরি। অনীমক ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম লোইশন্নিংবদি উই। মঙং খঙনিংবগী ৱাখল অমা ঐঙোন্দা ফাওরকই। হংলুই। 'ইবেম্মা নঙবু কদায়দগীনো।'

'কৈশাম্পাৎতগীনি।' ইয়াং য়াংনা খুম্লকই।

'শিরিবা নুপাসিবু কনানো?'

'ঐগী ইপুরোইবনি।'

'করম্না খঙনরুরিবা?'

'ঐখোয় য়ুম মনাক্তা পোৎ থাবা লাকপনি। লুপা লাক্ষ লাক্ষকী মান থারম্বনি। কমদৌরিবনো খঙদে। নোংমা নিনী লাইহৌ হৌই হায়দুনা হায়রম্মী। করিসু মফম খঙহৌদে। মঙগা চপ মান্নে।'

'হৌজিক্তি কৈদৌদৌরি।'

'খঙদে। মাগী কর্ম্মসি লোইরগা য়ুমদা হনগদ্রা? মসিদা সুম লৈরগদি নাতে চাগদবা মান্দে। পৈশাসু খরা তান্দবা য়াবোই।'

'ইমুং মনুংনদি করি হায়রি।'

'খঙদেদা। মওং অমনি। মানা মানা থোকপা পংলে লৈনৈ। থোক্ল থোক্লবা তৌনবগী মওংনি। ঐসু থোক্লবা অমদা তৌদবা য়াবোই। অদুবু কর্ম্ম লোইদ্রিফাওবদি মসিদা লৈত্রবদি ফজরোইকো?' ঐঙোন্দদুম বাহং হংলকই। মীওইবনা শেমগৎপা মীওইবগী মশক অসি মীওইবশিংনা তোঙান তোঙান্না অর্থ হল্লকপদা কনানদি থিংবা ঙম্লগনি?

ধর্ম্মগী মিংদা লম্বোইবা অদুনা অশিবগী থৌরম পূম্বা পাংথোকই। পান্দা অমগী তৌফম থোকপা কয়া তৌরুবগী মাগীসু অরামন ফংই। মসি লৈবসিননি মানা ঐঙোন্দা হায়রিবা ৱাশিং অসি। লম্বোইববু চৎনবীনা সমাজগী মবল ওইববগুম উবিবা। ঐ ৱাখল অমা খল্লকই। য়ুমদগী, মতম কুইনদগী খল্লরুবা বাখলসি অমুক হোংদোক্লগদ্রা? লম্বোইগনি চৎলুবা ঐ ৱাখল হোংদোক্লগা য়ুমদা অমুক হল্লকখি। ধর্ম্ম হায়বসি ইশানা পামজবগী থাক্তা তৌবা থবক অমগুম লৌবদা কবিসু কায়দে। অদুম ওইনমক জাতিগী, মীওইবগী হক অদুমদি খক কায়হল্লোইদবনি।

ঐ ৱাখল খন্না খন্না আইন তম্লিঙৈ ধর্ম্মদগী খরদি লাপথোক্লে। অদুবু ঐগী কোক্তদি হেক্তা ফম্লে। মসি অইন তম্লুবসিনসু ধর্ম্মসি খরগা হেন্না নকশিলহনব্রা হায়নসু খল্লি। আইন অমনা ধর্ম্মবু খক লাপথোক্লা থমদে। য়াম্না নকশিলহল্লি। ঈশ্বর হায়বসি ইথা থাদোক্লবা য়াদবগুম উই। অফ-ফত্ত, অপাম-পামদগী ৱা য়াওনা য়াওনা লাইগী ৱাসিসু অদুম য়াওরকই। মী কয়া অমনা পুক্সিগী থাক থাক অসুম কাখৎলকই। লাইগী মশক্কুম লৌনৈ। লাৎনৈ। মীগী মশক্তা মী লোইনা মান্নদে। নত্তে। লাই হায়বসিবু ঐ, ঐরা?

হোস্টেল মনুং ইরাং লাংনৈ। ৱারদেন লাকই। কা অমা থোং হাংঙু য়াদে। রুম কয়ানো খঙদে। নমদুনা থোং হাংহল্লুবদা নুপী অমা মফি শেৎপোই শেৎতবোই

চেম্থোকখি। কা মনুংদা চাক ইঙ্খাং অশাবা, হিষ্টব মথক্তা লৈবম্মী। মুনসু মুন্দ্রি। ছাত্র মযাম কোইনা যেংখি। আইন তম্লিংঙৈসিদা আইন কাইবা কবম্বা ছাত্রনো? থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কযাগী মথক্তা মীওইবা কযানা থৌদোক ৱাথোক শেম শেমদুনা হাপচিল্লকই। মতমদা তাইশিন্নে। পূন্নমক মতম্না পুবকপনি। নুপাগী হোষ্টেলদা নুপী পুশিনবা যাদে। মসি লমসিদা চানবোইদবা, মহৈ তম্বগী লম্বীদা যেৎকনি খন্দুনা যাম্না কন্না থিংই। মীওইবদা অথিংবা হাযবসি মুক্কবনি। শাহৌ কন্নবা অথিংববু পামদবা মী কযা তাইবঙদা লৈ। মখোযদি অথিংববু চযেং তৌনিংই। নম্নবগা যেংনিংই।

ঐ অমতা পামদে। অমতগী বানিংদে। হিংলিবসি কবিগীনো? মীশিংগী বা নিংশিংনববা? ঐবু মীশিংনা বাবী ওইহন্নব্রা? পোকলকপা অমসুং শিখিবগী মওংদা খেন্নবা লৈত্রগসু হিংলকপগী মওংদদি কন্নাগা, কন্নাগসু অমতা মান্নদে। ঙম্ন-ঙম্নবগী হিংনবকপা মশক কযাশিং, পুক্সিগী বা খুদিংদা বাবী ওইনা লৈ। লম্বোইবগা মসিবু থৈদোকপ' ঙমগদ্রা? লৈঙাংশঙবা ফিখক্লা, উনশাগী মকু ওইবগুম পুক্সিগীসু মকু ওইহনবা যাগদ্রা? মীসিমক ওইবা ঙমদ্রগসু মীওইবনা মী মবক্তা মাগী মী ওইবিবা মওংসি কযা যাম্না থাদোকপা ঙম্বগে হাযবদু অমুক্তং যেংখিগে। মসিসু তাইবঙ বাবী ওইখিগদ্রা? ❑

# লেপফম অমা

খাংলগে কয়ারক খনখি। খাংবসু খাংলক্রে। অদুবু হেক্তা শাউনিংলকই। অবাই অখুম তৌদুনা খৎননিংলকই। ঐসিবু থবায় পাল্লি হায়বসি মহাক খঙদ্রব্রা? হকচাং হায়বসি ঈ-তোংনা শাবা ঙাক্তনি। কপ্নিংবা, শাউনিংবা, পেন্দবা হাযবসি মহৌশাগী ঈচেলনি। মসিদগী কনানসু চেঙ্খোক্তুনা হিংলুবা য়ারোই। পুন্সিগী ওইরবা মরলনি মসি। মসি হায়দুনসু মসিবু মতম চুপ্পদা কনানা কোন্নিংগনি? ঐবু অসুন্না কয়াম কুইনা লেনখিগনি? খঙ্গরুরগা পুন্সি ওইনবা চৎখ্রবশিং অদুবু হন্না য়েংনিংই। হৌজিকসি মদুননি চিংদুনা পুরিবা। পুন্সি হায়বদু সিরা? হৌখিবশিং কয়াদু হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা য়েংনিংই। অদুক চাওখ্রবা আশাশিং অদুনা অমতা লেমহৌদনা অসিগুম্লবা ফিভম অসিদা তাববসিবা পুন্সি? হৌজিক্তি মসিদগী ঐ নাঙ্খোকপা ঙমগনি থাজদ্রে।

মতম হায়বসি য়ান্না লুই। তঙাইফদনা পুন্সিদা চংবা পোৎচংনি। পুন্সিদা শুকথা থানদনা চংই হাযদুনসু মসিবু মশক ফজনা খঙই হায়কৃরগদি অবানবা খবা লৈ। ঐ খঙদনা মানা ঐবু তোৎলগা লৈবল্লে। লৈশারিঙৈগী পুংফমদু ঐ মপুং ফানা শকখঙনহৌদে। হৌজিক মদু অমুক লাক্লবদি ঐ, পাকথোক চাওথোকহল্লগা ঐ য়েংগনি। পুন্সিগী লোয়নগদবা, থানবা যারোইদবা মহাক খনবদা চেকশিনবা য়াবমখৈ চেকশিন্না খনগনি

'নঙ নপাম চৎলো।' খঙহৌদনা হায়রকই।

'ঐবু ...। কৈগী ...?'

'খঙদে। ঐঙোন্দা য়ান্না হৈনদে।'

'অদুবু মরম অমদি লৈফম থোক্লা?'

'পীনিংঙাই মরম অমতা লৈতে। অদুবু ঐঙোন্দা হৈনদবা, সুকপাম পামদবা অমদি লৈ। মসিগী মথক্তা ঐগী হৌজিক থোক্লিবা শেঙ্খোক মওং অসিনা ঐখোয় পুন্না হিংমিন্নবা ঙম্লরোই। তঙাইফদনা হিংবগী শরুক খরদি য়েঙ্খোক্লবা হায়বসি তঙাইফদবনি। নঙসু খল্লুনে, ঐখোয়নীবু কয়াম নুংঙাইরিবগে?'

'মদুদি হিংলিবা মওংসি হোংদোক্কুনা, অনৌবা খুশিন অমদা নুংঙাইনবা শেমগদবনি। ঐ চৎখ্রগা নঙবু কয়াম নুংঙাইগনি?'

'নুংঙাইবা-নুংঙাইতবগী ৱাদি তরাইবনি। লুরিবদি পুন্সিবু পুনশিল্লিবসিনি।'

'কোম্না হিংননবা ঐবু...।'

'খঙদে। নঙ চৎখিবনদি ফৱবনি।

'হয়েং খরা ইংথরগা খন্নরসি। পুন্সিগী ৱা খন্নবদা, অফেবনা মাং থারগা খন্নবা ঐ পামদে।'

'ৱাসি য়ু থক্লকপদা পাউথোংদুনা থৈদোক্কনু।'

ৱাফমসি মহাক্না য়ুম পানদ্রিঙৈদা খলহৌদ্রিবা করিগীনো? য়ুম পানবসিবু হন্দোক হঞ্জিন য়াব্রা? মঙোন্দদি ৱাফমসিদা করিসু কায়রমদবা য়াই। নুপী ওইরুরবনিনা, ৱাফমসিদা, সমাজগী ওইবা ৱাফম কয়া লৈ। পুন্সি হায়বসি থৱায়খক খল্লগা অহিংবগী ৱাহন হনবা য়াদে। অহিংবগী মুর্তি শাগৎপদা অকোইবগী ৱাফম চংশিল্লক্কনি। ৱাহৈদবু চম্না হিংবা হায়জবনি। মাগী মরুমদা মফম খঙদ্রবা জগৎকী মচন শুরবা পোৎ যাওরিবনি।

'ঐখোয়নী মতম অমদদি য়াম্না পান্নরম্মী। নুংশিনরম্মীকো।' ঐ মপুক্লিং থেম্লনবা ৱাহৈসি হায়খি।

'মদু পান্নবা, নুংশিনবা অমতা য়াওখিদে। ঐনা নঙবু কলকখি। ঐগী ওইনিংখি। ফংবদং ফংলবদি খল্লি। মদুনা নঙনা ঐনা হেক হায়রিমখৈ য়াখি।' ঐ মাগী ৱাহৈসি তাবদা ঙকই।

'ঐদি নঙবু তশেংনা নুংশিখিবনি। হৌজিকসু নুংশিরি। (তৌবগীদি হুমুক খারবনি। নুংতিগী ইনমদা চৈ থাদরিবনি। খোঙ্থি লংথরিবনি। ফনা নুংশিবা, নুংশিবগী লাইমক ওইরগসু হুমুক খাবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। অদুবু খল্লিবা ৱাখলসিমক্তি হায়কবা য়াদ্রি। য়ুমসিদা ঐ মাগী মখাথাবনি। মদুই মথক্তা ময়ুম্নি। ঐবু খোঙথাং খুদিংগী লাওবা খুবা য়েংলিবনি। নৎতবা, ওইদবা ইরাল পীরিবনি। ঐগী লম্বী হৌজিক্কীদি মসি নৎতবা অতোপ্পা লৈত্রি। পাৎলিঙৈদদি হয়িংদসু চংজগদবনি হায়বা ৱাহৈসি অর্থ হনবা য়াদবা নত্তে) নুংশিদবসু ঙমগনি থাজদে।'

'ফৈ। নুংশিয়ু। নুংশিবদা অকায়বা লৈতে।'

'নুংশিবসি খঙখ্রবদি থাদোকপা ঙমদবা লাইনানি।'

'অদো! নঙ, নঙগী নুংশিবনা হায়রবদি য়াগনিদনা।'

'য়াগনি। নুংশিবনা হায়বদি ঐনা লেপচবা ৱারেপকা চপ মান্নে।'

'অদুদি... নঙ নপামদা নোংমা-নিনীদং লৈরুখো।'

'মদু লেপ্লব্রা?'

'খঙদে। ঐনা পাম্বদি মদুনি।'

'ফরে। নঙগী পামজবা, নুংঙাইবদুদি ঐগী ফন্না কান্নগদবা লৈদুনসু নঙোন্দগী খক মুন্দুনা লৌরোই।'

অনৌবা ফিন্না হকচাংদা থোংলে, মিংশেন য়েংবীরুদ্রবা মাইথোংদা অনৌবী শাননবা, মরেক-মহাও য়াওরবা মাইতৈ তৈরে। য়ুমদা শ্রু-শ্রু নৈরম্বা মওংদগী অনৌবা মওং ওইননবা, খূৎ-শা চুরম্বা পূন্নমক তৈথোকপদুদদি অনৌবদগী অনৌবা চপ মাল্লে। অসুম্না লৈশারকখিবনি। লৈরক কোনশাং খুদিং ৱারীনরল্লিবনি। মাংহনখিবনি অদুগুম্লবা শক্তমদু, শ্রু-শ্রু নৈখিবা য়ুমসিগী মওংসিনা। ঙসিদি মতম অমগী নহা ওইরিঙৈ পূন্নমক পুথোরকপসিদা মাসু ঐঙোন্দা লোন্না-লোন্না, ফলপ ফলপ য়েংলকই। খরা হেন্না উহৌননবা ঐসু মনাক্তা চংশিল্লি।

'ঐ চৎলগে।'

'কদায়দনো। সেনিমা য়েংলুগে হায়রিব্রা? অদুমাইনা কেরবদি নঙসি লৈশারিঙৈদুদৈ কৈমতা তাদ্রি। য়াম্না ফজে।'

'ফজরিব্রা? অদুবু চৎলগে।'

'কদায়দনো?'

'য়ুমদা। ইয়ুমদা।'

'য়ুমসি নয়ুম নৎত্রব্রা?'

'ওইরবোই নিংলম্বনি। অদুবু তাংবা য়াবমখৈ তাংদুনা ইয়ুম শাবা ওইরল্লে।'

'করি ৱাখলনো নঙগীদু? নঙ চৎখিবা য়ারোই।'

'ঐবু নঙগী কন্নানো? অদুম্না করিগী হায়রিবনো?'

'ঐগী নুপী নৎত্রা নঙ।'

'ঐনা নত্তে হায়বদা, নঙগী ৱাখলদু হোংদোক্কদবা নৎত্রা?'

'নত্তে। সমাজগী মরলদা নঙসি ঐগী নুপীনি।'

'অদুবু নঙনা ঐসিবু সমাজসিদা থৱায় পান্দে হায়দুনা উৎপা ঙম্রা? ঐ থৱায় পানবা মীনি। থৱায় পাল্লি হায়দুনসু থৱায় অসিগীখক হিংবসু য়াদে। থৱায় হকচাং অনীসিগী উনফম অমদা নে-তানা হিংবা পামজবনি। মওংসিদদি মফমদু থিবা ফংদ্রে। ঐ মফম অমমুক থিরুবসু পামদ্রে। নঙনা করিগুম্বা খরা মংবা মতমদা অমা হায়, অদুগা মতম অমদনা অমা হায়, করম্বা ৱানো ঐনা লৌগদবসি? নঙনা, মতম কুইনদগী পামজবা অদুমক ফংননবা ঐ চৎলগে। ঐনা চৎখ্রগসু নঙ নিংথিনদি লৈয়ু। মীগী মীনোক-মৈশা লাংহনগনু। নোক্রহনগনু।'

'তশেংনা হেক চৎলগদ্রা?'

'ঙরাং অহিংদগী ঐ লেপ্লবনি। পুন্সিদা অমুক্তা ঐগী ৱাখল ফজনা লেপখিদ্রি। ঐনা য়ুমসিদা লাকখিবসু... হৈথা থাজদনা শখি লাকখি। ঐদি য়ুমগী ধুক থাংমৈ থানবা মতম ওইরক্লগনি খন্দুনা ৱাই তৈরি। ইমুং মনুং লোইশিল্লি। 'কৈগীনো অসুক থাজদনা লাক্লিবসিবু?'

'পাউ নুংঙাইবা অমা পুবীরক্লিবনি।'

'হৌজিকপু করি নুংঙাইবা পাউনো?'

'তাবীদু নঙ উনদবা য়াদে হায়দুনা লৈহৌই।'

'হৌজিকপু কদায়দগী...? ঙম্মোয়।'

'কৈনো? ঐগা লাকমিন্নগে হায়রম্লগা... নখোয়নী শাউনরব্রা? মতা অমা ইতৌ তৌই।'

'শাউনদে। কৈদৌ শাউনরুনি? পম্ভুং তানবা লম্বীদদি মী খক শাউনরোইদবনি। হৌজিক্তি ফৎত্রে। মম্লক্লগনি। নোংমা অয়ুক্তগী ওইবরসু কায়দে হায়য়ু।'

'ইবেম্মা। নঙগীসিদি ঐদুম ইকাইরকই। করি হায়দোইনো খঙদে। নঙ নশানা অমুক্তা হায়রুলাও।'

'নঙসিমা...।' মওংদুদা য়াদদুনা চৎখি। মাদি মতা অমা তৌদুনা লৈরম্মী। ঐনা খঙবা মওংগা মান্নরমদে। পুন্সিগী মরমচৎ হায়ববু ঐখোয়না থাজদবা ময়াম অমা থোরকপসিনি।

'অসুক থেংনা কৈদৌবা লাকপনো?'

'কৈদৌনি হায়গে। উননিংদুনা লাকপনি।'

'উনরবনিনা হনলগে।'

'উনবগী পুংফমদবু লেম্না মাংহনগদ্রা?'

'ঐসু ৱা অমদি লৈরমগদ্রা খল্লি। য়েংনিংবা, উননিংবগীদি ফোটো অমসু পীখ্রবনি। মদু য়েংলগা অদুম য়াই।'

মফম খঙদবা ৱারী ঙাক্তনি। অশেংনা অরুবা ৱা অমতা য়াওখিদে। চৎলগে হায়বদি য়াদে। থেংখি। য়াম্না থেংহনখি। মদুনা য়ুম পানবগী অহৌবা খোঙথাং ওইখি। লাইবক্তা সুম থোকউ হায়না তন্নম্নবনি খনখি। হৌজিক্তি লাইবকসি থাজরক্রে। পুক্লিংদা ইশাগী ফিরেপ লেপচবা ঙমদবসিনি মীওইবগী খ্বাইদগী শোনবা মশক্তি। মসিনা হিংববু অহিংবগী মশক পুথোকপা ঙমদে। অদুমকপু, ফিরেপ লৈখিদবা মওং অদুনা মীয়াম মমাংদা ঐগী ফিরেপ ওইহনখি।

ঐগী শক্তম মাংখি। অহল-লমন্না, য়ুমগী মীশিংনা থাজখিদে। ঐ ইশানা ইশাবুসু খঙজখিদে। ইশানা ইশাবু থিজখি। অদুবু অরোৎপা শরুক্না অসুম হেন্দুনা লৈখি। লৈশারিঙৈদা ঐবু অদুক শোনখিব্রা? খঙদে। ঐ ইশাগী শরুক য়াওজদবা ঐ ওইখি।)

'নঙ তশেংনা হেক চৎলগদ্রা?'

'নিংতম্বা ৱাঙাংশিংদুগী চপ চাবা ৱাহন অমদি ঐ থিবা পাম্লম্বনি। থিবসু থিরম্মী। মদু ঐগী অরানবা ওইরম্লে। মদু খঙলগা নঙগী ঐগী হিংমিন্নরিবা পুন্সিসি অমুক্ক হেন্না চমম্নবা হেল্লক্কদবদনি। চমম্নবা অসি কোকহনগে হায়রবদি পুনশিল্লিবা কিশিসি থোকপা নৎতনা অতোপ্পা অমতা লৈররোই হায়বসি ঙসিদি চপ চানা থাজরে। নঙ শাউরগনু। ঐ চৎলগে। হান্নে মরীসি নৎতবা অতোপ্পা মরী অমনা ঐখোয়নীবু ময়ামদা খঙহনসি।'

'ঐবু নুংশিবসি নঙ ঙম্নরোইদ্রা?'

'নুংশিবা নুংশিদবদি খঙদে। অপুনবা লম্বী অমদা চৎমিন্নরকপগী অৱা নুংঙাইনা পুনশিনখিবা কয়াশিংদুবুদি অমুক-কাওবা ঙম্নরোই। মদুমক্সু ঙসিগী ফিভমসি পুরক্তুনা ওইররিবনি। ঐদি হৌখিবশিংবু হৌজিক্তা তিনশিনবা ঙমদবী নুপীদুমক্তি ওইরক্তনবা, হৌজিক হায়বসিদা হান্নগী শরুক পুদুনা চৎচবা ঙম্নবা নফমদগী অশির্ব্বাদ নিজরি।' ❑

# থৈখি

পাউ তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে। পুন্সি অমা চৎখিবগীদি ঐ করিসু খন্দে। অদুবুনে অর্থ য়াওহন্দ্রবা থব্রায়দুগীদি ঐনা নীংকোক নীংকোক লাওদুনা ইতন তম্থরিবা। খঙদে করি হায়খিবনো ? কোম্বীং ওপরেসন তৌদুনা মী মরি ফাখি হায়বসি মীয়াম লোইনা উহৌরবনি। চেনবা য়াররোই। ময়েক শেংনা খবরদসু য়াওরবনি। অদুবু সিফায় কাংবুগী পাউ ফোঙলকপদদি মী অনীতমক ফায়। মরি ফাখিদে। অতাবা কয়া পুমঙাউ ঙাউহল্লি। ঙরাং হাপখিবা পাউগা ঙসি ফোংলিবসিগা .... করিনো তৌরিবসি ? পুমঙাউ ঙাউরে। কাং-খোং চাইরবা, লৈতাফম খঙদ্রবা খুন্নাই, মালেমদা মহৌশাগী খোঙচৎ পুমথু থুগাইরবা মওংদুনি ঙসি অসিগী মওং অসিদি। করিগীনো খঙদে হায়ফম খঙদ্রবা ৱাখল অমা পুক্লিংদা থুপ্তুনা লৈরি।

অসাম রাইফলনা সিংজমৈ থোকচোম লৈকায়দা কোম্বীং ওপরেসন তৌদুনা মী মরি ফাখি। মী অমদি ফন্না কুইনা পোষ্ট মখোঙদা তাদুনা লৈখি। শিরে চংলে হাযবা কনানসু হায়বা ঙম্নদে। চংলুবসু য়াদে। সিফায়না কনাবুসু মপান থোক্তুনা চৎপা য়াদে। মখোয়গী শক্তি মখাদা লৈরি। ঙাইহাক লৈরগা মনাক অদুৱায়দা ফৌরম্বা মোনপাক ফিদাগুম্বা অমনা য়োমশিল্লগা মী অনীনা চপশিন্দুনা পুখি। খঙদে করি থোক্লমগদবা ! অদুগসু মী অনীতমক ফাই হায়দুনা প্রেস নোট থোরক্লি। মসি ওইরগদি মী অনী অদুদি করম্বা মফমদা কৈদৌখ্রবা ? য়াম্না চমন্নে। কনা অমতনা য়াবোইদবা ৱাফম্নি। ৱাফমসিবু কনানা থাজবা ঙমগনি ? মরুওইনা মৈরা পায়বীশিংনা ৱাফমসি য়াবা ঙমদে হায়রি। প্রেসতা পাউ পীবা তত্তনা লাকই। পাউ তত্তনা হংলৈ। য়াম্না থাজদবা মওংদা নুপী অমসু লাক্তুনা ঐবু উনগনি হায়দুনা ঙাইরি। পাউ পীবদি; পাউ পীফমদা অসুম্মক পীরবা করিসু কায়দে। ঐগা হকথেংননা উনবগী মরম করিসু লৈতে। ঐঙোন্দা থৌ থওইনা চিলহল্লব্রা হায়না খলহল্লি। অদুবু মীয়ামগী শেবানি। ঐগী অৱাবা কয়া মীয়ামগী থৌনাগা ওম্থোক্লবা হায়বসি শিনফমসিদা তঙাইফদবা শরুক খরা য়াওরি। ঐ থোক্তুনা উনরুই। করি অনৌবা পাউ ওইরিগদবা।

মখোয়গী মী অনী হায়বদু লৈফম খঙলব্রা? পাউ লৌবা চৎখিবা পাউমীশিং অদুনদি করিসু হায়রদ্রি।

ঐগী কা, মী উনফমগীদমক থওইনা থন্নবা মফমদুদা চৎলুই। ইচানুপীগুন্নবা অমা লৈরম্মী। মচানুপী অমসু য়াওরকই। ঐবু উবদা য়াম্না হঙ্গোইরবগী মওংদা লৈ। নহানমখে লাক্রম্বা মীশিংদুগা ইমান মান্নদে। ঐবু উনবা লাকখিবা অয়াম্বা মশাগী ফিরেপ অমগা লোয়নবা ইচং থৌরবা মী ঙাক্তনা অয়াম্বা ওই। য়াম্না ইকাইথিগনবীগী মওংদা লৈবী মীওইবদি তাংনা মরক মরক্তা লাকই। লাক্তে হায়রবসু কায়দে। মাগী মওংদুদা নুংশিবা অমসু পোকই। ইচম চমজবী মওং মাল্লি। ইচু তারবা ইনফি মচুদু ফনা পকচৈ। মাগী ব্রা হৌদোকপা ঙন্নরোইদবগুম উবা মওং অদুদা ঐনা হংখি, 'কৈদৌরে? করি তান্নগদবা...?'

'পাবুং ঐ মফমসিদা লাক্লিবসি ফনা য়াল্লে। অমুক্তা উনদে। পাবুংবু য়াম্না চিল্লিব্রা?'

'ঐখোয় প্রেসকী থবক্সিদি অকোম্বা হায়বা খক লৈতে। থৌদোক হায়বসিদি হান্না তাক্রম্নগা থোকপা নত্তবনিনা খুদক খুদক্কী ওইবা, চত্তবা য়াদবা কয়া' মা হেক্তা লাকই। করিসু নত্তবদনা অদুম ফমদুনা লৈ। তৌফম খঙদে। নঙসু খঙলিবদুনি লৈবাক্কী ইরাংসে। মী খুদিংমক হৌজিক্তি হিংলুবগী হিংবা হায়বদুনি। অর্থদা য়ুম্ফম ওইনা শাগৎপা হিংবগী মহিং অদুদি ওইদ্রে। মসিনা ঐখোয়দসু থৌ চিনবা য়াম্না হেনগৎলে।'

'ঐ পাবুংগা ব্বারী অমখকতা শাসিরা হায়দুনা লাকচবনি।'

'শাসি। ঐখোয়দি পাউ খোমদুনতা লৈ। পাউ পীরবদা  ঐখোয়দা হরাওবা নৎতনা অতে করিসু লৈতে।'

'অদুবু, ঐগীসিদি পাউমক্তি নত্তে।' মাগী ব্বাসিদা ঐঙোন্দা করিনো অমা ফাওখি।

'অদুদি করি ব্বা...।'

'ঐগী মিং স্নাথোই কোই। অয়েকপম মৈনোসিংগী মশুনুপীনি। ঐবুদি মানা য়োকপীরকই। ঐনা খঙলকপা মতমদা ইমা লৈরমদে। ইপা লৈরমদে। ইথৌ অমসুং অবোক্কা পুন্নমক শুপ্না হিংলকখি। ঐগী অব্বাৎপা হায়বদুমদি অঙাং ওইরিঙৈ, ঐ করিসু ...।'

ব্বারীসি কুইরবা ব্বানি। মমিং মথাসিনা ঐঙোন্দা য়াম্না চিংনবা অমদি লৈ। মসিদি মীওইবগী শক্তমদা শকওই অমা ওইখিবগী ব্বারী অমা ঐগী ব্বাখলদা চংলকই।

খঙহৌদনা ঐগী ইমান্নবা অমা মফম খঙদনা শমজিন্নবা পান্নকই। করিগীনো খঙদনা মাগী শক্তম লাক্লগা ইচাগুন্নবী মঙোন্দা য়েংলুই। করিদনো অমদি মান্নবা লৈব্রা?

'পাবুং ঐ...'

'কৈদৌরবগে নঙবু?'

'খঙদে। য়াম্না ইকাই।'

'নঙগী খ্বাইদগী নক্লবা কনাগুম্বা অমনি হায়না খল্লু। করিসু ইকাইদনা হায়নিংবদু হায়য়ু।'

'পাবুং ঐ ... পুন্সিদা পাবুং হায়বা মিঙ্গৌসি কৌবা ফংজরক্ত্রি। কৌরুগদবা মীশক অদু ঙসিসু খঙদ্রি। অঙাং ওইরিঙৈ, করিসু খঙদ্রিঙৈদদি তোঙাল্লবা মওংনি। ঙসিদি ঐ ঐগী পাবুংবু মশক অমুক্তং ওইরসু উনিংঙি। উনিংবতা নত্তনা খঙবসু খঙননিংঙি। ঐনা তাবদদি মসি পূন্নমক্সি পাবুংতমক খঙঙি হায়। মসিসু কয়াম চুম্বা ৱানো হায়বা ঐহাক খঙদে।'

'ইমাগী মিংদি করি কৌই ইবেম্মা?'

'অয়েকপম মনিশংগী মচানুপীনি ঐ।'

খঙলে। মতমদুগী ৱানি। পাখং ওইরিঙৈ, পুন্সিগী থোইদোকপা থৌ অমনা পুন্সিবু পুনশিনদ্রিঙৈ মতমদুদা য়াম্না ঙাউখি। মী লাই চংনদবা মতম্লি। হৌজিক তত্তনা পাংথোক্লবিবা নোংচুপলোমগী ঈশৈ জগোই মথেল লাংদুনা চা-থক তৌরিবা পূন্নমক ঐখোয়গী মতুং ইল্লকপনি হায়বা য়াই। মঙাও থিখি। অহল লমন কয়ানা মিৎয়েং খানা য়েংঙি। নুপা নুপী পুন্না লাংমিন্নবা মওং অদুদা মনিশংসু নুপী কাংবুগী মরক্তা য়াওবা, মপুং ওইবা মশক অমা ওইখি। বিমলগা নক্না তিন্নখি। য়াম্না নক্সিন্নখি। ঐখোয় খরা পুনবদা মখোয়নী য়াওদ্রবদি অর্থ থোক্লবা মওং অমগুম ঐখোয় খুদিংগী ৱাখলদা মমি তাখি। য়াওবসু লোইনা য়াওখি। মনিশং অমসুং বিমলগী ৱারীনা অয়াম্বা মতমদা ৱারীগী মপুং ওইবা ঈরৈ ওইখি। ঙসিদি করি ৱাহন্নো খঙদবা ময়াম অমা ঐগী পুক্নিংদা তত্তনা হল্লক্লে। মসিনা মতমদুগা হৌজিক্কগী করম্বা তোঙাল্লবা মরী অমনো খঙদে।

'ঐবু মানা থন্নিংবা মওংদা থম্বা, মরী লৈনদবগুম লৈবা, করি অমতা হায়জরোই। ঐ ঐগী পাবুংবুদি অমুক্তা শক খঙনজগে।'

'হায়রিসিবু...?'

'ঐ মঙোন্দগী লন-থুম তানগে নৎত্রগা অৱাবা পীগে হায়বা নত্তে। সংসারসিদা মপা মশক খঙদনা অসুম লৈবসি করিনো অমা ফাওরক্লে। ইচা লৈরবা, সংসারগী মঙম পুম্নমক খঙলবা ঐনি মপা মশক খঙদনা লৈবা হায়বসি পুক্নিং য়াম্না পিকথরকই। ঐগী থম্মোয়না য়ানিংদে। পাবুংনা য়ারগদি ঐগী পাবুংবু অমুক্তদি উনহনবীয়ু। মসিখক্তদি পাবুংনা য়াবীয়ু।'

'ৱাফমসি...।'

'খঙঙি। ৱাফমসি অরুবা অমদি ওইরম্বা য়াই। নৎত্রগদি ঐসু ইচা লৈরে, পিক্লিঙৈদা খঙনরম্বা য়াই। অচম্বা ওইরম্বা তারবদি খঙবসু খঙনরমগনি। চহী অসুক কুইরসি করিগী লোৎলক্লিবনো হায়বা ঐহাক খঙঙি। ঐসু হৌজিক্তি মণিপুরদা করিগীদমক থোরক্লি? পু-পু লৈত্রে। ইমা অতোপ্পা লম অমদা ময়ুম পানখ্রে। ঐসু লাপখ্রবা মীরম অমদগী মসিগীদমক থওইনা লাক্লিবনি। ইকোক কোক্লবা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রবা মফমসিদা হৌজিক ঐ তরক তরক তারে। য়াম্না নাইতোম তারবগুম খল্লি। অদুম ওইনমক ইপা অদুদদি মশক খঙনরুরগে খন্না লাকপনি। য়ারগদি পাবুংনা মসিমতদি য়াননবা খরা শিনবীয়ু।'

'ফরে। ঐ ৱারী অমুক্তং হান্না শান্নরমখিগে।'

'ঐ অমুক করম্বা মতমদা...?'

'ঐ হায়রক্লগে।'

'পাবুং অদুদি ঐ অমুক চৎচরগে।'

'ফরে! ইপা অসুম লৈহৌরগে।'

লুখ্রেদা। মতমসি কমদৌবা তারিবা? ঙরাং ফাখিবা মীশিং অদুগী মরাইবক্না কবম থোক্লিগবা? লমসিদা মী মাংখিবগী পাউনা নাকোং শিংজা য়ৈদুনা লৈববা মতমসিদা তরাইনা লৌরুবা য়াদে। মসিদি নুংথিল পোবোপ্তা শউন তৌখিবগুম্বনি। কনাসু থাজরোইদবা ৱা কয়া, মথৌ মশক খঙলবা, মিৎলৈ অমা লৈথোক্রুবা লৈবাক্নী অৱাবা কয়াদা শরুক য়ারগনি হায়দুনা চোংথোরক্লবা ইন্দিয়ান আর্মিশিংনা তৌরি। মী মরি ফাখ্রগা মী অনীতনি হায়দুনা হৌজিক্সু চেল্লি। কনানা মী অনীদুদা করি থোক্রমগনি হায়বা ঙমদ্রি। য়াম্না চিংননিংঙাই ওই। পুলিষ্টগী পাউ তত্তনা লৌই। 'সার! মৈরা পায়বীশিংনা মী মাংহনবা য়ারোই হায়বগী ৱাফমসিবু কমদৌবনো?' ফোন তৌদুনা হংই।

'করিসু অনৌবা পাউ তাদে।'

'মৈরা পায়বী ময়াম চিফ মিনিষ্টরগী মমাংদা ধারনা তৌদুনা লৈরিবসি পাউ তাবিদ্রি হায়বা...?'

'মদুবুদি খঙজি। মদুদা ফাগ্রি হায়রিবশিং অদুদি করিসু থোইদোকপা পাউ তাদ্রি হায়বনি।'

'মীশিংদু ফায় হায়বসিদি অচুম্রা?'

'অসাম রাইফলনদি ফাদে কম্না হেক্তো মহায়রি। মৈরা পায়বী ইমা ইন্দোনশিংনদি মমিংমক্তা উহৌবা অশেংবনি। ফাখি হায়বসি চেনবা য়ারোই হায়দুনা কম্না তক্লরি। পাউসি অশেংবা খঙদোক্লনবা ঐখোয় আইঃ জিঃ লো এণ্ড ওদরনা কম্না হোৎনরি। হৌজিকমক্তীদি তাং-দাংবা অমা হায়বা ঙমদ্রি। য়াম্না থুবা মতমদা খঙবা য়াবগী ফিভম অমদি লৈ। ময়েক্তীদি সিফায়না ফারবা মতুং পুং কুনমরিগী মনুংদদি পুলিষ্টা শিন্নফম থোকপনি। খঙদে। ময়েক শেংদ্রি।'

'অদুদি ঙাইহাক লৈরগা অমুক হংজরক্নে।'

'য়াম্না ফনি। থম্লগে।' ফোন থমখি। লৈবাক্তী ইরাং মরক্তিদা লনাইগী বাসু থাদোকপা য়াদে। মী হায়সি মরনাইগী ওইবা বাফমদি চংলুদ্রগাসু মথক্তা পুম্নরগদবনি। পাউশিংসিনা লমদমসিদা চনীং তানা থবক অমা তৌবদি ঙমহন্দে। য়াম্না লুহল্লি। খবর ফোঙবা হায়বসিদি পাউদি ফোঙদবা য়াদে। লৈবাক্তী হান্না খনবা তায়। মসিদি লৈবাক্তী পুক্লিংনি। লমসিগী মী খুদিংদা খল্লমগদবা বাখলনি। হিংবা শিবা হায়বসি মীওইবগী নিত্তিদা তৎন-থান য়াদ্রবা পোৎশক্লিনা য়াম্না মরুওইনা মী খুদিংমক্সু লৌনফম থোকই। লৌবসু লৌনে। পাউ ফোঙলগা মীয়ামগী ওইদ্রবদি কৈদৌরুনি?

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কায়রে। মী তিনখ্রবা মফমসি মী পুমতাক তাক্রে। নহান তাং নিপান্দা মী ফাখ্রগা ঙসি তাং কুন য়ৌরবা মতমসিদসু মী মফম খঙহন্দ্রে। লৈবাক্সিগী আইন মতা অমা তৌরে। অচুম্বা মাংখ্রবগুম মী খুদিং হিংবদা মিপাইবগী বাতমক ঙাংন-শক্লরক্রে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেনদা মৈরা পায়রী লাক্লুনা, 'করি? ঐখোয়না শোমদা মী ফাখ্রগা মাংহনখিবগী' ঙৌদুনা লৈরি। নখোয়না করিসু তৌদবগুম নিঙাইদনা পৈশা তান্দুনা লৈথোকপা য়াম্রা?' বাহৈশিংসিগা লোয়ননা মীগী পোৎফম মমাংদা লৈরিবা পোৎ-চৈ লংথোকই। দুকান্দগী পোৎ-চৈ মুন্দুনা হৈদোকই। কৈথেন পুমচাই চাই। 'মী মাংখিবা য়ারোই।' লাওর লাওরদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল পুমতাক তাকহললম্লগা পরেং শানা নুপীশিংদু হৌনরুবা য়াওদনা চৎখি।

লৈবাক্কী ইরাং মতা অসিমক ফোটো লৌদুনা খবরদা হাপ্পবা কন্না হোৎনরি। অশেংবা ইহৌসি মীয়াম খঙহনবতা নত্তুনা উহনবসু পাম্মী। হৌজিক্তি লম্বী লমজাওসু মী লৈত্রবগুম পুমচিক চিক্লে। কৈথেন বন্দ তৌখ্রে। মরক্তিদা মী কয়া প্রেস্টা ফোন তৌরকই। 'পাউ কমদৌখ্রে? মীশিংদু শিরম্লব্রা?' প্রেসসু মদু মঙাই। পাউ খঙদে। পাউ অমদি মমি শাম্মি নাশোন ওইনা তায় 'অসাম রাইফলগা নহারোলগা খূৎ থোক্নবদগী মী অমা শিরে। অমা ফরে।' অচুম্ব্রা হায়বদি খঙদে। পাউ লৌনবা কন্না হোৎনরিঙৈদা রিং লাকই। কনাগীনো খঙদনা পায়খৎলুই।

'হলো! হলো।'

'মসিবু য়াইস্কুল জমস্তান ওইবিরব্রা?' নুপীগী খোনজেলনি। করি পাউ হংগদবনো খঙদে।

'মানি। মানি।'

'প্রেসনিকো।'

'অহোই।'

'পাবুং ইতো অমুক্তা পায়হনবীরকউ।'

'পায়রিবসি ঐনি। করি হায়গদবনো।'

পাবুং নহান ঐনা ঐগী অপোকপগী ব্বারী শাজরম্বদু কমদৌখ্রবগে? ঐ মণিপুরদা কুইনা লৈগদবা মান্দ্রে। য়ারগদি খরা থুনা খঙজনিংঙি।'

'ঐসু হঙ্গেদি খনবনি। অদুদা লৈবাক্তিগী ইরাং মতা অসিদা হংবা ঙমদ্রে। খবরগী থবক তৌবা হায়বসিদি ইরাং লৈবা মতমদদি চাক চাবৈ মতম হেক ফংদে হায়বদুনি। হন্দক্কী ইরাং অসিনা হেক কোমথরকপগা শোয়দনা হংলম্লগে।'

'য়ারগদি পাবুংনা শোয়দনবা খরদি হংবীয়ু।'

খঙদে। মীগী লনাই ব্বাসিদা করম হংলুগদবনো?

মতম অমদা মাসু য়াম্না নুংঙাইখিদবনি।

য়াম্না চিং লেম্বা ঐগী মরুপ্তু, মরক মরক্তা তুমিন তুমিন লৈ। মথব্বায় য়াম্না নুংঙাইতবগুম মপি ইরা তত্তুনা চেল্লি। অদুবু কনাদসু হায়দোক্তে। উহন্দনবা কন্না হোৎনৈ। থব্বায় অমতনা শদোং তোঙাল্লবা অনীগুম থোক্লবা ঐঙোন্দদি মীনম্বা ঙমদে। অদুম খঙঙি। করিসু হায়দে। ব্বা হৌদোক্লুবদি ঙমদে। মশাগী অব্বাবা কয়া হায়দোক্কন্দবা মীনি। মরক মরক্তা তাঙ্গা য়েংদুনা ফাগী তৌবদি য়াওই।

'হায়দোক্লিংদবনা মীশিংসি অৱাবা মাহলদ্রবনি। নৎত্রবদি ৱাবদা শেংলবা মী কয়া অমদি নক্লা লৈরি-পোৎনি।' নুমিত্তুদি ৱা ৱা কপথোরকই। করি তৌরবনো খঙদে। য়াম্না থাজখিদে। অদুগা মখা তারকই, 'ভাই। মী হায়রিবসি মাগী ফিভমদুরা, নৎত্রগা থৱায় পাল্লিবা মীদুরা? ৱাহংসিনা ঐসে কোক য়াম্না ঙাউহল্লে। নুপা থোকপসু ঙমদ্রে।'

'করিনোনে নঙগী ৱাহংশিবু?'

'মনিশংগী পাবুংনা ঐবু ময়ুমদা কৌরগা করি করিনো য়াম্না তৌরকই। ঐ মাগী মতৌদু য়াম্না পেন্দে। লমসিগী শেঙ্গাও পায়বা মীশিংসি থৱায়দগী শেন্না হেন্না মগুন লৈরবগুম উই। মসিদা ঐগুম্বনা হিংনিংগদবসি কৈদনো? ঐ য়াম্না হিংনিংদে।'

'হেরা। মানা য়াম্না অকন অরিং শিংলবদি কৈদৌজগনি; মনিশং নখোয়দা পুরসি। জ্ঞান তানবা থৌ তৌগদবনি। মাগা মরী থোক্লদ্রবসু য়াই। ঐখোয়গীদি মহাক নত্তে পাল্লিবা। মচাদু। মচানুপীদুনি। মদুদা করিগী মথা শাদোইনো?'

'মদুসু হেক...।'

'করিনো? মানা য়ারোই হায়রিবো? অদুক কুইনা চহী তরামুক নঙ মা মশক খঙনা হিংমিন্নরক্লগা নিংহন্নরে অসিরা? মদুদি পাংদবগী ৱানি। মী ওইরগদি থৱায়গী মগুন লৈহল্লু। মমলদা থবক তৌ।'

'অদো...।'

'অদো, অদা খঙদে। হয়েং হেক প্লান তৌদুনা থবক চত্থগদবনি। মতমসু মাংহল্লগুমসি। থবক্তি শারিঙৈসিদা পাংবা ঙম্নবা তৌগদবনি।' ঐগী ৱাহৈ কয়ানা মাগী পুক্লিং পৈহনখি। ৱাখলদা নিংঙমদনা সাগৎলম্বা কয়া থৌদাং ওইনা ওত্থোকখি।

'অদুবু ঐগী ওইরিবা ফিভমসিদা মতৌ করন্না...?'

'নঙগী করি অমতা খল্লুনু। ঐ লৈরি। মতুং তারকপদি নঙসু নুপানি। মাইয়োক য়ানবা নশানা হোৎনগদবনি। হৌজিক্তি মী ঙাইনগদবা মতম নৎত্রে।'

নুংশিনবগী থুংনবা হায়বদু মিকুপ অমা পুনসিনবনা, ওইবা য়াখিদে। চুম্মী মখোয়নী লুহোংখি। পামজবা পুংফমদু নুমিত্তুদা ওইখি। কুইখিদে। চহী অনী ফারকপা অঙাং অমগী মমা মপা ওইরগদবা মতম অদুদা মখোয়নী নুংঙাইখিদে। পিগা থানদ্রবা পুংজা হায়বদু ওইখি। মপা ইবুংঙো (মনিশংগী মপা) গী খুশিন থৌরাং মহৈ য়ানখি। থৱায় অহুমগী মশক করি লাইবক্লো খঙদবা অমনা তমখি।

'পাবুং লিদ কাবা য়াগদবা পাউ ফংলে।'

'হা! করি হায়বা?' পাউ লৌবা চৎখিবা ঐখোয়গী পাউমী রোবিন হল্লক্লে। ঐঙোন্দা চংশিন্দুনা হায়রকই। ঐসু হংলুরি, 'রোবিন। পাউ কৈদৌরে হায়বনো?'

'ফাখিবা মীশিংদুগী মনুংদা অমদি শিরে। কেপ্টেন্নি। মশানা মশাবু কেপ্টেন্নি হায়দুনা ক্রেম তৌবা রোরিন মঙাং ওইরম্লে। অতোপ্পা অমদি অসাম রাইফলদা হৌজিক হৌজিক লৈরি হায়দুনা হায়রি। ঙসিদি শোয়দনা শিন্নরগনি। তৌবদবু করম্বা মতমদা শিন্নগদবনো হায়বদি খঙদ্রি। ময়াম্নদি থাজদে। মতম অরেপ্পা অমা হায়বীয়ু হায়রি। মরুওইনা মৈরা পায়বী ইমা ইবেনশিংনা, মী মাংখিবা, মফম খঙদবা কয়া লৈপ্রে সিফায়গী ৰাসি থাজবা ঙমদে হায়রি। হন্দক মী ফাবা মতমদসু এরেষ্ট মেমো করিগীদমক পীদ্রিবনো। থওইনা মী মাংহনবা য়ানবা পীদ্রিব্রা হায়দুনা কন্না হংঙি। ৰাহংসি পাউ নুংঙাইরনি।'

'ইবুংঙো, পাউদু কুপ্পা লৌ। খরা থেংনা পাউ ঙাইখো। নৎত্রগদি হয়েং মীনা য়াওবা হেনখ্রবদি ইকাই। মতাংনা য়াদ্রবদি নোংয়াই মতুংদা খবর নম্বা তাবনি। ময়াম খরা ৰামিন্নবা তারে।'

ইরাং মতা অমা তৌরে। মহৌশা ওইদ্রে। য়াম্না থেংনা থেংনা য়ুমদা হল্লকনবা মতমদু... মী য়াম্না ফনরম্মী। অমনা অমদা মতেং য়াম্না পীনরম্মী। মতমদুদদি হৌজিক্কুম লম্বী থোং ফবসু নত্তে। মোংশোংগী মোংশোং ময়াম অমা লৈরম্মী। লুম্নগা তৌগে হায়রবদি তৌবা য়াবগী য়াবা মক্তনি। অদুবু করিসু তৌনদে। ইচিক চিক্না লৈবদুদা কিবদি ফাওই। অঙাং ওইরিঙেদদি ইথন্তা য়ুমদগী মপান থোক্কে। সনা থৎপা, চুরাম্বাবা থোকই হায়দুনা অমুক্কা হেন্না কি। হৌজিক্কা সিফায়, হাৎপা তুপ্পা ঙম্বা মীশিং কিবগুম কিনখি মতমদুদা। মতমদুগী চুরাম্বুবা হায়বদু হৌজিক অসিদা কন্না লৈরব্রা খল্লকলি। অসুম খল্লক্রি।

'পাবুংনা খঙলিদুনি। মণিপুরদা হৌজিক ঐগী কনাসু লৈত্রে। ইমাগী নাক্তা চৎলুবদসু ঐ ইচান চান্নবা ঙমদ্রে। ইরোই ইনাও ইতাক তাক্লবা মফমসিদা ঐ হৌজিক করিগী লাক্লিবনো? পুক্লিংদা ইচু চুসিন্নদ্রবা অমা তত্তনা ফাওই। মরকসিদা ঐগী করিনো খঙদবা মরী অমা, পুক্লিং ইঙ্কা কন্না থিরি। পাবুংনা মতেং পাংবীবা তারগদি শোয়দনসু ফংগনি হায়বসি ঐগী খ্বাইদগী চাওরবা আশানি। আশাবু আশাদা অসুম লোইশিনখ্রগদ্রা?' তত্তনা ৰারী তৌরকই। ঐঙোন্দা তৌফম থোকপা ইথৌ অমা লৈরিবগুম খলহল্লি। মহৌশাগী ফোটোশিদু পুথোক্লুনা য়েংলুই। হৌজিক্সু

তগৎ তগৎ তেক্কা লৈরম্মী। রোমি, রোবেন, বিমল, মনিশং, রোমিলা লোইনা অমতা চিশ্খদনা য়াওরি। শকফম হোংদনা লৈরি। করম্না ফোটোশিং অসিনা মীগী শওং-শদা তুংইন্না চৎলুগনি। মশানা শকফম হোংদনা লৈবা তাবনি।

'ইতো! ইতো!' খঙহৌদনা বিমল চংলকই। করম্বা থবক অমা লৈবা খঙদে। য়াম্না থাজখিদে। ঐখোয় ময়ামগী অপুনবা ফোটো অদু য়েংলগা হংলকই, 'লৈবাক্কী অসুক চিল্লবা মতমসিদা এডিটরনি হায়রগা পুক্লিং নৌথোক্লনবা ফোটোশিংদু য়েংলম্লিব্রা?'

'খঙদে! হন্দক মরক্সি করিনো অমা তৌই। স্নাথোই ঐখোয়দা তত্তনা লাকই।'

'হায়রিসিবু কনাগী স্নাথোইনো?'

'মনিশংগী মচানুপীদু।'

'মাদি করিগী? কদায়দনো ইন্দিয়াগী ৱাংমদা ময়ুম পানখ্রে হায়বদাই। মসিদদি কৈদৌবা লাক্লিবা?'

'নঙসু ময়ুম পানখ্রে হায়বদি খঙব্রা?'

'কমদৌনা খঙলোইদৌরিবনো? তশেংবদি মহাক ঐগী... মতমদুনা ঙসিসি ওইরম্বা তারবদি ঐগী পূক্লিং ইহুল খুদিংমক মফমদা পীরমগদবনি। মানসু ঐঙোন্দা অৱা-অনা কয়াগী ওইনফম ওইহল্লমগদবনি। পুন্সিসি য়াম্না নিংঙমদে। হৌখিবশিংদা বাবৌদবা ঙমদে। মসি নির্ংশিংবা ফৎত্রে। মিতম্বা মতমদদি মহাক ঐহাক খ্বাইদগী নরুবা মরী অমনা পুল্লকখিবনি। তাইবঙ ফাওরকপা মতমদদি খ্বাইদগী লাপ্নবা মফম অমদা থুংলখি।'

'অদুবু করিগীনো অসুক লাপ্পনা লৈরিবা? খঙনরগদি নক্সিন্নবা য়াদ্রব্রা?'

'খঙদে। অসুম লাপথোক্লে। নক্সিন্নবদি পামদবা নত্তে।'

'মদুদি ঐ পাউ হায়খোরা?'

'মানা পাল্লমদ্রবদি করি তৌগনি।'

'মানসু নরুবদি পাম্মী। হৌজিক্তি মধৌ লৈত্রে। মমাসু মফম অমদা ময়ুম পানখ্রে। হৌজিক মহাক্না মণিপুর থোরক্লিবসি সুপ্নতগী মপা উননিংবতগী থোকক্লিবনি হায়দুনা ঐঙোন্দা কয়ারক হায়খ্রবনি। অমুক্তং উনবা য়াগদ্রা?'

'নঙগদি কমদৌনা উনরুরিবা।'

'মহাক মপা মশক খঙনিংবগী ঐগী নাক্তা কয়ারক হন্না লাকখ্রে। হন্ন-হন্নসু লাক্লি। অদুবু ঐ ... অমা নৎত্রগা অমনা থেমদুনা হেক হেক থাদোকখি। নঙবু মাগা অমুক্তুং উনগেরা?'

'ঐসু অমুক্তুংদি উননিংলি। মতম অমা ঐ হায়রক্লগে। হৌজিক্তি নঙনা খঙলিবদুনি, ইচা ইশু শুনা লৈরবনিনা তৌনিংবা থবক ইথন্তা হেক তৌবসি করিনো অমদি তৌবগুম তৌই। ঐ শোয়দনা উননবদি তৌগে।'

'শোয়বদি শোয়রনু।'

'ফরে! চৎলগে। পাউ নুংঙাইবা অমসু পুরবনিনা। পাউ নুংঙাইবা অমসু হায়রল্লগে। ঐখোয়গী চাক্তু লক্লিবা নোংমাইজিং নুমিৎ অসিদা তারে।'

'চাক হায়বদি।'

'হেরা হাওসি ফাওবগীদু।'

নোংমা ঐখোয় সুম চৎলম্বগী দুর্গা পুজা লম্পাক্তা হাওশি তৌরমদুনা ককখি। মতমদু পুজা মনুংনি। মদুদা হাউস ফুল ফাওদুনা মযাম চাক চানসি হায়নখি। কুইরবনি। মদুগী চাক চাননবা পাউ হায়বা লাকপা ওইরম্লে, ঙসি বিমলনা থাজদনা ঐখোযদা লাক্লিবসি। অদুবু য়াম্না ফরে। ব্বারী অমদি লোইথোক্লরেদনা। প্রেসকী ইরাং মতাসিদা থৌ মতাসিনা পুক্লিংসি ঙাইহাক্তা নে তাহনদ্রে। মসিদ লোইশিনখ্রগদি খরদি নে তারগনি। কুইরবা মপা মচাগী মরীদু নোংমতং ওইরবসু মরী অমদি ফংলগনি। মপা মচা মশক খঙনদনা শিখিবা হায়বদুদি ওইররোই।

হৌজিক্তি খবরগী পাউসু থোইনা চিনবা লৈত্রে। ফাখিবা মী পুলিষ্টা শিন্নরক্লে। নোংমা নীনিশিগী মনুংদা জামিন লৌথোকপা য়ারনি। করিসু মীশি-মীনা থোক্তে। ইরাং ফজনা হন্থরক্লে। ব্বারী তৌনিংঙাই লৈতবদগী ফোন পায়দুনা বিমোলগা ব্বারী তৌরুই, 'করি হায়বা। মদুবু য়াব্রা? ঐ কমদৌনা হোদোক্কদবনো খঙদে।' য়াম্না শাউনিংঙি স্নাথোই লাক্লগা ঐবু করি হায়দোইনো? ঙসি হয়েংসিদা শোয়দনসু লাক্কনি। ঐনা লোইখ্রে খনবা থবকসিনা অমুক অকনবা খুব্রৌ অমা ওইনা খঙহৌদনা য়েৎলক্লি।

'পাবুং কমদৌরে।' করম্বা কান্দা লাকখিবনো খঙদে স্নাথোই ইমাংদা লেপ্তুনা ব্বাহংসি হংলকই।

'ইবেম্মা ঐ করি হায়গদবনো খঙদে। নহান নঙনা লাক্রম্বা মতুংদা... করিগীনো খঙদে মপুকচেল খঙওন ওনখি। পৈশা খরসি পীবীয়ু হায়রকই।'

'পাবুং! ঐ মদুদি লৌজরোই। ঐ মাগী মরল পামদুনা উনগে হায়বা নত্তে। থৱায়সিমক মফম খঙনা হকচাং মনুংদা থম্নিংবগী ৱানি। ঈশ্বরগী নোংদমদা মসি মফম খঙদনা অসুম লৈরসনু হায়রিমাল্লে।' মপি ওরো ওরো তারদুনা হায়রম্মী, 'থৱায়গা নক্কবা, শেম্বী শাবীরকপগী থৌদাং লৌখিবা মফমসিদদি ঐগী কন্নাসু লৈত্রে। ঐ অমুক হন্না মফমসিদা খোঙ্গুল তানবগী মরমসু লৈত্রে। অদুবু অরোইবদা মাবুদি ঐগী অশেংবা ইপানি হায়না পুক্লিংনা লাকশিল্লিবসি মাগী পুক্লিংসু লাকশিন্না য়াবীয়ু হায়রম্মী হায়না তম্বীয়ু।' ❑

# মমি অমসু

ঙরাং ইন্দোমচা লৈখিদ্রে। পাবুংনা ঙসি য়াহৌরকপদা য়াম্না ঙাংই। 'নঙনা নুমিৎচুপ্পগী কোইদুনতা লৈবদগী নন্দোমচা লৈতবফাওবা খঙদ্রবনি।' চুম্না ঐ ইন্দোমচা উনবা চৎপদা, কোইবমখৈ কোইরুরগা পুং তরেৎ হেনবা অদুৱাইদা, ইন্দোমচা উনবনি হায়দুনা খ্বাইরম্বন্দ বজারদা লৈরিবা দিষ্ট্রিক হোস্পিটালদা চংলুই। অদুবু ইদোমচাদি লৈরমদ্রে। ঐদি ইন্দোমচাবু শিরমগনি হায়বসি ঐহাক শুখন খল্লুদে। থাসু থাজরুদে। করিগুম্বা ঐ সেনিমা য়েংদনা লাইয়েংশঙ অদুদা চুমদ্রিং চংলম্লবদি ঐ ইন্দোমচাবু থেংনরম্বা য়াবনি। হৌজিক্তদা কপনিংলকই। মাগী অরোইবা মিকুপ অদু ঐ উনরম্বা য়ারমবনি। শোয়দনসু উনরমগদবনি। মদুমদি ঐঙোন্দা থৌজানবীরমদ্রে। শকখঙদবা কনাগী নোংদমবু ঐ হৌজিক্তদা নিন্দা তৌনিংবা পোক্লকই। অদুবু, ঙসি ঐখোয়না চাওখৎপা হায়দুনা চাওখৎলক্লিবসি, লাই-তিনগী, নৎত্রগা মহৌশা লিচৎকী ৱাংমদা লৈবা শক্তি অমত্তসু য়াওখিবা নত্তে। মসিদা মীওই কয়াগী হুমাংমল, থম্মোয় শেংলবা লিংজেন্না মাং থাদুনা লাকখিবনি। মসি মী অয়াম্বা লোইনা খঙই। মসি খঙনা খঙনা থম্মোয়গী ঈচেলনা কায়থরক্লবা মতমদদি শকউদবা মাবুদি হেক হেক নিন্দা তৌবা পাম্নকই। মসি তাইবঙগী কন্নম্বা লিচিংনো খঙদে।

য়াম্না নোক্লিংবা ৱা অমনা, মীওইবনা নক্লা লৈমিন্নবিঙেদদি করিসু ইখন খন্নদে। নক্লরি হায়বসু কাওথোকই। অদুগা হল্লক্লরোই হায়বগী মমি অমা উরক্লবা মতমদদি ইশাবু ইশানা ৱারৌজবগী মমি অমমুক চিংশিনজে। মসি য়াম্না নোক্লিংবা মীওইবগী ৱাখলনি হায়নিংই।

মতমদু য়াম্না নুংশি।

ঐনা খঙলকপদা ইন্দোমচাসি লৈশাবী মচা অমগুম লৈরম্লে। ফজে। বুপ বুপ লাওই। মমাই কোইদানৈ। য়েংবদা, য়েংনিংদুনতা অসুম লৈনিংহল্লি। শক ফজবগীবু ৱারী লাইরিক্তা মওং মতৌ থারগা করি কান্নবগে? ফজে হায়রগা লোইরে। মসিনা অপাবা মীদা অতোপ্পা অর্থ অমা থিগে হায়বা তারগদি, খঙহল্লিবা মী অদুগী মশক অমা মপুম ফানা খঙহনগনি। অদুবু ইন্দোমচাগী মশক অদু উরুরগা ঐ শোয়দনা

কপ্পিংলক্কনি। থম্মোয় শোক্কনি। মদুমক তৌরগদি ৱারীসি লেপখ্রগনি। অদুবু, মরক মরক্তা মীওইবনা থৌদোক ৱাথোক কয়া খঙলুরগা হেন্না নুংঙাইরোই খঙলবা, মদুগীসু মথক্তা হৌখ্রবনি হল্লক্রোই; কান্নদ্রবনি খঙনা খঙনা, খঙনিংবনা হেজিল্লকই। খঙলুরগা ইদোম কপ্পুনা লেল্লি। মসিবু অহিংবা মরক্তা অর্থ থোক্তবা থৌদোক্রা?

অঙাং ওইরিঙে ঐসি খরা পংই। ঙাউশিন্নে। ঙাউশিন্নে হায়রগসু য়াম্না নুংঙাইজে। অঙাং অমবু ফজনা, মাগী ওইফম থোকপদা শেম্বীগে হায়রবদি কৈদৌঙেদা ওইহন্নিংলিবা ফিভমদুগী ওন্নতৈনবা ৱা পুশিন্দুনা পুক্লিং থৌগৎলোইদবনি। মসিনা অঙাং অদুবু পামজরিবা মওং অদুদা পুশিনবদা মায় শোয়দনা পাক্কনি। মসিগী ওন্নতৈনবদা, অঙাং অমদা মমিং অমা মাবু নুংশিরিবশিং অদুনা পীশিনবা হায়বসি অঙাংদুনদি ফম্না খনবদগী মমিং অদুগী মতুং-ইন্নবা কন্না হোৎনরকই। অদুবু অপংবা অঙাংদি মশানা চুমঙাউ ঙাক্তনি। ইন্দোমচানা ঐবু পংই খনবসি, ঐনা মখোয়দা শান্নবগী মওং খরদা খঙবজাৎনি। মাগী খঙজবা অদুমক ইমাগী মমাংদা ঐবু পংই হায়না খঙহল্লকই। ঐসু মদুমক খঙবদা হায়ফেৎ নুংঙাইখিদে। পুংকক চাওরবা ঐহাক্কি। মতমদো বাজিনা নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী ফুনাক মপান্দা ফুঙ্গা ৱারী মখল মথেলগী মত্তংদা লীবি। ৱারী অমদা নিঙোল মৱা অপং অমনা চুদা মতোন লৌবা, ফৌ পাল্লিবা পান্থীদা মখোক লৌবগী ৱারী তারগা ঐখোয় ময়াম খংনোক নোকখি। ঐবু পংই হায়রকপদা, ঐখোয় বাজিগী ৱারীদা য়াওবা অপংবদু নিংশিংলুরগা ইতোমতা য়াম্না ইকাইরকই। মথং অবোকহোইদা চৎপদদি শোয়দনা ইন্দোমচাগী মমাংদা অশিংবা উৎলগে খনখি। অশিংবগী থৌদোক অমা লৈত্রগদি ঐ অমুক হন্না, খোংমন, ইমাগী মপামদদি চৎলরোই খনখি। চৎখিদ্রে।

ঐগী শাজৎসি, ইমাদি মুন্না খঙই। মাগীদি মপান্নি। মরক মরক্তা ঐবু থবক হেক হেক থানিংলকপা য়াওরকপা হায়বনি হৌনশানি। ঐনা খঙখিবা কয়াসু লৈ ঐনা অহানবা ইমাগী মপাম খোংমন্দা চৎলুবগী হল্লকপদা ইমা য়াম্না হরাওখি। 'ইচাসি মখোঙনা খোংমন্দ ফাওবা চৎপা ঙল্লে। য়াম্না চাওরে। হায়দুনা লৈকায়দা ৱারী শাখি। অশিংবা শারুবা হায়বসি চিনফা পুরুবা থরদুনা খক ওইথোকখিদে। মদুগী ৱাংমদা ফিভম অমা লাকপা তারগদি ফিভমদু মায়পুনবা ঙমদবদগী হেন্না পংবা মালহল্লি। অঙাংগী অপংবা মতৌনা মীওইবদা নুংশিহন্দুনা লুনা চান্না তৌবী।

নোংমদি ইন্দোমচানা মখোয় মনিংদা ঐবু পুই। নোং য়াম্না চুখিবদগী মফম অদু ঈশিংনা খুউ য়ৌই। ঈশিং ঙাক্তনা লৈবা মফমদু ঐ অমুক্তা উখিদ্রি। অশেংবদি মদু

লবুক্কি। ঈশিংনা থুমখিবদগী, পাৎ ওইনা উখিবনি। করম্বা থানো হায়বদি ঐ খঙদে। ইমানা মপামদা ফজবা ফি-রোল শেৎহন্দুনা পুবদগী করিসু হোংদোক্তি। ঐগী খ্বাইদগী ফজরবা ফি-রোল শেৎলগা চৎখি। কনা লৈরমগনি খন্দুনা কেখিবনো খঙদে। অঙাং ওইরিঙৈদা ফজবা ফি-রোল শেৎপসি মীনা য়েংবীররুবা শেৎপা ওইনা খল্লুদে। ইতোমতা য়াম্না নুংঙাইজে। খঙদে পংনুংদা নুংঙাই। ইন্দোমচাসু ঐবুদি হেক হেক লক্লে। মমান্নবী ময়ামগী মরক্তা হেক হেক পুবী। লবুক্তা মমান্নবী খরসু লৈরম্মী। করিনো অমা খুল্লম্মী। থরোই খুল্লিব্রা খঙদে। ইন্দোমচানা ঈশিং মরক্তুদা ঐগী ওইথংবা খুৎসি পায়দুনা চেল্লি। খুৎ পায়নরগা ঈশিং মরক্তা চেনবদি মঙম শান্দে। ইচিং চিংনৈ। ঐখোয়নীসু চিংনখি। খঙহৌদনা ঈশিং মথক্তা ঐ তুখি। পুমচোৎ চোৎলি। হৌগৎলকপদদি ঐ য়াম্না শাউনিংখি। ইন্দোমচা ঐঙোন্দা য়াম্না মুন্না য়েংলকই। ঐ লুকথখি।

'নঙ শাউরব্রা?'

'শাউদে। অদুবু ঈশিংদি চোৎহন্নিংদে।'

'চোৎহন্নিংদে হায়দুনা কৈদৌনি? চোৎখ্রে।'

'ইমানা ঐঙোন্দা শোয়দনা চৈরনি।'

'মদুদি ঐ ঙাংনগে।'

'সিদা তুমিন লৈখ্রবসু, য়ুম য়ৌরগা পাবুংদা হায়দুনা করিনো অমদি তৌগনি।'

'তৌরোইদা।' ব্রাহেসি হায়রবসু মহাক করিনো খরদি খঙবগুম তৌখি। কি হায়দুনা থৈদোক্লবা মফম লৈবা নত্তে। ঐ চোৎনা চোৎনা ইমাগী নাক্তা চৎখি।

'মদুদি কৈদৌরে?' ইমাসু হংলকই।

'লবুক চৎলুবদা', ঐসু খুমখি, 'তুদুনা চোৎলে।'

'নঙ য়াম্না ঙাউশিন্নৈ', ইমানা মখা তারকই, 'মথোং চাবা থবক অমত্তা তৌথোরক্তে।'

'ফরে। ইশুসি ঐনা ঐখোয়দা অমুক্তং লৈহনগে তৌবনি। মমা-মপানা য়াদবদগী ঈশ্বরনা হেক শিল্লবা হায়বদুনি।' অবোক্নদি ইকোম কোম্না হায়রকই।

ইমাদি ফি ফি কাল্লদুনা, 'মফি য়াওদ্রবসু পুগনি।' খুমদোরকই। ইন্দোমচা ইকাইনা ইমাদা য়েংখি। ঐ কপ্পিংলকই। পুংকক চাওরবা ঐনি। ইতৌদুদা অবোক শাউনিংলমাল্লে, 'নচানুপাসিনা ঐখোয়দা নোংমা লেকপদা তুমখ্রগদ্রা?' নমহং হংলকই।

'খঙদে। মপানা য়ারোই। অঙাং থনম্বা য়াদে।'

কদোমদগীনো ইন্দোমচানা ঐবু ফি হোংদোকহন্দুনা, ঐগী ফি পুম্বা পুখ্রগা কংলি কংলি তৌহল্লগা পুরকই। ঐনা খনবদা কনাগীনো ময়ুম অমদা চৎলগা অচোৎপা ফিশিংদু ইস্ত্রি তক্তুনা পুরকপা মাল্লি।

পাবুংনা পিক্লিঙৈদা অমুক্তা মীগী ময়ুমদা লেকহল্লক্তে। পিক্লিঙৈ মতমগী ব্বারীদি চৎখ্রে। মখোয়না থনম্বা মওংশিংদুদি থম্মোয়দা তাশিন্দুনা লৈহৌরি। নুংশিরবা মতমদুগী ব্বারীশিংদু থম্মোয়দগী থোকখ্রো য়াদ্রি। নুংশিখিবগী মথক্তা নুংশিবা লৈথেৎ মথং মথং হাপ্লক্লি। ঐনা ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংশিজবা পুন্সিদি প্রি য়ুনিভরসিতি তল্লিঙৈ মতমদুনি। নিংঙমদবা, শাউনিংবা, মফম খঙদবা কয়ানা পিকথনবা মতম, মতমসিবু নিংশিংলুরগা ঐঙোন্দা করিনো খঙদবা ঈথিল অমদি হেক হেক পীররি। মতমদুদি ঐ য়াম্না হৈনখিদে। শিনিংবদি শিনিংখিদে। ব্বাহৈসিদা ইশানা ইশাবু ওন্নতৈনবা ব্বাফম ফোঙদোকপগুম খনবা য়াই। মদুদি নত্তে। ঐনা হায়বদি, ঐনা ঐগী ওইরিবা ফিভমদু ঐ ইশানা পামখিদে। পামখিদবা মওংদুবুদি থাদোকপা ওইথোকখিদে। মদুদি চহী কয়াগী ব্বাখল অমদি হিংবগী কিশিশিংনা নিয়ম চুন্না, মতম কয়া চংনা শাগৎখ্রবনি। মসিবু খঙহৌদনা খুদক্তা হেক থুগাইবা ওইথোক্কদ্রা? ব্বাখলগী মপাল নাইদ্রবা খোঙচৎতা, মাগী পোত্থাফম অমা থিদুনা শক্তমদু হুন্দোক্লগে হায়না খনবগী ব্বাখলনা তোঙাল্লবা ব্বাখল অমনি। মরমসিনা, ঐনা পাল্লিবা ফিভমদু ঐ ইশানা শেমজবা ঙমখিদে। মদুগীসু মথক্তা ঐনা পাল্লিবদুদি মতন্না মুনবীখ্রবা শক্তমশিং অদুনি।

নুমিৎ অমা লৈখি। নোং চুবদা য়াম্না পামজবা নুমিৎ অমা লৈখি। ইন্দোমচা ঐখোয়নীনা শান্নখিবা নুমিৎসিনা নোংচুবগী খ্বাইদগী পামজবা নুমিৎতি ওইখিদে। পুন্সিদা কাওরোইদবা নুমিৎনি। মতমদু ঐ বচেলর ওফ আর্টস তল্লি। ক্লাসতা কনাগুম্বী অমা তোইনা ব্বারী শান্নে। চৎমিন্নে। কোইমিন্নে। মানসু ঐখোয়নী চৎমিন্নবসি নুংঙাই হায়। ঐঙোন্দসু করিনো অমা হেক হেক ফাওই। ঐখোয়নী ক্লাসতগী থোকমিন্নদুনা ইরোইসেনব ফাওবা সাইকল অমমম তোংদুনা চৎখি। কনাসু য়াওখিদে। ঐখোয়নীদনি। মাদি নুপীনি। বেগ অচৌবা অমা মতমচুপ্পদা অদুম য়াল্লি। মদুই মনুংদা নোংজু-নোংশা খায়দনা ছাতিন অমা লেংদনা হাপ্পী। নুমিৎতুসু ছাতিন অদুমক য়াওই। মী অনী তুপমিন্নবদি য়ারোই। পুন্না চোৎমিন্নগনি। মাগী ছাতিনদু ফোল্ডিংনি। পিকই। খঙহৌদনা নোং কন্না চুথরকই। নোজাওনি। নোং চোৎলকই। মা ছাতিন

লৌথোরকই। অদুবু তুপখিদে। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। ‘ঙসিদি ঐ, নোং চোহনগে। নুংঙাইব্রা য়েংগে।’ হায়রকই।

‘ছাতিন য়াওরিদুদি। নোং চোৎহনগনু।’

‘নঙসু চোৎলিদুদি। ঐ ইথন্তা... নুংঙাইতে।’

‘ঐদি নুপানি।’ ঐনা হায়খি।

‘ঐসু নুপীনি।’ সনানুসু খুন্নকই।

নোং মরক্তুদা ঐখোয়নী তপ্না তপ্না সাইকল অদুম থৌই। ছাতিন তুপখিদে। নোং খন্ননবা পোৎখন অমতা য়াওদনা চৎখি। পুমচোৎ চোৎমিন্নৈ। নুপীনা মফি মরোল পুমচোৎ চোৎপসি ঐদি য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। মসিদা তোপ তোপ্না মহৌশাদগী লাপথোক্তবা ফজবা অমা য়াওই। ঐদি মদু মরক মবক্তা মঙোন্দা য়েংই। মহাক ইকাইরকপগুম করিগুম তৌরকপা মাল্লি। ইকাইখাংদগী ছাতিন তুপখিদ্রবনিনা মসিমদি ফজনা উরে।

‘অদুম্না য়েংলক্কনু।’

‘য়েংলগা কৈদৌরগে?’

‘য়াম্না হৈনদে।’

‘ঐদি য়েংগনি। হেন্না কুপ্নবু য়েংগে খল্লিবনি। ঙসাইনা ছাতিন তুপশিল্লু হাযবদি য়াদ্রগা। মসিদা উত্তোইগী থওইনা তৌরগা, হৈনদে কায়না।’

‘হাইমা! য়াম্না ইকাইজেয়ে।’ মমায় লুকথখি। ছাতিন পুথোরক্তুনা মমায় খনজিন্নবা লাক্নে।

‘নঙনা ঐঙোন্দা উৎপা ইকাইরিবসি নমাইদুরা? ঐ মদু শুকয়েং য়েংলোই। ছাতিনদু লৌথোকউ।’

‘অচা! য়াম্না তুকচৈয়ে।’

খোনফমসি ঐ তাবা যাম্না নুংঙাইখি। কৈদৌঙৈ কাওররোই। কাওগে হোৎনবসু য়াগদবা লৈতে। মতমগী নুপীশিংনা য়ক লাওবী খুকে অমদা কেরগা লমজাওদা চৎকনি। য়েংনবা কেরিবা মহাক্না য়েংলুরগসু ইকাইগুম করিগুম তৌশিন্নগনি। য়াম্না তৌশিন্নবগী লিচৎ অমগুম অউবশিংনা খন্নবা মওং অদুমক্কি, চম্বা মানখ্রবা মঙোন্দগী ঙসি খঙহৌদনা উরিবসিমক।

কুইরেকো মতমদো। অমুক হল্লক্ররোই। পাম্মুই। কান্নদে হৌখ্রবগী খন্দুনা। হৌজিক্কী খনবা ফৈ। কৈনো খনগদবসি। উম! ঐনা হৌজিক লৈরিবসি ফমুংদনি।

মদুসু য়ুমগী ফমুংদা নত্তে। হোস্তেলগী ফমুংদা। পঞ্জাব য়ুনিভরসিতি, হোষ্টেল নম্বর ফাইভ, রুম নম্বর ফিফতিন, তরামঙা। কুইরে। চহী অনী/অহুম ফারক্কদৌরে। ফিলোসোফিগী তরং চৎপা লাইরিক ময়াম অমা পাদুনা কোক মচা অসি হান্না খরা তরং চৎচবগী মথক্তা, হেন্না হেন্না তরং চৎহনবসি চুমব্রা? হুম! মসি ঐ থাদোকপা ফে। মদুই মহুৎ নুংঙাইরবা মোন্দ্রং অমা শাগৎতুনা, নুংঙাইথোকপসু ফত্তবা নত্তে। মসিনা মী কনাদসু সোকহল্লোই। নুংঙাইবদি কৈ'মতা তাগদবা লৈতে।

কলেজ কাবা কুইদ্রিঙৈ, কনাসু খঙনদে। খঙনবা মী অমতা য়াওদনা ইথন্দা তুমিন তুমিন ফম্মী। নোংমা নোংমগী খঙনবা মী হেল্লকই। ইমান্নবা কয়া শেমখি। মখোয় খরদি পুলপ পুনশিন্দুনা ব্লারী কয়া শাই। শৈরেং ইবগী, ব্লারীমচা ইবগী, মখল কয়াগী ব্লারীনি। ঐসু ব্লারেং শৈরেং ইবদি পামখি। ইবদি হৈতে। হায়স্কুল তম্লিঙৈদা শৈরেং খরদি ইখি। মখোয়গী মতৌদু উরগা, ঐঙোন্দা হেন্না হেন্না ইনিংলকই। লোন্না লোন্না কলেজ কুম্লক্লগা ইবা তমখি। ইরুবা কয়া ইমান্নবশিং অদুদা য়েংহনখি মখোয়শিংদুগী মরক্তা ইমান্নবা অমদি ঐগী খুইদু য়াম্না পান্না পায়। মখোয় ময়ামদগী ব্লারী লাইরিক পাবসু মানা ইহেন হেল্লি। পাবদা মথব্রায় তাজৈ। মতুং তারকপদদি, ঐনা ইরিবমখৈ মানা ইহান হান্না পায়। ঐসু মাগীদমক ব্লারেং, শৈরেং কয়া ইখি। মা অমা লৈরমদ্রবদি, ঙসি ঐনা ব্লারেং শৈরেং ইরিবসি ইরম্বগী ব্লা লৈতে। ঐনা ইখিবা অয়াম্বা মাগীদমক ইবনি। মাগী মমিংদি ঐ ব্লারীসিদা য়াওহল্লরোই। তৌশিন্নবা মানবা ব্লারীসিদা মাগী মমিং য়াওরুবগা মতমদুগী শেংখ্রবা থম্মোয়দু লৌনম তৌবগুম থোক্লনি। কমদৌনা মানা ঐগী খুৎইবু খোয়দাখিবনো খঙদে। শেংনা হায়রগদি, ইবদি মানা হেন্না হৈবনি। কলেজগী ওজা-ছাত্রনা য়াবসু মানা হেল্লি। মাগী হায়ববু তুং-কোইখিদে। ঐখোয়নী পান্দম্নবদি য়ারোই। খেন্নবা অমদি লৈখি। ব্লা অমনা ব্লাহে লুনা ফোঙদোকপদি অয়াম্বা মতমদা ঐনা হেনব্রা খল্লি। অদুবু লোন্না লোন্না মাগী নমুনা তমখি। ঙসিসু মাগী নমুনাদু মতেক মতেক হাপ্তুনা ইরি।

অহানবা কলেজ কাবগী লাংবসু মহানি। মাদি ইংনা লৈ। ময়াম লাংবদা কয়া খোইজংদে। তিন্নবা কুইদ্রিবগী অমনা হায়বদা হোই ঙাক্তনি। লাইব্রেরি মমাংদা ওকপী শাদুনা থরো থরো ওনখিবা, লৈশাবী লক্করুবগী থীনা চৈরম্বা, লোইনা থেংনরকই। নোংমদি ত্রাইবেল লৈশাবী অমা লক্করুবগী থিনা চৈরম্মী। মদু ঐখোয়না, হেক থেংনবা খুদিংগী 'ফজৈ', 'অদু তৌই', 'পাম্মী' মখল মখা কয়া হায়রুবদুদা মহাক শাউনিংলব্রা খঙদে। নোংমদি ঐ হেক উবগা ফিংনা হংলকই, 'করিগী নখোয়

চঙক চঙক ঙাংবনো?' ঐখোয় ময়াম মাগী মওংদুদা ৱা লাওনা নোকই। (মামক্লা হায়গে তৌবা ৱাদি করিগী চগৎ চগৎ ঙাংবনো হায়বসিনি। অতোপ্পা জাতিনা মীতৈলোন ঙাংবগী খরা খোইবগা, লোনসিবু মুন্না খঙদবগা অনীসি পাদুনা ৱাথৈ হায়বদু থোকখিবনি।) ঐখোয়গী মীনোক্তুনা অমুক্ক হেন্না মঙোন্দদি শাউহনবগুম থোকখি। ঐগী খজাইদা খুবাক্লা লৈজবী থাদুনা কন্না থারকই। ফন্না নাখি। মায় ঙাংশং ঙাংই। ঐখোয় খঙহৌদনা তুমিন লৈ। নকুবদা লৈরম্বা, চৎলম্বা ছাত্র-ছাত্রি পুন্নমক তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকই। ফন্না য়ামখি। করিগী য়াল্লোই? কলেজ কানরকপগী, খ্বাইদগী মী তিনবা মতম্নি। মদুই মথক্তা, পাখঙ লৈশাবীদা থোকপা থৌদোক অসিদি মী খুদিংমক মনা থাঙ্গৎতুনা তাগদবগী লৈনরিবনি। অমুক্কসু মশক ফজবী লৈশাবীগীদি পাম্বোম তিংজগে থনবা পাখং লিশিং লিশিং লাইরেল মতুং ঙাইনবগুম ইল্লিবনি। 'করিনো? করিনো?' ৱাহংগী ৱাহংমক্তা। ৱা অমতা তাদে, ৱাহং ঙাক্তা তাখ্রে। ঐ শ্বাই লাওই। ইমান্নবা কনা কনা ইনাক্তা লৈরিবা কোইলৈ লৈদুনা য়েংই। ঐ ঙসি লৈমায়দা ওল্লু হায়বা লৈজাৎলা। পুক্নিংসি লৈতাফম খঙখিদে।

নত্তে। মখোল অমসু তারক্লে। মী অমা কপ্পগী মখোল অমসু তারক্লে। য়েংখৎলুবদি অঙ্গাইনু মপি লেপ্তুনা শিন্থদুনা কপ্তুনা লৈরম্মী। হৌজিক্তা কিঁথি-কিরুম তৌরুবা ঐ, মাবু করিনো অমা খল্লকই। নুমিৎতুদা উখিবা মাগী মশক্তুনা, নুমিৎ অতৈদা উখিবা মশক্তগী ফজবা ইহেন হেনবগুম তৌরকই। য়াম্না নুংশিরকই। মমাংথক্তা কৈদৌঙৈ লৈশাবী অমতা ঐগা মরী লৈননা ইমাংদা কপখিদ্রি। ঐগী মরমগীদমক লৈশাবীনা কপ্পা হায়বসি থম্মোযদা তিং পাল্লি। করি খল্লুবনো খঙদে, মাগী বেগতু তনলৌ লৌদুনা, রুমান লৌথোক্লগা মাগী মপি তৈথোকপীখি। ঐখোয়গী মতৌদুদা তিল্লম্বা মীশিং মথং মথং কায়নখি। মখোইদৌ শাউগৎনবা কয়া অমসু য়াওদবা নৎতে। ঐ মাবু থেমখি। কপ্পদি থেম্ল থেম্লগা হেল্লকই। থেম্বা ঙমখিদে। মী ময়ামদি হংলি, 'কৈদৌরে', 'কৈদৌনরবগে', 'অশেংবা ৱাদু হায়য়ু,' ইথা থাজদনা খুন্নকই, 'অসুম কপচববু কৈদৌবগে? লৈবাকসিবু ইচম চম্না কপচবা য়াদ্রবা?'

'কপ্পবু চুন্না কপ্পা য়াব্রা?'

'কপ্পবদি মরম অমা লৈফম থোকই।' ৱা মথং মথং হায়রম্লগা পাউখুম ঙাইদ, অমা চৎখি। অনী চৎখি। মী ফন্না তাক্লক্লে। মাসু কপ্পা খরা হন্থরক্লে। ফিভম য়েংলগা ঐনা হায়খি, 'নঙন্না ঙসি তৌবিসিবু করিনো? ঐ মথোং মরম অমতা খঙদে।'

'ঙাইখো। ৱা ঙাংলকখিনু। ঐখোয়নী কান্তিন চৎলগা ৱারী অমা শান্নরুখিনি।' ইমান্নবা পুন্নমক থল্লন্নগা ঐখোয়নীদা কান্তিল চৎলুই।

ফমথবগা চা-কোফি চাননবা কৌই। সুপ্নতগী কফি য়াউম অমতা চিংবদা ঙাইরি। 'নঙ ঐঙোন্দা মীমাং পোমাং নাইদনা লক্লরক্কনু।' ৱাহৈসিমক মানা হায়রকখি।'

'ঐদি নঙবু অমুক্তা লক্লখিদ্রি।' ঐসু খুমখি।

'নঙগী নমান্নবা ময়াম্না লক্লরিবদুদি।'

'ঐদি য়াওদেদনা।'

'অদু ওইরসু, মখোয় লক্লহল্লক্কনু।'

'ঐ হায়বদি হায়গে। অদুবু মীগী চিনবান্দি ঐ খক মেনবা ঙম্লোই।'

'কোচি হৌরক্কনু।'

'অদুবু ঐ ঙমগদ্রা?'

'মখোয় নঙগী নমান্নবা নৎত্রা? নঙগী নমান্নবা ওইরগা নুঙবু ইকাইখুম্নদ্রবদি মখোয় নঙগা তিননবগী করি কান্নরি?'

চুম্মী। ৱাফমসিসু অরানবা য়াওদে। চা অশাবা মনিল ৱা-ৱা কারকই। থম্মোয়গী ইনিলসু তপ্না তপ্না কাখৎলক্লি। 'মদুতরা নঙনা হায়গদবা?'

'নত্তে। লোইদ্রি। অতৈদি হোটেল এয়ার লাইন্দ হায়রগে?'

'মদুদসু চৎখিগদ্রা?'

'ঙসিদি চৎলগুমসি হংচিৎ সনডেদো, পুং তরামখায়দা লাকউ। ঐ ঙাইরমগনি।'

'ইমানা ছুতিদা কোই হায়দুনা চৈগনি।' ঐসু হেক্তা হায়জিল্লি।

'চো! নুপীমচাসু নৎতনা।'

'মতমদি শোয়গনু।'

'নঙতনি শোয়গদবা'

ঐ থোরক্লে। মাসু ঐগী তুং তপ্না তপ্না ইন্নরকই। ঐদি ইমান্নবা মরক্তা চংলে। মাসু চৎখ্রে। ইমান্নবা মখৈ 'করি হায়নরকই' মথং মথং হংলকই।

'করিসু হায়নরক্তে। নখোয় ময়াম মঙোন্দা লক্লহল্লক্কনু হায়রকপনি।' ঐসু খুমখি।

'অদুক কুইবদুবু অদুতং হায়নরকপ্রা।?'

'অহানবদদি ঙসাই শাউখিবদুগী তুমিন তুমিন কুইনা ফম্মী।'

'অদুদা নঙনা করি য়েংলিবা।'

'নখোয়সিদি জাৎ অমনি।'

'নঙনিনে জাৎতি। পূং অহুম ৱারী শান্নরম্বগা ৱাহৈ অমখক হায়রকই হায়বদুদি চহীগী অঙাংসু থাজরোই। নঙগী মচিনবুদি কাথোকপা য়াবনা হায়বগী ৱানি।'

'অস! খঙদ্রে। ঐ কৈনোমা তৌরে।'

'আ! আ! হেল্লোইনা চেল্লে। খঙলে। খঙলে। ঐখোয় মরুপ হেল্লোইনা চেনখ্রে। খুৎ শোক্কে।' মখোয় ময়াম ঐবু খুৎ শোকখি। খুৎ শোক্লা শোক্লা ইবোমচানা হায়রকই, 'নঙদি লাইনা থাদরকপা হৈ চাবা ফংলদবনি। অস! মশা মউগদু ফবনিদা।' মাগী ৱাসিদা ময়াম পূন্নমক নোকখি। ঐদনি মায় ঙাংখিবা। মাদি মখা তারকই, 'কুঠি-নুংথি য়েংদ্রবসু য়ারনি। নঙমুক দাউ য়াবা লৈতে। নিনবনা ঐখোয় ময়াম চংদুনা নিল্লে। চাবনা নঙনা চারে। মসিদি শাউনিংইদা। নঙ... নঙ...।' নুমিৎসিমদি ঐবু ময়ান্না লরুবসি, 'খুবাক চাবসিদি সুমাইনা দাউ য়ানবজাৎ ওইবে। ঐসু খুপাক অমতা চানিংখ্রেদা।' অমসু হায়রকই। ৱাহৈশিং অসিনা ঐঙোন্দা মথোই অমসু পী অমুকসু ইকাইবা অমসু পোকহনবগুম তৌই। নোংমাইজিং নুমিৎ ঙাইদুনা লৈখি।

মতম চপ চানা চৎখি। মা ঙাইদুনা লৈবম্মী। য়াম্না কেনা উই। ঙসিনা অমুক হেন্না যেংবা নুংঙাইরে। ফজবশিং পুক্নিংদা থম্বা ঙল্লক্তে, 'নঙসে ঙসিদি যাম্না ফজে।'

'নঙনা ফজে হায়রবনিনা ঐসু ঐসি অমুক য়েংনিংলক্রে।'

'কৈগীনো? নঙবু মিংশেন য়েংলক্ত্রবা?'

'যেংলকই। মদুই নত্তে। নঙনা ফজে হায়বা মওংসি খঙহৌরবদি মতুংদসু মান্ননা কেবা যাইদনা। তশেংনা ফজব্রা?'

'ফজে। ফুরিত্তুদি খরা পামল্লি।'

'মতুংদা অমুক হন্না অপাবা লিৎলরোই।'

ঐ হৌজিক্কী ৱাখল খন্থগে তৌরগা। করিগীনো হৌখ্রবা, অমনবা ৱাশিং অসিনা অসুম হল্লক্তুনা হৌজিক্তা য়েৎলরিবসি? ঐবু ইনখৎলকপা মতমদুদগী হেন্না হেন্দোকপা পামদ্রব্রা? হৌজিকসু ঐনি। থব্বায় অমতগী মীওইবনি। ঙসিসু উরি য়ুনিভরসিতি অসিগী ষ্টুদেন্স সেটরদা নুপা-নুপী পুন্না পুন্না ফম্মিন্নবা, শান্নবুংদা নুপা নুপী চিনবান-চিনবাল থেংনদুনা নুংঙাইমিন্নবা, ঐনা ইম্ফালদা তৌখিবা মওং অদুদগী

শরুক চাম্মদা চাম্মা হেনবা ঙাক্তনি। মফমসিদা নুপা-নুপী, পাখং-লৈশাবী লৈনরিবা মরী অসি মফমদুদা য়াদে। ঐ, মরু কোকথোকপগী, লম্বীদা নাতৈ চাদবা লাওর-লাওরদুনা চৎহনবগী, খিন্দুনা থম্বা নুংগী অচৌবা শামু মথক্তা তোংহনবগী ৱারীদা নত্তনা তাইবঙদা ঐ থেংনখ্রে। নুপা-নুপীগী মরীবু সমাজনা থিংবা ঙমগদ্রা? ঐখোয়না মখল মখা কয়াগী লাইরিক পারকপদা থেংনরকই, ওক্তবীগী করবার অসিনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী কুইরবা হোংদনা লৈরিবা করবাননি। মসিদি সমাজ হেক শেম্লকপদগী, লৈশেম্বদগী লৈরক্লবনি। ঙসিসু লৈরি।

'কৈদৌরে করিসু চাদ্রবদি?' ঐ হংখি।

'ঐনা ফুরিৎ অপাবা লিৎপসি য়েংবা নুংঙাইত্রব্রা?'

'ফজে। ঐনা পামদবগী ৱানি।'

'নঙসি ৱা ঙাংবা য়াম্না হৈ।'

'মদুনরা খবাক্তা থারক্লিবদু?'

'মদুগীনি অচাপোৎ চারিসি।'

'ইহ! খুবাক চাবগী অচাপোৎ চাবা? তল্লিহে। হান্না খঙজরম্লবদি লাকচরম্লোইদবনি। ঐসু নোংমদি নঙগী অথোৎপা খজাইদা খুবাক্তা থাগনি।'

'ঐঙোন্দদি কৈগী?'

'অসুম্না অচাপোৎ পীজরগা ঐখোয়নী উননবা।'

'মদুই ৱারী শারগুমসি ঐ য়াম্না ইকাইরে। নঙনা ঐ উননিংবগী ৱাদি মফম মতম থিদনা করি অমমুক তৌদ্রবসু য়াই।'

'ফাগী তৌবদা করিগী ইকাইরিবা?'

'অচুম্বনা পনষ্খে ওইবা ফাগীদি মী খুদিংমক ইকাইনগনি। মসিদি লোনচৎ ওইরবনি।'

ৱারীসি হেক্তা হল্লকই। কাওবা ঙমদে। মতমগী ইচেলনুংদা চেন্থখ্রে হায়বদি খঙই। ঈচেলশিং অদুসু অমুক চেনখৎলক্লরোই হায়বসু খঙলবনি। অদুবু বাখল-নুংদা ঈচেলসিনা হেক হেক হাগৎলরিবসিনি ঐঙোন্দা ৱাহল্লরিবসি। ঐতগী ওইরবা পুন্সিসিদা মীওই কয়াগী ওইরবা মশকশিং, মখোয়গী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক কয়া মচেৎ ওইনা, নৎত্রগা মপুম ওইনা ঐবুসু য়ানশিন্নখ্রবনি। মসি ঐদা নৎতনা মীওই কয়াদসু চপ মান্ননা তিনশিন্নখ্রবনি। মসিগুম্লবা পুনশিখ্রবা অপুনবা অসিদি

খাইদোকপা কৈদৌঙে য়াররোই। পুনশিনখিবা খুদিংমক অমতা ওইখ্রবনি। হৌখিবগী খয়াত্তা তাখ্রবনি। খঙনখিবশিং খুদিংবু তপ্না তপ্না মরী অমা নৎত্রগা অমনা শমজিন্নে। মসিমক্কনি মীওইবগা, চাওরবা মরী অমা সমাজগা লৈনরিবা। মী খুদিংমক সমাজগী চাওরবা কিশিসিবু থদৎপা ঙমদ্রিবা। মসিদগী নহোরুবা হোৎনবসু চৈরাক পী। নিয়ম অমনা পুনশিল্লি। ব্রাখল খনবগী শক্তিদসু মসিনা অমুক অকায়বা পীরকই। হিংবা হায়বসিগী মরী অসি অমতনা লোইরমদে। লৈবাক্কী ওইবা শাফু কয়া লাকই। লৈবাক্কীদমক মী লিশিং লিশিং শিখি। মশিং লাকঙমদনা অশোক অপন নংনখি মাং তাকখি। লৈবাক্কীদমক শিবা, হিংবদা কান্নরিবা করিনো? মরুওইরিবদি থব্রায়নি। নুংশিনবনি। লৈবাক্কী ব্রা য়ানিংলক্তে। মসিদগী তুংগী ব্রা নাথৈদুনা থল্লগা, হৌজিক্কী হিংননবনা মাং থাহল্লকই। ঐগী পুন্সি, হিংননবনা খ্বাইদগী মাং থাগদবদি। ফিদম নৎত্রগা ফজবা মশকশিং, মশকশিং অদু য়াওদ্রগসু ঐখোয় হিংবা য়াই। হিংননবনা মীওইবা ঐখোয়গীদি পুন্নমক্কী মাং থমগদবনি হায়বা ব্রাখলনা মাং থানরকই। মসিবু করম লাল্লি হায়রুগনি। নুপা-নুপী, জিব-পানবা পুন্নমক মহৌশাগী শাজৎ য়াওরবা হিংবগী পোৎলুম পুরিবা ঙাক্তনি। থব্রায় পানববু মতম খুদিংদা জ্ঞান তাও হায়বসি য়াগদ্রা?

নাকল অমরোমদা য়েংবা তারগদি হৌজিক ঐখোয়না লৈরিবা পুন্সিসি খাবৈ-খারা শারবা, মফম খঙদ্রবা পুন্সিগী মশক অদুনি। য়েংলুবা মায়কৈ খুদিংমক করিনো হায়ফম খঙদবা, লম্বী অমমম থিগদবা শক্তম' মক্তনি। ফিভমশিং অসিদা অসুম থাদোক্লবদি পুন্সিসি করিসু অর্থ থোক্লক্লোই। লম্বী সরক্তসু মিপাইহল্লি। নিংশিংলি ...।

ঐ খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা রিক্সা মথক্তা তোংদুনা চৎলি। ইথস্তদি নত্তে। রিক্সা থৌরিবা মাগা ব্রারী শান্নখি। মদু লৈত-লাইরগী ব্রারীসু মাল্লি। মতমগী ব্রারীসু মাল্লি। ব্রারীদুসু মানা হৌদোরকপনি।

'ইবুংঙোদি অঙাংনিনা ফৈ। ঐখোয়দি ইচা থাক্লনবা হোৎনবদা ব্রারেদা।'

'তাদবু অঙাং কয়া শুরবগে?'

'য়াম্মীদা। তরামথোইনি।'

'কৈগীনো অদুক য়াম্মীবদি। থাকপবু ঙল্লিব্রা?'

'অদুননিনে ব্রারিবসে।'

'অদুদি করিগী মঙাং অদুক য়ামহল্লিবা?'

'হৌজিক্কী ইনখৎলক্লিবা লৈশাবী মচাশিংগী ফিশেৎ লাকশেৎ উরুরগা ঐখোয়দা মফম খঙদবা ইনোৎ অমা পী। মসিমক নন্দোন্দা তাইনবা তায়। পোখাবা মখল অমা ওইনা... মদুই মথক্তা ৱানা চৎলুরগা পোখাফম অমসু লৈতবা য়াদে। পোখারুবা কয়াগী মহৈনেনি ঙসি ফংলরিবা অৱা চৈনশিংসে।'

'রেডিওদা লাওরিবা অঙাং মশিং হম্থনবা...?'

'সরকারনা হায়ববু চুম্না হায়বীরবদি করিগী ৱাজরুনি লৈবাক চাওখৎপগী, পোৎ-চৈ হোংবগী লাওরিবা ময়ামসিবু চুম্লবদি ইচাদি কুনসু লৈসনু ৱাদবা ঙম্মী। সরকারনা মচিন থিদুনা নমথাক তৌরিবা'সিননি ঐখোয়না সি য়ৌনা ৱারক্লিবনি।'

ৱারী শাদুনা চৎলিঙৈদা ময়াম হন হন্দুনা। চেন্নরকই। কৈদৌনরে কৈদৌবগীনো কনাসু হায়নদে। পংচেন্দা চেল্লি। মায়কৈ শলাই খঙনদে। ৱাহং হংননবা, পাউখুম পীননবা মতম লৈনদে। শমজি খাই-খাইদুনা পংচেন্দা চৈন্নে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন থোং পংলোন্দা লোন্নরকই। অদুক চিল্লম্বা, মীনা কৃক-কৃক ইন্নরম্বা কৈথেলদু পুমচিক চিকখি। মী অমতা তাদবা সহর, নৎত্রগা লান্দা মী তুম্না শিখ্রগা, য়ুম-কৈশিংনা মফম চানা লৈহৌবা সহরগুম চপ মান্ননা উই। নুংথিল পোবোবতা অদুক চিকপা ঐহাক উখিদ্রি। তৌফম খঙদনা ঐসু রিক্সা মথক্তগী চোংথদুনা মীয়াম চেনবগুম চেনখি। থৌরিবা মাসু রিক্সা হুন্দোক্তুনা মীয়াম চেনবগুম চেন্নখি। মফম খঙনদে। লৈরম্বা সিফায, পুলিস পূম্বা নোংমৈ শিংদুনা কাপকদবগী শেম শাদুনা লৈ। চেল্লক্লিবা মী খুদিংমক থোং (খুয়াথোং) ময়াদা পাকথনবা পুলিসনা ইঙ্গিৎ পীদুনা পাকথহল্লি। অকনবা লানগী মওংনি। লৈবাক তুম্নরবগী ফিভম্নি। সিফাইশিংনা, মখুত্তা পায়রিবা চিনহায়বীদা পাউ তন্না তন্না পীনৈ। সিফায় গাড়ী মথং মথং, মরী-মরী লাকই। মনম মনম গাড়ীদগী কুমথৈ। করিসু হায়নদনা পুংখাই অমারোম তুমিন লৈরুরগা মীচম প্রজা পূম্নমক অমমমতা ওইনা চৎনবা পুলিসনা মওং অমা তৌরদুনা খঙহল্লকই। মীয়ামসু পাকথনরম্বদগী নংহৌররোইদবগুম চৎননবা হোৎনরকই। য়ুম য়ৌরগা করি থৌদোক অমা থোকখিবগে, খঙননবা কন্না হোৎনখি। খঙখিদে। খঙনিংনা, য়াম্না হেন্না খঙনিংনা খঙননবা হোৎনখি। খঙবা সুকঙম ঙমখিদে। অদুবু পাউ অমখক্তংদি খঙখি টাটা গাড়ী মথক্তগী নুংজাও হৈথখিব্রা নৎত্রগা তয়ার পোকখাইখিব্রা অমদি তৌখি। মখোল অহৌবা পুথোকখি।

ঐখোয় ইন্দোমচাবু মথৱায় তাজবা অহল-লমন্না কন্না তরুররক্রে হায়বগী পাউ ঐ তারে। মতমদু ঐ প্রি য়ুনিভরসিতি তম্লি। আবোকসু ইন্দোমচাবু থাজবদি পামলকপগুম তৌরকপা মাল্লি। মথন্তা লৈহৌগদবদু খল্লগা ময়ুমদা খরা কুইনা

লৈজখিসনু খনবসু মাল্লি। অদুবু ইন্দোমচাদদি করি খল্লিগদবা? য়াম্না থাজদনা নোংমা ঐখোয়দা ইন্দোমচা লাকখি। তপ্পা হংলৈ, 'তোম্বা, নঙ নুংঙাইরিব্রা?' ৱাহৈসি মঙোন্দা করি খনবনো খঙদে, মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতবগুম উই।'

'ইন্দোমচা নঙ নথৱায় য়াম্না নুংঙাইতবগুম উই।'

'ঐবু, নখোয় অবোক্লা য়ুমদা লৈহন্নিংদ্রব্রা খঙদে।'

'অদুদি কদায়দা তাম্হোক্লিংলিবা?'

'নুপীবুদি মমা মপানা কদায়দা তাম্হোক্লগনি হায়বগে? চৎফম থোকপা মফমদনি।'

'নঙগীসু চৎফম লৈব্রা?'

'লৈবা-লৈতবদি খঙদে। নুপী ওইরুরবনিনা অমদি লৈফম থোকই। অদুবু ফরে। নঙ আঙ্গাইনু খঙনব্রা?'

'কলেজ অমতদা তম্মিন্নরবদি মশানা খঙনবা তাবনি। মা খঙনবদা কৈদৌরবগে?'

'কৈসু তৌদে। নুপামচাদি নুপীমচা খঙনগদবনি। মদুদা অরানবা কৈসু লৈতে। হেন্না নকশিন্না খঙনরগসু তুংগী য়াওনা খঙনরবনি।'

'ইন্দোমচাই ৱাসিদি কৈনো?'

'ৱানিদনা।'

'মদুই ৱাদুদি ঐ খঙদে।'

'ঐদি ইচেদা হায়গনি।' হায়রল্লগা মানা চেন্তক চেন্তক চৎখিবদু ঐ ঙসিসু নিংশিংলি। মতমদু ইনখৎলকপা মতম্নি। ইন্দোমচাসু চাননা ইমাদা পাউদুমক তম্লম্মী। খরা হেন্না কবি কবি মথোই হাপ্লম্না খঙদে। মহৌশা ৱা কয়া ঙাংলমদবা ইমা ঐঙোন্দা কুপশেন শেন্নরকই। ঐনা তৌরুবা থবক কয়া হৈনদবগী মওংদা কয়া চৈরকই। খরা লৈবগা ইন্দোমচা লাক্কুনা ৱারী শারৈ।

'ইচেনা নঙ য়াম্না চৈরব্রা?'

'নঙনা শিনববু লেম্না মাংগদ্রা?'

'ইঈ। নঙগীসিদি ঐঙোন্দা শাউবা মাল্লি।'

'শাউদে। নঙোন্দা ঐগী শাউননবা হক লৈতে।'

'অদুম্না হাযগনু। হক্কী ৱাদি তাল্লবসু য়াই। শাউববু কন্নানা হক্তা শিজিন্নবগে। থম্মোয়দা সুম শাউজবদা কনা চংবগে? নঙগীদুমক অশাউবা ফোঙদোকপগী ৱা নৎত্রা?'

'নঙ, মীগী খনবা য়াম্না হৈরে।'

'নঙদি নঙতগী অদুম খনব্রা?'

'খন্দদি কৈনো?'

'মদু য়াবা হৌনদে। পুন্সি হায়বসিদি মীগী শরুক য়াম্না য়াওরিবনি। অঙাং অমনা পোকপদগী মথন্তা হিংবা হৌনদে। ঙমবসু ঙম্লোই। মসি হায়নরগা ঐখোয়নীদা করি কান্নে? নঙসি নহানব্রাই, মতম অমগী মওংদুগা য়াম্না খেন্নরে। খেন্নফমসু থোকই। মতমগী মতুং-ইন্না নঙ চাওখৎলক্লিবনি। ব্রাখল হোংলক্লিবনি। করন্না খেন্নরোই?'

'অদুবু ঐদি ঐ হোংদ্রিদনা?'

'মদুনা নঙতগী ব্রানি। অউবনা অতোপ্পনি।'

'ইন্দোমচা নঙ কৈদৌরবগে?'

'ঐ লুহোংগদৌরে। নঙ করি হায়গদবা লৈ।' মাগী ব্রাদুদা মখা তাবা ঙমদনা ঐ তুমিন লৈরে। মসিদবু ঐ, মঙোন্দা করি হায়গদবনো নৎত্রগা করিনা হায়রোইদবনো ঐ খঙদে। ঐ তুমিন লৈখি। ফনা কুইনা তুমিন লৈনরে।

'নঙ তুমিন লৈহৌখো। ঐ চৎলগে।' ঐখোয়নীগী অচিকপদু মাগী তপখ্রবা ব্রাদুনা তপ্না থুগাইবিরম্লগা, য়াম্না হৈনদনা, খ্বাইদগী তপ্না খোঙথাং অমদা মহাক চৎখি। ঐ ব্রাখলনুংদা মওন মওন খল্লি। অসুন্না মা খংলাপ লাপখিগদবা লৈরবদি, ঐ করিসু মানা শাউনিংগদবা ব্রা মচেৎ অমসু হায়জরম্লোইদবনি। ঐদি মা-ঐ নক্করিবগী মওংদু অদুম খল্লি। মতম খুদিংদা নক্লগদবগুম লৈ। ঙসিদি খঙহৌদনা খংলাপ লাপখ্রগদবগুম ঐখোয়নীগী ওইবা মহৌশাগী মরী অদুমদি শোয়দনা চেনখ্রগনি। তান্নরুবা অমুক য়াবরোই।

নোংঙানবদা ইন্দোমচা নুপা অমদা চেনখিবগী পাউ তাই। অবোক্না চেনহনখিব্রা খঙদে। ইমা, ইন্দোমচা লুহোংনবা কোইচেন চেনখি। অবোক য়াম্না কপখি। অদুবুদি অবোক্কী ময়ুমদা মচা অমতা লৈরবোই মখোয় মচিন-মনাও অনীদনি। অঙাংমচাদৌনা ওইনরম্বা মওংদু নিংশিং নিংশিংদুনা অবোক য়াম্না কপখি। ময়ুম পান্নবা ফনা মমা মপানা হোৎনদুনসু, মচানুপীনা থাঙ্গেশেংনা ময়ুম থাদোকপগী মতম হেক য়ৌরকপা মতমদদি মফম খঙদবা ঈথিল অমমম্না থৎলবগুম তৌই। থওইনা শিল্লিবনি খঙনা খঙনা যাম্না নুংঙাইহন্দে।

বি এ অরোইবা পরিক্ষা পীনখ্রবা মতুংদা নোংমা খঙহৌদনা ঐবু নুপী অমনা থিরে। মতমদুদা ঐদি প্রি য়ুনিভরসিতি পাস তৌদ্রি। ইচম চন্না হায়রগদি ঐ চহী য়ান্না মাংখি। কনানো মফম খঙদনা উনরুবদা অঙ্গাইনুনা উনসি হায়রকপা ওইরম্মী। য়ুমদা শুম ফকচিন্দুনা লৈরবা ঐনি। পুল্লিগীদমক মঙখিবা মঙ মথং মথং কায়রক্লবা মতম্নি। ঐঙোন্দা মঙ অচৌবা অমতা লেমহৌদ্রবা ঙরাং, ঙসি, হয়েং মথং মনাও নাই হায়বতা ঙাইরবা। চপ মান্ননা উরবা, ঐগী ওইবা পান্দম অমতা লৈত্রে। অঙ্গাইনু উনগদবসু ইকাইবগুম তোই। উসু উননিংই। লেক ভিয়ুদা ফম্মিন্নখি। তেবল ৰাংমা-ৰাংমদা কেন্দল মঙালগী মল্লি মল্লিরবা মঙালদুদা মাগী মমায়দু ফনা নিংথিজখি। নুমিৎ অদুনসু মহাক খ্বাইদগী কেন্না খল্লি।

'অঙ্গাইনু, পরিক্ষা লোইরবনিনা নুংঙাইরেকো?'

'নুংঙাইতে। সিনা হেন্না পুক্নিং লুমদে।' মা য়ান্না চুন্না খুন্নকই। ঐ খজিক্তং নোকখি।

'ঙসিদি নোকখিনু। সিরিঅসতা ৰারী শানসি।'

'নঙসি ঙসিদি মতা অমনি।'

'নত্তে। ঐ হান্নগী অঙ্গাইনুদু অদুম ওইরি।'

'নঙনা ঐঙোন্দা হায়নিংলিবসি করিনো?'

'নঙনা খঙনিংবনা ঙাইঙমদবদি শারগা, করিগীনো অসুম খঙজিন্নদ্রিবসি?'

'করিনো ঐনা খঙলিববু?'

'নঙনা খঙববু ঐনা খঙগদ্রা?'

'নঙগীসি ঐগা ৰারী শাননিংদদুনা তৌরিবা ওইরিনি। চৎলসি।' ঐ ৰাহৈশিংসি হায়ফম খঙদবগী হায়খি।

'অদুদি ৰারী শানসি হায়দুনা কৌরিবা ৰারীসি শানদনা তোক্লগদ্রা?'

'অদুদি হায়রোদনা।'

'ঐ হায়রগুমসিরা খনবনি অদুবু হায়বদি হায়গে। ঐ হৌজিক য়ুমদা হনবা তারে। ইম্ফালদা তোইনা লাকপা ঙমগনি থাজদ্রে।'

'অদু কৈদৌরবা?' ঐগী ৰাসিদা মহাক শাউনিংলুরমাল্লে। তেবল ৰাংমদগী ঐঙোন্দা খুবাক খংথা থারকই। ফনা নাই। কন্না থারকখি। ঐ মী কনা কনা ঐখোয়দা য়েংলকপগে খন্না কোইলৈ লৈদুনা যেংই। রেষ্টুরেন্টতা চা-থক্কুনা লৈরিবা মী পুন্নমক

ঐঙোন্দা য়েংলক্লবগুম খল্লি। ইকাইদুনা নোঙ্ছে। মায় লোৎনবা হোৎনবদা অনাবা অমতা খঙদে। মাদি ঐগী মওংদু করিসু খোইজংদবগুম তৌই। তপ্না হায়, 'পুন্সিসি নুপা ওহৌদবা লাল্লি।' ৱাহৈসিদা মা কপখিবগুম তৌখি।

মতমদু ঐ বিঃ এঃ তন্লি। অঙ্গাইনু মতমদুদা দিল্লিদা লৈ। লাইরিক মখা তমথরি। করি করিনো সেন্ট্রেল সার্বিসকী থবক তান্নরি হায়। মফম খঙদনা ঐঙোন্দা মাগী পাউসি হেক হেক পীরৈ, করিগীনো খঙদে। তৌবগীদি ঐঙোন্দসু মাগী পাউসি অদুম তানিংই। মরকসিদা ঐগী ৱাখলদা কদায়দগীনো খঙদে সনানুগী মফম অমসু তত্তনা মথি ফোঙলে। ইরোইশেনব চীংবু অসুম নুংশিরকই। কলেজ কাবদা সাইকল ওৎলকপী সনানুবু য়েংবদা অদুম নুংঙাই। মমাই শাংতক-লাকতক অখাংকনবী মাল্লি। মানা নুংতিগী দি এম তান্না ইরোশেনবদগী লাক্লিবসিবু ৱারমগদ্রা? ঐ অমুক্তং হংনিংই, 'কলেজ কারকপসি ৱাব্রা?' করিগীনো ঐসিনা অসুক শোল্লিবা? ৱাহং মচাসিমসু মঙোন্দা হংবা ঙমদে। থৌনা লৈখ্রবা ঐনি। চুম্মী। নুপী নহা, মরুওইনা করিনো খঞ্জবা নুপীদা পাখঙনা ৱা হায়বসি থম্মোয়না মাঙ থাদুনা হায়বনি। মরমসিননি ঐনা ঐগী ৱা অমা নঙোন্দা ফোঙদোকপা ঙমদ্রিবসিমক। তাঞ্জা ঙাইখিনি। ৱা অমতা ওইরবসু হায়খিনি। নুংতিগী কলেজদা উনরিববু খুদোংচাবা ফংদনা মাংগদ্রা। ফংগনি লিশিং লিশিং। খুদোংচাবা শেন্নবা মিকুপ মশিং লাকঙমদনা লৈ। লাকখি। নকশিন্ননিংবনি খঙদে। খঙহৌদনা নকশিনন্নখি। পুন্সিগী ওইবা মিকুপকী ৱারী শাখি। থৌদোক মরক্তা শাগৎপা পুন্সিনি। মদুনসু ৱারী লৈরিবনি। পুন্সিগী ৱাবী হায়বসি, পরিং তাহনবা থৌদোক মথং মথং শন্ননা নুংঙাইনা লেংশিনবদুনি। লেংশিল্লগদি সনানু ঐখোযনীগীসু পুন্সিগী ওইবা ৱারী অমদি শোয়দনা লৈরমগদবনি।

ইন্দোমচাসু ঐখোয়গীদা মরক মরক্তা লাকই। মচেগী ময়ুম্নি। ৱারী তকথরৈ। থাজদনা নোংমদি ঐগী ইনাক্তা চংলক্লগা 'তোম্বা অঙ্গাইনু কমদৌখ্রে? নঙবু মা লৌররোইদ্রা? দিল্লিদা নুপা-নহাগা য়াম্না পুল্লমাল্লে।'

'খঙদে। ঐঙোন্দা অদুম্না হংলিবা করিগীনো? ঐদি খনবু খল্লুদে।'

'এহ্! নঙবু মাগা নকশিন্নরমদব্রা?'

'খঙনরম্মী। সিদগী হেনবদি খঙদে।'

'খঙনরম্বদরা।?'

'খঙনরম্বদনি।'

'তোম্বে ৱাসিদি ঐ...।'

'ঐগী ৱাসি কৈদৌরগে?'

'মীদুনা তারগা নুংঙাইরোইনে। নখোয়নী পুন্সি শাগৎনরম্মী হায়বদাই।'

'মদুনা কদায়দৈ ৱানো?'

'মী লোইনমক খঙনরবা ৱাদুনি।'

'মী লোইনমক খঙননবা নঙনা হায়রুব্দি নত্তেকো।'

'নঙগীসি...।' মতোমতা মখয়াৎ চিকচদুনা তুমিন লৈখি। ইকাও কাওরুই, 'ইন্দোমচা নঙ কৈদৌবা লাকপনো? ইমাগা উনরব্রা'

'নঙ উনবা লাকপনি। পুন্সিসি সি য়ৌনা মরৌ তৌনরমগনি থাজদে। অদুবু তৌসনু। মী খুদিংগী হিংননবা মচাক অমমমদি শোয়দনা লৈরমগনি। মচাক্তুনা পাম্বৈ ওইদুনা ঐ হিংখিনি। থৱায়সিগীসু নত্তবা, হকচাংসিগীসু নত্তবা ৱা অমদা ঐ হিংগনি। অদুবু তোম্বা, পুন্সি হায়বসি উরিবা' সিখক্লা লোইবদি নত্তে। নোংমা নৎত্রগা নোংমা নঙ মসি খঙলকপা তারবদি নদোমচাবুসু নিংশিলকউ।'

'ঐদি ইন্দোমচাবুদি কৈদৌঙৈ কাওদে।'

'মদু তোক্লো। সনানু হায়বসিবু নঙ খঙব্রা? কদোমদগী মিংসি খঙলম্লিবনো খঙদে। মাবু কদায়দগীনো' মাদি মখা তারকই। 'নুপীমচাদো য়াম্না ফৈ হায়বনি। সনানুদু পু-পাং শুদ্রবসু হৌন-লোনচৎসু চপ চানা খঙই হায়। ঐদি য়াম্না নুংশি। অঙ্গাইনুগুম্বীদি নত্তে।'

'এহ! অঙ্গাইনুদদি অদুমাইনদি হায়রুনু। মী মচাদু লৈশাবীনি। তারগা নুংঙাইরোই।'

'অঙ্গাইনুদা খজিক্তং হায়বদি নঙ শাউরকইনে।'

মহাক শেরান্নবা ৱাখল অমদা চৎখ্রে। চিংনবা অমদি থাজদবনা মীওইববু মায়কৈ অমদগী মায়কৈ অমদা ফৈজে চিংদুনা অচুম্ববু হাৎখি। ঐনা হায়নিংবগী অর্থ মহাক খঙখিদ্রে। খঙবসু পামগনি থাজদে। অঙ্গাইনু ঐখোয়নী য়াম্না মুন্না খঙনৈ। মহাক খুনগী মকোক, খুল্লাকপা অমগী মচানুপীনি। মহৈ ফজনা পিক্লিঙৈদগী তম্লকই। মণিপুরগী মপান্দা অয়াম্বা মতমদা লৈরকই। মপানা করবার তৌবগী লম অমদগী লম অমদা পুবগী লম্মিৎ তুমিৎ য়াম্না খঙই। কোহিমাদা মখোয়গী দুকান লৈ। মী ময়াম থেংনরকপগী হৌনবী মী কিদে। পৈশাগী মরমদা য়াম্না শিংই। সনানুদি অচম্বনি। মাগী হায়বা য়াদবা অমদি নুপা-নহাগী মতাংদা য়াম্না খন্দোক খঞ্জিন তৌই।

'ঐদি শাউদেনা।'

'শাউদ্রগা অদুম্না করিগী হায়রিবা?'

'চুম্না পাউথোকপা ফত্তে হায়বনি।'

'ঐসু ইচম চম্না হায়বনি।'

'ইন্দোমচাগা অঙ্গাইনুগবু খঙনব্রা?'

'খঙনদে। খঙনদ্রগদি মীসি খঙলুবা য়াদ্রা?'

'মীগী মগুন হায়বসি মীদুগা অদুক্কী মতিক নক্না তিন্নরবতদা খঙগদবনি। নৎত্রগদি খঙবা ঙম্লোই।'

'নঙগীসি, নঙনা লোইনা খঙবগী ৱারা?'

'ইন্দোমচা, ঐখোয়নীসি মহৌশা নৎত্রে। ৱারী শানবা নুংঙাইগনি থাজদ্রে। পুন্সিসি য়াম্না লুই। মফম-মতম খজিক্তুং শোয়খিবদা মাংগী নৎত্রগা তুংগী পুন্সি পূম্নমক পুমহোং হোংখিদুনা, পুম্নমক শেরান্নখিবা কয়া য়াওরি। মসি ঐদি য়ানিংদবনি।'

'নঙসু মদুমদি খঙব্রা?'

'অঙাং ওইরিঙৈ, অরাকপা পূম্নমক ফাজিন্দুনা য়াম্না নুংঙাইখি। সংসারসি ঐগীদমক্কি খল্লুই। মদু য়ারমদবগা লোয়ননা পুন্সিসি অহোংবা লাকখিবনি। ঐ মদুগীদমক থম্মোয়দা চৈনা ফাওরি। নুংঙাই-নুংঙাইতে হায়বনা থম্মোয়গী ৱা থৈহনবদি খক ওইদে। থম্মোয়গী ৱাদি থম্মোয়দা অসুম তুংদুনা লৈখি। মসি খাংবা তাই। সমাজ হায়বসি মওং অমদা য়াম্না ফৈ। মওং অমদদি মসি য়াম্না য়েৎখাই।' ঐগী ৱাদুদা ইন্দোমচা তুমিন লৈখি। লানবা চুম্বগী ৱানা তোঙানবনি। থম্মোয়গী ৱানা ময়ামদগী ইতোপ তোপ্পী।

ইম্ফালগী চরাংনবা মরক্তা অঙ্গাইনু অমুক লাক্লে। মহৌশাগী ছাত্র ওইনা নত্তে। ঙসিদি তোঙাল্লবা মথৌ অমনি। ঐদি হৌজিক মী কুংবা মফমদা অমুক্তা চৎলুদ্রে। নুংতিগী য়ুনিভরসিতি অমা, মদু নৎতবদা শিংজমৈ বজারদা খ্বাইদগী য়াম্না চৎলবদা মদু মঙাইরে। ঐনা পাম্না লৌখিবা সবজেক্ট নৎত্রগসু ফিলোসোফিবুদি ঐ কন্না নৈনরি। য়াম্না থাজদবা পাউ হায়রগদি ইন্দোমচাদু মচানুপী অমা পোকখ্রে। অঙাং পোকপু পোক্লবদি অদুম চাওরকই হায়বদুনি। অঙাংদু কাকফৈ কাওফৈ চৎলক্লে। পোকপদি কুইখিদ্রবগুম তৌই। অঙাং চৎপা ঙম্লক্লবনিনা চহী ফাদ্রি হায়বদি য়াররোই। চহী হায়বসি করিসু কুইবা মতম নত্তে। হায়বদবু অদুক কুইবা মানবনি। মতম কুইনা, মচা পোক্লরোইদবগুম খন্নরুরবা মতুংদা পোক্লকপা মচানি।

ইমানা ঈশ্বর হায়বসি লৈদি লৈবজাৎনি হায়খি। অঙাংদু মমা মপানা য়াম্না লুনা, লাই তারক্লবগুম খনখি।

ইমা মশা ঙমদে। কন্না ঙমদবদি নত্তে। অদুম চৎলি। চায়। থকই। মশাদি ইশোন শোম্বগুম তোই। ডাক্তরনা ঈশিং পুকচৎপনি হায়রি। ইন্দোমচা অনাবা হংবা ওইনা লাকখি।

'তোম্বা।' ঐঙোন্দা কৌরকই। হন্দক্তি মচা চাওরক্তুনা তৌরিবা খঙদে। য়াম্না অহল শারে। মখা তারকই, 'নখোয় অঙ্গাইনুদু পুলিস ওইরে, ইম্ফালদা লৈরে হায় চুম্না? নঙ মাগা উনরিব্রা?'

'ঐদি খঙদেনা। কনাদগী পাউনো?'

'নঙবুদি মানা করি খনবনো খঙদে য়াম্না তোইনা হংই হায়'

'ইন্দোমচানা হায়দোরকপসিদি...।

'মদুই নুপীদু য়াম্না চাওরমাগ্লে। গাড়ীদগসু চৎলি হায়রি।'

'মা চাওখিবগীদি ফে। থেংনবদি ইকাই। ঐনা হান্নগী চাংদা সুম লৈরগা, মানা চাওখিবসিদি...। মাগী ৱারীসি ঐ পামদ্রেদা।'

'ইবুংঙো! নঙ খল্লুকো। মানদি ৱাখল অমা তৌরিব্রা খঙদে।' হায়রম্লগা ইমাগী নাক্তা চৎখি। করি করিনো লোইবা খম্বা লৈত্রবা ৱারী কয়া শানখি। ইন্দোমচা থিন্দোক্লুরগা হল্লকপদা ঐবু হন্না হন্না য়েংলগা নোকখি। ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লক্তুনা 'ঐখোয় ইবুঙোসি জ্ঞান য়াম্না তারে' হায়দুনা চৎলমদইদা হায়রম্মী। ঙসিগী মতৌসি ঐ কোক ঙাওই।

লাইরিক মখা তমথনবা ঐ এমঃ এঃ পাস তৌরবা মতুংদা পুনাদা চৎখি। মতমদু জুলাই থানি। পুন্সিদা ত্রেল তোঙবা মদুনা অহানবনি। গুৱাহাটিদগী দাদর এক্সপ্রেসতা তোংদুনা বোম্বে (মুম্বাই) ফাওবা চৎখি। মদুদগী ভান অমা ৱায়দুনা ঐখোয় তরুক পুনা সহর য়ৌখি। পুনা য়ুনিভরসিতি, ভারতকী ময়াই ওইনা লিরবা য়ুনিভরসিতি অমনি। মীতৈ মচাসু য়াম্না তম্মী। হৱা নুংশিৎ য়াম্না নুংঙাই। তইং-তইংঙি। নোংজু পাম্থানি অদুবু নোং কন্না তাদে। চিফেৎ চিফেৎ তাই। অদুবু নোং অহানবা তারকপদি হকচাংদা চোৎহন্নদে। নাই হায়নৈ। বোম্বেগী ফেক্টরি ময়ামগী মৈখু চুবা ঈশিংনা নোং ওইনা তারকপনি। নোং চুবা ফম্না পামদুনসু মদুমদি কনানসু চোৎহন্নদে। লবুকশিং ঈশং শংখি। নোং মকুপ মকুপ চুবদুদা শংনা শন্দোকপা লবুকশিংনা ত্রেন মনুংদগী উরু উরু লৈবা মানবদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাইখি।

লাইরিক তম্বগী, য়াম্না পামজনা চৎখিবা পুনা য়ুনিভরসিটিগী মিং চনবা থা অনীগী মমাংদা হান্না লোইরম্লে। ঐ য়াম্না চোন্থুনা মিং চনবা য়াবা মতমদগী থুংখি। পাউ লৌহৌদবা য়াম্না লানবনি। ঐগী মরুপ অমনা পংয়াদা য়াবগী মওংদা হায়বা থাজরুবা ঐগী অপংবা ময়ামদা উৎপগুম থোকখি। য়াম্না নুংঙাইখিদে। থাজদনা ঐ মফমদুদগী ইথন্তা মিং চন্নবা কোইখি থিবা তাখি। য়ুমদা মিং চনবা ফংদ্রে হায়দুনা থোক্কনি খনবদা, নুমিদাং অমা য়াম্না কপনিংখি। কপ্পসু ইকাই। ঐ নুপানি। কনাসু শিবা নৎতবদা করিগী কপ্লুনি। অদুবু থম্মোয়না য়াদে। থম্মোয়গী ওইবা তোঙাল্লবা লোল অমা থম্মোয়দা তুমশিদুনা লৈরি। মসিগী লোল অসিনা মরোল শেংনা লোল্লক্রবদি অদুনি অদানি হায়দুনা খাল্লুবা য়ারোই। অহিংদু অদুনি। ঐ খাংঙমখিদে। পুন্সিগী বা, থৌদোক্না বা চবুলগী মরক্তা অমদি পুক্লিংদা বা তুপথোক্লি।

নোংঙানবগী অয়ুক্তা ঐ রেলরে ষ্টেসন্দা চৎতুনা চান্দিগর চৎননবা দিল্লিগী তিকেট কক্লুই। চান্দিগর চৎকদবা ওইরবদি অম্বলা ফাওবা টিকেট ককপা ফগনি হায়রকই। ঐখোয় কনাসু মদুগী মরমদা খঙদে। অম্বলা ফাওবা টিকেৎ কক্লুনা চান্দিগর চৎননবা ঐ শেম শাখি। নুমিদাংরাইরম ঐ দয়ামোই অমসুং মাগী মমান্নবা অমগা লোয়ননা রেলরে ষ্টেসন ফাওবা থিনদোরকখি। ঙসিসু মরক মরক্তা নিংশিংলি। নুমিদাং অথেংবা অহিং অমদা ঐ রেলরে ষ্টেসন, নিয়ু দিল্লি য়ৌখি। য়ৌরমদাইদা ত্রেন খামথরকপদু ঐদি কৈদৌরবনো ত্রেন য়াদ্রব্রা খনখি। দিল্লি য়ৌবদা মী অয়াম্বা লোইনা কুমখিবদগী ত্রেন দবাদা ইথন্তা ঙাইহৌই। ত্রেন চৎখিগনি থাজদদুনা ঐসু দিল্লি ষ্টেসন্দা কুমথখি। দিল্লিদগী অম্বলা য়ৌবগী ভরা মাংখি। চান্দিগর য়ৌনবা, ইথন্তা অহিং চৎপা তনবদগী অমদি ইথন্তা মফম খঙলরোই খন্দুনা দিল্লি রেলরে ষ্টেসন্দা তুমদুনা লৈখি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা পুলিস অমনা ইনাক্তা শঙদুনা করি করিনো হায়রম্মী। মানা হায়বা ইতা তাদনা কদোমদা টেক্সি ফংগনি। ঐ আই অস বি টিদা চৎকদবনি হায়বদগী মানা তাকপীদুনা রেলরে ষ্টেসন্দগী মপান থোরকখি। দিল্লিগী রেলরে ষ্টেসন অদু অদুম চাওই থোকফম খঙদনা হৌজিকসু ঙাউখিগদ্রা খল্লি।

ইন্টর ষ্টেট বস টরমিনসতগী বস তোঙদুনা চান্দিগর য়ৌখি। মদুসু থুংফম খঙদদুনা মীঙোন্দা হং-হংদুনা ইমান্নবা অমগী হোষ্টেলদা থুংদুনা চাক চাখি। হোসটেলগী মেস মদুই নুমিৎতা নমথিবা মনমদু দির্গ ফুক্কৎলক্কদবগুম তৌই। খরা লৈরগদি হৈনরকই। চান্দিগরদসু পঞ্জাপ য়ুনিভরসিতিগী মিং চনবা লোইনরম্লে।

শক নুংশিদবা মীতৈ মচা অমনদি য়ুমদা হল্লো কান্নররোই হায়বনি। অদুবু ঐনা থুংলুবা কাদুদা লৈবা ইমান্নবা (মাদি কলেজদসু লুনা তিন্নরকপনি।) অদুনা মফম খঙনা কোইচেন চেনখি। ইরাই লাইনা ঐবু মিং চনবীখি।

ঐগী হোৎনরিঙৈদা ইকাও কাওই সনানুদু কমদৌরম্লনি। ঐনা চৎলমদাইদা মা চেনখিবগী পাউ ইমান্নবা অমনা তম্লকপনি। মাবু হৌজিক লুহোংলম্লদ্রা? করিগী হাথু হাথু ময়ুম পান্নবা হোৎনরিবনো? য়ুম পানবা হায়বসিদি, ইংনা তপ্পা, লিলি-লিরিবা ৱাখল থাদরগা পান্ননবা হোৎনগদবনি। ফংহৌররোই মতাগুম হাথু হাথু তৌগদবা নত্তে। য়াম্না ইং-তপ্পী মহাক্কা মতৌ করম্না অমুক তহা তহানা ময়ুম পান্নিংলিবনো? করিনো থৌদোক অমা নৎত্রগা ৱারী অমা শোয়না লৈরমগনি। ঐ চিংনৈ। মাগীদমক খল্লুবদা মদুম্না তৌরমগনি হায়বসি ঐগী থম্মোয়না অয়াবা পীবা ঙমদে। তৌবগীদি কন্নানা মীওইবগী ৱা হায়বা ঙমগনি? অহিং অমদা পুম্নমক ওনবসু য়াই। মমাংঙৈ হায়দুনা অদুম লৈরুবা য়ারোই।

ইন্দোমচাসু ঐখোয়দা য়া-য়া লাংঙম্মী। নুংঙাই। য়াম্না নুংঙাইখি। পুক্সিদা মানা ঐবুদি খরা ৱারৌবা মাল্লি। ৱাবৌবা অদুমদি কোক্তনা অমুম্মক চৎখ্রে। ঐনা করিসু মদুগী মরমদা অয়া-য়াদ পীদুনা মাগা ঐগী মরক্তা লৈনরিবা খেন্নবা অদুমদি খঙদোক্লখিদে। মসি অঙাং ওইরিঙৈগী ৱানি। ঐনা হায়রুই, 'ইন্দোমচা নঙসে ঐ য়াম্না নুংশি।'

'নঙবু নুংশিবা খঙলব্রা?'

'ঐ চাওরে। লোইনা খঙলে।'

'অদুদি কৈনো?'

'য়ানবনি। ৱা হায়নবদা য়ানরগা লোইরে।' ইন্দোমচা য়াম্না নোকখি। য়ামাংগী ইরং লংবা য়াতোনশিং অদু উৎলদুনা, মচিনবান অনিসু রাশি লৈনা খরা খরা কাথোক্লগা, খয়াৎ লাওথোক্তুনা নোকখি। মখোল হৌবা কয়ানি। মখোল থোক্তবা কয়ানি।

'ইন্দোমচাসু ঐ নুংশিব্রা?'

'নুংশিদে।'

'অদুগা করিগী ঐনা হায়বা অদুম য়ারিবা?' ঐগী ৱাহৈসিদা মহাক ঐবু চেৎনা কোনখি। নুপীনা চেৎনা কোনবগী নুংঙাইবা খঙদ্রিবা ঐনি। অদুবু মদুমদি তশেংনা

নুংঙাই। মতুংদসু ফন্না য়াম্না উনৈ। ইমানা ঐখোয়নীগী মওংদা চিংনবা মওংমক লৈত্রগসু 'কুইনা ৱারী শামল্লি। নদোমচা লৈশাবীসিনা মমান্নবগা কোইগে হায়দ্রদুনা নঙগা করি ৱারীনো?' মরক মরক্তা হংই। ঐখোয়নী ইচম চম্না উনবদা অপৈবা মশক য়াওগে তৌরকই। অদুবু ঐগী নুংশিবদি অঙাংগী নুংশিবনি। ইন্দোমচাগী নুংশিবদি আশা য়াওবা নুংশিব্রা? ঐ খঙখিদে।

য়া য়া লাংদুনা হনখ্রগা হোসপিটাল্ড পুখৎখি। 'মকোক ঙাওই' হায়বদি হায়রম্বনি। অদুবু হোসপিটাল য়ৌবগী ৱাফম অদুমদি ঐ থাজদে। কন্নানা থাজগনি। পুন্সিবু থাজব্রা? থাজবদি পুন্সি নত্তে। পুক্নিংগী ৱা অমনি। পুন্সিনা পুন্সিনি। পুন্নমক্তগী তোপ্পী। য়াম্না নুংঙাই, মপুরোইবা সরকারগী অচৌবা ফম্নাইবনি। পৈশা-নুংশা অৱাৎপা অমতা লৈতে খন্না লৈরম্বা, অনাবগী মফমদদি অরেম্বনি। মশা মউ করিসু তৌদবা মাল্লি। কুচু ফজে। অদুগদি য়াখোঙ ঈ থোকই হায়। ইন্দোমচানা মদুই লাইনা অদু কন্নাদসু হায়দোক্তনা তুমিন থনম্বা ওইরম্মী। মশাদা কুইনা লৈরবা লাইনা ওইরমাল্লে। শঙ্গ লৈবা, পৈশা পায়বনা কৈদৌঙৈ থৱায়বু লৈহৌবা, মুলহৌবা ঙল্লোই। শিবা হায়বসি মীওইবগী লিলা শান্নবগী অরোইবা এক্ট অদুনি। এক্ট অসি য়ৌদ্রিমখৈদি খনগনি, ঐনা অদুনি/অদানি। ঐনা শান্নবা লিলানি। হৌজিক্তি ফজনা মায় পাক্লে। অরোইবা মতম চাওখৎপগী মিংদা ময়াই কারিবা পুন্নমক কান্নদবা ওইরম্লে। চাওখৎলে চাওখৎলে হায়দুনা ফন্না লাওদুনসু মীওইবগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা থৱায়বুদি কৈদৌঙৈ খক, পুংজা অনীতং ফাদুনা থম্বা ঙম্লমদ্রে। মাদি লৌশিননিংবা মতমদা মপু মানা লৌশিন্দুনা শান্নবা ওইরম্লে। মাগী লিলাবু তাইবঙনা খঙদবদগী ময়াগী ঈপাক্তা মিকুপ খরদং চোংথবদু তাইবঙ পুন্সি হায়বদুনি।

মমিৎ পাংনিংখিদে। ৱা ললনা ললনা হংই। 'কৈদৌরে। ডাক্তরনা করি হায়রি।' মখোলদু য়াম্না তপ্পি। ৱা অমা হায়রগা, ৱা অমগগী মরক্তা মতম খরা খরা কান্নে। 'কৈদৌঙৈ ডাক্তর খনাসি থাদোকপা য়াগনি হায়রি?' মাগী ৱাহংসিদা কাকাদি মমিৎতগী মপি তাবগুম তৌখি। মসি কনাসু উরমদবা য়াই। মাগী অনোপ অপাকপদুনা ফন্না খন্দুনসু ঐঙোন্দগীদি লোৎখিদে। থম্মোয়দদি প্রোক প্রোক চাকপা, খুৎ থোকপদি ঙমদবা মতাংনি। মসিগুম্লবা মতাংসিনি মীওইবদা তমথিনা ওৎলিবসি। লুরিবদি করি লাইনানো খঙদবসিনি।

'ঙসি অহিংসিদা নখোয় অসুক য়াম্না ডাক্তরসিদা লেক্লিবসি করিগীনো? ঐ য়াররোই হায়রব্রা?' ইন্দোমচানা ৱা কন্না ঙাংবদি ঙমদনা হংই।

'কৈসু তৌদেনা। ফরনি।' ককাসু খুম্মী।

'ঈ অসুক য়াম্না, লেপ্তনা কাপ্লিবা করিগীনো?'

'নশা খরা কনখৎলক্লগদি ফরনি। কনখৎননবা ঈ খরা চংবা, অদুননি।'

'ঐ ফরনিকো?' য়াম্না চিংনবগী বাহং অসিমক থাজদনা হংলকই।

'ফরনি। য়ুমদা চৎলগদবনি।'

'ঐ বা অমদি হায়গে।'

'করিনো?'

'ঐগী লিক-কোন পুম্নমক্কি অমতা কাইথোক্কনু। অমতা পোকচবী ইচানুপীগীদমক মপোপ-মতাং অমতা কায়হন্দনা থম্বীয়ু। ঐগী অরোইবা বা অসিমদি শোয়দনা থুংহনবীয়ু।' মাগী শোন্না হায়রকপা শাংলবা বা অসিনা, মাগী অরোইবা বা ওইখি। ককা তুমিন লৈ। মিৎকী পিনা মাগী অরোইবা পাউখুমনি। বা পুন্নমক থম্মোয়দা থমহৌরি। অবাবনা ননশিল্লবা থম্মোয় অমা হৌগৎনবা হোৎনরি।

লোইখিনি অবাবা কয়া। লোইখি মতম অমগী কনখ্রবা খালিষ্টানগী ইরাং। মপান থোকপা ঙমখিদবা নোংমৈ মখোলতনা ঙংদুনা লৈবা মতমদু লোইখি। ইলেক্সন পুন্নমক লেপখি। প্রসিদেন্ট রুল থমখি। য়ুনিভরসিটিদা চেক কনখৎলকই। মসিনা চাওখৎ খোঙথাংদা য়াম্না থিষ্টহনখি। ভারতকী ফজনা শেল্লবা, থওইনা কাখল খায়দোক্লবা লমনি ঐনা লৈবদদি য়াম্না ইংলে। থোইদোকপা ইরাং অমতা লৈত্রে। কনানা থাজগনি, মতম অমা ইরাংনা য়ক লাওরিঙৈ, সিফায় থাজিন্দুনা, পেন্দবা ফোঙদোক্লবা কয়া ওৎখি হায়দুনা, ভারতগী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দিয়া গান্ধিবু, অকনবা সিকুরিতিগী মরক্তা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি হায়বা কনানা থাজরুগনি ঙসিদি। ভারতকী য়ুনিভরসিতি কয়া কোইরুরে। অদুম ওইনমক পঞ্জাব য়ুনিভরসিতিগুম ইংনা চিল্লা লেম্বা য়ুনিভরসিতিদি ইথেং থেংনরক্তে। ঐগী পোক্লফম লমদমসু শন্তি লৈখিগদ্রা? লালহৌবগী ইরাং নোংমা-নোংমগী কনখৎলক্লি। থবক থৌরম কয়াদি নোংম-নোংমগী চাওথরক্লি।

লম্বী থোং ফৎতবগী, তঙাইফদবা পোৎ-চৈগী মমল চপ চানা লৈতে। অদুমক্তদা ফংনদ্রিবনি। খাংখিনি। মী লৈরিবা লৈবাক্লি। মী লৈরিমখৈদি অহোংবা অসুম্মক লাকখিগনি। হোংলগদি শোয়দনা ফরকখিগনি।

মচা মশুশিংবু মীয়ামদগী মীথোই মীহেনবা ওইরসনু খন্দুনা থারকখিবা কয়ানি ঙসি ঐখোয়না পুক্লিবসি। মদুই মথক্তা য়ুনিভরসিতি তম্লবা, লোইনা বাখল-লৌশিং

থৌরবা ঙাক্তনি। থাগী পৈশা চাং নাইনা হেক লাক্লিমখে ঐখোয়সু চাং নাইনা হিদাক থকখি। লাংই। মাগী মাগী ফজ ফজরবা ৱারী কয়া। হিদাক থক্লগা সুনচান্দনা লীরকই। 'ঐখোয় ইচে সনানুদু ময়ুম পাল্লু য়াগদবা মান্দ্রে।'

'কৈদৌরবা।'

'খঙদেদা হৌজিক্কালসি মওং অমনি।'

'কৈদৌরগে?'

'মী ময়ুম পানবদসু লালহৌবনা ৱায়েল্লে।'

'অশেংব্রা?'

সুনচান্দ ইরোইশেম্ব চিংজিনদগীনি। সনানুগা নক্কবা মরী-মতা থোক্কে। য়ুনিভরসিতি অসিদা আর্থ সাইন্স তম্লিবনি। মথং চাহীদদি লোইরনি। মাসু ঐগা মখোয় মচে সনানুগা নক্কে হায়বসি খরদি খঙবগুম তৌই।

ঐনা অহানবা য়ুম চৎলুবগী থুংখিবা ইকুই কুইদনা মরাং মরাং তৌরিঙৈদা নহা অহুম চংলকই। ঐ হংলৈ। মশা য়াম্না নাল্লি। ঐগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা, 'তামো ঙসি থোরক্লনি খনবদগী ঐখোয় উনবা চাকচরিবনি।'

'কৈদৌবগী...।'

'তামোবু সনানুগা মরী লৈনরম্রা?'

'ঐদি... থোইদোকপা মরীদি লৈনরমদে।'

'খঙবদি খঙনবীব্রা?'

'কলেজ অমতদা তম্মীন্নরকপনি। য়াম্না নক্লদি তিন্নরম্মী হায়বা তাই।'

'মা চেনখ্রে হায়বদি খঙবীব্রা?'

'তাবগুমদি তৌখ্রে। কন্নাদা, কমদৌনা অমদি কৈদৌনখ্রে হায়বদি খঙদে।'

'মখোয় নম্বুল ৱাংমগী য়ুন্নাম মেঘদনি। নহা ওইরিঙৈদা মখোয়বু মশা মশা য়ানখিব্রা?

'মদুদি খঙদে। ঐখোয় তিন্নরিঙৈদা অদুগুম্লবা ৱা অমতা ঐখোয়নী হায়নখিদে।'

'খঙলগদি তামো লোৎপীগনু। ঐখোয় খঙদবা য়াদবা মরম খরা লৈরদুনা থিজবা লাকচবনি।'

'ঐদি খঙদবা অশেংবনি।'

'নুপী মশানদি লোইনা খঙবগুম হায়।'

'খঙবদি খঙদে। মরক্তা করিনো অমা লৈরমগনি। ঐ মাগা ৱারী অমুক্তদি শানগে।'

'তামো ৱারীদু থুনা শাদোকপীয়ু ঐখোয়সু অমুক লাকচখিগে।' ৱাহৈশিংসি হায়রম্লগা মখোয় চৎখি। ঐ খলহৌরি। নুপা নুপীগী মরীদা মখোয়না করিগীনো অসুক মপুক্লিং চংলিবা। মসিদি মীওইবা জাতিনা হেক লৈরকপদগী লৈরক্লবনি। খুৎশেমগী ওইবা মশক অদু নত্তে। মহৌশাগী ওইদুনা মহৌশাদা পোকলক্লবনি। চুম্মী। মীওইবা জাতিনা চাওখৎপগী নমাদা মখল মওং কয়া হিংবগী মহিং শেমলকপদগী মাগী মশকসু খরা হোংদোক-হোংজিন মান্না উরকই।

হৌজিকসু হোংলি। ফিশেৎ-লাকশেৎ, হিংবগী মওং-মতৌ মহৌশাগা মান্নদ্রে। হৌজিক্তি মীওইবদা মীওইবনা হক পীনরি। মুনবীরি। হিংবসি হেন্না হেন্না লুশিলহল্লক্রি। পাউ পাদবা য়াদে। নোং ঙানবগী অঙনবা অয়ুক্তা লৈবাকসিদা করি করি থোক্লি? কমদৌরি খঙদবা য়ারক্তে। হিংনবগী মশক অমা মসিদা য়াওরি। নুমিৎতুমদি 'নহারোল, খুৎলাই পায়বা খরা পুরম্বগী য়ুম্নাম মেঘ, অপোকপা য়ুম্নাম চাওবা সিংহ মাগী কারগা লোয়ননা ফারে। মখোয় মরিদগী পুন্না নোংমৈ মরু কুনমঙা, করবাইন অনি। পিস্তোল অমা ফাখি। মেঘ মশানদি নাহারোল থিনবা নত্তে। চমথোক্লবা চৎপনি হায়রি।

শ্রী মেঘ মতম খরগী মমাংদা নুপী অমা মশানা য়াদনা চেল্লুই হায়, চিংলুই হায় লৈরিবা মীশক্লি। মশানা চমথোক্লবা হায়রিবসিসু নুপীসিমক্কী মরমদনি হায়রি।'

পাউদু পাবদা ঐ তৌফম খঙদবা ফিভম অমদা লৈখি। ৱারীসি ঐঙোন্দা য়াম্না খঙনিংলকই। খঙনিংবতা নত্তনা মরুওইবা অমসু ওইরবগুম খন্দবা ঙমদে। সনানু উনরবদি শোয়দনা মরম পূম্নমক ময়েক শেংনা মথং মথং চোংথোরক্কনি। ৱারীসি মমুৎ তানা খঙদবা য়াদ্রি।

'তামো কৈদৌরে হিদাক থকসি, লাংসি হায়রগা তুমিন লৈরবদি।?

'ঐ থক্লিনা।' ঐদি খুম্মী।

'উম নঙ ফিলোসোফরগী মওংদু তৌরক্কনু। ঐখোয় হৈনদে।' লোকেন্দ্রোনা হায়রকই।

'উংল উংলগা হেক লৈরদনা।' জিতেন্না হায়রই।

'উংদৌ লৈরবদি হিদাক থক্কবসু ঐগী ঐগী কাদা উংলগা ফম্বা য়াই।'

'য়াই। মদুদি পৈশাসু তিংলোই।'

‘থক্লিসি নুংঙাইসি হায়বগী থকমিন্নবনি।’

‘ঝাহনসি হায়বদি য়াম্না লাই। ইথন্তা নুংশাদা ফৌদুনা লৈরসু য়াই।’

‘নখোয়সি ঝা জাৎ-জাৎ হায়।’ ঐসু খুমখি।

‘ঙাংববুদি ঙাংই। অদুবু ঙাংহনবা ওইরম্বসু য়াই।’

‘ঝাসি লাইথোকহনসি। নুংঙাইথোকসি।

শান্তিদা কনানা চিঠি পীবা ঙমগনি?’

‘চিঠিবু ইরব্রা?’

‘ঐখোয় অইবা লৈরিসিদি।’

‘পীববুদি ঐ পীগে।’

‘মদু পীরবা, নখোয় লোইনা অমুকসু চাক কৌথিগদবনি।’ লোকেন্দ্রগী থবক্লিনা, মহাক থবায় য়াওনা হায়রকখি। ঙসাইনা মসি হৌদোকলবদি ময়াম তুমিন লৈনরগদবনি। ‘মোইরাং শান্তিদা নঙনা অদুক পাল্লিবা করিগীনো?’

‘পাম্বদি পাম্বনি। পাম্ববু মরম পীবা য়াব্রা? পাম্মী। লোইরে। সিদৈ হেনবা খঙদে।’

‘চাননবা খরা কোৎথখিসিরা?’

‘চাথোকসি। চাক্তি মহিগা চারসু য়াই।’

‘ঝারী য়াম্না নুংঙাইরি। চাথোকসি কোন্নদ্রবসু করি করিনো লৈরগা লোইরে।’ লোকেন্দ্রোনা হায়রকই।

‘লাস্ট রাওগু হৈরক্লগে।’

‘ঙল্লিদা হৌজিক্লা লোইশিল্লগদ্রা?’

‘লোইশিল্লিসি। থংনবা কাশিংসু পরিক্ষা ময়াসিদা কুইনা লাংশিল্লবদি ময়াম করিনো অমা খল্লনি।’ ঙরাংতনি ষ্টুদেন্স ব্রেল ফিয়ারগী দিননা কা খুদিংগী য়াইফ পাউজেল পীদুনা পরিক্ষা হরাওনা থানবা ফোঙদোরকপদু। পরিক্ষা ময়া নক্লক্লবনি চেকসু কনখৎলক্লগনি।

‘ফরে! লোইশিল্লসি। অদুবু শান্তিগী ঝারীসিমদি ঐখোয় কাওনরগুমসি।’ ময়াম হিদাক থকপা লোইশিল্লগা চাক চাথোক্তুনা কায়ননবা তৌনরকপা তাঙ্গাদা সুনচান্দনা ‘তামোসু নতোমতা সনানুগী ঝারী খলহৌরো। তুমদবদি তৌনু।’ হায়রম্লগা ময়াম মরী মরী চৎখি।

পাউ পারল্বদগী, সনানু উনবা নোংঙানবগা ঐহাক মাগী ময়ুমদা চৎলুবনি। তশেংনা মেঘ মখোয়নীগী মরীদু করি তৌখ্রবনো?

ঐনা চংখিবদা মমা লৈরম্মী। মুন্না য়েংলকই, 'ইচাদি কৈদৌবা লাকপনো? কুইরেদা উদবা কলেজ তম্বা হেক লৌইখিবদগী উখিদ্রবনি। করি চাগনি' মহৌশা তরাম তরাম তৌবদু চপ চানা তৌরকই।

'কৈসু চাদ্রবসু য়ারে। উনদবা কুইরে হায়দুনা লাকপনি। হৌজিক্তি তোইনা উনগনি হায়বসি থাজদ্রে। মীসি মথৌ পান্নখ্রগদি হেক্তা চিনশিন্নরকই।'

'নঙবু মপান্দা লাইরিক তল্লি হায়বসি চুস্ত্রা?'

'ছুতি থোরককপনি। চংলনি কুইররোই।'

'হৌজিক মাগা উনগেরা? মাদি তুমদুম তুম্লম্নি।'

'উনবা নুংঙাইররোইদ্রা?'

'হৌদোরক্কে।'

'মশা ঙমদ্রব্রা?'

'হন্দক মরকসি মথৱায় নুংঙাইত্রব্রা খঙদে। মতা অমা ইতৌ-তৌই' মসি হায়বমলগা সনানু হৌদোক্লুব্রা খঙদে। মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি থোরকই। মশাদু খরা নোইখৎলে। ফজবদি করিসু তাথদ্রি। অদুম ফজরি। করিননো খঙদে মহৌশা থম্মোয় শুমখিবা অদুমদি য়াওদবগুম তৌই। মদুনবা খঙদে, পুক্লিংসি ইফা ফাদোকই। মোরা অমা পুথোকলদুনা কাচিন ওইরপ্না থাদুনা ফমথৈ। ঐগীসু অমা থারকই। মফি অমদি ইল্লি।

'সনানু নঙসি য়াম্না নোইথোক্লে। ফজবসু য়াম্না ফজরে।'

'কৈদৌরবগে?' য়াম্না নুংশিদনা খুম্নকই। অদুগা মখা তারকই, 'করিগীনো নঙ নোংমতা লাক্লিবদি। খঙই। নঙসে মনুং-মপান য়াম্না নাইবা মীনি।' মহাক মফম খঙদনা শাউরকই। 'ঐখোয়বু য়াম্না লাপ্না থম্বী। নহানৱাইগী মওংদুগা শুকমান মান্নদ্রে। থাজবা হায়বসিসু করিগুম্বদা আশা য়াম্না কায়নিংঙাই ওই হায়বসি ঙসিদি খঙলে।' মহাক কপকদৌরে।

'ঐনবু কৈদৌরবগে?' ঐসু খুম্মী।

'নঙ তাদ্রা, ৱাথোক অসুক য়াম্না থোক্লিবসি? নঙ অমা ইচাও চাওনা পন থিংদুনা লৈরল্লবদি মসি থোক্কদ্রা? মসি নঙনা ঐখোয়বু ইষ্টোকপীবদগী থোক্লিবা নৎত্রা?'

ঙসিদি মহাক করিনো অমা তৌরে। করিসু খঙদবা ঐঙোন্দা ৱাখোক অসিগী মরু ওইহল্লরে। ঐ জ্ঞান পুকমম মন্মী। অদুক ইংলম্বী নহাক্না করিগীনো অসুক ইকাইখঙদবী ওইহল্লিবা? থৌদোক্লা মঙোন্দা মৈশা হাপ্লমগনি। মৈশাদুনা মীওইবগী ওইবা চৎন-লোনচৎপু থৈদোক্তুনা পুনবা হোৎনরি। মসিসু পুন্সিগী শাগে অমনি। ইজ্জৎ, শন মান পুম্বসি হিংবা লৌথোক্রগা লৈরুবা খক য়ারোই। হিংবগী মৈশানা পুন্নমক্কী মাং থাংদুনা শিং য়াংবা তাবনি।

'ঐনবু মদুদা কৈদৌবা ঙম্লগনি।'

'নুপা নুপীবু কৈদৌবা, কৈদৌদবা হায়দুনা অমমুক লৈগদ্রা? নুপা-নুপী ওইনা মতম চুপ্পগী হিংমিন্নবা য়াই। নঙবু, নপুন্সি চুপ্পা কংশি শিনবা লেপ্লিবা পুন্সিরা? নতোমতবু কয়াম কুইনা লেনগনি?'

'ঐদি হৌজিক্তা তুংগী খনবা হৌরি।'

'অদুগা করিগী নঙনা ঐবু নোং চোৎপমখৈ চৎমিন্নরগা ঐ হকচাংবু য়েংবা পাম্মী হায়খিবা? মতমদুদদি অচোৎপা ফিনা হকচাংসিগী মওং মতৌ উৎখিদবনি। ঙসিদি য়েংহনগে, মপুম ফানা। নঙ য়েংউকো।' হায়না হায়না ইল্লিবা মফিদু লৌথোরকই। মফুরিৎ অমতা লিৎলমদে। ইহাং হাংই।

'নঙনা তৌরিবসি করিনো? ইকাইদ্রব্রা?'

'ঐ মদু খঙদে। করম্না খঙলুনি? ঐনা তুক্কচরবা, হঙ্গোইরবা নুপা অমনা ঐগী হকচাংসি তমথিনা নৈহৎখ্রবনি। য়েংউ।' হায়না হায়না মফিসু লৌথোক্কদবগী তৌরকই।

'নঙ নশানা মদুবু শুকয়া য়াখিদব্রা?'

'য়াখিদে। মরম অমদি, ইমানা ঐবু মঙোন্দা থাজবা পামখি। চিঠি ইনহল্লি। ইমা ঐখোয়নীদা লৈমিন্নবনি। ইমাগী অপাম্বসু খরা তৌগে খনখি। মসিনি খ্বাইদগী লানখিবা। ইমাগী মায়য়োক্তা লৈগে খনখিদবা অদুনা ঐবু য়াম্না লানহনখি। মরক অমদি ঐ মেঘদা লৈরসিরা খনখি। মসিগী খুদোংচাবা অসিমক লৌরগা মমান্নবা অমগী য়ুমদা পুখি। মদুগী মরুমদা তমথিরবা থৌদোক অমা লুমশিন্দুনা লৈরমগনি হায়বসি চিংনরুদে। চুম্না ৱারী মচা অমনী শান্নগদবোই নিংই। মখোয়গী ৱাহল্লোক অদুদি ঐঙোন্দা লৈরিবা ৱাখল অসিদগী তোপ তোপ্না তাবা ৱাহল্লোক অমনি। চংখিবগা কাদু থোঙ লোনশিনখি। নমজা নমথেকপগী ফিভম্নি। মপাঙ্গাল খরা কন্নবা হেল্লি মতাগুম ঐবু লাক্লখি। মদু ঐ হৈনদে। চেনবা ঐ য়াই। ঐ নুপীনি। ঐগী

হকচাং নুপা অমগী ওইখিগনি। মসিদা ঐ চিংনদে। অদুবু পাঙ্গল কনবা হেল্লি, ঐনা ঙম্মী হায়দুনা তুহৎপদি ঐ শুকয়া য়ানিংদে। নুপা-নুপী হায়বসিদি ৱাখল, পুক্নিং অনীসি জয় তৌনদুনা হকচাংসি অমনা অমবু চিংনগদবনি। হকচাংসি নমজা নমথেক্তুনা পুক্নিংবু ওৎলগা পুগদবা নত্তে। মদুদি থম্মোয়দা পাপ অমগী মৈশা চিংদুনা পুরবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমা পাপ অদুগী মৈশা শোয়দনা লাংলকখিগনি। ঐগী পুক্নিং ৱাখলবু অদুক তমথিনা ওৎলিবা মঙোন্দা চংজগদবগী শরুক থৱায়বু নিংতমহনখিবনা ফৈ। মসিদা চংজখিবা তারগদি নুপীজা ওইবগী মশক্তা মীওইবা জাতিনা লান্না খনখিগনি।' মহাক কপ্লি কপ্লি মফি হায়দোকই। থম্মোয় হকচাং পুন্নমক ইহাং হাংদোক্লবগী মওংনি। মপুক্সিদা অমুক সিদগী হেন্না থাদোকপা অমমুক লৈখিগনি থাজদ্রে।

'মসিনা ঐখোয়নীগী মরক্তা চাওরবা মুক্নবা অমা লৈখি। মুক্নরিবসিমক লোইশিন্নবা নহারোল লাকই। য়ারগদি ঐখোয়নীবু পুনশিন্ননবা লাক্লে। ঐগী মওংদুদা য়াররোই খঙলমাল্লে, অমুক্সু ফাগদবগী হন্না লাকপদা পুলিসকা থেংনদুনা খুৎলাইগা কোন্ননা ফারে। ঐগী ফিভম হেন্না লুশিলহনখি। ইরাল কয়া শিরি। ঐনসু মখোয় ফাননবা পুলিসতা পাউ পী। মসিগীসু চপ চানা ৱারকখিগনি হায়রি। ঐঙোন্দা ইশাগী ৱাখল খনজনবা মফম অমা পীবীদ্রে। ৱাখল খন্থনবগী মফমসিদি ঐঙোন্দা মীনা খুৎ থিংজনহন্নিংদবনি। ওইথোক্কে। ঐনা হৌজিক য়াম্না কন্না নুংঙাইত্রিবসি মসিগীনি।'

'অদুবু নঙগী নুংশিজবা অমতা লৈত্রবা?'

'লৈ। ইমানা য়াদে। ঐনা লম লাপ্না য়ুম পানখিবা হায়বসি ইমানা থিংই। তুহৎপিবগী মওং অমা লাক্কনি, ইমাদা চিংনজৈ। নঙদি ইমানসু য়াই। ঐনসু মওং অমদা পাম্মী। নঙ করিনো উপায় অমা তৌদবা য়াদে।' ৱা হায়বমখৈ হায়রুরগা ঐঙোন্দা নমশিল্লক্লে।

'ঐনা নঙগীদমক তৌবা পাল্লিবসি করিনো?' খনফম খঙদ্রদুনা ঐসু খঙশিন্নদনা হংই।

'খ্বাইদগী ফগদবা লম্বী অমখক শিনবীরম্মু।'

'নঙ মেঘদদি...।'

'মাদি পল্লক্লনু। থিরিবা উপায়সি মঙোন্দগী য়ারিমখৈ লাপথোক্লনবা উপায়নি।'

'ফরে। ঐ অঙ্গাইনুগা তান্নগে। মাদি পুলিস ওইবতা নত্তনা ঐখোয় জাতিগসু নৎতবনিনা খরা ফংগনি।' মহাক ঐনা অঙ্গাইনু পলকপদা খজিক্তংদি নুংঙাইতবা মাল্লি।

'এঃ এসঃ পিদুরা?'

'মানি। নঙগসু খঙনব্রা?'

'খঙনবদি খঙনদে। মমিংদি তারে।'

'হৌজিক্তি মেঘসু পাক থাদোরক্লরোই। টিঃ এঃ দিঃ এঃ পাল্লম্বসু য়াই। করিগুম্বা থাদোক্লবসু নঙ অঙ্গাইনুগী মনাক্তা লৈবা য়াই। মদুদদি নঙগী খুদোংথিনিংঙাই করিসু লৈররোই। হৌজিক নফি শেৎচিল্লু। ঐ নঙগী ফননবা ফজনা শিল্লমগে। ঐনা চৎত্রিঙৈদা মসিদি ফজনা লোইশিল্লম্লগে।' মহাক ঐগী ব্রাশিংসি য়ারবগুম তুমিন লৈখি। মফি তপ্না তপ্না শেৎচিনখি।

সংসারগী হৌনবী মতুংইন্না, মচাশিংবু মমা মপানা মতম খুদিংদা নে-তানা হিংহৌনবা খন্নবা ঙাক্তনি। সনানুগী মমাসু মচানুপীবু নে তানা হিংহৌনবা মা হিংলিঙৈদা শিননিংঙি। ওফিস অমদা থবক তৌরকপগী হৌনবী মশানা য়াম্না হৈ শিংলবগুম খল্লি। মপাগা খাইনরকপদগী মাগী পুন্সিদা করিনো খঙদবা ব্রাখল অমদি হেক হেক খনবগুম তৌই। মাগী নুপাবুদি মহাক কাওবা ঙমদে। অদুম ওইনমক যুম পানমিন্নবগী ব্রাখলদি মঙোন্দগী লাপ্না লৈ। মাগী সিগুম্লবা ব্রাখল অসিনরা খঙদে মাগী নুপা অদুদি অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা লৈখ্রে। মাগী মচানুপীনা লম লাপ্না লৈখিবা হায়বসি মঙোন্দা জাৎ তাবদগী হেন্না খাংবা ঙমদে। মদুই মথক্তা মাবু নুংশিদবা মীনা কলক পেনখিগনি খল্লি। মখোয মমাংদা মচানুপীবু লন-থুমগী চিংনবা লৈত্রবা মীশক অমদা থাজদুনা পেন্থোকপা পাম্মী। পুন্সিগী মশক হায়বদু মদুনি। মসিতনা অর্থ থোকপা পুন্সিনি খল্লি। মশক অসিদগী মাগী পুন্সিনা হেন্দোকপা পামদে। হৌজিক্তি ফিভমদুগী ওন্ন-তৈনবদা লাক্তুনা লৈখা তাখিগদ্রা হায়বসি মাগী চিংনবনি। মসিননি মচানুপীবু নমদুনা মেঘদা পীগে খল্লিবা। হৌজিক্তি অচৌবা ব্রাথোক অমা থোক্লুরবনিনা, মরুওইনা জেল যৌরুরবা মঙোন্দা মচানুপী থাজবা হাযবসি মঙোন্দা খ্বাইদগী পেন্দবা অমা ওইরগনি। ব্রাখল চবাংনবসু হেনগৎলক্কনি। মবমসিনা ফিভমসিদগী থুনা নাম্থোকপা মহাক পাম্মি। করম্বা মতমদা মেঘ থাদোরক্কনি হায়বদি খঙদে। মানা জেলদগী থোরক্ত্রিঙৈদা চনৈনবা ময়াম অসিসু চপ চানা লোইশিনবনি মহাক্না পাল্লিবা।

নোংমা, নোংমা অঙ্গাইনু উনরুই। কুইনা উনদ্রবা তুংদা, সম্রি-ফাত্রি মরক্তা খুরৌ য়াম্না থাংনা উনরুই। ঐ চৎলুবদা য়াম্না হরাওই। 'ঐখোয়বু কাওদ্রিব্রা?' ৱাহংসি হংলকই।

'খঙনখিবদুবু, কাওননবা খঙনখিব্রা?' ঐসু খজিক্তুং শাউনিংদুনা খুম্মী।

'নঙনদি অমুক্তা নিংশিংলক্তবদাইনে।'

'নিংশিংদে হায়বদি করম্না খঙলিবা। নঙবু মীওইবগী পুক্লিং পাবা ঙমব্রা?'

'মীওইবগী পুক্লিংদি পাবা ঙমদে। নঙগীদি ঙম্মী।'

'ঐগীদি করম্না?'

'খঙনরুরবনিনা নঙগী নওংদা মমি তারি। মমি অদুদি অমুক মুৎলরোই।'

'নঙসিদি জাৎ জাৎনি।' মহাক হৌজিক পুলিসকী দ্রেস অদুগা ফনা মওং তানা উরে। য়াম্না পকই। মী হায়বসি শিনফম অমগী শেৎলি চারিবা ফিশিং অসি পকচরগদি মশা মশাগী চুনবা শিনফমগুম উই।

'কৈদৌরে মুন্না য়েংলবদি।'

'নঙগী দ্রেস অসি নঙোন্দা য়াম্না পকচৈ।'

'নঙনা ঐ য়েংবা হৈরকপসি য়াম্না ফৈ।'

'নঙনা হায়রিবসিবু করিনো?'

'হায়নিংবদুনি। মসি তোক্লসি। নঙনা মসিদা লাক্লিবসি করিগীনো?'

'ঐসু ৱারীসি হৌদোকফম খঙদদুনা লৈরম্বনি। নঙনা হংলকপা ফরে। সনানু খঙইদনা।'

'খঙই। মাবু হন্দক ...।'

'মানি। মদুগীনি মরুওইনা লাক্লিবসি। নহাক হৌজিক মপুক্লিংদা কিবা অমা ফাওবগুম তৌই।' ঐগী ৱা মহাক তুমিন তাখি। ঐসু মরিক চুম্না ৱারী পুম্বা লিখি। মরক মরক্তা করিগীনো খঙদবা মিৎয়েং অমদি হেক হেক য়েংলকই। ঐঙোন্দা ৱাখল অমা খলহল্লি। অরোইবদা ঐনা হায়খি; 'করিগুম্বা মেঘ জেলদগী থোরক্লবদি নঙগী ক্লাতরদা খরা থম্বীয়ু। হৌজিক্লা খরা খরা য়েংশিনবীদুনা অশোয় অঙাম থোক্তনবা হোৎনবীয়ু।' ঐগী ৱাদু মুন্না খল্লগা শোয়দনা তৌগদবগী মওংদা তৌই। অদুবু ৱা অমদি হায়রকই, 'হৌজিক ঐ নঙনা হায়বা পুন্নমক ইনগনি। য়ানিংদবা কোঙ্গাই নঙগীদমক য়াগনি। তৌবতদি নঙসু ঐনা হায়বা অমদি শোয়দনা য়াগদবনি।'

'ঐসু শোয়দনা য়াগনি। করিনো?'

'হৌজিক হায়খিরোই। ঐনা মতম চপ চারে খনবা মতম অমদা হায়গনি। লম ৎলগা নুপী-নহাদা ঙাউশিন্নবদি তৌনগুমসি।' মাগী ৱাহৈদু ঐ য়ান্না নোকনিংখি। নোকখি।

করি তৌহৌবা নৎত্রগা তৌগদৌরিবা অমতা য়েংশিল্লমদনা ঐ ইম্ফাল থাদোকখি। ঐঙোন্দা মদুগী করিসু চিংনবা লৈখিদে। মসিদদি থাজবা হায়বসিনা লাইনমক খুদুম চনশিন্দুনা থমখ্রবনি। থাজবদগী মপান থোক্কুনা ঐ অমুক করিসু তৌরুদ্রে। হৌজিক্তি মদুগী ৱাখলদু লাপ্না থম্লগা হোস্টেল য়ৌনবা ৱাখল খনখি। পুন্সি হায়বসি থৌদোকশিংদা য়েংশিন্দুনা লৈবনি। মসিনা থৌদোক কয়াবু নিংথিনা থাদোকখিবা তঙাইফদে।

ফম্না কুইরে ইম্ফালদগী লাপথোরকপা অদুবু খঙন চান্নবা কন্নাদগীসু থোইদোকপা চিঠি অমতা ফংখিদে য়ান্না থাজদনা চিঠি অমা ফংখি। কন্নাগীনো? য়েংলুবদা সনানুগী ওইরম্মী। করি হায়রিবনো? ইম্ফালদগী চিঠি ফংবসি য়ান্না নুংঙাইবনি। মাগী চিঠিসিদি ঐ ৱাখল মচা অমমুক খলহনগদৌরি। ঐবু হৌজিক থোরকউ হায়রবদি ঙমগনি থাজদে। চিন্দি পুৎথরম্লে। করম তৌনি? করি হায়রিবা?

**দিয়ার ...**

মণিপুর পূম্বগী ভোৎ লোইখ্রে। পাউসিদি লৈবাক্কী পাউ ওইরুবনা নঙসু খঙলম্লগনি। পাউ অমনা ঐখোয় লমশাং কেন্দ্রগীদি মার্চ/এপ্রিলদা ওইনা ভোৎ তৌরবা য়াই। হান্না এমঃ এলঃ এঃ ওইরম্বা, হন্দক্কী মীখলদসু মীরেপ ওইরিবা বিরেন, লাহৌবা নহারোন্না তমথিনা হাৎপীখ্রে। নুংঙাইতে। পুন্সিসি হিংল হিংলগা রাংনবা অসুম হেল্লক্লি।

ঐগী ওইনদি নহারোলশিং অসি চম্না য়েংবদা ফবা-ফত্তবা অনীমক হায়নিংঙাই য়ান্না লৈ। লুরিবদি কবম্বা মায়কৈদা মীচং চংগদগে হায়বসি ঐহাক খঙদে। নোংমতসু মসিগী মরমদা ৱা হায়গেসু নিংলুদে। খঙগেসু খল্লুদে। মখোয়না ঐবু কিহল্লি। তুংজুংহল্লি হায়বসিদি শেংলবনি। অসি হায়ফমসু থোক্তে। হায়দবনসু হেন্না ফরবনি। মখোয়গী মথৌনা মরিংজেনসি ঐ তান্নবা ঙমদে। থৌনা ফৈ। মরিংজেল লৈ। নিষা চাই মরৈবাক্কীনি খনবদা মশানা মশাবু চাওথোকচৈ। মসিগীদমক ঐ নুংঙাই। মখোয়না ঐখোয়বু কিহনবগীদমক মিপাইবা পোকই। উননিংদে। থেংনদুনা থৈনগদবা কে। পুন্সিসিনা পুন্সিশিংদুবু থাজবা ঙমহন্দে। য়াম্না নুংনাংহল্লি। মসি ঐঙোন্দা

কিহনবগী নৎত্রগা মরী মতাদা শোকহনবগী ঙাক হায়বা নত্তে। মসি চুমদবসু য়াই। মখোয়গুম্নবা মী মরক্তগী লাপ্না, তুমফম চাফম খঙদনা মতম লেপ্লবা, মীয়ামগীনি হায়দুনা অসুক য়াম্না কখোক্লবা মখোয়গুম্নবা অমা নৈনবা ঙম্বগী শক্তি ঐগী লৈতে। ঐনা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। মখোয়দি হকথেংনবতনা খঙগদবনি। চাওয়েং য়েংবনা মমুৎ তাবা ঙল্লোই। অদুবু ঐগী হায়নিংবা খরদি লৈ।

অঙাং ওইরিঙৈ, জিওগ্রাফি তম্বদা পৃথিবীগী রোতেসন, রিভোলুসন ঐখোয় থেংনরকই। হিসত্রি তম্বদা শা-লানগী, মীহাৎ-মীনৈগী ৱারী মরিক চুন্না পারকই। হন্না হন্না চিফা পুনবা পাদুনসু ঐঙোন্দা খক মদুনা অকি তুজুংগী মশক ফাওহনখিদে। ইশানা ইশাগী জ্ঞান হেনগৎহন্নবা ওইনা উরকই। ঙসিদি থৱায় য়াওশিল্লুদ্রবা মীশি মীনাগী ৱারীনা ঐঙোন্দা য়াম্না অকি তুজুং পোকহল্লি। পুন্সিগী ফিভমদা য়াম্না ইকায়বা পীরে।

মমাংঙৈদদি পোলিটিক্সনা ঐঙোন্দা য়াম্না চেথেং পীবগুম খল্লম্মী। লৈবাক্কী কান্নবদা মচিন তুম্লবা কাতিনা থিন্দুনা শান্নবগুম উহল্লম্মী। মিপাইবা পোক্লম্মী। লৈবাক্কী ৱা হায়বদা নঙ-ঐ, পুন্নমক্কী য়াওরিবনি। লৈবাক অদুনা শেন থুমগী ফিভম ফরকপা, পোৎ-চৈ হোংদোকপা হায়বসি ঐখোয পুন্নমক হিংবা নুংঙাইনিংঙাইনি। মসিননি রাজনিতিবু ঐখোয় মীয়ামদা কা হেন্না পুক্নিং চিংশিল্লিবা। পাউচেশিংনা নুমিৎ খুদিংগী ফিভম শোকপা ফরকপগী মমুৎ তানা ইবিবা। নৎত্রগবু করিগী ঐখোয়না অসুক পুক্নিং চিংশিঞ্জরুদগে?

ঙসি ঐ ঙকই, অসুক পুক্নিং চিংসন্নিংঙাই ওইবা কয়াসিনা কাইরক তোইরকপদা ঐ অমুক কিবা পোক্তে। মসিদগী হেন্না মিপাইনিংঙাই ওইবা কয়া লৈরমাল্লে। পুন্সিগী ফিভমদা য়াম্না কায়রক্লমাল্লে। হিংবদা য়াম্না নিংহন্নরক্লে। ঐনা ঐগী পুন্সিসিবু মওং মরিল চুম্না খঙদ্রমাল্লে। ইমা লৈখিদ্রে। (পাউসি ঐ তাদ্রি। য়াম্না নহা ওইরিবনি। কমদৌনা তৌরিবনো?) ঐগী চনিং তাদ্রবা পুন্সিগী ফিভমদা মহাক য়াম্নদি ৱাখি। মসিনা লাইনা অমা ওইদুনা, ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবনি। ঐ তৌফম খঙখিদে। য়াম্না নুংঙাইবা পাউ অমদি. নঙনা ঐবু অঙ্গাইনুদা শিন্নরম্বদু ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নখি। মতেং য়াম্না পাংবীরকই। ঐ হৌজিক্সু মাগীদা লৈরি। নঙ ঐঙোন্দদি চিঠি নুংথি অমতা থারক্তে। অঙ্গাইনুগদি পাউ য়াম্না চৎনবা মাল্লি। ঙসি চিঠি থারিবসিসু থিকানা মতা অমা চারুবদগী মঙোন্দগী ফংখিবনি।

ঐনা সুম খল্লকপদা সংসারসিদা লৈবা মীশিং অসি য়াম্না মরৌ লৈনবগুম তৌই। নঙসু, নোংমা চৎলমদাইদদি হায়রম্বনি, 'খুদোংথিবা হেক থোক্লকপদা পাউ পীরকউ।

শোয়দনা লাক্কনি।' অদুবু করন্না, কদায়দা পাউ পীগদবনো হায়বদি তাক্লদ্রবরা খঙদ্রে। ঐ মদুগী মরমদা চপ-চানা হায়বা ঙমদে। মসিদবু মীওইবসি মীওইবা অমা ওইনা থাজরুবা য়াগদ্রা? মসিনি পুন্সি হায়বসি। পুন্সিগী খ্বাইদগী চংদবা য়াদ্রবা মচাকসু ফংলে। শিংনবা হায়বসিনা খুদোংথিবদগী নাথোক্লনবা খ্বাইদগী চাওরবা মচাক্তুননি। উপায় লৈত্রবগী উপায়নি। উপায়দি মখল মখল য়াম্না লৈবা য়াই। মাদি থাদোকপা য়াদে। অমদা নৎত্রগা অমদা পকশিন্দুনা নাম্ভোক্লনবা হোৎনগদবনি।

হৌজিক নঙ নুংঙাইরমখিগনি। লাইরিক্তা পুক্নিং লুপশিল্লিবা নৎত্রা? অঙ্গাইনুনা নঙগী ৱারী য়াম্না শাই। ঐদি খঙদে। নখোয়নীসু কলেজ তম্মীন্নখিব্রা? খুবাক্কসু য়াম্না থানখিব্রা? মসি লনাই ৱানি নঙনসু তানিংলমদবা য়াই। পাক চাওরবা সংসারনি। মশিং লাকঙমদ্রবা, মী কোটি কোটিনা মাগী মাগী মথৌ তৌনৈ। চপ মান্নবা মীদি কৈদৌঙৈ খক থেংনদে। অমখক্তংদি থেংননিংবনি। থাজদ্রে। থাজদবসু অসুম হৈনরে। মসে নঙ থাজদবা য়াই। কলেজ তম্লিঙৈদদি ঐঙোন্দসু মসি লৈরমদে। য়াম্না থাজরম্মী। মী ময়ামগী ৱাখল খল্লম্মী। মসিদসু তোঙান্না অতোপ্পা নাকল অমা লৈরম্লে। মসিদি তোপ তোপ্পা মশক অমনি। হান্না খঙখিবদগী পুমতোপ তোপ্পি। চাংদম্নবা য়াদে। ঙসি ফাওবদা ঐখোয়না অচুম অরান্নি হায়দুনা নৈনরিবসি মপাম্ভোংগী মওংদা তাবা খবখক অসিনদি মসি খঙবগী ৱাংমদনি। মসিদি ঐখোয় খক খঙজিল্লুদে। ঐ ঐনা শাবা মীওইবগী লম অমদা মসিনা তোংদুনা লৈ হায়বসি ঙসিদি ঐ থাজরে।

ফরে। লোইশিল্লগে। হায়গদবা - হায়রোইদবা ৱা ময়াম অমা হায়খ্রে। ৱারৌগনু। থোরক্লগা নোংমা উনসি। য়াম্না নুংঙাইবা মঙ অমা মঙসনু।

নহাক্কী

সনানু ৱাইখোম

ঐগী অশোইবা খরা লৈখি। ঙসিসু ময়েক শেংদ্রি। মফমসিদা ঐ লাইরিক তম্বা লাকপনি। লাংবনা হেন্না পুক্নিং চংবগুম তৌরি। ঐ সংসারসি পুমকাও কাওরে। নুঙাইথোকপদা পুক্নিং চংলে। নহানৱায় ঐবু সুমাইনা তৌরম্রা? খঙদে। পুন্সিদা মাইথিবা খঙলবা, অদুগা অমুক্ক হেন্না মায়থিবা ফংলক্লবা মতমদা অচুম্বা শাদুনা ঙংলক্লবদি মীদু তংখাই অমা হেন্না থাজবা য়ারক্তবনি।

হোস্টেলদা চিঠি ফংবসি য়াম্না নুংঙাই। অদুবু চিঠিসি ফংবা মতমদদি ঐঙোন্দা খোইরাংবা শাউনিংবা কয়া থোক্লুনা কয়া নুংঙাইখিদবনি। পারুরবা মতুংসিদদি ঐঙোন্দা খঙহৌদনা মহাও অমা ফংবদৌনা তৌখি। মতাং অমদদি করি হায়রিবনো হায়বা, লৌশিনফম খঙদবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। লৌশিনফম খঙদে হায়রিবসিসু ঐঙোন্দা করিনো অমদি হায়রি। মসিনা ঐঙোন্দা হকথেংননা ৱাকৎপা নৎত্রগসু চাওরবা ৱাকৎ অমদি চেন্নরিবগুম উহল্লি। মসিমক তরাইনা লৌরুবদি য়ারোই।

নোংমদি সুনচান্দ ঐগী কাদা লাক্লম্মী। মাগী পরিক্ষাসু নক্লুবনি। চহীদা পাংথোকপা পরিক্ষাদি পংনক্তা নক্কুনা অসুম লৈ। সনানুগা ইনক নক্লবগুম অমুক্সু য়াম্না লাপ্নরবগী মওংদা ৱারী শাই।

'তামোসু মাগদি খরা নক্লুবা মাল্লি।'

'নক্লুবা-নক্লদবা করিসু লৈতে। খঙনরুবনি।'

'মী লোইনমক তিন্নরিবসি নাকল অমরোমদদি নক্লুবা ঙাক্তনি।'

'নঙসু ৱা ঙাংবসি হৈহে।'

'খন্দুনা য়েংঙউ। নুপা নুপী লৌনা লৈনরিবসিসু করিনসু পুনবা নত্তে। খঙনরুবগী তৌফম থোকপা খরখক্তনা পুনবনি।'

'মদুদা য়াদবা অমদি লৈ।'

'আদো! করিনো য়াদবা হায়রিবসি।'

'পোৎ অমা কৈথেলদগী লৈরুরো। লৈদ্রিঙৈদদি নঙনা পোৎতু লৌরুবা য়ারোই। লৈরবা মতুংদদি মদু নঙগীনি। অদুবু পোৎ অদুনদি নঙোন্দা পুনবসু লৈতে। নঙনসু নঙগীনি হায়দুনা পোৎ অদুবু লংনসু/থৌরীনসু পুনশিল্লুদে। নঙনা পুনশিনজগে খনবনা অতোপ্পনি। মদু ওইরগসু পোৎতুদি নঙগীনি। অদুনা ঐগী হায়বসিদা করিনো পুক্নিংদা পুনশিনখিবা শরুক খবা লৈরিবনি। মদুগী শরুক অদু পীথোকপা ঙমদ্রবা নৎত্রগা লৌশিনবা ঙমদবদুনি থোইনা খল্লুদে হায়নরিবসি।'

'তামোসু খুদম পীবদি হৈ। সনানুবু তামোদা মরী-মতা থোক্লদ্রো?'

'নঙসিদি...।'

ঙসিদি সুনচান্দসি মতোমতা মাগী কাদা লৈবা তক্লমাল্লে। ঐঙোন্দা মতম লেনবা হৌবা লাক্লি। ঐসু লাইরিক পাবসিদা খরা তনবগা অদুম তৌহল্লি। নৎত্রগদি কা থোঙ লোনশিল্লগা থবক অমা চৎমিন্নরুসি হৌরমগদবনি। নুংশাসিদা চৎলুসি হায়বদা

কনাসু য়ারক্কদবা লৈতে। য়ারক্লগসু কৈথেল (সেক্টর তরামণ্ডা) দা পুদুনা চে খরা লৈরক্লগা লোইরে। য়াম্না শাংবা নত্তে। সেক্তর থংনবনি। য়ুনিভরসিতিনা সেক্তর তরামরি। কৈথেলনা সেক্তর তরামণ্ডা।

য়ুনিভরসিতিগী কৈথেল লৈ। অদুবু পীকই। পোৎ চৈ য়াম্না ফংদে। কুলু, মনালিগী সান অমতং ঐনা থোকখিবদা অঙ্গাইনুগী লৈবীখিগদ্রা খঙদে। মাসু দিল্লিদা লৈরম্বনি। মসিগুম্লবা কয়াদি লেম পানা লৈরম্লনি। ঐনা পীনিংবদা মাগী লৈবা/লৈতবা করিগী খন্দোইনো?

'সুনচান্দ, কুলু মনালিগী সানসিবু কয়াগা পীনগে?'

'মাগী পীগে হায়রিব্রা? খরা লাপথোক্লরিঙেসিদা খংলাপ লাপথোক্লবনা ফরেদা।' মা শেরান্নরে। অদুবু মখা তারুদে। শেরান্নরিবসি মা-ঐ, পা-পি ওইরুবসিননি। সংসারদা লান্না চৎকনবা মরী হায়রগদি মসিগী মরীসিনি।

ইমা পাবুংনা ঐবু য়ুমদা থোরক্লবা হায়বা হৌরক্লে। চান্দিগরদা লৈবা কুইরক্লে। অপান্নবা হায়রক্তুবসু নাকোইননা তকশিল্লক্লে। ইমাসু পাঙ্গল হল্লক্কদৌরমাল্লে। মদুই মথক্তা য়ুমগী অহল (ইচিন-ইনাও ময়ামগী) ওইরুবনা ঐঙোন্দা ভাব অমসু লাক্লে। ঐগী থেসিস লোইশিন্নবা থুনা হোৎনদবা য়ারক্লে। মরমসিমক্ল ঐ কনাগসু থোইনা পুল্লুবা তৌদনা য়াম্না কন্না ঐগী তৌগদবা ইথৌদা পুক্লিং চংলি। অতৈদা পুক্লিং চোইথোক্লে। মসিদা পনবা য়াবা, থোইরাং থোইশাওনখিবা হায়ববু, নোংমা অঙ্গাইনুনা মাগী চিঠিদা সনানু চেনখিবগী পাউ পীরকপা অদুনি। কনাসু লৈত্রবা সনানুগীদমক অঙ্গাইনু খরদি ৱাখিবা মাল্লি। মসিগী মরমদা মহাক থোইনা শাংনদি ইরক্তে হায়ববু ৱাহে খরখক ইরকপদুদা খঙবা ঙম্মী। ঐঙোন্দদি পাউদুমক তশেংনা নুংঙাই। থৱায় অমখক্কী ওইরবসু মফম অমদি ঐসু থম্বা ঙমখি খনবদা নুংঙাই।

অঙ্গাইনুনা পাউ পীরকখিবদা ঐঙোন্দা য়াম্না থৱায় শোকখিবা পাউ অনীখক লৈখি। পাউ অনীসি ঐদা নত্তনা লৈরিবা মণিপুরি অয়াম্বনা নুংঙাইনখিদে। মসিগী পাউসিদা অমনা মণিপুরগী হিংলিবা মহিংদা য়াম্না ফিভম শোকখিবা, নগা কুকিগী হাৎনবগী লেপ্তবা ৱারীনি। মসিনা য়ুমদা হনগদবা তনবা মতাংসু য়াওখি। অতোপ্পা অমনা মীতৈ অমদি মুসলিমশিংগী মরক্তা জ্ঞান তান্নদবগী ৱাথোক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা মরাল লৈজদ্রবা মী কয়া শিখি। করিসু খঙজদ্রবা অঙাং কয়া হিংনা হিংনা লৌবগী, ইলেক্ট্রিক পোস্তা হাইত্তুনা হাৎখিবগী ৱারী তারুরগা থম্মোয় নিকখি। তু চুংখি। মসিনা কাংলুপ মশেনবু থজনহল্লরোই খনবদা লৈতাফম খঙহন্দে।

থম্মোয়সি নিকখি। থৌদোকসি থোকপ্লবা মতুংদা তুরেলদগী মী অশিবা কয়া ফংখি। মৈশাসি অমুক হল্লকখিগদ্রা খনবদা কি। মদু লৈবাক অসিদা অমুক য়ৌরক্তবা ওইসনু।

নুংঙাইতবা ফোঙদোকপা ওইনা ঐখোয় হোষ্টেল ফোর অমসুং ফাইভতা লৈবা মীতৈমচা ময়াম পুনশিন্দুনা হিদাক ফজনা থকখি। য়াম্না ঙাউনখি। হিদাক থকপা লোইরগা গান্ধি বভন্দা ফম্লুসি হায়দুনা থোরকপদা, ময়াং য়ুথকপা খরগা থেঙ্গাইনখি। নাতোন নম্বা জাতিসি ময়াংশিংনা খরসু হম্বুনা য়েংই। মখোয়না খল্লিবা নাতোন নম্বা জাতি অদুগা মীতৈগা মান্নদবা কয়া লৈ হায়বসি মখোয় খঙদে। খঙজনবা তম্বীগদবনি হায়বসি ঐখোয় পুম্বদা লৈ। মখোয় খোন ৰাংখৎলকই। থৈদোকপা য়াদ্রা, মী চৎলবদি মসিনি মখোয়না হায়রিবা। নখোয়দি থৈদোকপা য়াদ্রা সিনি ঐখোয়না হায়রিবনা। ঙংখৎনবদগী শাউদুনা বসন্না নুং খুন্দুনা শুজিনখি। মখোয়সু মবুক্তা য়ুরেম য়াওবা লিক্লি য়েপ্লম্বদগী শৎতোক্লগা থারকই। বসন খরা শোকখি। মকোক্তা লিক্লি মচেৎ চংলমগদ্রা খন্দুনা পিঃ জিঃ আই (মেদিকেল, পোষ্ট গ্রেজুএট ইন্সটিটুৎ) য়ৌখি। মফমদুদা মখোয়সু মকোক ফোত্তুনা লৈরম্মী। অমুক হৌরক্কদ্রা খনবনি অদুবু খুৎ শোক্লরগা লোইশিনখি। মথং থেংনবদদি য়াম্না খঙন চান্নবগী মওংদা নিংথি-নিংথিনা কৌনৈ।

চান্দিগরদা খ্বাইদগী নুংঙাইখিবা নুমিৎতি, মণিপুরি ষ্টুদেন্স য়ুনিয়নগী ময়াম পুনবগী ফংসন নুমিত্তা মণিপুরি লোম্না নিপাল শুবা সেদ্যুলদা চনবগী হরাওবা ফোঙদোকখিবদুনি। মদুদা মী ময়াম্না সোফ দ্রিঙ্ক কাপখি। য়া-য়া, মখল মথেল লাংখি। অথেংবদা মী খৎনবগী থৌরম্না লোইশিনখি। মসি নত্তবা অহেনবা ঐ কয়া থেংনরক্তে।

মতমগী মতুংইন্না ঐ চান্দিগর থাদোকপা মতম য়ৌরক্লে। ঐগী থেসিস সবমিৎ তৌরম্লগা ইম্ফালগীদমক থোরক্লে। ইম্ফাল পুমওল ওল্লম্লে। মফম খুদিং সিফায়গী সিফায় ঙাক্তনি। কৈথেলসু মীনা কৃক কৃক ইন্নরম্লে। চীং কয়া হোগাইরম্লে। লৈরক কোনশান, দুকানগী দুকানমক্তা ঙাইরম্লে।

ঐগী ৰারী মসিফাওবা ইরম্মী। শোক-তাবিক যাওরমদ্রে। ৰারীসি মপুম ইফা-ফাদবগুম তৌরি। কমদৌনা লোইশিনগদবনো খঙদে। ইম্ফালদগী হৌরগা কোইচেন চেনবা ৰারীসিগী লোইশিনফমসি ঐ পামদে। অতেনবা মখাসি হাপখিগে।

নোংমা, ঐ খ্বাইরম্বন্দ বজারদা করিনো অমা লৈরুগে খন্না চৎলুবদা থাজদনা অঙ্গাইনু থেংনৈ। ঐ উরগা মাগী গাড়িদু খংখাম খামহল্লি। 'কয়াম কুইরে ইম্ফালদা থোরকপা? করিগীনো ঐঙোন্দগী চেল্লিবদি।'

‘ঐদি কনাদগীসু চেন্দে। চেন্নবা খল্লুদে।’

‘মদু ওইরগদি করিগীনো নোংমতসু ঐঙোন্দা পাউ অমতা পীদ্রিবদি?’

‘মদুবু চেনবগী খুদম্লা?’

‘মসি চেন্নবা নৎত্রবদি লোৎপরা?’

‘অরোৎপা মীবু অকোকপসিদা উনগদ্রা?’

‘ফরে। নঙ ঐগা হায়নখিবদু নিংশিংলিবা নৎত্রা?’

‘মদুতা তাগে হায়দুনা ঐ ঙাইরিবনি। হৌজিক হায়রগদবা নৎত্রা?’

‘ঙসিদি লম্বীসিদা কয়া নুংঙাইররোই।’

‘করম্বা মতমদা ...।’

‘নোংমা ছুতি নুমিৎ অমদা ঐখোয়দা কোইরুসি। মফম অদুদা শোয়দনা হায়গনি।’

‘ফৈ। নোংমা লাক্কনি।’

পুন্সিগী অকা অকুম হায়বসি মফম খঙদে। মসি মী খুদিংদা মফম খঙদনা য়াওরমগনি। সনানুগী পুন্সিসু মফম খঙদ্রবা ৱারী কয়া য়াওখি। মসিমক্না মাগী পুন্সিদু য়াম্না তৌফম খঙদবা হায়বদুনি হায়বদি ঐ য়ানিংদে। মাগী থম্মোয় খনজখিবা অদুমদি মপুম ফাখি হায়বসি ঐ হায়নিংই। মসি নাকল অমরোমদদি মরাইবক ফবা হায়বদুনি। হৌজিক্তি মাসু পুংবা চাখ্রবনি।

ঐঙোন্দা পুংবা পুংবা উবদা নুংঙাইতবা খরদি লৈ। কলকই। ঐগী ইন্দোমচাদু, ঐখোয়নীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদু ঙাক্লখিদে। ঐ নুপা থোক্তুবা মীনি। ঐ ইদোম হিংবা ঙমখিদবা অদুমক্লসু নুপা থোকপা ঙমহনখিদবনি। ঐনা পুংকক চাওরক্লবা মতমদা লবুক্তগী থরোই খুন্দুনা চামিননখিবা, মখোয় লৈকায় মমান্নবীশিংনা লক্লখিবা পুন্নমক মতমদুগী ময়া ঙাক্তনি। ঈ মরী ইথোক থোক্লদনা, থোক্লহনখিবা মরী অদুনসু ঐখোয়নীগী মরীদা তশেংনা চাওখৎহনবা ঙমখিদবনি। মখোয়দা চৎপা খুদিংগী মাগা শান্নমিন্নখি। মা উননি খন্দুনা থওইনা চৎখিবা য়াওই। লৈরমদবগী ঐনা চৈখি।

‘নঙনা অসুক য়াম্না কোইরিবসি নয়ুম পাম্নিংলব্রা?’

‘মসি মতা অমনিনে,’ মা নোকখি।

‘করি মতা অমনি হায়বদি... ঐ য়াম্না শাউরিবনি।’

‘নত্তে। নঙনা হায়গদবদু হায়রো।’

'নঙ য়াম্না কোইদনবা ঐখোয়দা পুবা তারে।'

'মসি মীসিদি। মী তানিনে।'

'তাদনবা তুমিন হায়গে সিদা চংশিল্লকউ।'

'মথং অমুক লাকপদা নুপা থিবা চৎতনবা থবক তৌরম্লগে।'

'ইমা তানি হায়রগা।'

'তাসনু।'

'তোম্বা নঙ নদোমচা থিরুব্রা?' অবোক থোরক্লগা হংলকই। ঐখোয়নী ব্রা মরক থৎখি। অমুক্তা নত্তে। হঞ্জিল হঞ্জিল কয়ারক্লি। চহীদা খরা হনবা ইন্দোমচাবু ঐঙোন্দা তামো কৌদবগী শাউনবা কোঙ্গাই য়াওখি। লৈনরিবা মরী পুন্নমক শেরান তুরান লাক্কদবা ফিভম অমদা ঐখোয়নী, ঐঙোন্দগী লাপথোকখি। চুখিবা থম্মোয়গী ব্রা অদুদি ঙসিসু লৈরি। সংসার অসিগী ব্রানা অতোপ্পনি মী ওইবগী ব্রাখলদা পক্লিবা সংসারনা অমনি। মী অয়াম্বা অনীসি খক পুনশিনগন্দে। পুনশিল্লিবশিং অদুদি কয়া নুংঙাইরমগদবা। মসি ঐ অমুক্তং চুপনিংই।

হন্দকসি ঐ ইহৈ হৈনিংদে। তৌরুবা অমতা খোইজংদে। করি তৌরগা হকচাংসি হৈনিংগদবনো খঙদে। চৎলসু চৎফম খঙদে। ফম্মসু ফমফম খঙদে। অপুনবা অমনা পুবদৌনা তৌই। শিংজমৈসিসু উখাক ফজনা ওল্লে। অঙাং ওইরিঙৈদা তুরেল মপান্দগী বোরোই হেক্তুনা চাখিবা মফম পুন্নমক বোরোই অমতা হৌদ্রে। তুরেল ঈশিংনা ইচা চাশিনখিদুনা তোর্বন্দ অমতা য়াওরক্লে।

'নঙ কোইরকউ হায়রগা, লাক্তুবদি কৈদৌরে?' ইথা থাজদনা অঙ্গাইনুনা ঐবু কৌরকই। মাগী গাড়ীদু ঐগী নাক্তা থৌজিল্লকই। 'নঙসি কাওশিন্নবা অমদি কল্লিনে।'

'ঐসু লাক্কে খল্লম্লিবনি।' ঐসু খুমখি।

'শিংজমৈ কৈথেলসিদা করি তৌরম্লিবনো?'

'শিংজমৈ কৈথেল হায়জবনি। ঐখোয়গীদি থোঙ্গালনি।'

'সনানু থেংনরব্রা?'

'নোংমা খ্বাইরম্বন্দ বজারদা থেংনরম্মী। মাগী নুপাদু য়াম্না ফবা মাল্লি।'

'য়াম্না ফবনি। মেঘসু থাদোরক্লনি।'

'মাবু হৌজিকফাওবা জেলদা লৈরিব্রা?'

'পাক থাদোকপা য়াদবনি। মাবু নহারোল লোম্না শম্নব্রা খঙদে।'

'সনানুবু অমুক...।'

'কৈসু তৌনগদবদি মান্দ্রে। নঙ হয়েংদি ঐগী ক্বাটরদা লাকউ। উখ্খুলদা চৎলুসি। শোয়গনু। ঙসিদি থবক অমা চৎলুখিগে।' হায়রম্লগা মাগী গাড়ীদু থৌখ্রে।

মতম চপ চানা ঐ, মাগী মনাক্তা চৎখি। ঙসিদি অঙ্গাইনু য়াম্না কে। ফজবসু য়াম্না ফজে। মশাগী অখেংবা শরুক অমতা য়াওদে। নুপীদা নুপী মাল্লি। নুমিৎ অমতদা মাগী অসিগুম্লবা মাইথোং ঐ অমুক্তা উখিদ্রি। মহৌশাদগী ফজবগসু মশাগী অখেংবা শরুক খরদি ইথা থাদোক্তবনি। মশাদা পক্কুনা লৈরবা অদুগুম্লবা অখেংবগী শরুক কদায়দা থমখিবনো খঙদে। য়েংলিবমখৈ পেন্দে।

'চা থকখিসিরা?' ব্বাহংসি ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকখি।

'কদায়দা চৎকদবা লৈরিবগে?' ঐসু হংখি।

'য়ুমদা চৎলুগদনি।'

'অদুদি চাগা থক্রুগুমসি। হল্লকপা থেংননবনি।' ঐগী ব্বাসি তারগা মা মচিনবানদং নোকপগুম তৌখি। পাউখুমদি অমতা পীরকখিদে। ঐখোয়নী পুন্না তোংমিন্নদুনা মাগী থাঙ্গেশেংবা ময়ুমদা চৎমিন্নখি। মরক মরক্তা ব্বারী শাই, 'নঙ উখ্খুলদা করিগুম্বা মতমদা চৎলুরব্রা?'

'চৎলুদ্রি।'

'নঙদি নয়ুমদা চাওবা মীনি।'

'এহ্! নঙগী ব্বাসিদি।'

'নৎপু নৎত্রা?'

'নঙদি নশাগীদং য়েংবা মীনি।'

'মীদি মশাগী ঙাক্তনি। অতোপ্পগী ওইবা খক য়ারোই।'

'অদুবু মীগীদমক করিগুম্বা খরা তৌরম্বদি য়াই।'

'য়ৌরে কুম্লসি। ব্বারীদি কোন্না শানবা য়াই।' মানা হায়রকপা ব্বাদুদা ঐ জ্ঞান তারকই। লম্বীদা মাদি লম লমগী ব্বা কয়া হায়খিবনি। নিংথিনা জ্ঞান তাখিদে। চুমদ্রিং মাগী ময়ুমদা চংশিল্লি। উপাক্কা কাংথক শাবা মওংনি। য়াম্না ফজে। য়াম্না কেবগী মওং অমদি উবা ফংই। মী য়াম্না য়া-য়া লাংই। লৈরম্লিবা মী ময়ামদু মরোলদা করি করিনো পঙাংদা ঙাংনৈ। মখোয় কুইনা উনরুদবগী তৌবা মতৌসু মাল্লি। মদু নৎতবা অমসু মাল্লি। খঙদে। করম্বা অর্থ অমা মদুদা পুরিবা?

নুমিৎ থেংজিল্লক্রে। মতমসিদা ঐ খঙতন তল্লক্রে। ঙসাই চাক-চাবা তোকপদগী অঙ্গাইনু হৌজিক ফাওবা উবা ফংলক্তরি। ঐদি যুমদা হন্নিংলক্রে। মাগী ময়ুম্নি ঐনা কুশি তৌবসু ঙমদে। মাদি হৌজিকসু হলক্তি। মল্লি মল্লি তৌরক্রে। ঐ করি তৌগনি। তৌফম খঙদে। খঙহৌদনা মহাক ইনাক্তা চংলকখি। 'নঙ নথম্ত্র লৈবা ৱারম্লনি।' ঐ মাগী ৱাদু খুমলুদ্রে। 'শাউরব্রা?' মাদি হংলকই।

'করিনো নঙনা তৌরিবসিবু?'

'কৈদৌরবগে?'

'হৌজিকপু কমদৌনা হনগদৌরিবনো?'

'ঙসিদি সিদা লেকখ্রগদবনি।'

'কৈগীনো মদু হান্না ঐঙোন্দা হায়দ্রিবদি।'

'নঙবু ঐনা হায়বা য়াগনি হায়বদাইনে।'

'মসি ঐঙোন্দা হান্না হায়বদি ফবনি।'

'নঙগী নয়ুম লমদমদদি নঙ য়ান্না চাওথোকই। ঐ মফমদুদা করিসু ঐগী অপাম্বা হায়বা ঙমদে। ঐগী পিক্লিঙৈগী লমদমসিদদি ঐগা ঙন্নমক য়াশিন্ননা লৈবনিনা, ঐঙোন্দা ঐতগী ওইবা ৱা কয়া যাওবি। মসিননি নঙবুসু ঐগী ওইরবা মফমসিদা ঐগী শরুক য়াওরিব্রা য়েংগে হায়না পুরক্লিবা। মদুগীসু মথক্তা ঙসিদি চীংশাংসি য়েংবা কয়াম নুংঙাইনি খঙলব্রা? পুর্ণিমা নুমিৎতদি উগী মরুমসি য়েংবা য়ান্না নুংঙাইবনি।'

'মসি নঙগী পুর্ণিমা হায়বদুরা। ঐঙোন্দদি থা মচেৎ অমতনি উরিবা। থা মচেৎ অমগী পুর্ণিমা হায়বদুরা মসিবু।'

'অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু ঐগীদি পুর্ণিমানি।' ঐ ৱা অমতা তানিংদে। য়ুমগী ৱাখল খল্লি। ইমাদা অহিং লেক্রক্কনি হায়রমদে। ঐ হল্লক্তবা খুদিংগী থাউমৈ পায়দুনা থিরম্মী। ঙসিসু ঐ থিরমগদ্রা? মসিদা লাক্লিঙৈ, ঐঙোন্দা মসিগী ৱাখল মচা অমতসু ফাওখিদে। ঐসি ইশ্বর[illegible] অঙাং ওইরিঙৈদা পংই হায়বদু চুম্বজাৎনি। অদুবু মহাক্সু মচাদি শেম্ন[illegible]খি। ☐



**বাবীমচাশিংসিদা নুংগী মবী পুথোকপনা হেন্না অইবনা খুৎলোযনা ইরি।**
**শাংলবা পুন্সিগী ঈচেলবুদি থৌশাদনা থল্লগসু যান্না নকশিন্নখিবা**
**নৎত্রগা হক্লখিবগী থৌদোকশিংবুদি কাওবা ঙমদ্রবা মওংদা**
**অমুবা অঙৌবা মশক্লম যেক্লি।**

বনবীব সাকংবনা (বিন্দুদুগী বাবী, ১৯৯৭) পুন্সিবু যান্না কুপ্না যেংলকই। পুন্সিগী লৈযি কযান
'ঐগী মীৎযেংনুংদা চিংশিল্লগা ৱাখলগী ঈবৈ, ইঙ্গন কযা চৎনে পথাপশিংগা লৈনবিবা
মবীদা থোক্লিনা মুন্নবগী চযেৎনেবা কযা'দু পুথোক্লবা হোৎনদুনা
মীওইবগী লৌচৎপু কুপ্না নৈনবি।

**ঋতু ১০০ শুবা মশিং/৩০**

মীওইবদা যাওবিবা ফিদম অনেম্বা বাখল অনীনা অমগা অমগা যেৎশিন্নদুনা লৈবি।
ইবাই লাইনা অসিনা অফবনি ...ডিবনি হাযবা ঙমহন্দে হপা ...শি ...
বাখলগী ...বেদা চি থনবা হোৎনবি

**ডা নহাকপম অরুনা** মতমগী যাকাইরোল ২৮, সেপ্টেম্বর ১৯৯৭

বাবীমচা খুদিংমক ইচম চমা লৌবা যাদবা পদ্দি ... মসু লৌশিং (ডাক্তর) শিজিন্নদুনা ... হাখনা
ওক্লোন। ইচম চম্বা থিমদা শাগৎপ বাবী মচাসিং ওইবনসু ইন্টরনেট মিনি না হয়
মব ওইনা লৌবা ...নৌবা টেরিব হনা শিজিন্নদুনা মণিপুরী বাবীমচাদা
ওক্রে লৈত্রিব মশক তম্বা পুথোবপ।

**ডা শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব** থৌদাং ১২ মার্চ ২০০১

মহাক্না বাবীমচাশিংনা তোপ তেক্না সাহিত্যগী মতাও অমা নিংশিংবগা
বাবীগা চৎমিন্নহন্দুনা, বাহৈ খরতগী ঈঙ্গিৎনা অর্থ কযা পুথোক্লবা হোৎনৈ।
শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ ১৫ সেপ্ট ...




অইবগী ফোঙথ্রবা লাইবিকশিং

১ যুম্বুনৌগী খাউঈ (বাবীমচা) ১৯৯১
২। বিন্দুদুগী বাবী (বাবীমচা) ১৯৯৭
৩। লমদমসিদা চাংনুংসিদা (শৈরেং) ১৯৯১
অইবা মওংগা পুনা ফোঙদম্নবা।
৪। তাইবঙ মমিসিং (শৈরেং) ২০০০